# EERAT THOURAM THOUNIROL LAIRIK

*– a book on cyclical Rites and Rituals of Sanamahi Religion*

by **SAIREM NILABIR**, Khurai Nandeibam Leikai, Imphal



No. of Pages : **140**

Price : **Rs. 65/-**

## ꯏꯔꯥꯠ ꯊꯧꯔꯝ ꯊꯧꯅꯤꯔꯣꯜ ꯂꯥꯏꯔꯤꯛ

## ঈরাৎ থৌরম থৌনিরোল লাইরিক

অহানব খুৎনম ঃ *খৃত্তকুম ২০০৪, ওক্তোবর (লাংবন)*

অফোঙবী ঃ *থীংবাইজম নিংঙোল সাইরেম ওঙবী ইবেমহল*

লাইরিক মশীং ঃ *১০০০ (লীশীং অম)*

নম্ফম ঃ পৃথিবা প্রেস কম্পুতরাইজদ, খূবায লম্লোং কৈথেল, ইম্ফাল

লামায় মশীং ঃ ১৪০

মমল ঃ লুঃ ৬৫/-

*অথিংব ঃ অয়ীবগী অয়াব য়াওদনা লাইরিক অসী মপুম ওইনা নত্রগ মচেৎ ওইনা মরোঙ অম নত্রগ অমদ নম্ব অমসুং ফোঙব সুকয়া য়াদে ॥*

*লাইরিক ফংফম ঃ*

১) রাজেস বুক স্তোর, গভর্নর রোদ।

২) পৃথিব প্রেস, খূরায় লম্লোং কৈথেল।

৩) অয়ীব মশাগী য়ুম।

# কৎচব

চহী চনীরোম চুপ্প

মওংপেবাক্তা তুমখুন হুন্দুন পৈরুবব মীতৈশিংবু

মিংকপ থোকহুলবীরম্ব

হে লাইনীংহল নাউরিয়া ইবুংঙো ॥

নহাকপু নীংশিংজদুন

"ঈরাৎ থৌরম থৌনিরোল লাইহরিক" সী

কংচরি নখূয়া খম্বালদ ॥০॥

[illegible]
৯/১০/২০০৪

তোল্লব অয়ীব
[illegible]

# হায়জনীংব ৱাহৈ খর

মীতৈ হায়ব ফূরূপ অসী য়েলহৌঙৈদগী হায়বদি পুৱারী মমাঙগী মতমদগী লৈবাক অসীদ লৈরক্লব মীওই কাঙলূপ অমনি ।। মীতৈশিং অসী ১) চহী লীশীং অনীগী পুৱারী লৈজব, ২) ঈরৈবাকপু অপোকপী ইমাদগী হেন্ন নুংশিজব, মতীক মথৌন লৈব, ৩) লৈবাকমচা তাব ইনাৎ লৈজরকপ, ৪) ইশাগী ময়েক্ক লোয়নব মপুঙফারব ইরোল লৈজরকপ, ৫) অৱাংব থাক্কী ৱাংউরোল, ৱাখল ফিদম য়াওব ইশাগী লাইনীং লৈজরকপ ফূরূপ অমনি ।। অদুবু খৃস্তকুম ১৭২০/৩০ অদুৱাইদ ফূরূপ অসীগী নাৎ অমসুং লাইনীংদ অকনব চৈফ্ অম ফংখি ।। লৈঙাক মপুন ৱাখল লমফৈ অমদ চৎখিবদগী ফূরূপ অসীগী ইনাৎ লাইনীং কন্নব অমসুং চাওখৎনব হোৎনবগী মহুত্ত অতোপ্পগী নাৎ অমসুং লাইনীংবু শন্দোক্লব হোৎনরকখি ।। মসীন মরম ওইরদুন মীতৈশিংগী নাৎ অমসুং লাইনীং শিথব হৌরকখি ।। মীতৈশিংন ইশাগী ইরোল, ইনাৎ অমসুং লাইনীংবু মীমাঙদ পুথোকপদ লেমদব লোল, নাৎ অমসুং লাইনীং ওইন লৌনবগী থাক ফাওব য়ৌশিল্লকখি ।। পুন্নমক অসীগী মহৈ ওইন মীতৈশিংগী ওইব ফূরূপকী শক্তম মাঙশিল্লকখি ।। অদুবু ঐখোয়গী লাইবক ফবদগী খৃস্তকুম ১৯৩০ দ লাইনীংহল নাউরিয়া ফুলোন লুচিংবীদুন কাসার মীতৈশিংগী মরক্ত মীতৈ ফূরূপকী শক্তম কন্নবগী মরুওইব শরূক অম ওইরিব নাৎ অমসুং লাইনীং হিঙ্গৎহন্নবগী ঈহৌ অম হৌরকখি ।। খৃস্তকুম ১৯৪৫ গী মে ১৪ দগীদি অরিব লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ অসী কংলৈপাক মণিপুর অসীদ অথিংব কয়া নমখায়দুন চঙশিনব হৌরকখি ।। মীতৈশিংগী নৌন হিংগৎলক্লিব কাংব নিংথৌগী মতমদগী লৈরক্লব অরিব লাইনীং অসীবু অতোপ্প লাইনীং চৎপ মীওইশিং, লমদম অসীগী অখঙ অহৈ, পন্দিৎ, মায়চৌ অমসুং পুৱারীসূব স্কোলারশিংন সনামহী লাইনীং হায়ন খঙনৈ ।। হিংগৎ ঈহৌ অম ওইন সনামহী লাইনীং অসী অহানব শন্দোক্লকপদদি হিন্দু লাইনীং চৎপ মীতৈ অয়াম্বন হংগোইন, শোক্ল-শম্লনীংদব মৱোঙ ওইন লৈরম্মী ।। অদুবু হৌজিক্তি মীৎয়েং অদুমক্তি লৈত্রে হায়ব য়ারে ।। সনামহী লাইনীং চৎপশিংগী মশীং অসী, মীতৈশিংগী মরক্ত মরুওইন নহারোলশিংগী মরক্ত ইশাগী ইরোল, ইনাৎ অমসুং শক্তম নুংশিজবগী ৱাখল লাকপগ লোয়নন তপ্প তপ্প হেনগৎলক্লি হায়বসিদি

অচুম্বনি ।। মীতৈশিংগী অরিব লাইনীংগী হৱাউ কুম্মৈ কয়া লৈঙাক্র শকখঙবীদুন জেনরেল অমসুং পব্লিক হোলিদে লিস্তুত য়াওরে ।। সনামহী লাইনীং অসীমক ১৯৮১ গী মীকোক থীবদ তোঙানব কোদ নম্বরগ লোয়নন য়াওখ্রবনি ।। মতুং তারকপদ য়াওরক্তবদগী সনামহী লাইনীংলোয়শিংগী ঈহৌ অম লাকখি ।। মসীন মরম ওইরদুন মণিপুর লেজিসলেতিব এসেমব্লীন 'হাউস কমিতি' অম শেমদুন অমুক হন্ন য়াওহন্নব খোঙজঙ চঙশিনখ্রবনি ।। মীতৈশিংগী অরিব লাইনীং – (১) সনামহী লাইনীং হায়ন খঙনরিব অসীগী হিংগৎ ঈহৌদ অমসুং (২) সনামহী লাইনীংলোয় অমগী পোকপদগী শিবফাওবগী হায়বদি পুন্সি খোঙচৎকী ঈরাৎ থৌরম থৌনিরোলগী মতাংদ খঙনীংব মীওইশিংদ খরদং ওইরবসু মতেং ওইগদ্র খনজদুন 'লাইয়িংথৌ লাইরেম্মশিংগী ব্রারী শীংবুল' অমসুং 'লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌ' কৌব লাইরিক অনী অসী ফোঙখ্রব মতুং অসীদ 'ঈরাৎ থৌরম থৌনিরোল লাইরিক' হায়ন মিংথোনব লাইরিক অসী, (১) লাইনীং অসীগী ঈরাৎ লাইশোল অমসুং থৌনিরোলগ মরী লৈনব অফংব লাইরিকশিং পাজরগ, (২) লাইনীং অসীগী থাজনবী অমসুং নুংগী ওইব ব্রাখল্লোন্দ মীৎয়েং থমজরগ অমসুং (৩) পাঙথোক্লরিব ঈরাৎ থৌরম থৌনিরোলশিং অসী য়েংশিনজরগ ইদুন ফোঙদোকচবনি ।। অয়ীবন থিজিনব অমসুং য়েংশিনব ব্রাৎপদগী অশোয়-অঙাম অমসুং অব্রাৎ-অপা য়াওরম্বসু য়াই।। অখঙ-অহৈশিংন অদুগুম্বশিং অদু তাকপীরক্লবদি হৱাউন লৌশিনজবগ লোয়নন মথংগী খৃৎনমদ শেমদোক-শেমজিল তৌজগনি ।। অরোইবদ, লাইরিক অসীবু মতম চান পুথোকপ ঙম্লবগীদমক থব্রায় য়াওন হোৎনবীখিব 'পুথিব প্রেস (কম্পুতরাইজদ) খুরায় লমলোং কৈথেল'গী প্রোপ্রাইতর ইনাউ পুথেম মাঘচন্দ্র অমসুং প্রেসকী অতৈ ইচাশিংগী মফমদ নুংঙাইব ফোঙদোকচরি ।।

ইম্ফাল

৭/১০/০৪

পাওজদ্রব অয়ীব

[illegible]

# য়াওফম

# ১

## পোকপগী ঈরাৎ থৌরম

সনামহী লাইনীংগী ৱাংউরোল মতুং ইন্না তাইবং মীওইবগী য়াইবী থৱায় অসী তেংবানব মপু য়াইবীরেল শিদবদগী লাকখিবনি ।। য়াইবী থৱায় পুন্নমক্কী হৌরকফম মরু লেমফুনি হায়বগীদমক তেংবানব মপু মহাকপু য়াইবীরেল শিদব হায়ন কৌনরিব অসীনি ।। য়াইবীরেল হায়বগী ৱাহন্দোক্তি য়াইবী থৱায় পুন্নমক্তগী লেন ওইব হায়বদি পুমহেন হেনব হায়রিবনি ।। য়াইবীরেল মহাক্তি শিব লৈতে হায়দুন শিদব মপু কৌনরিবনি ।। তেংবানবদ লৈরিব পুন্নমক অসী মাঙোন্দগী থোক্লকপনি; মহাক্ল পুন্নমক্কী মপুনি হায়বগীদমক মহাকপু তেংবানব মপু হায়ন কৌনৈ ।। তেংবানব মপু য়াইবীরেল শিদব মাঙোন্দগী তাইবং মীওইবগী য়াইবী থৱায়ন লাক্লিব লম্বী অসী য়াম্ন শাংই ।। য়াইবীরেল শিদব মাঙোন্দগী মীওইবগী তাইবং থৱায়ন অহানবদ কোরৌ নুমিত্ত লাকই ।। কোরৌ নুমিত্তগী লোইদাম থাজদ, লোইদাম থাজদগী শজীক্ত, শজীক্তগী থবাদ, থবাদগী থয়ায়দ, থয়ায়দগী থাদোন্দ, থাদোন্দগী ওকপুরোইদ, ওকপুরোইদগী তাউহুইরেংদ য়ৌরকখি ।। তাউহুইরেং য়ৌরকপদ কোরৌ নোংলোনগী লম্বী লোইরদুন য়াইবী থৱায় মহাক্ল মালেম তাইবংদ খোঙ্গুম্লকখি ।। য়াইবী থৱায় মহাক্ল পম্ব্লৌ মপাগী হকচাং কয়াৎনুংদ খোঙজঙলকখি ।। পম্ব্লৌ মপাদ লোইদাম থাবুম অনী লৈরম্লব মতুংদ পম্ব্লৌ মপাগী ফম্বী লীক্লাদ শাদোং ওইদুন য়াইবী থৱায় মহাক্ল পলেম মমাগী পীবুক শিওম্নুংদ খোঙজঙলকখি ।। পম্ব্লৌ মপাগী ফম্বী লীক্লা অমসুং পলেম মমাগী লৈরাং লৈরিক্ত শাদোং ওইদুন য়াইবী থৱায় মহাক্ল লোইদাম থাবুম তরা লৈখি ।। পলেম পীবুকুংদ লৈরিব য়াইবী থৱায়গী শাদোং ওইরিব পম্ব্লৌ মপাগী ফম্বী লীক্লা অমসুং পলেম মমাগী লৈরাং লৈরীক অনীমক্কী অপূনব মশক অদু ইহান হানবদ ইফা ফান ইচাই চাইন লৈখি ।। মশক

অসীনদি তাইবংমী মহাক্কী হকচাং পোলাং ওইব গুন্নরোই হায়ন চীংঙু খোইয়ুম য়াইবীরেল শিদব মহাক্ক খল্লদুন মপারী অহল চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীদ ইফা-ফা, ইচাই-চাইন লৈরিব মশক অদুন তাইবং হকচাং লাংপুম ওইনব শেম শারো হায়খি ॥ লোইদাম থাবুম অনী সুরকপদ ইফা-ফান লৈরম্ব য়াইবী থৱায় মহাক্কী শাদোং অদু লাইয়িংথৌ সনামহীন খোমজিল্লগ কায়নীং কায়নীং তৌব হকচাং লাংপুম অম শেমখি ॥ লোইদাম থাবুম অহুম শুরকপদদি হকচাং লাংপুম অদুগী কায়নীং কায়নীং তৌব মশক অদু মতুম ওইন তাশিনখি ॥ থাবুম মরি সুরকপদদি লাইয়িংথৌ সনামহীন কায়নীং কায়নীং তৌব মতুমদুবু মপাক ওইন য়েথোকপিদুন হকচাং কায়াৎ থোঙলেন মশীং শুন শেম্বীখি ॥ থাবুম মঙা সুরবদ য়াইবী থৱায় মাদি হকচাং লাংপুম্নুংদ ইঙন তপ্প লৈখি ॥ থাবুম তরুক সুরবদ লেঙ-ওৎলে ॥ থাবুম তরেৎ সুরবদ য়াইবী থৱায়দু পুক্নীং ৱাখল খল্লে ॥ থাবুম নীপাল সুবদ অচা অথক অহোঙ অচাউ খুম্ব্রোক্লে ॥ থাবুম মাপল শুবদ চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীন অঙাং নাউৱা মাবু পলেম মমাগী পীবুক্লুংদগী মালেম তাইবংদ খুম্ব্রোক্লো হায়খি ॥ অঙাং নাউৱা মান মালেম তাইবংপান্দি য়াম্ন ৱারমগনি হায়ন য়াদ্রবদ তাইবং লাংফম কোক্লবগীদমক্ত অঙাং নাউৱা মাগী মখূৎ য়েৎকী খূবাম্নুংদ 'হয়ি' মিংলেন, ওয়গী খুবাম্নুংদ 'হয়া' মিংলেন খুৎশিন্নখি ॥ লোইদাম থাবুম ১০ — কোরৌ শীংবুম ৩০০নিবু ঈফা ঈমেল্লবতুংদ 'হয়ি' 'হয়া' মিংলেনবু খূদুম চেৎন পায়দুন পলেম পীবুক্লুংদগী 'হুং-আ' খোঞ্জেলগ লোয়নন কোলোয় মমিং অঙাং—ও কৌন মালেম অঙাই তাইবংপানদ খোঙদারকখি ॥ সনামহী লাইনীংগী ওইব, করম্ন অঙাং অমন পোক্লকপগে হায়বগী ৱাংউরোল অসীন উৎলিবদি অঙাং অমন মালেম তাইবংপান্দ পোক্লক্লিব অসী কোরৌ নোংলোন্দ লৈরিব নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক্লচিংবশিং অসীগ তৎন-থানব য়াদ্রব মরী লৈনৈ হায়ব অসীনি ॥ (উমংলাই হরাউবগী লাইবৌ চোংবগী হকচাং শাগৎপগী মতাংদ শিদব মপুদগী থৱায় নিবগী চৎনবী হৌজিকসু লৈরি ॥)

অঙাং অমবু মমাগী পীবুক্লুংদ লোইদাম থাবুম তরা নাউপুদ্রিঙৈ হেক মমাঙ থা অনী অদু পল্ছৌ মপান পুই হায়বগী থাজনবীসু লৈ ॥ মতমদুদ মপাদু

মশা শোষ্ট্রে, মকলাপ চোকথৈ হায়বগী থাজনবী লৈ ॥ অসীদসু নত্তন, নুপা অদুগী মীৎ নহাদু য়েংবদ ২/২ সুই হায়বগী থাজনবীসু লৈনৈ ॥ নুপী অদুন নাউয়ান পীবুক লূম্লকপ থা অহুম সুরকপদ নুপা অদুন তৌব য়াদব থবক কয়াসু লৈ ॥ খুদম ওইন, নুপা অদুন লিল হাৎলুরবদি পূক্লুংদ লৈরিব অঙাং অদুদ তেনবাল্লি, শিং হুরাল্লুরবদি অঙাং অদু পোক্লকপদ মখোঙ খোঙশা নপশিন্নদুন পোক্লকই, নুপা অদুন কোনথোঙ মখুল হুৎপ মতমদ ফাওদোক্ল হুৎকদবনি, ফাওদোক্ল হুৎত্রবদি তৌহৈদে, অঙাং পোক্লকপদ মনাকোঙ হুল্লক্তব থোক্কল্লি হায়বনচিংব থাজনবী কয়াসু লৈ ॥ মীরোল্লিঙৈ মনুংদ নুপী অদুন ঙাক্ল চৎকদব পথাপ কয়াসু লৈ ॥ খুদম ওইন, নুপী অদুন নুমিদাং অমসুং অহিংগী মতমদ ইমুংদগী মপাল থোকপা মতমদ ফি অমন কোক্তগী খ্বাঙ ফাওব কুপশিন ইনশিনগদবনি ॥ মনুং অচৌব চঙব মতমদ হকচাংদগী ফি পুমলৌ লৌথোকপ তৌহৈদে, ফি মচা অমত্তং ওইরবসু মখ্বাঙদ থোংগদবনি, মকোক্ত উনা অমতং ওইরবসু কুপকদবনি ॥ পুম্নমক অসী ঙাক্ল চৎপগী মরমদি — তীনমু লাইমু, অনম অহা, মীনম্ব থানম্ব অমসুং ফত্তব নুংশিৎ ঙাকথোক্লব অমসুং চঙদনবনি॥ (মাওশিংন অসুম্ন থাজনৈ মদুদি — মীরোল্লবী মমাশিংন লিল হাৎলবদি মচাদু লিলগুম্ন মরৈ তম্মী, মখুল অহোব মেনশিল্লবদি অঙাংদু মরোল থোক্তে, মীগী মপোৎ হূরাল্লবদি মচাদুসু হূরানব ওই ॥) থা সুরক্লবদি হায়বদি থা ৯/১০ সুরক্লবদি ফৌ সুবগী থবক্তি লেপহন্দে ॥ ফৌ সুব অসীন অঙাং পোকপদ খোঙলৌ পল্লৌব থোকহন্দে হায়বগী থাজনবী লৈনরকই ॥ মীরোল্লকপ থা মঙা সুরক্লবদি কোকথোক চামথোকপ কৌব লাইগী থৌরম মচা অম পাঙথোক্লে॥ থৌরম অসীদ — নুপী অদুন খোঙ্গ্রাই চন্দুন ফম্মী, নুপা অদুন নুপী অদুগী মতুংদ লেপ্লগ নুপী অদুগী লূখমলোমদ উচান শীংচেপ মৈরা অম পুশিল্লি ॥ নুপী অদুগী মমিদু মতম্বাক্ত তাহন্নবগীদমক্ত মৈরিদু হাইদোক হাইজিন তৌদুন শেম্মী ॥ মমিদুন মতম্বাক্ত তারবদ অখঙব অমাইব অমন ঈশিং চফূ অম নুপীদুগী মমাঙদ পুশিল্লি ॥ হৈরূক লৈরূক কৎলি ॥ চফূদুগী ঈশিংন নুপীদুগী মমিৎ মমায় তাথোকই ॥ অতোপ্পা কোকথোক চামথোকপগী থৌরম অমদন নুপী অদুন থা ৫/৭/৯ সুরকপ মতমদ ঈশিং অশেংব চফূ অমদ নুপী অদুগী

মমি তাহল্লি ।। চফ্দুদ লৈ অঙৌব পরেং অম হুকই ।। অখঙব অমাইব অমন অসুম্ন অকোক্লোন শোল্লি — "হা হুং, হা হৈ ।। তীনয়েৎলগনো লাইয়েৎলগনো ।। তাইরেল লোংন লৌন লাইজ খীকফেন চাইরবদ ।। তীনকোকএ লাইকোকএ ।। তীন্নমফদে লাইনমফদে ।। অনম্ব মীদ হনজিল্লো ।।" নুপী অদুন অঙাং উনবদ/পোকপদ অয়েৎপ থোক্তনবগীদমক্ত নুপা অদুন মখোঙ ফাক্তোক্তুন মমাঙ থোঙজীন্দ লেপ্লগ নুপী অদুন ইমুংলোমদগী মাংগোল্লোমদ লীৎথোকই ।। নুপাদুন নুপী অদুদ — কোকচরো হায় ।। হায়ফেৎ মান্নব থৌরোঙ অমদ — মতোন অনীদু পুনশিল্লগ শেংগম শান ফাক্তোক্তুন য়ুংব শীংনাং অনীগী মরক্ত নুপী অদুন শল শাদুনা লীৎথোকপগী চৎনবীসু লৈ ।। মথক্কী থৌরমশিং অসীদি লাইশোল তীনশোল অমসুং থাজনবীগ মরী লৈনব থৌরমশিংনি ।। মখোয়শিং অসী নত্তব থৌরোঙ অমদন নুপ অদুন মহাক্কী নুপীগী ফিনুং হকচাং অদু হৌজিক মতমগী দাক্তর অমন তৌবগুম কোকথোক শেংদোকপগী থবক তৌবসু য়াওই ।। মসীমক্তি মপানথোংগী ওইব কোকথোক চামথোকপনি অদুগ অহানবগীশিং অদুন নুংগী ওইব পুক্নীং ব্রাখলগী ওইব কোকথোক চামথোকপনি ।। মীরোল্লবী নুপী অমন থা ২/৩ সুরকপদ অখাব পোৎ, মনা-মশীং চানদে ।। অঙাং লাইয়ৈ চৎকনি হায়দুন কাংহু চাব থিংই ।।

নুপী অদুন কুম-থা সুরক্লবদি হায়বদি অঙাং পোক্লকপ য়াবগী মতম য়ৌরক্লবদি মহাকপু মপাম্ন (মপা ময়ুম্ন) চাক্কৌই ।। মহাক্ত চানীংব য়েনশাং খল্লগ পীজনৈ ।। অদুবু শরেং থোংব অমগ অথোংববু ওইরবসু ঈরোম্ববু ওইরবসু লফুগী য়েনশাং মথেল অমদি য়াওদব য়াদে হায়বগী চৎনবী লৈবগুম তৌই ।। লফু চাব অসীন অঙাং পোকপদ খোঙলৌ পল্লৌদব, নাউরোল চাউব/লাওব শামু চাবোক অমসুং শামু চাজেনগী থাজনবী লৈবগুম তৌই ।। অঙাং পোকপ অসী ইমুংগী তোঙানব মফম নত্তগ কা অমদ পোকহন্নৈ ।। নুপা অদুন চাবোকপী নাউশুবী মাইবী কৌবগী চৎনবী লৈ ।। অঙাং অদু পোকপদ য়ামদ্রবদ চাবোকপী নাউশুবী মাইবী ১, মায়োক্লবী ১ অমসুং খোম্নৌবী খোমইনবী ১ চঙই ।। নুপী অদুন খুকউ খুদক শনশান লৈরগ অঙাং পোকনৈ ।। অঙাং পোকপ মতমদ নুপা নত্তগ ময়ুম পান্দ্রিবী নুপী লৈশাবী চঙনদে ।। অঙাং পোকলমদাইদ ইমুং

অদুগী থোঙ, থোঙনাউ, উপু, লুবাক, চেঙবোন, চেঙফু মখুম্নচিংবা পুম্নমক হাংদোক্লুন থমনৈ ।। অঙাং অদুন পলেম পীবুক্লুংদগী মালেমদ খোঙদারকপদ অথিংব অপনব লৈতনবগীদমক্তনি হায়বগী থাজনবী লৈ ।। অঙাং উনবদ করিগুম্ব চিংনব হায়বদি খোঙলৌ পল্লৌবা লৈরবদি নুপী অদুগী মপুরোয়ব অদুন খুকউ খুদক শনশান লৈরিব নুপী অদুবু মখোঙন কানথোকপিরগ 'কোকচরো, কোকচরো, কোকচরো' হায়ন মকোকলোমদগী নীংজোলফাওব অহুম্লক নানথবীরবদি খোঙলৌ পল্লৌব অদু কোকই হায়বগী থাজনবীসু লৈ ।। অসুম তৌব অসীগী অচৌব মরম অমখক্তি — নুপী অদুন ময়ুমদ লৈরিঙৈদ অতোপ্প নুপা অমগ খঙন চান্নবগী মরী লৈনবদগী — ইচা পোকপ ঙমদন শিগে — হায়বগুম্ব অপাম নুংশিগী ৱাশক লৈরম্লবসু কোক্লবগীদমক্তনি — হায়ন থাজনৈ ।। পোকপদ চিংনরিব অদু তীনয়েৎ লাইয়েৎপদগীনি হায়ন খল্লবদি খোইজু লৈখাম মৈ থাদুন মৈখু খুহন্দুন মৈ ওকথোকপগী চৎনবী লৈ ।। অঙাং অদু ইকোম কোম্ন পোকউ য়াদ্রবদি অতোপ্প থৌৱোঙ অমদন — ১) কুরাউ মনা ২) উহল মনা ৩) কোক্কন মনা ৪) লালুকোক মনা — মনা মরী অসী ঈশিং চাইশেল অমদ লূপ্নগ — উহল নঙন হল্লো, লালুকোক নঙন কোক্লো, কোক্কন নঙন কল্লো, কুরাউ নঙন লাওরো — হায়ন শোল্লগ নুপী অদুদ খীক্তোক চাইথোকপিরবদি অয়েৎপ অথিংব অদু কোকই, অঙাংদু ইকোম কোম্ন পোকই হায়বগী থাজনবীসু লৈ ।। খোইরী লেল্লমদাইদ নাউফমদ খুবাক্ল তপ্ন পোপ পোপ থারগ অসুম্ন থৱায়মি কৌশিনগনি — "হে থৱায় মঙামক, মিগ থারগ তরুকমক ! পুন্সি নুংশাংব পীনবিয়ু ।। কুক - কুক - কুক, কোন - কোন - কোন কোনশিল্লে ।।" খোয়রী লেল্লমদাইদ অঙাং অদু মাইবীন ইরুজবীগনি ।। অঙাংগী খোয়রী অদু ৱাকথৌন অঙাংলোমদ খুৎবাক অমরোমগী অশাংব (ইঞ্চি ৪ রোম) খাক্লগ, অঙাং অদু নুপা ওইরগ শীঙজঙখোক্ত অদুগ নুপী ওইরগ ফিশা উতোংদ শদন থারগ ককপগী চৎনবী লৈরম্মী ।। অসুম্ন তৌনরম্লিব অসীগী মরমদি নুপা ওইরগ মথৌন লৈব অদুগ নুপী ওইরগ ফিশা লোনশাদ হৈ-শিংব ওইগনি হায়বগী থাজনবী লৈনরম্বদগীনি ।। লংজা ৭ ফাইরগ তাশিন্দুন খোয়রী পুনগনি ।। অঙাংগী মপান অঙাং অদু নুপা ওইরগ য়েৎ থংব অদুগ নুপী ওইরগন ওয়থংব মনাকোংদ — "হয়ি-হয়া-হয়ুম" — হায়ব অতিংকোক মরু

শিদবগী অতেনব মিংখৈরোল অসী শোন্দুন পীবীগনি ।। নাউফম অদুদি চফ্ মচা অহনব অমগী মনুংদ লারোল অহুম থাদুন হাপচিল্লি ।। চফ্ অদু অঙাং মপান, নুপা পোকপগী ওইরবদি খা থংব, উরেপ উহৌগী নোংপোকথংব হুমদাং অনীগী কারক, য়েনখা ফক্লাং ময়াদ অদুগ নুপী পোকপগী ওইরগন অৱাংগী য়েনখা, নিংঙোল কা হুমদাং অনীগী কারক্কী ফক্লাং ময়াদ খূদূপ/খুবোম অমরোম লুন তৌরগ শেল ময়েক অম থাদরগ ফুমগনি ।। (কৌদ্রক্কী চৎনবী মতুংইন্নদি অঙাংদু নুপা ওইরগ মমাঙথোঙগী য়েক্ত অদুগ নুপী ওইরগন ওয়দ মাংগোল্লোমদ ফুমনৈ ।।) নাউফম হেক ফুমখিবগ মমান অঙাং অদু খোম ইনবীগনি ।। খোম থোক্তবসু চুপ্পদ ওইরবসু চুপহনগনি ।। মতুং তারকপ অদুদি খোমনৌবীন খোম ইনবীব য়ারে ।। নাউফম ফুম্ব মতমদ অঙাংদু পুন্সি নুংশাংব ওইরসনু হায়ন খনগনি ।। থবক অসী অঙাং মপান পাঙথোক্কদবনি ।। অদুবু হৌজিক্তি মাইবীন অয়াম্ব তৌনরে ।। (চকপ অন্দ্রোশিংগী ওইনসু পোকপদ ঙায়রিব অঙাং অদুবু অহানবদ মমাগী খোল্লাং চীন্দমহল্লগ মতুংদ খোম্নৌবীন খোল্লাং পীথকই ।।) খোম হেক ইনবীবগ লাইন মমিং থোনখিবন হানখ্রবদি ফত্তে হায়দুন অঙাং অদুগী মমিং অম হেক্ত মাইবীন থোনজিনবী ।। খুদম ওইন – য়ুম্লাক থাংজম ওইরবদি নুপী ওইরগ থাংজবী, নুপা ওইরগ থাংজব অসুম্ন থোনজিনবী ।। অসুম্ন থোল্লিব মিং অসী কোন্ন অমুক হোংদোকপ য়াই ।। (হেক পোকপগ মিং থোনবগী চৎনবী অসী মরিংশিংগীসু লৈ ।। অহানব পোকপ অঙাংদু নুপা ওইরবদি মোব, অনিশুবন কোব, অহুমশুবন মেব, মরিশুবন উংব, মঙাশুবন খম্ব হায়ন থোম্নে ।। নুপী ওইরগন ত্তেবী, তোবী, তুংবী, শংকোবী, খম্বী হায়ন থোনবগী চৎনবী লৈ ।। মদু কোন্ন অমুক ওহ্লোকপ য়াই ।।) অঙাং অদু হেক পোক্লকপগ কপত্রবদি ফুংগাগী য়োৎশবী অদু মনাক্ত পুশিল্লগ লোংন থল্লগ য়োৎতেক অমন খীংলবদি মদুগী মখোল তারগ অঙাং অদু কপ্পকই হায়বগী থাজনবী লৈ ।। চাবোকপী নুপী অদু মাগীদমক শেমদুন তোপ্প থারিব চরূগী মোম্পাক অমদ মখ্বাঙ মৈ য়াইহন্দুন হীপহল্লি ।। থৌরোঙ অসীবু মৈনীং কুনব/কুম্ব হায়ন কৌই ।। ঈপাল/য়ুপাল থাদ্রিফাওব নুপী অদু চাক তোপ্প থোংদুন পীজে ।। চাব মতমদসু চাক্তু মীতে থুম তোৎলগ মীতে ঙামু লৈরৌ অকংবগ চায় ।। য়েনশাং পীজনদে ।। মসীগী মরমদি পূক নুংশিৎ

কাব অমসুং খোঙ তোয়ন অমসুং মহী ওইন হায়দনবনি ।। ঈপাল থাব নুমিত্তদি য়েনশাং য়েন্দেম থোংব খজিক্তং ওইরবসু চাহনবগী চৎনবী লৈ ।। নুমিৎ অসীদগী য়েনশাং চাবা য়ারে ।।

**ঈপাল থাবা ঃ** অঙাং পোকপ নুমিত্তগী থীরগ তরাক্লি শুব নুমিত্ত ঈপাল থাবগী থৌরম পাঙথোকই ।। থৌরম অসীবু য়ুপাল থাব হায়নসু কৌনরম্মী ।। (মীতৈ অরিবনি হায়ন খঙনরিব চকপ, কৌক্রুক, অন্দ্রোশিংগী ওইন অঙাংদু নুপা ওইরগ নুমিৎ মঙানিদ অদুগ নুপী ওইরগ নুমিৎ তরুক্লিদ ঈপাল থাবগী চৎনবী লৈ ।।) ঈপালগী অয়ুক্ত অঙাং অদুবু মাইবীন অদুগ মমাবুন মহাক্কী মমান নত্তগ মহুৎ মরেং শিনঙম্বী অমন ঈরুজথোকপিগনি ।। মাইবী নত্তগ অমাইপিবা অমন মমা মচা অনী অদুত নত্তন য়ুম অদুসু তাইরেল পুংফাইন লাইজ খীকফেন চাইদুন শেংতোকপিগনি ।। চফূ কায়নব শাগৈগী ইমুংশিংসু ঈপালগী  অয়ুক্ত য়ুম শেংদোকপিবন হেন্ন ফব ওইগনি ।। মরমদি ঈপাল থৌরমদ ঈরাৎফূ লাৎপ য়াওগদবনি ।। ১০নিদ য়ুমশেংনরিব অসীদি ১১নিদ লান্ন-থৌরম পাঙথোকপদগী ওইখিবনি ।। ১০নি নত্তবদি য়ুমশেংব য়াদে হায়ব লৈতে ।। মসীগী খূদমদি মৈ চঙলব অঙাং শিবগী ৭নি লান্ন-থৌরমগীদমক ৬নিদ য়ুমশেংনরি ।। (কৌদ্রুকশিংগী ওইনদি য়ুমদ নত্তন ইংখোল শংবল য়াওন তাইরেল মশান ঈশিং খীক্তুন শেংদোকই ।।) ঈপাল নুমিৎ অসীগী অয়ুক নুমিৎ ফক্লাং তারমদাইদ খা থংব মাংগোল উখোকতেনগী হেক অৱাংথংব নাকল মাংগোল মচীন্দ নত্তগ মাংগোল মমাঙথোঙ মনাক্ত ফৌ থুম্মোক অচোনব ১ (ঙন্নবদি ফৌ শঙবায় অচোনব ১), মদুগী মথক্ত পয়ান লেংব ঙা অকংব (মকুপানব-ঙাখা, ঙাহৌ, ফাবৌঙাগুম্ব) পরেং অচূম্ব ১, মীতৈ থুম কাগুপ ১, শিং কাগুপ ১ – পোৎলমশিং অসী হাপ্তুন কোরৌহনব নুমিত্ত কৎকনি ।। অসীদসু নত্তন, ফুঙ্গা লাইরু মনাক্ত য়াংকোক অমদ ১) চেঙ, ২) য়েনদেম, ৩) মীতৈ থুম, ৪) মোরোক, ৫) হৈবী মনা, ৬) মীতৈ ঙমু লৈরৌ অকংব - পোৎলমশিং অসী হাপ্তুন অচা অথক্কী লাইরেম্বী ইমোইনু অহোঙ অচাউবীদ কৎলি ।। পোৎলমশিং অসীন তরা চাক, শংলৌ য়েনশাং থোংলগ ইমোইনু অহোঙবী, তরা চাক্লীং খাক্ল চাকশৌবী, শংলৌ এম্নিংখাক্ল এনশৌবী, অচি

তত্তবী, অরায় কংদবীদ কৎলগ মাইবীন য়াংকোক্ত অঙাং অদুগ লোয়ন কৎলগ অঙাং অদু তরা চাউমগনি — হায়ন পন্দিত মাধব অমসুং খেলচন্দ্রন মখোয়গী 'খুনুং লীচৎ শাজৎ' কৌব লাইরিক্ত হায় ।। অদুবু অয়াম্বগী চৎনবী ওইনদি পোৎলমশিং অদু হিংন শিংজুগী মরোঙদ তোৎশিন্নরগ অঙাং অদুদ ইনবীবগী মরোঙ তৌই ।। থৌরোঙ অসী চৎনবী ওইন লৈরক্লি ।। শিংজুগুম্ন তোৎশিন্নরব পোৎলমশিং অদু লা মচেৎ তরুক্ত হাপই ।। মাইবীন লা মচেৎ তরুক্তগী শিংজুদু খজীক খজীক লৌরগ অঙাং অদুদ ইনবগী মরোঙদ — মম-মম-মম — হায়, ঈশিং অদু পীথকপগী মরোঙদ — কুক-কুক-কুক — হায় ।। তরুক্লক সুবগী অরোইব ওইন ইনবীব অদুদদি — হে থবায় মঙামক, মিগ থারগ তরুকমক ! পুন্সি নুংশাং চাক্লি, চারো চারো — হায়ন ইনবিবগী মরোঙ তৌই ।। (অন্দ্রোগীসু চাক ঈশিং ইনবিবগী থৌরম অসী য়ুম শেংদোক্লব মতুংদ পাঙথোকই ।।) থৌরম অসীগী শরুক অম ওইন অঙাং মমাগী মনাক্ত লৈরিব য়োৎশবী অদুগী মখাদ মৈ হৌই ।। মাইবীন নাকল অমদ অদুগ অঙাং মমান নাকল অমদ ফম্মী ।। মাইবীন অঙাংদু য়াংকোক্ত হাপ্লগ য়োৎশবী মপাদ ব্রাংখৎন পায়রগ — নচা লৌগেরা, য়াংকোক লৌগেরা — হায়ন য়াংকোক্তু কোয়হাই হাই ।। মমা অদুন — য়াংকোক লৌরোই, ইচা লৌগে —হায়ন খুম্মী ।। অসুম্ন অহুম্লক তৌরব মতুংদ মাইবীদুন অমুক — নচা পান্নো, লুপা পান্নো ? নচা পান্নো, সনা পান্নো ? — হায়ন অমুক হংই ।। মমাদুন লুপাসু পামদে, সনাসু পামদে, ইচা পামই — হায়ন খুম্মী ।। মাইবীদুদ মমাদুন শেল ময়েক অম পী অদুগ মাইবী অদুদগী মচাদু লৌশিল্লি ।। মচাদু মতম্বাক্ত পম্লগ চেজেৎ কোনশিল্লি ।। মৈনীং কুম্বদ শীজিন্নরম্ব চরুগী মোমপাক্তু নুমিৎ অদুদ থোঙ্গাল ব্রাংমদ হুন্তোকখি ।। মাগী চাক থোংবদ শীজিন্নব চফূ উয়ান অদু লৈবাক্কী ওইরবদি থুগাইখিগনি অদুগ কোন ওইরবদি শেংন ফেঙতোক্কনি ।। (মতাং অসিদ নীংশিংব য়াব ব্রাফম অমদি —অংগামীশিংগী ওইন চাবোকপী নুপী অদু ইমুং অদুদ তোপ্প লৈহল্লি ।। অতৈ মীওইশিংগ শম্ন খোৎনব, তোৎন তিন্নব য়াদে ।। অসুম্ন নুমিৎ মঙানি থমনৈ ।। নুমিৎ মঙানি অসীগী মতুংদ নুপীদুন শীজিন্নরম্ব ফি পুম্নমক সুদোক চামথোকই ।। মহাক্ত তোপ্প লৈরিঙৈদ শীজিন্নরম্ব চফূ উয়ান অদু হুন্দোকখি ।। অদুদগীদি মহাক খুঞ্জশিংগ তোৎন তিন্নব য়ারে ।। খুঞ্জাশিংন মাগীদমক্ত চান থক্লব পোৎলম কয়া পীনৈ ।।)

তরুক্নি ঈপাল থৌরমগী মখা চৎথরকপ ওইন চাবোকপী নুপী অদুগী মপামলোমদগী মমা য়াওন নুপী কয়ান নুংথিল নুমিৎ নেমথরক্লব মতমদ পোৎলম কয়া পুদুন লাকই ।। পোৎলমশিং অদুদি – ১) চফ্ অমদ হাপ্ল মীতৈ ঙমু অহিংব (ঙা মশীং অদু চঙ থোকপ মশীং হায়বদি ৩/৫/৭ ওইগনি অদুবু মশীং ১০ ওইরবসু য়াই, ১০ য়ৌরবদি ২/২ লাম্বা ওইন থীগনি হায়বগী চৎনবীসু লৈ), ২) চেঙ কোনপাক ১, ৩) লুকমায় অমদ হাপ্ল মীতৈ থুম মপাক ৩/৫/৭ ।। পোৎলম অহুম অসী পুরিবী নুপীশিং অদু মথং মনাউ নাইন মাঙদ চৎকনি ।। অহুম অসীগী মতুংদ ৪) লুকমায় অমদ য়েনশাং মনা-মশীং অথেনপোৎ ১, ৫) লুকমায় অমদ অঙাং অদুগী মোনপাক মোনদুম, মফি মরোল, ৬) লুকমায় অমদ অঙাংগী লীক-কোন, খোঙগী, খুজী, খুজুপ, ৭) অঙাং মমাগী শেৎনব ফনেক ১, ইন্নফি ১ পুব লুকমায় ১, ৮) অথুম অহাউ, ক্না-হৈ, কবোক হৈবোক্পী লুকমাই – পুম্নমক অসী পরেং শান পুদুন লাক্কনি ।।

নুমিৎ অসিদ নুমিদাংগী থৌরম ওইন অঙাং অদু পুন্সি নুংশাংব য়াইফব ওইনবগীদমক্ত ঈরাৎ থৌরম অম অখঙব অমাইপিবা অমন ইমুংদ পাঙথোকই ।। অঙাং অদুগী মমাগ পোকমিন্নব মাম্মন সুমাঙদ থোক্তুন মায়কৈ মরি হায়বদি – নোংলম (মোইরাং লাইজি), মিৎলম (চীংখৈ), মৈরম অমদি নুংশিৎলম (কৌব্রু লাইজি) মরিমক অসীদ তেনজৈ অমমম কাপথোকই ।। তেন কাপ্ল মতমদ অসুম্ন শোনগনি – "অঙাং নাউবা অসীগী য়েক্লব, শরোয় ঙারোয়, তীনমু ফত্তব, লাইমু ফত্তব, লাইনা তীন্না পুম্নমক তীন্দাপ্লবনে, লাই তাপ্লবনে, তীপ্লৈরগনো, লাইরৈগনো ।।" – হায়ন শোনগনি ।। নোংলম চিথেক কাপ্লদ – "নোংলম ঙাকপ লাই থাংজীংগী খুৎশু লীরুং তেন্দগী তেনকাপ্লবনে" হায়গনি ।। মীৎলমলোমদ কাপ্লদ –"মীৎলম ঙাকপ লাই মারজীংগী খুৎশু লীরুং তেন্দগী তেনকাপ্লবনে ।।" মৈরমলোমদ কাপ্লদ – "মৈরম ঙাকপ লাই ৱাংবরেলগী খুৎশু লীরুং তেন্দগী তেনকাপ্লবনে ।।" নুংশিৎলমলোমদ কাপ্লদন – "নুংশিৎলম ঙাকপ লাই কৌব্রুগী খুৎশু লীরুং তেন্দগী তেনকাপ্লবনে ।।"– হায়গনি ।। মঙাশুব তেনজৈ অদুদি নোংথক অমসুং লৈখা অনীমক্ত তেন্দম্লগ কাপ্লদি কাপথোক্তে ।। তেন অদু হনজিল্লি ।। তেনজৈ অসীদি নোংদোল ঙাকপ

লাই সোরারেল অমসুং লৈখা ঙাকপ লাই থোঙারেলগী ওইব তেনজৈনি ॥ তেনজৈ অসী চহী ৩ সুদ্রিফাওবা থমগনি ॥ লীরুং তেন অদু ইমুংগী থোঙজিল ময়াদা নত্তুগ অঙাং অদুগী তুম্ফম ফম্মুং মনাক্ত, লুখুমগী ফক্লাংদ থেত্তুন থমগনি ॥ থৌরোঙ অসীমক্তি মায়কৈ তরা হায়বদি খা, ব্বাং, নোংপোক, নোংচুপ, চুথেক মরি, নোংথক অমসুং লৈখা মায়কৈ তরা অসীদ লৈরিব লাই ফত্তব তীনমু লাইমু, শরোয় ঙারোয়, লাইনা তীন্না অমসুং অঙাং অদুগী ফত্তব মাঙনব তৌরক্কদব য়েক্লবশিংবু ঙাকথোকপগী মরোঙনি ॥ অঙাং অদু তীনওক লাইওকপগী লাইনান নারবদি তেনজৈ অদু ঈশিংদ লূপ্লগ অঙাং অদুদ পীথক্লবদি অনাবদু ফৈ হায়বগী থাজনবী লৈ ॥ অদুন পীথক্লে ॥ তেঞ্জৈ মরি অদু য়ুমগী চিথেক মরিদ লেপ্লগ কাপ্লবসু অফব ওইগনি ॥ ঈপাল থাবগী মতাংদ অরিব লাইরিক 'থালোয় নোংখায়লোন' দ অসুম্ন ইরি – "নুমিৎ শীংবুম তরূক্লি সুবদ কাসা নোংথৌ সোরারেলদ কোরি থরাউচিয়ে ॥ ফৌদাং, ঙাতাই পরেং চুম্ন হাপএ ॥ য়াংকোক খপতাইনন পোৎলোই মশীং সুনা তাইখমএ ॥" নুমিদাং ঈরাৎ থৌরম তৌবগী মতাংদ পন্দিত মায়চৌ থোংঙাম মাধব অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রন মখোয়গী 'খুনুং লীচৎ শাজৎ' কৌব লাইরিক্ত অসুম্ন হায়রি – "নুমিদাংদ লাইপক খেল্লাই য়েকপা ঈরাৎলে ॥ খোইমোম লাইরৈপাক্তা, কোরৌ তাচিন লৈদা, নুংনাং কাউখংকোন্দ, চীংঙু নোংথৌরেন্দা, কোরৌ নোংদোল সরারেল, খাকপা নিংথৌ তেলহৈবা, ব্বাংবা নিংথৌ পানজুম্বা, চীংঙু নোংথৌরেল, নমু ফমফম লমশীনব, শরূক লৌতম হনবা, লাইপক খেল্লাই ইবা, কোরৌ নোংথোই ফম্বা ... ... ... চীংঙু থাবা নোংনিংথৌ, ... ... ... চীংঙু নোংপাখং অতেংবা নঙবু অসি কোরৌ নুমিৎ অসীদা নসুবু লাইপক খেল্লাই ইবদা য়াইফ মখোই তোংবীরম-ও ॥ চীংঙু কুর্বিহৈবা, খোইয়ুম নোংদম হৈবা নঙবু পুনেমজরিয়ে ॥" – হায়ন শোন্দুন ঈরাৎ থৌরম তৌবগী ব্বাফম য়াওরি ॥ (চকপ, ফয়েং, অন্দ্রোশিংগী ওইনদি নুমিদাংগী থৌরম অসী য়ুপাল/ঈপাল থাগদব নোংম ব্বাৎলিঙৈগী নুমিদাংদ অঙাং অদুগী পুন্সি নুংশাংনবগীদমক্ত ঈশাইফু, ফি-রোল, হৈ-লৈ, খোইরু থাওমৈ য়াওন কৎলগ থৌনিনৈ ॥) ঈপালগী ঈরাৎ থৌরমদ চীংঙু খোইয়ুম নোংদম্ব অমসুং পীতাই খোমদাইবী (পীথ্রাই খোংদ্রাইবী) লাইরেম্বী অনীবু

মিংখৈরোল লাইশোল শোন্দুন ঈরাৎকনি ।। ঈপাল থাব নুমিত্ত ঈরাৎফু অমসুং ফম্বাল লাৎপ লোইরগ (ঈরাৎফু অমসুং ফম্বাল লাৎপগী পন্দুপ য়েংবীয়ু) অঙাং অদু নাহাই তাইরেল পুংফাইন লাইজ খীকলেন চাইদুন শেংদোক্লব মতুংদ লংহিং অমুব লংজা তরেৎন থাংজিং তারগ মপাম্বোম খূজেংদ কিশিনবিগনি ।। নুপাগীন য়েত্ত, নুপীগীন ওয়দ কিবিগনি ।। লংশুং অদুদ 'হয়ি-হয়া-হয়ুম' হায়ব মিংখৈরোল অসী শোনগনি ।। য়ুমশেংব নুমিৎকী য়ুম শেংলব মতুংদ অঙাং অদুগী ঙকশমদ লংসুং অমুব অম শিবীবগী চৎনবীসু লৈ ।। লংসুং অদুদ 'হয়ি-হয়া-হয়ুম' হায়ন শোনবীগনি ।। মসীমক্তি অঙাং অদুবু ফত্তব তীনমু লাইমুদগী ঙাকথোক্লবনি হায়বগী থাজনবী লৈবদগী তৌনবনি ।। (চকপ, ফয়েংগী ওইনদি নুপা পোক্লগ নুমিৎ মঙানিদ য়ুমসু শেংই, য়ুপালসু থাই ।। নুপী ওইরগন তরাক্লিদ য়ুম শেংই, য়ুপালসু থাই ।।) অঙাং অদুগী লাইবক ময়ায়দ অঙাং মপাগী মখূৎ য়েৎকী খূৎনিংথৌন লাইয়িংথৌ সনামহীগী শক্তম ওইব কোইরপ কোয়ব পাক্লে নমশা নম্বীগনি ।। নমশাগী লৈবাক্তি নোংদোল লাইরৈপাক্লি হায়ন থাজনরিব কৌব্রু লাইফমদগী নত্তগ কংলৈ সুমাং মথৌবুঙগী ময়ায় সুমতোংপলদগী লৌগনি ।। নমশা নমলমদাইদ য়েৎকী খূৎনিংথৌ মতোন্দ 'হয়ি-হয়া-হয়ুম' হায়ন শোনগনি ।। অঙাংগী মখুত্ত সনা লুপা পায়হনগনি ।। অহানব ওইন মাগী মমাগ পোকমিন্নব মাম্মন 'পুন্সি নুংশাংব, য়াইফ-নুংঙাইব, মীথোই-মীহেনব ওইরো' — হায়ন তরেৎ শেনকৎ পীদুন য়াইফথৌজাল পীবীগনি ।। মথংদ মপা, মরী-মতাশিংন তরেৎ শেনকৎ পীদুন য়াইফ থৌজাল পীবিগনি ।।

নিংথৌগী লৈমন মচা পোকপগী থৌরমদি য়াম্ন পাকচাউই অমসুং কুপথৈ ।। 'লোয়য়ুম্বা সিনয়েল' অমসুং 'মসিল' কৌব অরিব লাইরিক অনী অসীদ অদুগ 'লোয়ন সিল্লোন' কৌব লাইরিক্ত মতাং অসী য়াম্ন কুপ্ন ইদুন য়াওরি ।। 'লোয়য়ুম্বা সিনয়েল'দ অসুম্ন ইরি — " নিংথৌনা মচা পোকপদা লুখ্রানা তৌফদে ।। পোক্লগা মাইপীনা খোয় লেল্লে ।। খুলথৌপমনা নাউফম ফুমপতা য়োৎ মখোক পানপা অমা, থাঙ মখোক পানপা অমা খুকলুখাঙ ফিপোঙ অমা, কোনয়াইপু অমা, অসী য়াওই ।। অশাংপমনা খোঙ হামএ ।।

মায় তাইয়ে ।। অরামপমনা য়িরুয়ে ।। য়ুপানথাপাতা লফোই লাফাং চঙথোকপা অনী, হৈ মনম নাইপা অনী, চু হৈ অথুম অহাউ, পানা ক্বা, লৈশং অসী য়াওনা অথেনপোৎ অমা, ফৌদাং শঙপাই অম, খোময়িনপিতসু অথেনপোৎ অমা, ফনেক, ইন্নফি, শেল লীশীং মঙা য়োমই" ।। মচানুপা পোকপদ কোরীন শাব চীন্ন কামদুন খোংব থরাউচী খোংদুন সরারেলদ পাউ তাক্কনি ।।

য়েংগদব ঃ[ঈরাৎফূ লাৎপ লোইরব মতুংদ অঙাং পুথোক্কনি ।। তাইরেল পুংফাইন নাহাইরোল শোন্দুন অঙাংদু শেংদোকপিগনি ।। পাক্লে নমশা থিনবীগনি ।। লংহিং লংজা তরেৎকী লংশুং মখুদাংদ শিবিগনি ।। য়াইফ থৌজাল তরেৎ শেলকৎ থাধগনি ।। তেন কাপকনি ।। অঙাং পুশিনখিগনি ।। ফম্বাল থৌরম হৌগনি ।। পুন্নমক অসী মথং মথং চৎথগনি ।।]

অঙাং মমা অদু য়ামদ্রবদ নুমিৎ নীফুনিদি চাকখুম চঙহন্দে ।। ইমুংগী চাক থোংহনদে ।। থা অনী ফাওব মপুরোইবগ ফমদিন্নব য়াদবগী চৎনবী লৈবগী ব্রাফমসু লৈ ।।

পোকপ নুমিত্তগী থীরগ তরানিসুব নুমিত্ত তাইরেল পুংফাইন ঈশিং ষীক্তোক্তুন অখঙব অমাই পিবা অমন য়ুম শেংবগী থৌরম পাঙথোকনৈ ।। অদুবু য়ুমশেংবগী থৌরম অসী তরূক্লি ঈপাল থাবগী অয়ুক্ত পাঙথোকহন্নিংই।। লাইশোল য়াওদবগী ব্রাফমতনি তরু তনান্নবগীদমক শেংদোকপগী থবক্তি তৌরবনি ।। য়ুমশেংব হায়ব অসী তরানিদ তৌদব য়াদে হায়বগী ব্রাফম লৈতে।। খুদম ওইন, মৈ চঙলব অঙাং অম শিবগী লান্ন-থৌরম অদু নুমিৎ তরেৎনিদ পাঙথোক্লবগীদমক নোংম ব্রাৎলিঙৈ তরূকনিদ য়ুমশেংবগী ব্রাফম মথক্ত পনজখ্রে ।। য়ুমশেংব নুমিত্ত অঙাং পোক্লিব ইমুং অদুত নত্তন শাগৈ অদুগী চফূ কায়নব ইমুং খুদীংমক অমাইপিবা য়াওদ্রবসু য়ুম শেংদোক্লে ।। সষ্ঠী য়াওদব ঈশিং অচম্বন ইমুং ব্রাই ফজন তৈথোক্কনি ।। লৈবাক্ল শাব চফূ উয়ান ওইরবদি থুগাইনৈ অদুগ কোনগী ওইরবদি শেংন ফেঙদোক্লে ।।

মীতৈ নিংথৌগী লৈমন মচা পোকপগী য়ুমশেংবগী মতাংদ 'লোয়ুম্বা শিনয়েন' কৌব অরিব লাইরিক অদুদ অসুম্ন ইরি — "য়ুমশেংবদি পাচানা ফি

সুই, পাচাকা মাইপাকা অনিমানা তাইরেল হাইথোকএ ॥ মাপেল য়োকচপীনা অঙাং পমএ ॥ ফনেক ইননফি হোংএ ॥” ব্বারোল অসীমক ‘লোয়ন সিনল্লোন’ দসু চপ মান্নন হায় ॥ (ঈরাৎফূ অমসুং ফম্বাল লাৎপগী মতাংদি ৫ অমসুং ৬ সুব পন্দুপ য়েংবীয়ু) ॥০॥



# ২

## ১ঃ চউম্বগী ঈরাৎ থৌরম

চউম্ব হায়বসী অঙাং অমবু চাক ইনবীব/উমহনবগী থৌরম অমনি ।। থা অহুম শুরবদি অঙাং অদু চউম্বীব য়ারে ।। থা অহুম সুরগ চউম্বীবগী থৌরম অসী চকপসেকমাইদসু চৎনৈ ।। চউম্বগী মতাংদ 'থালোয় নোংখায়লোন' কৌব অরিব লাইরিক অদুদ অসুম্ন হায়রি – "লোইদাম থাবুম অহুম সুরবদ নাউব্রা অঙাংদু খ্বাঙশেৎ নমখাঙ অহনব পোৎলোই মশীং সুন শেৎপিগনি ।। খোইয়ুম লাইমিং লাইহুই শোন্ন অথেল পোৎলম কৎ, সম্থোঙ পুঙমায় লেপ্প লাইয়িংথৌদ নাউব্রা অঙাংদুগী পুন্সি চেঙজেল নিন থৌনিগনি ।। ফূ অহনবদ ফূ হৌগনি ।। লেমলৈ ঙারম তরেৎ, য়ারৌ শারম তরেৎ, য়েল্লাং য়েল্লম তরেৎ ফূৎন ফূ হৌব লোইরগ অপোকপদ তরা লুকলেন শেম্ন নাউব্রা অঙাংগী পুন্সি চেঙজেল নিগনি ।। ফুংগা লাইরুদ হৈরাঙ পুঙমায় শেম, লৈরাং লৈহুন তম্ন ইমোইনু অহোঙ অচাউবীদ থৌনিগনি ।। থৌনি খাজঙ লোইরগ মাঙ্গোল খেঞ্জোংলাংদ ফম্ন মমান মচাবু মতম্বাক্ত পমগনি ।। পন্থৌ মপাগী মখূৎমক্ত তরা চদুম পায়ন অমাইবন খোইয়ুম লাইমিং শোন্ন থব্রায় মিরেল কৌগনি ।। থব্রায় মশক খঙন পন্থৌ মপান চখোম লুরোই মঙা ইনবিগনি ।।" থা অহুম সুরগ চউম্বগী ব্রাফম অসী 'লোয়য়ুম্বা শিনয়েল' কৌব অরিব লাইরিক অমসুং 'লোয়ন শিল্লোন' দসু য়াওই ।। অঙাং চাক ইনবীদ্রিবৈদ লা লাকোয় অমদ চাক এন্সাং হাপ্লগ য়ুমগী ফূঙ্গা অপোকপদ কত্তুন অঙাংগী পুন্সি চেঙজেল নিগনি ।। কৎফমদি ফূঙ্গা লাইরুগী হেক খাথংবদনি ।। কনাগুম্বন অব্রাংদনি হায়নবসু য়াওই ।। চাক চখোম মঙা ইনবিবগী মতাংদ 'পোনবী লাং' কৌব অরিব লাইরিক অদুদ অসুম্ন হায়রি – "অহানব চখোমদি তেংবানব মপু খঙন চাক্লি, অনিশুব চখোমদি

ইমা লৈমরেল খঙন চাক্লি, অহুমশুব চখোমদি থবায় মঙা ফান চাক্লি, মরিশুব চখোমদি পলেম পষ্ৌ খঙন চাক্লি, মঙাশুব চখোমদি তাইবং লৌশিং মৈরা চাক্লি ॥" — হায়ন ইনবীগনি ॥ অঙাং অমবু চউম্বগী তরা চাকইনবদ শোল্লিব লাইশোল অসীন তাক্লিবদি – ঐখোয় তাইবং মীওইবন চারি থক্লিব অসী হিংনবগী ঙাক্ত নত্তে; তেংবানব মপু, ইমা লৈমরেল শিদবী, ইপা ইমা মশক খঙনব অমসুং লৌশিং মঙাল লৈনবগীদমক্তসুনি হায়বসিনি ॥ মম-মম-মম – হায়ন তরা চাক ইনবীগনি ॥ কুক-কুক-কুক – হায়ন লাইজ ঈশিং পীথক্কনি ॥ চউম্বদ অঙাংগী মপান চাক ইনবীবগী ৱাফম মথক্ত পনজখ্রে ॥ মতাং অসীদ ঐখোয়ন পনব য়াবদি – তাংখুলশিংগী ওইনদি অঙাং অম হেক পোকপগ চাক শায়রগ ইনবী ॥ অহানব ওইন চাক অদু মপান শায়বী ॥ থৌৱোঙ অসী মখোয়গী অরিব চৎনবীনি ॥ মীতৈশিংগী ওইনসু পীক্লিব অঙাং অমদ চাক পীজবদ ঙমু লৈরৌ অকঙব অমসুং চাক শায়দুন ইনবীবগী চৎনবী লৈরকই ॥ চউম্বদ থোংগদৌরিব চেঙ, ঙা, মনামশীংশিং অদু থোঙদ্রিবৈদ লাইয়িংথৌ সনামহীদ কৎকনি ॥ ইমোইনু অহোঙবীদ হৈরুক লৈরুক কত্তুন য়াইফ থৌজাল নিগনি ॥

নিংথৌগী মচা পোকপগী চউম্বগী মতাংদ 'লোয়য়ুম্ব সিনয়েল' কৌব অরিব লাইরিক অদুদ অসুম্ন ইরি – "থা অহুম সুপতা চরুমএ ॥ চরুমপাকী পোৎয়াওতি চেংমি, ঙাহৈ, ঙাশিং, ঙমু, ঙানোই, পেংপা, ঙাখা, ঙাচিং – ঙাশীং সুইএ ॥ চাকয়িলপতি শাতোকপমনা য়িলএ ॥ ... ... ... ৱাংগোলশঙতি কয়রুংপানা লৌয়ে ॥ চাপোকশঙতি মপেল য়োকচপিনা লৌয়ে ॥ চরুমনাইতি কৈন কৎএ ॥ ... ... ... নুপাতি চরুমপাতা মপু লৌরুংপাতা পোৎলোই সুনা কৎএ ॥ চরুমপাকী চেঙতি – চেঙমি, ফৌকাক, শঙশংপা, য়িরোইয়া, ফৌতোংপা, শগোল য়াংপা অসী ৱাকচীং কৈনা খাঙএ ॥"

*(য়েংবীগদব ঃ চউম্বদ ঈরাৎফূ অমসুং ফম্বাল লাৎপিগে হায়রবদি ঈরাৎফূ অমসুং ফম্বাল লাৎপগী পন্দুপশিং য়েংবীয়ু) ॥০॥*

# ২ঃ নাহুৎপগী ঈরাৎ থৌরম

অঙাং অম চহী অহুম সুরবদি মনা হুৎপগী থৌরম পাঙথোকপিব য়ারে॥ নাহুৎপগী থৌরম্মু অরিব চৎনরোলদ নাহুৎ নারেং তম্ব হায়নসু কৌই॥ নাহুৎ নারেং তম্বগী মতাংদ অরিব লাইরিক 'থালোয় নোংখায়লোন' দ অসুম্ন ইরি — "লাংহৈ কুমশীং অহুম সুরবগা তানতে খূৎহৈবনা কৌবা লোকচীনকোনগী তুবু নাহুৎৱাবু কোংয়াঙ মপান য়ান্না অমাই মনাউয়োক্লা য়েনবা য়েনলুপ চুপশা মোইথেম নাইয়ে॥ অরাঙ পোৎতম পোৎলোই মশীং সুনা লাঙলোয়রবগা শিন্নাই নাইনিলোঙবা লংবু শীংদুম পুঙনা লেংনা থাঙজিঙ হৈখোয়ব শীংদুম্মু শমু খুত্তা সূনা নাহুৎ নারেং তম্বীয়ে॥"

(চকপ ফয়েংশিংগী ওইনদি অঙাং নাহুৎপগী থৌরম অসী খুঙ্গং লৈকাইগী ওইন পূন্ন পাঙথোক্লে॥ অঙাং চহী ৩দগী ৫ ফাওবগী মনুংদ লৈব পুন্নমক মনা হুৎপ য়ারে॥ হায়রিব চহী অসীগী অঙাং পুন্নমক লাইশোল থৌরমগ লোয়নন মনা হুৎনবগীদমক্ত খুঙ্গং লৈকাই অদুগী অখণ্ডব মীশক অমন থৌরম অদু পাঙথোকপদ ফগদব নুমিৎ য়েংই॥ থৌরম অসীমক্তি পাঙথোক্লিংব য়ুম অমদ হেক্ত পাঙথোকপদি য়াদে॥ মনা হুৎকদব অঙাংশিং অদুগী মরক্ত খ্বাইদগী চহী অহল ওইব অঙাং নুপামচা অদুগী ময়ুমদ পাঙথোক্তব য়াদবগী চৎনবী লৈ॥ খ্বাইদগী অহল ওইব অঙাং অদুবু নাহল কৌই॥ মহাক্কী মপান থৌরম অদুগীদমক্ত ব্রাইয়ু খরূং অম থৌরাঙ তৌনৈ॥ অতোপ্প পোৎলম চৈরমশিং অদুদি মনা হুৎকদব অঙাংশিং অদুগী অহলশিং অদুন পুন্ন পুথোক্লে॥ অদুবু অঙাংদুগী মমা মপা ওইরিব খূদীংমক্ল মহাক মহাক্কী মচাগী ওইন (১) য়েরুম-১, (২) য়েতুম-১, অমসুং (৩) লৈবাক্কী কেগাম-১ — পোৎলম অহুম অসীদি থৌরাঙ তৌদব য়াদে॥ অহানবদ চহী অহল ওইবদগী হান্ন হৌদুন নুপামচাশিং অদু মনা হুৎপি অদুগী মথংদ নুপীমচাশিং অদু অমুক চহী অহল ওইবদগী হৌদুন মথং মথং মনা হুৎলি॥ থৌৱোঙ অসীগ থোইদোক্ল

খেন্নদব মরোওঙদ চকপ লৈরামদগী অঙাং নাহুৎপগী থৌরম পাঙথোক্লে ।।) নাহুৎ নারেং তম্ব হায়বা অসীমক্তি মখদম অসীদ লৈরিব চিংমী তম্মী মীওই কাঙলুপ পুম্নমক্কী অরিব চৎনবীনি ।।

নাহুৎ নারেং তম্বগী থৌরম অসী মীতৈ অমগী য়াম্ন মরুওইব পুন্সি তাংকক্কী থৌরম অমনি ।। মরমদি থৌরম অসীগ মীতৈ অমন শিবগী পোৎলোইবগী থৌরমগ থাদোক্নব য়াদ্রব নক্নব মরী লৈনৈ ।। চহী অহুম চঙলক্নব নত্ত্রগ সুরব অঙাং অম শিবগী থৌরমগ চহী অহুম চঙদ্রিব অঙাং অম শিবগী থৌরমগ — থৌরম অনী অসীগী মরক্ত য়াম্ন চাউন খেন্নব অম লৈ ।। চহী অহুম চঙদ্রিব অঙাং অম শিববু অপূম্বী শোইরেল ওইন লৌনৈ ।। খূৎশি অসীমক্তি মহৌশাগী নত্তব ফত্তব মীশিনি ।। মখোয়দি মৈগী পোলোইন পোৎলোইব য়াদে ।। লৈরোল চল্লি ।। অসীগুম্ব খূৎশি অসীগীদমক্তদি অমুক তেকশিল হঞ্জিন্দনবগীদমক্ত 'অপূম্বী নোইব' কৌব লাইগী থৌরম অম পাংথোক্লে ।। অদুবু চহী অহুম চঙলবদি মৈগী পোৎলোই পাঙথোকপ য়ারে ।। নুমিৎ তরক্লি শুবদ য়ুম শেংলগ নুমিৎ তরেৎনিদ লাম্ন-থৌরম পাঙথোকপ য়ারে ।। মহৌশাগী ওইব অফব মীশি ওইন লৌনরে ।। থৌরোং অসীন উৎলিবদি — মনা হুৎখ্রব অঙাং অদুদি অঙাং ওইজরবসু উরি তারিব খূদীংমক খঙজিনব ঙম্নক্লে, মশাগী পুক্লীং ৱাখলসু ফোঙদোকপ ঙম্নক্লে ।। মরোল থোক্লে ।। মীওইব অম ওইন অফ-ফত্ত, অচুম-অরাল খঙব হৌরক্লে হায়বনি ।। তশেংবমকসু চহী অহুম চঙলক্নব নত্ত্রগ সুরব অঙাং অদুদি লাইরিক লাইসু মহৈ মশিন তমহনগে খনব মপা মমাশিংনদি মহৈ মশিন তাকপি তম্বীব হৌব য়ারে ।। অঙাং ওইজরবসু তাইবং মীওইবগী মীৎয়েং, ৱাখল, পূক্লীং লৈব হৌরে হায়বনি ।।

নাহুৎ নারেংগী থৌরম অসী পূম্ন পাঙথোকপসু চৎনৈ ।। অদুবু অঙাং অমখক্কীদ ওইন তোপ্প পাঙথোকপসু য়াই ।। পূম্নবু ওইরবসু তোপ্পবু ওইরবসু থৌরম অসী পাঙথোক্কে হায়রবদি ঈরাৎফূ অমসুং ফম্বাল লাৎপগী থৌরমদি পাঙথোক্কদবনি ।। ঈরাৎফূ অমসুং ফম্বাল লাৎপ লোইরব মতুংদ অঙাং অদু অহৈব অহল অমন মশম কোকথোকপিগনি ।। মফম চাব অমদ শমশিং অদু লৈনুংদ ফুমজিনগনি ।। ঈয়োক্কোম নত্ত্রগ তুরেলদগী শোক্নব ঈশিংন (ঈমুংদগী

পুথোকপ ঈশিং নত্তব) শেংন ঈরুজবিরগ অহনব ফীজোল ফীশেং শেৎপিগনি ।। অমাইপিবান অনম অহা অকোকলোন অমসুং নহাইরোল লাইশোল শোন্দুন তাইরেল পুংফাইন লাইজ খীকফেন চাইদুন শেংদোকপিগনি ।। অঙাং অদু মমান পম্বীগনি ।। অঙাং অদুগী মপান য়েৎকী খুৎনিংথৌন অঙাং অদুগী মরাইবক্ত লাইয়িংথৌ সনামহীগী খূদম মশক ওইব পাক্লে নমশা নম্বীগনি ।। অঙাং অদুগী মনা নাহুৎফমদ অখণ্ডব নাহুৎকদব মীশক অদুন য়াইঙং নত্ত্রগ সুনুন নাহুৎফম পীগনি ।। অমাইপিবান মখাগী য়াইফ থৌনিরোল লাইশোল অসী শোনগনিঃ

"ঙসী লোইদাম (শজীবু) থাগী (হুমনি পানব/কোনব) (ইরাই) নুমিৎকী য়াইফরব পুঙফম অসীদ (অঙোম) য়েক্কী (নোংমাইথেম) শাগৈদ পোকচব ননাই ইপারী/ইমোম (চাওব/চাওবী) (কৌব/কৌবী)গী নাহুৎ নারেং তমজগে, য়াইফ থৌনিজগে হায়বগীবু ঈরাৎ থৌরম তৌজব, ননাইনবু কৌজব, অঙাং নাউরা মহাক্কী মশাদবু লৈরম্ব তীনয়েৎপ লাইয়েৎপ তীনকোকপীরম-ও লাইকোকপীরম-ও ।। তীনশেংবীরম-ও লাইশেংবীরম-ও ।। ঙসী কোরৌ নুমিৎকী য়াইফরব পুঙফমদ হৈরাং লৈরাং কৎচরি ।। অঙাং নাউরা অসীগী নাহুৎ নারেং তম্ব অসীদ লাইয়িংথৌ সনামহী, তেংবানব মপু, ইমা লৈমরেল শিদবী, ইবুধৌ পাখংব মরিমক্ল পুন্সি নুংশাংব, য়াইফ নুংঙাইব, মীথোই মীহেনববু থৌজাল লনকুবীরম-ও ।। হয়ি-হয়া-হয়ুম ।।" থৌনিরোল অসী অমাইপিবান শোল্লগ অঙাংগী মপান ফম্বালদ চেঙ লৈ কৎকনি ।। মমাগী মতম্বাক্ত ফল্লিব অঙাং অদু অখণ্ডব অহল অদুন মনা হুৎপিগনি ।। সনা লুপাগী, কোরিগী নত্ত্রগ লংসুংগী নায়িন শিবিগনি ।। তেশিল হনজিল্লোল লাইশোল শোন্দুন থৌরম অদু লোইশিনগনি ।।

নাহুৎ নারেংগী থৌরম অসী ঈরাৎফু অমসুং ফম্বাল লাৎপগ লোয়নন তোপ্প 'মৈ ঈরাৎতুন' অমসুং লাইগী মিংখৈরোল শক শোন্দুন য়াম্ন চাউন পাঙথোকপসু চৎনৈ ।। অসুম তৌরবদি, অঙাং অদু মনা হুৎপিরব মতুংদ অঙাং মপান অঙাং অদু মখুৎ শমদুন পুবিরগ অশৈবশিংদ খুরুমহনগনি ।। (মৈ ঈরাৎকে হায়রবদি মখাদ পীরিব মৈ ঈরাৎপগী মতাং য়েংবীয়ু ।।) থৌরম অসী ইচম চম্ম ঈরাৎফু মচা অমসুং ফম্বাল মচা লাৎপিরগ পাঙথোকপসু য়াই ।।

নাহুৎপগী মতাংদ পলহৌব য়াব ব্রাফম অমখক্তি — অঙাং অম মর্না হুক্তুন লংসুং অমুব মতৎ অমত্তং ওইরবসু নায়িন ওইন শিবিরিবদি লাই ফত্তব চঙব ঙমদে হায়ব থাজনবী লৈবদগী কনাগুম্বন অঙাং অমবু ঈপাল নত্তুগ য়ুমশেংব নুমিত্ত মনা হুৎপিবসু য়াওনৈ ॥০॥

## ৩ ঃ লাইমিংলৌবগী ঈরাৎ থৌরম

মীতৈ (মৈতৈ) শিংগী ওইব মমাঙঙৈগী চৎনবী মতুংইন্ন পাখংমচা লৈশাবীমচা ফাদ্রিব মীওইশিং শিবগীদি নুমিৎ তরুক্লিদ য়ুম শেংলগ নুমিৎ তরেৎনিদ লান্ন-থৌরম পাংথোক্কনি ॥ অদুগ অমুকসু লাইমিং লৌথ্রব নহা অদুদি নুপাবু ওইরবসু নুপীবু ওইরবসু শিবদ অহল অম শিবদ পাঙথোকপগুম নুমিৎ সুন লান্ন থৌরম পাঙথোক্কনি ॥ মীওইব অম ওইন মীওই মীতৌ চাউব শাংব লেপ্তুম ফারক্লে, ব্রাখল নীংথিন খনব ঙমলে, অফ-ফত্ত খঙলে, মী অম ওইন ময়ুম মকৈ পানব য়ারক্লে, অঙাং ওইদ্রে হায়বগী ব্রাখল্লোন লৈবদগী নুমিৎ সুন অশিবগী ঈরাৎ থৌরম পাঙথোকপনি ॥ লাইমিং লৌদ্রিব নুপা, নুপী অদুদি লুহোং কৈহোংব ময়ুম মকৈ পানব য়াদে, তৌহৈদে ॥ মরম অসীন লাইমিং লৌব হায়ব থৌরম অসী অঙাং ওইদ্রে অহল অম ওইরক্লে হায়ন অহলগী মশীং চনব য়াবগী থৌরম অম ওইন লৌগনি ॥ লাইমিং লৌব হায়বসি অঙাংগ অহলগ অনীগী তাইনফম লাংদাইনি ॥ করিগুম্ব অকক্লব লাইনীং অমগী মীশক অম ওইন মশীং চন্দুন ব্রাখল নীংথিন খনব ঙল্লব পুন্সিগী তাংকক য়ৌরক্লব মীওই অম ওইন লাইনীং অদুগী চৎনবী কাঙলোন পথাপশিং অদু ঙাক্ল চৎলগদবনি হায়ব খঙহনব ওইন নত্তুগ অঙাংগী মশীং চন্দুন লৈরম্ব অদু অহলগী ব্রাখল লৈরে, অহলগী মশীংদ চল্লে হায়ব খঙনবগীদমক্ত থৌরম অম পাঙথোক্লব অসীমক্তি মীওইব অমগী পোকপদগী শিব ফাওবগী ওইন মথং মথং অহাল অকোল নাইন পাঙথোকপ থৌরমশিংগী মনুংদ য়াম্ন মরুওইব মালেমগী চৎনবীগী মনুংচনব থৌরমনি ॥ ১) ঈপান থাব, ২) চউম্ব, ৩) নাহুৎপ অসুম্ন লাক্লগ মথংদ ৪) লাইমিং লৌগনি ॥ অদুগী মথংদ ৫) লুহোংব য়ুম-কৈ পানব লাক্কনি ॥ থৌরম পুম্নমক অসী মীওইব অমন

হিংলিঙে মনুংগী ওইব পুন্সিগী মরুওইব তাংককশিংনি ।। অদুদগীদি শিবগী থৌরমশিং লাক্লগনি ।।

লাইমিং লৌব লাইথৌগীদমক্তসু ঈরাৎফূ অমসুং ফম্বাল লাৎপ অনী অসীদি তঙাইফদন য়াওগনি ।। ঈরাৎফু অমসুং ফম্বাল লাৎপ লোইরবদ লাইমিং লৌগদৌরিব মীশক অদু অমাইপিবান নাহাইরোল শোন্দুন তাইরেল পুংফাইন লাইজ খীকফেন চাইদুন মশা শেংদোকপিগনি ।। ঈরীক কাংগন্দগী ঈরূ ঈশেং পীথক্তুন ব্রাখল পূক্লুং শেংদোকপিগনি ।। অদুগ অমাই পিবান মখাগী থৌনিরোল লাইশোল অসী শোনগনি ঃ

— "ঙসী লোইদাম (ফাইরেল) থাগী (১৩) নি পানব/কোনব কোরৌ (লৈবাকপোকপ) নুমিৎকী য়াইফরব পুঙফম অসীদ (অঙোম) য়েক্কী (নোংমাইথেম) শাগৈদ পোকচব (চাউব) কৌব/পোকচবী (চাওবী) কৌবী অসীন লাইয়িংথৌ সনামহীগী থুমথোইরব মিংখৈ মিংলেন ফংজরগে, সনামহী লাইনীংগী চৎনকাঙলোন পুন্নমক মপুঙফান চৎচরগে — হায়দুন লংহিং লংশেং/লীক্লাং পরেং অসী পায়দুন লাইয়িংথৌ সনামহীগী মিংলেন মিংখৈ পন্ন শরী ব্রাশকচরিয়ে ।। (ব্রাহ্মেশিং অসী অমাইপিবান শোনব মতমদ লাইমিং লৌগদৌরিব মীশক অদুন ফম্বালগী মাঙদ লা লাকোয় অমদ হাপ্পগ কৎলিব লংহিং লংশেং/লীক্লাং পরেং অদু মখূৎ য়েৎন শোক্তুন লৈগনি ।।) ১) লাইয়িংথৌ সনামহী ২) তেংবানব মপু চীংঙু খোইয়ুম শিদব ৩) ইমা লৈমরেল শিদবী অমসুং ৪) ইবুধৌ পাখংব-লাই মরিমক্ল (চাউব) কৌব/(চাউবী) কৌবীবু পুন্সি নুংশাংব, য়াইফ নুংঙাইব, ব্রাখল লৌশিং লৈব, মীথোই মীহেনব লাইয়িংথৌ সনামহীগী মিংখৈ মিংলেন কাউদববু লেপ্প থৌজাল লনকুবীরম-ও হায়ন থৌনিজরিয়ে" — অসুন্ন শোনগনি ।। লাইমিং লৌগদব মীশক অদুন ফম্বালদ চেং-লৈ কৎকনি ।। অহানবদ, হে লাইয়িংথৌ ইবুংঙো সনামহী ! অনীসুবদ, হে তেংবানব মপু ইবুংঙো ! অহুমসুব্দ, হে ইমা লৈমরেল শিদবী ! মরিসুবদ, হে ইবুধৌ পাখংব ! — হায়ন মচীন্দ শোন্দুন — চেং-লৈ অদু ফম্বালদ মরিরক কৎকনি ।। অসীগী মতুংদ লংহিং লংশেং নত্ত্রগ উরীক/চরীক/নোংথ্রৈ/সনা লুপাগী লীক্লং পরেং অদুগী কিশি অহুমগী ময়োল অদুদ মখাদ পীরিব

লাইয়িংথৌ সনামহী মিংখৈরোল অসী অমাইপিবান শোনগনি. অদুগ লাইমিং লৌগদৌরিব মীশক অদুগী মপা নত্ত্রগ মপাগী মহুৎ মরেং শিনঙম্ব মীশক অদুদ খূৎশিন্নগনি ।। মপা নত্ত্রগ মীশক অদুন মচাগী মঙক্ত হুকচীন্দুন শিবিগনি ।। অমাইপিবা অদুন পরেং মঙা লৈব মখাগী লাইয়িংথৌ সনামহী মিংখৈরোল অসী পরেং অমমম লাইমিং লৌরিব মীশক অদুদ হায়বীদুন চীনফা পুহনগনি ।। লাইয়িংথৌ সনামহীগী অহকপ মিংখৈরোল অদুদি ঃ

*"লাইয়িংথৌ ইবুংঙো ।।১।।*
*অতিংকোক মরু শিদব ।।২।।*
*চীংঙু খোইয়ুম অশীব ।।৩।।*
*সনামহী মহীরেল ।।৪।।*
*হয়ি হয়া হয়ুম ।।৫।।"*

*(চীনফা পুহল্লব মতুংদ ফম্বালদ চেং লৈ কত্তুন খুরুমহনগনি)*

থৌরম লোইশিল্লকপদ অমাইপিবান 'তেশিল হনজিল্লোন' লাইশোল শোন্দুন লাইমিং লৌবগী ঈরাং থৌনিরোল থৌরম লোইশিনগনি ।।

**লংহিং লংসেংগী ব্রাংউরোল অমসুং নুংগী ঈচেল ঃ** লংহিং লংশেং মচা তরেৎ অসী মীতৈ ফূরূপকী মপুং ওইব কায়াৎ ওইরিব ১) মঙাং/নিংথৌজা ২) লুৱাং ৩) খুমন ৪) অঙোম, ৫) মোইরাং ৬) খাঙানব অমসুং ৭) শরাংলৈশাং – য়েক তরেৎ অসীগী মহুৎ শিনবনি ।। ঙল্লবদি লংমচা তরেৎ অদু য়েক তরেৎকী মচু তরেৎ ওইগদবনি ।। অদুবু মদু ঙমদবদগী মচু পুন্নমক অসী অঙৌব মচুদগী থোকখিবনি হায়বগী ব্রাখল্লোনদ লং মচা তরেৎমক অঙৌব ওইববগী ব্রাফমনি ।। লংহিং লংশেং মচাশিং অদু লংজা ৫/৫ না তাশিনব লংসুং অমমম ওইগনি ।। লংসুং অমদ য়াওরিব লংজ মঙা অদু ১) অতিংঙা ২) মৈ ৩) নুংশিৎ ৪) ঈশিং অমসুং ৫) লৈপাক – লাইগী মতীক ময়াই লৈরব মহৌশাগী পোৎলম মঙা অসীগী মশক্লি ।। লংহিং মচা তরেৎ অসীবু মথক্ত অহুন্নক য়েৎলগ কিশি অহুন্নক কিন্দুন অমখক্ত ওইহল্লিব অসীন উৎলিবদি য়েক ৭ অসীন অমত্ত ওইন পূনশীন্দুন মপাঙ্গল কল্লব ফূরূপ অম ওইরে হায়ব

**তাকপনি ।। য়েৎলিব অহুম অসীগী ওয়থংবন ইমা লৈমরেল শিদবী, ময়ায় থংবন তেংবানব মপু অদুগ য়েৎথংবন ইবুধৌ পাখংব — লৈশেমলোনগী লাই অহুম অসীগী মশক্নি ।। কিশি অহুম অসী অহানব কিশিদগী মথং মথং ১) চীংঙু মঙাং পুন্সিব, ২) চীংঙু লুৰাং পুন্সিব অমসুং ৩) চীংঙু খুমন পুন্সিব — চীংঙু অহুম অসীগী মশক্নি ।। চীংঙু অহুম অসীদি মীতৈ হায়ব ফূরূপ অসীগী** লাইনীংলম্বীগী য়ূম্ফম ওইরিব লৈশেমলোন্দগী হৌরগ ফূরূপ অসীগী লাইনীং অমসুং নাৎকী চৎনলোনচৎ তাকপি তম্বীরকপ ইবুধৌশিংনি ।। ঙসী ফাওবদ ইপুধৌ চীংঙু অহুম অসীবু শজীবু চৈরাউব নুমিত্ত সনা কোনুংগী অমাইব লোয়শঙন ফীরোয় ফীঙাম হোংদুন হৈকৎ লৈকৎ তমদুন অনৌব চহীগী ওইন *য়াইফ থৌজাল নিবগী চৎনবী লৈরক্লি ।। কিশি কিবগী অরেম্ব লং ময়োল অদু* অতিংকোক মরু শিদব লাইয়িংথৌ সনামহীগী মশক্নি হায়বগী অচেৎপ থাজব থমগনি ।। পাখং মচা অমদ লাইমিং পীবগ লোয়নন লংহিং লংশেং মচা তরেৎ, অদুগ লৈশাবী মচা অমদন লংজা তরেৎন তাশীন্দুন শেম্ব লংসুংদ লেংব লীক পরেং অদু ঈরাং থৌনি থৌরমগ লোয়নন লাইয়িংথৌ সনামহীগী মিংখৈরোল লাইমিং পীদুন লৌহল্লগ মঙক্ত শিবিরবদি সনামহী লাইনীং চৎপ মীতৈ হায়ব ফূরূপ অসীগী মতীক চাব মী অমমম লাইনীংগী মীৎয়েংদ ওইব য়ারে হায়বদু উৎপনি ।। লাইয়িংথৌ সনামহীগী মিংখৈরোল লাইমিং অদু লৌদ্রিফাওবদি পাখং লৈশাবী অমন ময়ুম মকৈ পানব য়াদবগী চৎনবী লৈ ।। মসীগী মরমদি হকচাংগী ফীভম মপুঙ ফারক্লবসু লাইনীংগী ওইব মীৎয়েংদদি মতীক চাব মী অম ওইদ্রি হায়ব তাকপনি ।। মীওইব ঐখোয় অসী থৰায় অমসুং হকচাং অনীন পূল্লগ ওইবনি ।। থৰায় অমসুং হকচাং অনীমক হায়বদি পূক্লীং হকচাং অনীমক মতীকচাব ওইগদবনি ।। লাইমিং লৌব হায়ব থৌরম অসী অহল অম ওইরক্লবগী অহানব খোংথাংনি ।। থৰায়ন নুংনি হকচাংন পান্নি ।। নুং অমসুং পান অনী লৈতব য়াদে ।। নুং অমসুং পান অনীমক মতীক চাব ওইগদবনি ।। **চীংঙু মঙাং, লুৰাং, খুমন অহুমগী লাইনীং অমসুং নাৎকী ওইব ৰাখল্লোন অদু য়েক তরেৎকী মচা মসু ওইরিব নুপা নুপী খূদীংমক্ল লাইয়িংথৌ সনামহীগী মিংখৈরোল শোন্দুন কোরৌ নোংশেম্ব, মালেম লৈশেম্ব, নমু মিতম্ব লাইয়িংথৌ অসীদ থাজব থমদুন মপুঙ ফান পাঙথোক্কদবনি — হায়ব নুংগী ঈচেল অসী**

লাইমিং লৌবগী থৌরোঙদ য়াওরি ।। মরম অসী লৈবন মীতৈ মরূপকী লাইনীং অমসুং নাৎ কন্নবগী হিংগৎ ঈহৌদ ঈহৌ অসীগী শরূক অম ওইন 'লাইমিং লৌব' হায়ব থৌরম অসী পাঙথোক্তব য়াদব থৌরম অম ওইরে ।। য়াম্ন শমজীন্ন হায়রবদ লাইমিং লৌব হায়ব থৌরম অসী সনামহী লাইনীং চৎপ য়েক তরেৎকী মীওই খুদীংমকপু অমত্ত ওইন পুনশিল্লিব লাইনীংগী ওইব অকনব অচেৎপ লীপুন ওইরে ।। মরম অসী উবদগী খৃষ্টকুম ১৯৪৫ কালেনগী হুমনি পানব নুমিত্ত 'মীতৈ মরূপ' কী চৎন-পথাপ্ত — মিংখৈ পীবদি নুপা নত্রুগ নুপী অদুগী মপান পীগনি ।। অমাইপিবান ঈরাৎ থৌনিরোল পাঙথোক্কনি ।। মিংখৈরোল তম্বীগনি, লংহিং লংশেং মচা তরেৎ অদু পূন্ন কিশি অহুম্লক কিগনি, মদুদ *মিংখৈরোল শোনগনি ।। — হায়ন য়াওহল্লম্লিব অসীনি ।। থৌরম অসী সনামহী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী অচেৎপ লীপুন্নি হায়ব য়াম্ন ময়েক শেংন উৎলি ।।* লংহিং লংশেং মচা তরেৎ অদু শিরোই হায়রবসু তঙাইফদব অম ওইন লংজা তরেৎন তাশিনব লংসুংদ লেংব সনা লুপাগী নত্রুগ মদুমক ঙমদ্রবসু নোংথ্রৈ, চরীক নত্রুগ উ তাইরেলগী উরীক পরেং অম, লাইয়িংথৌ সনামহীগী থুমথোইরব মিংখৈরোল লৌবগ লোয়নন, ঙকশমদ শিবদি ফৈ ।। মসীগী কান্নব লৈ ।। ঙকশমদ লীক শিব হায়বসীদি লমদমসীগী চৎনবীনি ।। (তাইরেল হায়ব উপাল অসী ফূরূপ অসীগী লাইনীংগী মীৎয়েংদ অশেংব উপালনি ।। পাম্বী অসীগী মশা অমসুং মনা থোঙজীন্দ থেত্তুন থম্লবদি লাই ফত্তব চঙব ঙমদে হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।। থাজনবী অসী লৈবদগী তাইরেন্ন থোঙজাউ চন্নরম্মী ।। মরম অসীন তাইরেলগী উরীক অম ঙক্ত শিরবদি ইশাদ লাই ফত্তব চঙলোই হায়বসীদি মশান তাজরব ব্রাফম্লি ।। লংহিং লংশেং মচা তরেৎকী মহুত্ত নুপীশিংগী ওইনদি লংজা তরেৎন তাশিনব লংসুংদ লেংব লীক পরেং অম শিবিগনি ।। লীক পরেং অসীগী লংজ তরেৎ অমসুং কিশি অহুম্লক কিরিব অমসুং অরেম্ব লং মচীল ময়োল অসীনচিংবগী ব্রাংউরোল নুংগী ওইব ঈচেল্দি লংহিং লংশেংদ পীখিবশিং অদুগ চপ মান্নে ।। লংহিং লংশেংগী কিশি অহুমগী ময়োন্দ লাইয়িংথৌ সনামহীগী মিংখৈরোল শোনখিব অদুগুম্ন অমাইপিবান লীক পরেংগী কিশি অহুমগী ময়োন্দসু শোনবিগনি ।। লংহিং লংশেং শিব পামদ্রব ফাওবদ ফূরূপ অসীগী লাইনীং হিংগৎ ঈহৌগী শরূক অম ওইন লাইমিং

লৌবগী থৌরম পাঙথোকপগী তঙাইফদব লৈ ।। লাইমিং লৌব হায়বসী মীওই অমদ মহাক অসী করম্ব লাইনীং চৎপ মীওইনো হায়ব খঙহনব থৌরম অমনি ।। লাইমিং লৌদ্রবদি মীশক অমগী লাইনীং খঙবদ লুন থোক্কনি ।। লাইনীংন মীশক অমগী পোকপদগী শিব ফাওবগী ওইব থৌরমগী মশক লেপই ।। লমদম অসীদ তোঙান তোঙানব লাইনীং কয়া চঙশিল্লক্লব মতম অসীদদি লাইমিং লৌবগী তঙাইফদব হেঞ্জিল্লক্লে ।।০।।

# ৪ ঃ মৈ ঈরাৎপ

কনাগুম্বন মহাক্কী অনীংব অপাম্ব অম থুংজনব ফংজনবগীদমক্ত খাম্বী মৈ ঈরাৎকে হায়রবদি অখঙব অমাইব অমন খাম্বী মৈগী মিংখৈরোল লাইশোল শোন্দুন খাম্বী মৈ ঈরাৎপগী থৌরম অদু পাঙথোক্কনি ।। খাম্বী মৈদি অমম্ববু কোকহনব ওম্ব মঙালনি ।। ফত্তবন অমম্ব পামই, অফবন মঙাল পামই ।। খাম্বী মৈত্রেং মৈরি মৈজাউ মঙান্ন অমম্ববু কোকহনবীদুন মঙাল পীনবী, মৈন ফত্তববু তাম্থোকপি, মাঙহনবী হায়ব অসী ফূরূপ অসীগী লিরব থাজনবীনি ।। হৌজিক ফাওবদ থাজনবী অসী ঐখোয়গী চৎনবীদ লেঙদন লৈরক্লি ।। থাজনবী অসী লৈবদগী অশিবগী পোৎলোইব য়াওরুরগ য়ুমদ হল্লকপদ মৈ ওকপ, লংফৈ চৎলুবদগী য়ুমদ হল্লকপদ মৈ ওকপ, লুহোংবদ নুপান নুপীগী ময়ুমদ লুহোংব লাকপদ অমসুং নুপী অদুন নুপা ময়ুমদ চঙলকপদ থোঙ্গান্দ মৈ ওক্লরক্লি ।। — পূম্নমক অসী লাই ফত্তব তীনমু লাইমু তাম্থোক্লব অমসুং ফত্তববু মাঙহন্নবগীদমক্ত পাঙথোকপ থৌরোঙশিংনি ।। মৈঙাল লৈব মফমদ লাই ফত্তব তীনমু লাইমু চঙব ঙমদে হায়বসীদি মালেমগী ওইব থাজনবীনি ।। কনাগুম্বন মচা মনাউগী নাহুৎ নারেং তম্ব নক্ত্রগ লাইমিং লৌবগী থৌরমদ 'মৈ ঈরাৎপ' য়াওদ্রবসু য়াই অদুবু য়াওগে হায়রবদি মথক্তসু হায়জখ্রে মদুদি মৈগী মিংখৈরোল লাইশোল শোনগনি ।। (ঈরাৎফূ লাৎপগী পন্দুপ্ত য়াওরিব মপুঙ ফারব মৈগী মিংখৈরোল য়েংবীয়ু ।।) মৈ ঈরাৎপদ পোৎলমশিং অসী চঙগনি, মদুদি — (১) মপুঙ ফান মনা ফজন পাল্লব খূদুপ অহুমলোম ব্রাংব চংবী লফূ পাম্বী-৪, (২) মতোনগী মনা ফজন য়াওব চুঙৌ পাম্বী-৪, (৩) উচিব্রা-৪, —পাফল চুথেক ৪দ খূদূপ অম তংখাই লাপ্ন য়ুংগনি ।। মদুগী মথক্ত লৈনা য়াওব থাকখল

খনগনি ।। লংহিং লংশেংদ লেংব হৈনৌ মনান চিথেক মরিদু কোয়শিনগনি ।। খোম্থোক্কী ব্রাংউরোল মতুংইন্ন হৈনৌ মনাবু উনা পুম্নমক্কী মনুংদ খ্বাইদগী নৌব মনা ওইন লৌনৈ ।। (৪) খূদৈ অঙাঙব-১, (৫) সনা লুপা কোনয়াই পু-১, (৬) হৈ মনম নাইব (হৈজাং)-১ (৭) লৈশং মরোং-১, (৮) লফোই লফাং চঙ থোকপ-৩, (৯) হৈরূক (ক্বা) তাঙলা-১, (১০) চেঙ কম্বী অচোনব-১, (১১) তাইরেল পুংফাই – পুম্নমক অসী চঙগনি ।। মৈ ঈরাৎফমগী নোংপোক থংবদ ঈরাৎফৃ অচৌব অম লাৎকনি ।। ঈরাৎফৃগী মৈরম পাংলপ সূমাঙ মথৌবুঙগী ময়ায়দ ফম্বাল লাৎকনি ।। মৈ ঈরাৎফম থাকখনগী উচিব্রা মরিগী মখোঙদ ঈশিং য়াওব চফৃ মচা ৪ খিনগনি ।। চফৃমচা ৪ অসীগী মনাক্ত কম্বী মচা অমমমদ খোইজু লৈখাম/মেক্রুক মৈখু লিরি লিরি কাহন্দুন থমগনি।। উচান শীংচেপ মৈর নত্ত্রগ খোইরু থাউমৈ থানগনি ।। থাকখনগী মখা মৈ হৌফমদু মৈ হৌদ্রিঙৈদ অথুম্ব মরম মঙা হায়বদি ১) চুহী, ২) সঙ্গোম, ৩) খোইহী, ৪) লফোই অমসুং ৫) চেঙ তোৎশিল য়ানশিন্দুন হৈগনি ।। নত্ত্রগ সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই কোনজল য়াইচলগনি ।। মৈথাঙ অহুম্লক লৌদুন মৈ হৌগৎকনি ।। ই, তুমনৌ নত্ত্রগ চরূন মৈ হৌগৎকনি ।। মৈ হৌগৎপদ শীং তরেত্ত মৈ চূদুন হৌগৎকনি।। (মৈ হৌগৎত্রিঙৈদ ঈরাৎফৃ অমসুং ফম্বাল লাৎপ লোইশিনগনি ।।) মৈ ঈরাৎপদ মৈগী মিংখৈরোল পরেং অহুম/অহুম শোনব খূদীংগী চাক্লিব মৈদ চেঙ-লৈ কৎকনি ।। মৈ ঈরাৎপ লোইরবদ অমাই পিবন মখুত্ত লাইজ ঈশিং পায়দুন মখাগী লাইশোল অসী শোন্দুন খাম্বী মৈমুৎকনি ঃ

*হে খাম্বী মৈত্রেং অরাব*
*হায়জনীংব হায়জরে*
*নিজনীংব নিজরে ।।*
*মৈরী মৈজাও মৈহল্লো*
*মালেম লৈপাক লৈমগী*
*মথানুংদ কোনবিরো ।।*
*লাইজ ঈশিং অয়ীংবন*
*নাউয়োম ওইন কোনবিরো*
*হয়ি হয়া হয়ুম ।।*

(ঈশিং খীক্তুন মৈ মুৎথৎকনি, অসুম্ন মৈগী ঈরাৎ থৌনিরোল লোইশিনগনি ।।)





# লুহোংবগী ঈরাৎ থৌরম

লুহোংব হায়ব ৱাহৈ অসীমক্তী 'লু' অমসুং 'হোংব' হায়ব ৱাহৈ অনী অসীন পূনশিন্নদুন ওইখিবনি ॥ 'লু' হায়বদি হৌরকফম মরু লেমফু হায়বনি অদুগ 'হোংব' হায়বদি চৎখিব, ওনখিব, ওঙখিব হায়বনি ॥ অদুবু খুন্নাইগী চৎনরোলদ, লৈশাবী অমন মহাক্কী হৌরকফম ওইরিব য়েক সলাই, য়ুম্নাক শাগে অদু থাদোক্তুন মপা মমা অহল্লমন, শিখ্রব লাইওইখ্রব মপা মপু, ইমুংলাই অমসুং লমলাই খঙন অতোপ্প য়েক সল্লাই, য়ুম্নাক শাগে অমদ ওন্থোকখিদুন, হোংদোকখিদুন নুপা অমদ মশান য়ান ময়ুম পানখিববু লুহোং-খোঙদোংব নত্ত্রগ লুহোংব কৌই ॥ খোঙদোংব হায়বগী ৱাহন্দোক্তি মখোঙন থোংন মশান য়ান মখোঙন চৎখিব হায়বনি ॥ ভারতকী মফম খরদ অঙাং ওইন লুহোংবগী চৎনবী লৈব য়াওই, অদুবু মীতৈশিংগী ওইনদি অঙাং ওইন লুহোংবগী চৎনবী লৈতে॥ মীতৈশিংগী লুহোংব অসী চাউরাক্ল মখল অনী থোক্ল খায়দোকপ য়াই ॥ মদুদি – ১) হায়ন-শীংনদুন লুহোংব অমসুং ২) চেনখ্রব নত্ত্রগ চিংখ্রব মতুংদ লুহোংব॥ চেনখ্রব মতুংদ লুহোংব হায়ব অসীদি নুপা নুপী অনী অদুন মশা মশান য়ানজদুন লৌন-লৈনরসী হায়দুন ময়ুম ময়ুমগী মপা মমা অহল্লমন খঙহন্দন নুপী অদুন নুপা অদুগ লোয়নন লোন্ন চৎখিবদগী/চেনখিবদগী ইমুং অনীগী মমা মপাশিংনসু য়ানরদুন লুহোংবগী থৌরম পাঙথোকপনি ॥ করিগুম্ব ফীভম খরদগী মমা মপা খঙন চেনহল্লগ লুহোংবসু করিগুম্বা মতমদ য়াওদবদি নত্তে ॥ অদুগ চিংখ্রব মতুংদ লুহোংব হায়বসীদদি নুপী অদুন মশানা ইয়া য়াজন্দন নুপা অদুন ঙম্মী হায়দুন, করিগুম্ব মতমদ কিহন্দুন নমদুন ফারগ পুখিবনি ॥ কোন্ন নুপাগী মমা মপান য়াম্ন হায়জ-নোনজ তৌরব মতুংদ ইমুং অনীন য়ানদুন

লুহোংবগী থৌরম পাঙথোকপনি ৷৷ লাইরিক অসীদ শীংথাদুন, ইরিব অসীদি মচা মচান হান্নন মশা মশা খঙনরন্নবসু নত্ত্রগ খঙনরমদ্রবসু নুপা ময়ুমগী অহল লমনশিংন য়াম্ন লৈবাকমচা তাব মরোঙদ হায়ন-শিংনদুন লুহোংব মখল অদুগীনি ৷৷ মীগী মচা চনু নিংঙোল লৈশাবী অমবু মমৌ ওইনবগীদমক্ত চঙশিল্লকপ লুহোংব কৌব অরোইব থৌরম অদু ফাওবগী শাংলব খোঙজঙ অসীগী মরুওইব খোঙথাং মঙা অদু মখাদ পীজরি ঃ

১) নুপী/মৌ হায়ব/মাঙ্গোল কাব ঃ অতোপ্প য়ুম্নাক শাগে অমগী চনু নিংঙোল লৈশাবী অমবু মমৌ ওইগে খনজব মমা মপাগী অহানব খোঙথাংদি নুপী হায়ব নত্ত্রগ মাঙ্গোল কাব হায়ব অসীনি ৷৷ (অদ্রোশিংনদি মসীবু 'মৌ নিবা' কৌই ৷৷) খোঙথাং অসীমক্তি লৈশাবী অদুগী অমসুং মহাক্কী ইমুং মনুংগী মরমদ খঙফম থোকপ খঙলব মতুংদ চঙশিনব খোঙজঙনি ৷৷ অয়াম্বগী চৎনবীদ অহানবগী ওইনদি নুপাগী মমান হিরম অসীদ হৈশিংলবী ব্রাঙাঙ ব্রাতা চৎনরোল খঙবী নুপী অনীগ পুন্ন নুপী অহুম চৎকনি ৷৷ হৈ-রা অথুম-অহাউ, চানব পোৎলমশিং পুগনি ৷৷ শকখঙ মায়খঙনবগী মরোঙনি ৷৷ মমাঙঙৈগী মতমদ নুপী/মৌ হায়ব চৎপ মতমদ করি করি পোৎলম পুনরম্বগে হায়বগী মতাং অসী 'নুংপান পোনপী লুব্রাউপা' কৌব অরিব লাইরিক অদুদগী খরমখৈ খঙব ঙমই ৷৷ সম্থোঙ হুইমু লৈমন মপারী নুংপান পোনপী লুব্রাউবগীদমক্ত কৌব্রু নিংথৌগী মচানুপী কৌবরোল নামোইনুবু মমৌ ওইজনবগীদমক্ত হায়ব চৎপ মতমদ করি করি পোৎলম পুদুন চৎখিবগে হায়বদু অরিব লাইরিক অসীদ অসুম্ন ইরি – "সম্থোঙ হুইমু লৈমানা মপারিকি চীনকোয় ময়াথংকিপু হৈরাঙ নীঙথিপা তাউচীঙ ওম্থোকপাপু চামলৌ লাথুপ সানা হৈরাঙ তোপচন য়ৈ, তাউচীঙ লুথোংপু কৌপা ময়ীমনাকপু ইনতানখিয়ে ৷৷ কৌপা মপু নিংথৌকি মরানয়ায়তা ব্রাইথুংলুরে ৷৷" নুপী হায়ব মতমদ নাকল অনীমক্ত য়াম্ন লৈবাকমচা তাব মরোঙদ অনীংব অপাম্বদু ফোঙদোক্লব হোৎনৈ ৷৷ খোঙচৎ অসী অহুন্নক্লম্ব চৎনৈ ৷৷য়ানরকপগী মরোঙ উরব মতমদ চৎথরকপ খোঙচৎশিং অদুদদি নুপাগী মপা, শাগে অমসুং লৈকাইগী অহল অম অনী য়াওবসু চৎনৈ৷৷ য়াম্ন ঙল্লিঙৈ মতমদ নুপী হায়ব চৎপদ পুনরম্ব পোৎলমগী মতাং অসী

'পান্থোইপী খোঙকুল' কৌব অরিব লাইরিক অদুদগীসু খঙব ঙমই ।। নিংথৌ শাপায়বন মনাই হাওরাবদা ঙাকয়েক চনু পানথোইবীবু হায়রুনবগীদমক্ত অসুম্ন হায়খি — "তয়ুম লৈয়োল হাওরাবা নঙবু তাউ-ও, হয়রাঙ খুত্তাসু, তাউজীং নাক্তা য়েপ, খোইপু পোৎয়োম শা, হৈকু পোৎতম শেম পাচা থৌথিংনাতাপি শেনকু নানমতাপিপু লৈয়ে হায়য়ে, তয়ুম নঙনা পাচা থৌথিংলু, শোনকু নানমলু-ও ।।" 'পানথোইপী খোঙকুল' অমসুং 'নুংপান পোনপী লুব্রাউপা' কৌব অরিব লাইরিক অনী অসীদ নুপী হায়বগী মতাংদ শীজিন্নরিব ৱাহৈ ৱাতাশিং অসী য়েংশিল্লব মতুংদ অয়ীবন অসুম্ন হায়নীংই মদুদি — 'পাচা থৌথিংব', 'শেনকু নানম্ব' হায়রিব অসীন চনু নিংঙোল অমবু অতোপ্প নুপা অমদ থাজখিদনবগীদমক্ত চঙশিনব খোঙথাং ওইগনি ।। অদুগ 'য়ুমজীন কাকফৈ থাব', 'সুমায়/সুমাঙ উরোং খিনব' হায়রিব অসীন চনু নিংঙোল অদু য়ুম্নাক শাগৈ অমগী নুপা অমদ থাজখ্রে, অতোপ্প নুপা অমগীদমক্ত 'হায়ব' চঙলকপ য়াররোই হায়ব ৱাফম অসী মীয়ামদ খঙহনবগী তাংকক ওইগনি ।। অদুগ 'পামেল উরাই হকপ' হায়ব অসীন চনু নিংঙোল অসীমক অতোপ্প নুপা অমগী ওইখ্রবনি হায়ব চপ চান তাকপগী মৱোঙ ওইগনি ।। মসীদি হৈজীংপোৎ পুখ্রবগুম্ব ওইগনি ।। 'উরোং খিনব' অমসুং 'কাকফৈ থাব' হায়ব অসীদি অকন্নব মফম অমদ মী চঙব থিংনবগীদমক্তনি অদুগ 'উরাই হকপ' হায়ব অসীদি থাঙ নত্ত্রগ শীংজঙন উরাই হকপ্লব উ অদু অতোপ্প মী অমন য়ানব য়াদ্রে; উরাই হকলমলিব মীশক অদুগী ওইখ্রগদবনি ।। মতাং অসীদ নীংশিংব য়াবদি – লৌনব য়াদব শাগৈগী চনু নিংঙোল অমবু পামজৈ হায়দুন ইমৌ ওইজগে হায়দুন হায়রুব য়াদে ।। তৌহৈদে, চৎনদে ।।

২) য়াথং থাব ঃ থৌরম অসীমক্তি অয়াম্বগী চৎনরোলদ নুপা ময়ুমগী অহলশিংন অহুম্লক্কুম্ব হায়ব লাক্লব মতুংদ পাঙথোকপ থৌরম ওইন তৌনৈ ।। নুপী ময়ুমগী য়ানিংবগী ৱাখল অদু মকা ফোংদোক্তন মনুংদ পাউ ফংলব মতুংদ নুপা ময়ুমগী শাগৈগী অমসুং লৈকাইগী অহলশিংন য়াম্ন লৈবাকমচা তাব মৱোঙদ নুংশিবীয়ু চানবীয়ু হায়জৈ ।। মচাগী মরাইবক্ত তন্নন্নব হায়বদু তারে – হায়দুন নুপী ময়ুমগী অহলশিংন য়ানিংব ফোঙদোকই ।।

নুংশিবীরব চানবীরবনিন মচা মচা অনীমকসু খঙজহৌনব ব্রারোইপোৎ পুনবগী ব্রাফম নুপা ময়ুম্ন হৌদোকই ।। নুমিৎ অদুদ ব্রারোইপোৎকী নুমিৎ লেমথোক্লবসু য়াওই, কোন্ন লেপ্লবসু য়াওই ।। নুপা ময়ুম্ন নুপী ময়ুমদ ঈ-পাউ লৌব চৎনব অসীদি নুপাগী মপা য়াওন অহল নুপা অহুম চৎনৈ ।। মপা লৈত্রবদি মপাগী মহুৎ মরেং শিনব নক্লব মরী-মতাগী অহল ওইব মীশক অম য়াওন চৎকনি ।। য়াথং থাবা হায়রিব অসীগী ব্রাহন্দোক্তি নহালমখৈ নুপা ময়ুম্ন নুপী ময়ুমগী মপা মমাদ মচানুপী চনু নিংঙোল অদু মখোয়গী মমৌ ওইজগে হায়ন হায়জরকপ নিজরকপ অদু য়ারে হায়বগী য়াথং পীরকপগী থৌরম হায়বনি ।। নুমিৎ অসীদ পুব অথুম অহাউ অচাপোৎকী চাংন নুপী হায়ব চৎপদ পুখিব পোৎলমশিংগী চাংদগী য়াম্ন হেল্লি ।। (ফয়েংদদি নুমিৎ অসীদ ক্বা, লফোই, চুনচিংব পুরকপদ নত্তন য়ুখোম য়ু + (খোম = খুম = খরুং মচা) অমসুং ঙায়োমসু পুনৈ ।। অয়াম্বগী ওইন ঙায়োমদ ঙমু লৈরৌ অচৌব অকংব ১০০/২০০ হাপনৈ ।। ময়োম অনী অসীদি নুপান পুনৈ ।। নুপীন পুনদে ।। লুহোংবদ অকায়ব থোক্তনব অমসুং অহানব পোকপ মচাদু নুপা ওইহনবীনগীদমক্ত লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং ইমা লৈমরেল শিদবীদ কৎলি ।। থৌব্রোঙ থৌদৌ অসী য়েংলুরবদি মমিংদ য়াথং থাব কৌজরবসু ব্রারোইপোৎকী থৌরম য়াওশিনবদ নত্তন হৈজীংপোৎ পুবগী শরূক খর ফাওব য়াওশিনখ্রব মাল্লি ।। মরমদি থৌরম অসীদ ইমুংলাই লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং ইমা লৈমরেলদ অতম্নন অকক্লব পোৎলম কৎপগী শরূক য়াওরি ।। অদুগ তশেংবসু ফয়েংদদি ব্রারোইপোৎকী থৌরম অসী লৈতবগুম তৌই ।। য়াথং থারে, য়ারে অদু ওইরবদি ব্রারোইপোৎ অমুক পুরুদ্রবসু হৈজিংপোৎ পুব য়ারে — হায়বসী চৎনব য়াব ব্রাফম অমনি ।।)

৩) ব্রারোইপোৎ পুব ঃ নুপা ময়ুম্ন মমৌ ওইজগে হায়দুন মীগী মচা নিংঙোল অম হায়ন-শীংনব অদু নুপীগী মমা মপান য়ারে হায়ন য়াথং পীবীরে; হৌজিক্তি হায়জ-চৎচ তৌজব অদু ব্রা লোইশিল্লে হায়বগী য়াম্ন মরুওইব তাংকক অসী ইমুং অনীগী মীওইশিং মরী মতাশিং অমসুং খুঙ্গং লৈকাইগী অহল-লমনশিংদ খঙহনবদ নত্তন খুঙ্গং লৈকাই অদুদ লৈরিব পাখং লৈশাবীশিংদসু খঙহনব ঙম্মী ।। থৌরম অসী পাঙথোকপ্রবদি পাখং লৈশাবী অনীমক মমীৎ মনা চোইব য়াদ্রে ।। মখোয় অনীমক মহাক মহাক্কী অরেপ্প নুপী

নুপা লৈরবনি হায়ন মবুক্ত খল্লগদবনি ।। অতোপ্প পাখংশিংনসু ৱারোইপোৎ পুখ্রবী লৈশাবী অমদ অপাম নুংশি ফোঙদোকপ য়াদ্রে ।। নুমিৎ অসীদদি হৈ-রা, কবোক-হৈবোক, অথুম-অহাউগী চাং হেনগৎন পুনৈ ।। পুরক্লিব পোৎলমশিং অদু মপুম মপুম ওইন ময়ামদ য়েনথোকপগী চৎনবীসু লৈ ।। ক্বা মরু মনা মপুম, হৈ-রাশিং অদু মপুম ওইন, কবোক খোইদুম, চু মকক মপুম (খায়দোক্তব) ওইন য়েনথোকপগী চৎনবী লৈ ।। য়েনথোকপদ থুংনরগ থুংনরে, থুংনদ্রবসু তংখাই মচেৎ খায়দোকপীগনু হায়ন শিতৎ তৎন য়াদব অহল-লমন কয়া লৈ ।। থৌৱোঙ অসীন উৎলিবদি ইমুং অনী অদু য়ানরে ।। *নুপা নুপী অদু অমত্ত ওইরে ।। নহানমখে হোৎনজরকপ অদু মপুঙ ফারে —* হায়বসী মীয়ামদ খঙহনবনি ।। ফোঙদোকপনি ।। অসীগুম্ব ৱা লোইনখ্রব অসীবু নুপা ময়ুম নত্ত্রগ নুপী ময়ুম্ন থুগাইব য়াদে ।। নুপা নুপী অনী অদুন অতোপ্প নুপী নুপাগ লৌন লৈনবগী মৱোঙদ চৎথরক্লবদি খুন্নাইগী চৎনবী মতুংইন্ন চৈরাক ফংফম থোক্লে ।। ৱাফম অসী মমা মপা ওইবশিংন মখোয় মখোয়গী মচা মচাদ য়াম্ন চেকশিন্ন খঙনব হায়গদবনি ।। অদুবু খঙজিনব য়াব ৱাফম অমদি —— থৌরম অসীদ অতম্নন অপোক অশাৎ, ইমুংলাই অমসুং লমলাইদ পোৎলম চৈরম কৎত্রি ।। লাই খঙহন্দ্রি ।। মী মশেল ৱা লোইনখ্রে হায়বদু খঙহনবগী থৌরমনি ।। (অন্দ্রোদদি ৱারোইপোৎ পুবগী থৌরম অসী য়ুমপানবগী থৌরমদ স্বাইদগী শেল চঙব থৌরম অম ওইরি ।। য়ামদ্রবদ ওক ৫ দগী ১০ ফাওব, ৱাইয়ু খরুঙ ১০ দগী ২০ ফাওব চঙনৈ ।।) ৱারোইপোৎ পুখ্রবদি পাচা থৌথিংলে, সুমাঙ উরোং খিল্লে, য়ুমজীন কাকফে থারে হায়ব য়ারে ।। অতোপ্প নুপাগী মমা মপান মমৌ ওইজগে হায়ন 'হায়ব' চঙলকপ য়াদ্রে ।। থিংলে, সুমাঙ চঙব, মাঙ্গোল কাব য়াদ্রে ।।

৪) হৈজিংপোৎ/হৈজীং খরায় পুব ঃ হৈজিংপোৎ পুব নত্ত্রগ হৈজিং খরায় পুব হায়ব থৌরম অসীদি লুহোংগদব নুমিৎ থা খঙনরব মতমদ নুমিৎ ইকান কান্নদন পাঙথোক্লে ।। হৈজীং খরায় পুদন লুহোংবগী থৌরম পাঙথোকপ হায়বসী মপুঙ ফাদব লুহোংবনি হায়ন লৌনৈ ।। হৈজিং খরায় পুরক্তন লুহোংলকপ নুপা নুপী অমসুং মখোয়গী মচাবু হৈনাই-সুংনাইরক্তব

অমসুং হৈনাই-সুংনাইরক্তবগী মচা হায়ন খুন্নাইন নোক্লে ॥ হৈজিং খরায় নক্তন লুহোংলকপী নুপী অদুদি লুহোংবগী চেঙলুক নুংশাং অমসুং অপোক অশাংনচিংবগী পোৎ পুহন্দে ॥ নুপা অদুবুসু অদুগ মহাক্কী মচাশিংসু শাগৈ পিবা ইহন্দে, লাইগী থৌরমদ য়াওহন্দে, শাগৈ অপোকপদ কৎপ পোৎলম চৈরম হায়ব য়াদে, শাগৈ অদুগী লাই চাকলোংকৎপগী চাকথোংব ওইব য়াদে ॥ অদুগ মখোয়দি নিংথৌবু শেন্নব নিংথৌ-শেনব ওইবসু য়াদে ॥ হৈজীংপোৎ পুব থৌরমগীদমক্ত লাকপীনব হায়জব নত্তন হৈরূক-লৈরূক, ক্বা নত্তুগ পাউকৎ চে পীবগী চৎনবী লৈতে ॥ ইমুং অনীগী অখন্নব নক্লব মরী-মতা, নক্লব মরুপ-মপাং, য়ুমলোন কৈরোন্নব অমসুং লৈকাইগী অহলশিংদ য়াওব থৌরমনি ॥ নুমিৎ অসীদ নুপা ময়ুম্ন পুরকপ অচাপোৎশিং অদুদি লুহোংব নুমিত্ত পুনবদগী চাং য়াম্ন হেল্লি ॥ হৈজিং খরায় পুবদ য়াওদব য়াদব অকক্লব পোৎলমশিংদি — ১) হৈক্রু (হৈ ফংদ্রগ পাম্বীগী মশা/মকু), ২) হৈনীং (হৈ ফংদ্রগ পাম্বীগী মশা/মকু), ৩) হৈজাং (হৈ ফংদ্রগ পাম্বীগী মশা/মকু), ৪) লফোই লফাং চঙ থোকপ, ৫) চুডৌ, ৬) হৈরূক ক্বা মক মনা, ৭) হামৈ, ৮) লৈশং, ৯) লাইফি — অসীনি ॥ হৈক্রুগ হৈনীংগদি য়াওদব সুকয়া য়াদে ॥ হৈ ফংদ্রবসু মনা নত্তুগ মশা নত্তগ্র মকু ওইরবসু য়াওগদবনি ॥ লাইফি অসীদি লাইগী পোৎলম হাপ্প ফীরূক্ত য়াওগদবনি ॥ লমদম অসীগী মফম খরদদি হৈজিং খরায় পুবদ লাইয়িংথৌ সনামহীগী ১, ইমা লৈমরেল শিদবীগী ১ য়াওন পুবসু চৎনৈ।। চৎনবী অসী মতৌ তম্নিংঙাই ওই ॥ অদুগ অপোক অশাৎ অমসুং লমলাইগী ফীরূক অমমম পুবত নত্তন মায়কৈ ঙাকপ লাইগীসু পুব য়াওনৈ ॥ মসীসু ফিদম্নফম ওইব চৎনবীনি ॥ পোৎ পুরকপদ নুপীগী শেৎন ইন্নব ফনেক, ইন্নফি, শিনব মরীক মকোন, খুজি নাশি, খুদোপনচিংব অথেনপোৎ লুকমাই অমসু য়াওগনি ॥ পোৎলমশিং অসী পুদুন চৎপগী মথং মনাউগী মরোঙদি — ১) অপোক অশাৎ, ২) লাইনিংথৌ সনামহী, ৩) লৈমরোল শিদবী, ৪) লমলাই, ৫) মায়কৈ ঙাকপ লাই অদুগ মথংদ ৬) নুপীগী মপাদ খুদোল তম্নব হৈজিং খরায় অদু পুগনি, ৭) নুপীগী মফি-মরোল, মরীক-মকোল য়াওব লূকমায় অদুদগীদি থৌরম য়াওরিব মীওইশিংদ য়েনথোক্লব চানব অথুম অহাও, হৈ-রাশিং, কবোক-হৈবোকশিং অদু পুব য়ারে ॥ 'হৈজিং খরায় পুব' হায়রিব

থৌরমগী মিং অসীমক নুপীগী মপাদ খুদোল তম্নব পুরিব হৈরম কয়া য়াওরব খরায় অসীগী মমিং লৌদুন থোনখিব মিং ওইগনি ।। অপোক অশাৎকী ফীরুক্তদি হৈ-রা চানব পোৎলমশিং অদু য়াম্ন মরাঙ কায়ন হাপনৈ।। মসীগী মরমদি য়ুম্লোন কৈরোন্নবদ লৈরিব নুপী ময়ুমগী শাগৈগী ইমুংশিংদ য়েনথোকপ থুংনবগীদমক্তনি ।। পুরক্লিব পোৎলমশিং অদু অমাইপিবা অমন তাইরেল পুংফাইন লাইজ খীকফেন চাইদুন শেংদোক্লব মতুংদ ঈরাৎ থৌরম মচা অম পাঙথোকই ।। (ঈরাৎ থৌরম য়েংবীয়ু) ।। সুমাঙ মথৌবুঙদ মমায় নোংপোক ওন্দুন ফম্লিব নুপীগী মপাদ নুপাগী মপানা মমায় অৱাং ওন্দুন হৈজিং খরায় অদু পোৎলাল্লি ।। অদুগ খুরুমনৈ ।। ইমুংলাই সনামহী অমসুং ইমা লৈমরেল শিদবীদ কৎলিব পোৎলমশিং অদুদি ইমুংগী মীন চায় ।। অদুগ অপোক অশাৎকী পোৎলমশিং অদুদি নুপী ময়ুমগী শাগৈগী মীওইশিংগ চার্মিন্নে ।। অতৈ চাহন্দে ।। অপোকপদ কৎপ পোৎলম ওইব মরম্ন অতোপ্প য়ুম্নাক শাগৈগী মীওইশিংন চাব য়াদে, তৌহৈদে ।। লম অদুবু কোল্লিব উমংলাই হায়বদি লমলাইগী, শাগৈ লাই লৈরগ শাগৈ লাইগী অমসুং মায়কৈ ঙাকপ লাইগী কৎপ পোৎলমশিং অদুদি য়ুমলোন কৈরোন্নব অতোপ্প মীশিংসু চাব য়াই ।। পোৎলমশিং অদু লাইদ কৎপ মতমদ – লুহোংব অদুদ খুদোংচাদব অকায়ব থোকহনবীগনু, লুহোংগদৌরিব নুপী নুপা অনীমক্ত নাদ য়েক্তব, য়াইফ নুঙাইব, চাদা নাউদা সনব পীনবীয়ু – হায়ন পুক্নীংদ নীংজরগ কৎকনি ।। নুপা নুপী অনী অদু লুহোংগদৌরবনি; পুন্সি লৈপুন ওইগদৌরবনি হায়ব অসী মপা মমা অহল লমনশিংদ নক্তন লাই ওইখ্রব মপা মপুশিং, ইমুংলাই, লমলাই অমসুং মায়কৈ ঙাকপ লাইশিং ফাওবদ খঙহল্লে হায়বসী হৈজিং খরায় পুবগী থৌরম থৌৱোঙ অসীন তাকই ।। শেৎন ইন্নব ফিরোল, শিনব লীককোল য়াওব লুকমায় অদুদি নুপী ময়ুমদ অপাম পামদ য়েংহনবগী ৱানি লুহোংব নুমিত্ত অমুক হন্ন পুরক্নদবনি ।। হৈজিং খরায় পুখ্রবগী নুপী অদুদি মমা মপাগী ময়ুমদ লৈরি, নুপা ময়ুমদ লৈত্রি হায়বগী ৱাদ মঙায়রে, ময়ুম পাল্লবী নুপীগী মশীংদ চল্লে ।। মপা মমাগী ময়ুমদ লৈজরবসু য়ুম্নাক শাগৈ ওল্লবীনি হায়ন লৌগনি ।। পামেল উরাই হক্লবনি ।। হৈজিং খরায় পুখ্রবী নুপী অম লুহোংদ্রিঙৈদ লাইবক থীবদগী শিখিব

থোক্লবদি নুপা ময়ুমন শাগৈগী মৌ অম শিবদ তৌফম থোকপ থবক থৌরম পুম্নমক তৌগদবনি হায়ব মীতৈ খুন্নাইগী চৎনবী লৈ ।।

**৫) লুহোংব – (i) লুহোংব নোংম ব্রাৎলিঙৈগী থবক থৌরম ঃ** লুহোংগদব নোংম ব্রাৎলিঙৈ হায়বদি হয়েং লুহোংগনি হায়বদুগী ঙসী নুংথিল নুমিৎ চায়থরকপ মতমদ হয়েং লুহোংগদব থৌরম অদুগী পাউকৎ পীনবগীদমক্ত লুহোংগদব নুপী অদুগী মৌপ্পা নত্তগ মহুৎ মরেং শিনব য়াব নুপামচা অম হীরম অসীদ খঙহৈরব অহল অমগ লোয়নন নুপা ময়ুমদ লাকই ।। পাউকৎ অসী লৌনবগীদমক্ত লুহোংগদব নুপা অদুনসু ফিজোল অঙৌব শেত্তুন মাঙশোক হায়বদি থোঙজীনগী মখাথংব ফক্ললাং ময়াগী শরূক অদুদ ফক অমগী মথক্ত ফি অঙৌব অম থারগ মমায় নোংপোক ওন্দুন খোঙ্গ্রাই চন্দুন ফম্লগ পাউকৎ লাকপ অদু ঙাইদুন লৈগনি ।। পাউকৎ লাক্লিব নুপামচা অদুন নুপা অদুদ লৈপরেং অঙৌব অম হুক্লগ হৈরূক (ক্বা) লাকোয় অম কত্তুন খুরুমগনি ।। অসুম্ন হান্ন খঙনরব থৌরম অদুগী পাউকৎ পীগনি ।। নুপীগী অহল-লমনশিংন নুপামচা অদুদ তরেৎ শেলকৎ তমগনি ।। অসুম্ন নুপাদ পাউকৎ পীবগী থৌরম লোয়শিনগনি ।। হয়েং লুহোংগনি হায়ব নুমিৎসিগী নুমিদাংদ নুপীময়ুমদ লুহোংগদবী লৈশাবী অদু মমান্নবীশিংগ লোয়নন পেনা তাদুন নত্তগ লিকোন শান্নমিন্নদুন হয়েংদগী ময়ুম অদু থাদোক্নুন চৎথ্রগদবনি, মৌগী শিংদ চনথ্রগদবনি হায়বগী ব্রাখন্দ য়াম্ন হরাউ নুংশিন মতম লেনমিন্নবগী চৎনবী অসী মমাঙঙৈদদি লৈরম্মী ।। অদুবু হৌজিক্তি অসীগুম্ব চৎনবী অসীমক্তি লৈত্রে ।।

**(ii) নুপা ময়ুমদ লুহোং খোংচৎকী থৌরাং ঃ** লুহোংগদব নুপা অদু অঙৌব মচুগী ফৈজোম, ফুরীৎ, ইন্নফি মরাক তাইব অমসুং কোয়েৎ শীজিন্নগনি ।। কোয়েৎ অদু শলাই কোয়েৎ অচৌব য়েৎন নম্ব য়েৎকনি ।। কোয়েৎ খুৎয়েৎ অসীমক্তি লাই, নিংথৌ অমসুং লুহোংগদব নুপা – অহুম অসী নত্তন অতোপ্প কনাগুম্ব অমত্তন য়েৎপ য়াদে ।। অসীগুম্ব চৎনবী অসীমক্ল ফীজোল মপুঙ ফান শেৎলব লুহোংগদব নুপা অমন লুহোংব নুমিত্ত ওইরিব খুন্নাইগী ওইব অব্রাংব থাক অদু ফজন উৎলি ।। নুমিৎ য়ুংব মতুং নুংথিলগী মতম য়ৌশিল্লক্লবদ নুপা অদু মমাঙথোঙগী খা থংব ফক্লাং ময়াদগী খজিক্তং নোংপোক্লোমদ কাখৎলগ

মাঙশোক্ত ফক অমগী মথক্ত ফীঙৌ অম থাদুন মদুগী মথক্ত মমায় নোংপোক ওন্দুন খোঙ্গ্রাই চন্দুন ফম্লগ লুহোং-খোঙচৎকী য়াইফ খোঙশাল পুঙফম ঙাইদুন লৈগনি ॥ অমাইপিবা অমন নুপা অদুগী য়াইফ খোঙচৎ ওইনবগীদমক্ত ঈরাৎ থৌরম মচা অম পাঙথোক্কনি ॥ মদুদ ঈরাৎফূ মচা অমসুং ফম্বাল মচা লাৎকনি ॥ (ঈরাৎ থৌরম মচা পাঙথোকপগীদমক্তদি ঈরাৎফু অমসুং ফম্বাল লাৎপগী পন্দুপ্ত য়েংবীয়ু ॥) থৌরম মচা অসী পাঙথোকপদ তঙাইফদন মিয়েংশেল-১, ঈশিং অথনব মিয়েংফূ-১ য়াওগনি ॥ অনী অসী য়াওবগী মরমদি খোঙচৎ অদু অশোয় অঙাম থোক্তনব য়াইফব ওইনবগীদমক্ত মিরেল লাৎপগী ব্রাখল্লোন য়াওবদগীনি ॥ কনাগুম্বন মিয়েংফূ লাৎপসু য়াওনৈ ॥ মিয়েংফু লাৎকে হায়রবদি চফূ মনুংগী ঈশিং অদুদ কোনয়াই হুন্দুন অমসুং চফূ অদুদ লৈ অঙৌব পরেং অম হুকচিন্দুন থৌরম পাঙথোক্কদবনি ॥ অদুবু মদুমক তৌরুদ্রবসু ঈশিং য়াওব চফূ নক্ত্রগ কোন অদুদ ইচম চম্ন শংবরৈ মতোন অম, লাংথরৈ মতোন অম অমসুং লৈ অঙৌব অম থাধদুন থম্বগী চৎনবীসু লৈ ॥ অয়াম্বগী ওইনদি চৎনবী ওইন মিয়েংফূ লাৎপ অদুমক্তি য়াওনদে ॥ নুপা অদুন খোঙশাল্লমদাইদ সনামহী, লৈমরেল, মপা অমসুং মমা খুরুমদুন থৌজাল নিজগনি ॥ মপা মমা অনীন য়াইফ থৌজাল লনকুবীগনি ॥

(iii) **লুহোংফমদ খোঙশানব ঃ** নুপা ময়ুম্লোমদগী অহল অহুমদগী তাদন চঙ থোকপ মশীংদ নুপী ময়ুমদ থুংলুরব মতম অদুতদ লুহোংব থৌরমগী ঈশৈ হৌগনি ॥ মখোয় লাকত্রিবমখৈ ঈশৈ হৌব য়াদে ॥ লুহোংব থৌরমগী ওইন মখাগী পোৎলমশিং অসীদি নুপা ময়ুম্ন নুপী ময়ুমদ পুদব সুকয়া য়াদবগী চৎনবী লৈ ॥ মখোয় অদুদি – (১) চেঙলুক নুংশাংগী ফীরুক-১ (২) নুপী ময়ুমগী ফুঙ্গা অপোক অশাগী ফীরুক-১ (৩) নুপী ময়ুম্ন লৈরিব খুঙ্গং লৈকাই অদুবু কোনবীরিব লম্লাই উমংলাই অদুগী ফীরুক-১ (৪) নুপী ময়ুম অদুদ মখোয়গী শাগৈ লাই লৈরবদি লাই অদুগী ফীরুক-১ (৫) উশিন ঙা মীঁতে ঙামু-২ য়াওব ফীরুক-১ অমসুং (৬) নুপীগী শেৎন ইন্নব মফি-মরোল, শিনব মরীক-মকোল, খুজী-নাশি অমসুং অকে অমৌগী পোৎলমশিং য়াওব লুকমায়-১, (৭) য়েনশাং মনা-মশীং য়াওব অথেনপোৎ লুকমায়-১ অসীনি ॥ নৌন য়ুম

পানবগী লমদ খোঙদাজরক্লিব নুপা নুপী অনী অদুগী পুন্সি নুংশাংবা, চাদা নাউদা লনব অমসুং য়াইফ নুংঙাইববু থৌজাল লনকুবীনবগীদমক্ত ওইব চেঙলুক নুংশাংগী ফীরূক অদুদ য়াওগদব পোৎলমশিংদি – (১) ফীরূক অদু থনকোক তৌব চেঙ (২) চেঙ অদুগী মথক্ত মমায় মমায় ওনশিন্নব মীতৈ থুম কাগুপ-১ (৩) শিং য়েৎকোন ওয়কোন মমায় ওনশিন্নব কাগুপ-১ (৪) পান্নাউ-১ (৫) হীদাক মনা-১ (৬) লশিং মপোপ-৩ (৭) শেল কাগুপ-১ — পোৎলমশিং অসী হাপকনি ।। চেঙলুক নুংশাং য়াওব ফীরূক অদু ফি অঙৌব অমন মথক্ত খুমজিল্লগ পয়ান চেৎন পুনশিনগনি ।। তঙাই ফদন য়াওদব য়াদ্রব ফীরূকশিং অমসুং লূকমায় অসীগ লোয়নন (১) য়েনশাং নাপী মনা-মশীংগী অথেনপোৎ লূকমায়-১ অদুগ (২) লুহোংবগী থৌরমদ লাক্লিব মীয়ামদ য়েনথোক্লব অথুম অহাউ, কবোক হৈবোক, হৈরূক ক্বানচিংব চানব পোৎলমশিং য়াওব ফীরূক কয়ামুকসু পুগনি।। লুহোংফমদ চৎপ মতমদ চেঙলূক নুংশাং পুবী নুপী অদুন খ্বাইগী মাঙ ইথা থান চৎকনি অদুগ অপোক অশাগী ফীরূক, লম্লাইগী ফীরূক, অথেনপোৎকী লূকমায়, উশিন ঙা য়াওব ফীরূক, নুপীগী মফি মরোল, মরীক মকোন অমসুং চান থক্লব পোৎলমশিং য়াওব লুকমায় অমসুং অতৈ ফীরূকশিং অদু মথং মথং চৎকনি ।। তঙাইফদন চেঙলূক নুংশাং পুবী নুপী অদুদি হৈজীং খরায় পুদুন লুহোংলকপী, মচা মব্বা কায়নদ্রিবী, অহানব পোকপ মচাদু নুপা ওইবী মীওই মীতৌ চঙখোনবী ওইগদবনি ।। ফীরূক অমসুং লূকমায় পুবীশিং অদুগী মতুংদ নুপা অদু মাগী মমান্নবশিংগ লোয়নন মমান্নব অমন সাতিন খান্দুন চৎকনি ।। সাতিন শীজিন্নদ্রিঙৈ মতমদদি পে মচা অম খান্দুন চৎলমগনি ।। মতুংদ মমান্নব অমন চাইশেল পায়দুন চৎকনি ।। চাইশেল অসী হীরম কয়ামুক্ত শীজিন্নব য়াই।। মখোয়গী মথংদ নুপাগী মপা মমা অদুদগী লুহোংব লাকপিরিবশিং চৎকনি ।। মতমগী মতুংইন্ন হৌজিক্তি বঝাই বেঙ্গুন খোংদুন, ধোন য়ৈদুন বেন পার্তিন মাঙ থাদুন হরাউ নুংঙাইব ফোঙদোক্তুন চৎনরে ।। নুপা ময়ুমগী কাঙলুপন লাকপদ নুপী ময়ুমগী থোঙ্গাল কোনথোঙ ফাওবদ অহুম্লক লেপকনি ।। মসীমক্তি খোঙচৎ অসীগী অশোয় অঙাম শেমজিন শাজিন্নবগীদমক্তনি ।।

নুপান নুপী ময়ুমগী থোঙ্গাল কোনথোঙ য়ৌরক্লবদ নুপী ময়ুমগী মীওইশিংন মৈবুল মৈরা হাইজাউ ওক্কনি, কবোক অফাব, চেঙ লৈ চাইগনি ॥ থৌরোঙ অসীমক্তি নুপা অদুন লাকপ মতমদ লাই ফত্তব তীনমু লাইমু ইন্নরক্লস্ব য়াওরব ফাওবদ তানথোক্লবগীদমক্ত অমসুং নুপা অদুবু তরাম্ন ওকপগী থৌরোঙনি ॥ মৈন শেংদোকপগী থৌরোঙ অমনি ॥ চেঙ লৈন তরাম্ন ওকপগী থৌরোঙনি ॥ মমাঙঙৈদদি মৈ ওকপ অসীদ নুপীময়ুমগী ফুঙ্গাদগী মৈ লৌরগ খোইজু লৈখাম য়াওন মৈ থাদুন ওকপগী চৎনবগী লৈরম্মী ॥ চৎনবী অসী ইনিংথৌ গরিবনিবাজ/পামহৈবগী মতম (খস্তকুম ১৭০৯-১৭৪৮) অদুরাইদগী তোকখিবনি ॥ পুরারী মমাঙগী মতমদগী নুপীবু নুপাময়ুমদ অসুম্ন ওকপগী চৎনবীসু লৈরক্লে ॥ মসীগী খূদমদি — ঙাংয়েক চনু পান্থোইবীবু খাব ময়ুমদ অসুম্ন ওকখি ॥ অরিব লাইরিক 'পান্থোইবী খোঙ্গুল' দা অসুম্ন ইরি — 'খাপা ময়িমনাক য়াংপ মসাইকোনতা তমপা লাইপু লাংনা রাইথুংলরপাতা তম্পা মহুইরোনপু সিংচেপ মৈরা থাননা লমওকঙময়ে ॥ চামলৌ লমফারোই পসোৎ ফিঙৌ থানা কপোক ফামনা (ফাহাপনা) হুল খাপা পুমনা তিল সমু থাঙচেপনানা লমওকঙময়ে ॥" রাংন থাংগত্তুন চিল্লোক্লন চাক্লিব মৈবুল মৈরা অহুম অদুদ চেং-লৈ অমসুং কবোক অফাব অহুম্লক চাইখৎকনি ॥ চাইখৎপ খুদীংগী অসীন-অরাঙন — 'লাইয়িংথৌ সনামহীন' — হায়ন লাউগনি অদুগ থৌরম অদুদ য়াওরিব অতৈ মীওইশিংন — 'য়াইফরে' — হায়ন খুমগনি ॥ নুপা অদুন সুমাঙ মথৌবুঙ মনাক য়ৌশিল্লকপদ নুপীগী মমান নত্তগ মমাগী মহুৎ মরেং শিনঙম্বী অমন অতোপ্প নুপী অনীগ লোয়নন (পূন্ন চঙ তাবা মশীং) হৈরূক (ক্বা) লান্দুন/পীদুন অমুকসু ওক্কনি ॥ থৌরোঙ অসীবু ময়া ওকপ কৌই ॥ অসুম্ন নুপী মমান ময়া ওকপগী থৌরম লোইরবদ নুপ অদু মহাকপু শেন্নবন লমজীং লমতাক্তুন চঙশিল্লক্লগ পুঙশেল য়াওন লাইগী মিংখৈরোল শক্লিব শোন্নবুং অদু নোংপোক চীংখৈরোমদগী খুরুমগনি ॥ অদুগ মমাঙ শঙ্গোইগী অরাংথংব কাদ নত্তগ অরাং শঙ্গোইগী নোংপোক থংব কাদ শোন্নবুং লোমদ মমায় ওনশিন্দুন মহাক্কী মমান্নবশিংগ লোয়নন ফমগনি ॥ মমাঙদ মিয়েংশেল খোঙনাইবী থমগনি ॥ মতম পূম্নমক্ত মহাকপু শেন্নবন শেন্নগনি ॥ অসুম্ন শোন্নবুঙ ময়ায় চঙনবগী পুঙফম ঙাইদুন লৈগনি ॥ নুপা ময়ুমগী নুপাশিংন

শোন্নবুঙগী অৱাংথংবদ ফমগনি ॥ নুপাগী মপানা অহানব পরেংগী নোংপোক্ত ফক্কী মথক্ত ফি অঙৌব অম থুপ্তুন থারগ ফমগনি ॥ নুপী ময়ুমগী নুপাশিংন মখা থংব ফম্মেললোমদ ফমগনি ॥ নুপা ময়ুমগী নুপীশিংন মমাঙ শঙ্গোইদ ফমগনি ॥ নুপাগী মমান অহানব পরেংদ লুহোংফানগ মায়োক্লন অখন্নব ফীদা অমদ ফমগনি ॥ নুপী ময়ুমগী নুপীশিংন মাঙ্গোল্লোমদ ফমগনি ॥ ঙসাই পুরকখিব চেঙলুক নুংশাংগী ফীরূক অদু নুপী ময়ুমগী ফুঙ্গা লাইরুদ খিনদুন থমগনি, অপোক অশা অমসুং লমলাইগী ফীরূক অনী অদুন লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইমাংদ থমগনি, উশিল ঙমু য়াওব ফীরূক অমসুং য়েনশাং নাপী য়াওব অথেনপোৎ লুকমায় অদুসু লাইয়িংথৌ সনামহী কাদ থমগনি ॥ নুপীগী শেৎন ইন্নব মফী-মরোল, শিনব অমসুং চিন্নব লীক কোল খূজী খূদোপ লৈনচিংব হাপ্প লূকমায় অদুদি লুহোংগদৌরিব নুপী অদুবু ফিজেৎ লৈতেং তৌরিব মফম/কা অদুদ থমগনি ॥ য়েনশাং নাপী হাপ্প অথেনপোৎ লুকমায় অদুদগী তংখাই অম নুপা ময়ুম্ন লৌহৌরগ তংখায অমদি নুপী ময়ুমদ হনখিগনি ॥ অৱৈ লৈত য়েন্নদুন চামিন্নবগী ৱাখলনি ॥ নুপীগী শেৎন ইন্নব ফি-রোল অমসুং লীক-কোন য়াওব লুকমায় অদুদগী নুপী অদুদ শিবিব য়াব লীককোন খর শিজিনহৌবগ অতৈ অদুদি হোরেল নুপী থিনব মতমদ নুপী ময়ুমগী ওইব নুপী অমন নুপা ময়ুমদা পুরক্তুন নুপী অদুদ খুৎশিন্নগনি ॥

(iv) নুপীগী থৌরাং ঃ লুহোংগদব নুমিৎকী নুংথিলগী পুংফম য়ৌশিল্লক্লবদ নুপী অদুসু ইমুংগী লাইয়িংথৌ সনামহী কাদ নক্ত্রগ মফম চাব কা অমদ ফিজেৎ লৈতেংবীগনি ॥ লুহোংগদব নুপী অসী মীতৈশিংন হিন্দু লাইনীং লৌরুবগ ঈরোয়নন পোৎলোই শেৎনরিব অসীগী মমাঙদদি ফনেক শেৎনরম্মী ॥ লুহোংবদ পোৎলোই শেৎপগী চৎনবী লৈখিব অসীদি ইনিংথৌ নরসিংহ (খন্তকুম ১৮৪৪-৫০) গী মতমদগী হৌখিবনি ॥ অদুগ শম বেনি লোনব অমসুং শমদ কুরাক পাইব হৌখিবদি ইনিংথৌ চুরাচান্দগী (১৮৯১-১৯৪১) মতমদগীনি ॥ ঙল্লিঙৈ মতমদ চকফি, লাইফি ফনেক, ফনেক মপান্দ খোইজাউ লোনবী অসুম্ন শীজিন্নরকখি ॥ অদুবু কোন্নদি খোই অকোয়বী লোনবী ফীগে ফনেক ময়েকনাইবীনচিংব শীজিন্নরকখি ॥ হৌজিক ফাওবদ লমদম অসীগী

নোংপোক মায়কৈগী মফম খরদদি লাইরেম্মা পাম্থোইবীন কোনব মফমনি হায়দুন হিন্দু লাইনীংগী ওইব লুহোংব ফাওবদ ফনেক শেৎলগ লুহোংবগী চৎনবী লৈরি ।। অদুগ মফম খরদদি হিন্দু লাইনীং চৎপশিংগী লুহোংবদ পোৎলোই শেত্তুন হোংলবসু নুপা ময়ুমদ চঙব মতমদদি অদুগুম্ব লম অদুবু কোল্লিবী লাইরেম্বী অদুন কোনব মফমদদি পোৎলোই শেৎপ য়াদে হায়দুন ফনেক ওইন হোংদোক্লগ নুপা ময়ুমদ চঙবসু য়াওনরি ।। ফিন মাইমু তোমশোল, নমথাং খুল্লক্ত লুহোং ফীজীন হাপ্প অমসুং হাপ্তব ইন্নরম্মী ।। ফূরীৎ শীজিন্নরক্লব মতমদ মুগা নত্ত্রগ কাব্রঙগী ফূরীৎ পাম্বোম ককপী শীজিন্নরকখি ।। লুহোংদ্রিবী লৈশাবীন শাই ককপগী চৎনবী লৈরম্মী ।। স্কুল কাদুন লাইরিক তম্ব হৌরকপদগী চৎনবী অসী মাঙব হৌরকখিবনি ।। কোক্ত লাংমৈ, নোংনিংখোই মতু, উরেকশেক, কজেংলৈ (কোক্কন মপাল) নচিংব কোক্কী লৈতেং শীজিন্নরম্মী।। 'কৌবরেল খুনগুম' কৌব অরিব লাইরিক অদুদ লাইরেল য়োইমোংবন মচলনুপী মেনু শাশিন্নদুন লাইগী নিংথৌ সোরারেলদ লুহোংগদৌরিবনি হায়দুন ফিজেৎ লৈতেং তৌবগী মতাংদ অসুম্ম ইরি – "ময়দিংঙু য়োয়চিঙলেল্ তম্হৈবদি মমোম্ মেনুবু সাসন্ননা লৈরেল লৈচাউপু লাংমৈ পুঙলেল চিল, সমমই সমতোল য়োম, সমচি হুক তুংথানা, থবাক ঙানথোমননা ঙাইখময়ে।।" লীক্ত কিয়াং লীকফাং, ঙাঙ্গোই পরেং, কোন্দুম পরেং, হৈক্রু অখায়বী পরেং, সনদ্রেম্বী পরেং, মরৈ পরেং, থরোই মনীং পরেং, থবী মপাল, থবী মরূ পরেং নচিংব শীন্নরম্মী ।। খূদোপ্ত – পরৈ, লিকখাও, হন্সু মপাল, লাইরেল মখোয়, খোই মহুম, চরোৎ খুদোপ, মিংশেল মখুম্নচিংব শিরম্মী ।। নাদ নায়িল, নাথাং, চোম্লাং, তাইরেল মপাল নচিংব য়াল্লম্মী ।। খূজীদি সনা খূজী, খূজী পোকচাউবী শিন্নরম্মী ।। মীতৈ সনামহী লাইনীংগী চৎনবী ওইনদি নুপী অদু লুহোংবদ ফীগে ফনেক ময়েকনাইব শেৎকনি, য়েনিংথাগী অশংব য়েনিংগী মশক ওইব অশংব মচুগী খূদাং ককপী ফূরীৎ লীৎকনি, নমথাং খুল্লক ইনগনি, কোক্ত কজেংলৈ (কোক্কন মপাল মান্ন শাব) উপকনি ।। উরেকশেক মতু থেৎকনি ।। অসুম্ম ফিজেৎ লৈতেং লোইরবদ নুপা ময়ুমদ তৌখিব অদুগুম্ন লুহোং থৌরম অদুদ অশোয় অঙাম, অকায় অতোয় থোক্তনব য়াইফ থৌজাল লনকুবীনবগীদমক্ত ঈরাৎফূ মচা অমসুং ফম্বাল মচা

লাংপ ঈরাৎ থৌরম মচা অম অমাই পিবান পাঙথোকই ।। (ঈরাৎ থৌরম মচা পাঙথোকপগী মতাং য়েংবীয়ু) ।। মদুদ মিয়েংশেল অম, মিয়েংফৃ অম য়াওগনি ।। শোন্নবুঙ ময়ায়দ থোক্তুন পুন্সি লৈপুল শেম্নবগীদমক্ত য়াইফ খোঙ্গালগী পুঙফম ঙাইদুন লৈগনি ।।

(v) **নুপান শোন্নবুঙ ময়ায় চঙব অমসুং ঈরাৎ থৌরম হৌব ঃ** শোন্নবুং ময়ায়দ লুহোংগদব নুপা অদু চঙবগী মতম য়ৌশিল্লক্লবদ লুহোংফাল থাবগী থৌরাঙ পায়খৎকনি ।। শোন্নবুঙ ময়ায় সৃমতোংপলগী নোংচুপ থংবদ লুহোংফাল থাগনি ।। লুহোংফাল ময়ায় অদু শোন্নবুঙ শঙলেনগী খাঙেল মপা তাহল্লোইদবনি ।। লুহোংফালগী ময়ায় তাগদব মফম অদুগী লৈমায়দ চেঙ কুপসুগী মথক্ত কিশি মরি লৈব মালেম পাফল (!) অম য়েক্কনি ।। লুহোংফাল অদু থাম্লব মতুংদ মফম হোংদোক হোংজিন, শেমদোক শেমজিল তৌহৈদে ।। মবম অসীন লৈমাযদ থাদ্রিবঁেদ লুহোংফাল অদু হাইদোক হাইজিল তৌদুন য়াম্ন চেকশিন্ন মপা অমসুং মফম চাব য়েংহৌগদবনি ।। লুহোংফাল মথক্ত ফিরাংজি অঙাঙব থাগনি ।। নুপা থোক্লকপগী মতম য়ৌরক্লবদ মহাকপু শেন্নবন লমজীং লমতাক্তুন নুপা থোক্লক্কনি ।। শোন্নবুঙগী নোংপোক চীংখৈদগী চঙলক্তুন শোন্নবুঙ খুরুমলগ শোন্নবুঙগী অৱাংথংব শরূক্তগী শমজীন্ন চঙলক্লগ শোন্নবুঙগী মপু ওইরিব শম্হোঙ পাংব চিথেক্ত ফম্বাল শেমদুন লৈরিব লাইয়িংথৌ সম্হোঙ নিংথৌ অপানবগী খুভমদ খুরুম্লব মতুংদ লুহোংফালদ মরাইবক অহুম্লক কৎলগ ফমগনি ।। অসুম্ন নুপান লুহোংফালদ ফম্লব মতমদ অমাই পিবান নহাইরোল শোন্দুন তাইরেল পুংফাইন লাইজ খীকফেন চাইদুন হক-লু শেংদোকপিরগ ঈশিং কাংগল ঈরিক্ল মখূৎ অহুম্লক শেংদোকহল্লগ ঈরীক কাংগল অমদগী খূবাক্ত হাপ্তুন ঈরিক অহুম্লক থক্তুন, ৱাখল, পুক্লুং শেংদোকহনগনি অদুগ ঈরীক কাঙ্গল অমন অমুক মখুৎতু অহুমলক শেংদোকপীগনি ।। ঈরিক কাঙ্গদ চেং-লৈ, ঈশিং হাপ্লগ নুপাগী কোক্ত থাধদুন য়াইফ থৌজাল পীগনি ।। ঈরাৎফৃ অমসুং ফম্বালগী ঈরাৎ লাইশোল হৌগনি ।। (ঈরাৎফৃ অমসুং ফম্বালগী ঈরাৎ লাইশোল অসীমক্তি নুপান লুহোংফালদ ফমদ্রিবঁেদ পাঙথোক্লবসু থোইদোক্ল

কায়ব লৈতে ।।) ঈরাৎফূ অমসুং ফম্বালদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎপগী থবক অদু নুপী মপান নক্তুগ মহাক্কী মহুৎ মরেং শিনগুম্ব নুপা অমন তৌগনি ।।

নুপী অদুগী মপান লুহোংবগী থৌরম পাঙথোক্লিব অদু মহাক্কী য়েক শলাইগী পুরোল ৭ তাকচব অমসুং লৈখিদ্রব লাই ওইখ্রব মপা, মপু, মপুধৌ-পুরোল অহুমদ তাকচদুন য়াইফ থৌজাল নিজবগী ঈরাৎ লাইশোল অমসু অমাই পিবন পাঙথোক্কনি ।। ঈরাৎ লাইশোল অসী পাঙথোক্লবগীদমক্ত ফম্বাল অচৌবগী মমাঙদ ফম্বাল মচা অম শেমগনি ।। লাইশোল অদু অসুম্ন শোন্দুন য়াইফ থৌজাল নিগনি – "ঙসী লোইদাম (শজীবু থাগী ১০নি পানব/কোনব) য়াইফরব কোরৌ (য়ুমশকৈশ) নুমিৎ অসীদ (নোংমাইথেম) শাগৈ (অঙোম) য়েক্ত পোকচব কোলোয় মিংলেন (চাউব) কৌবগী মচানুপী মমোম লাংলেন লৈশাবী কোলোয় মিংলেন (থাদোই) কৌবী অসী (শরাংথেম) শাগৈ (শরাংলৈশাং) য়েক্কী (তোম্ব) কৌবগী মপারী পাখং কোলোয় মিংলেন (ইবোহল) কৌব অসীদ পুন্সি লৈপুল শেম লুহোং-থৌরম পাংথোকচদুন (শরাংলৈশাং) য়েক সলাইদ তিনজরগে ।। (অঙোম) য়েক সলাইগী ইবুধৌ পুকোক পুরেল (পুরৈরোম্ব) নচিংব তরেৎ অমসুং (নোংমাইথেম) শাগৈ (চাউব) কৌবগী ফুঙ্গা অপোকপ ইপা ইপু, ইপুধৌ (মিং খঙলবদি মিং হায়গনি) অহুম্মক্কী মফমদ পাউ কৎচরিয়ে ।। ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুম্মক্ত তাইবং য়ুম্বাল তমজরক্লিব নসু ইবেম্মবু পুন্সি নুংশাংব, য়াইফ নুংঙাইব, চাদা নাউদা শনববু থৌজাল লনকুবিরম-ও হায়ন থৌনিজরিয়ে ।। হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্লক শোনগনি ।।" ফম্বাল মচাদ ঈশিং, চেঙ-লৈ অহুম্লক কৎকনি ।।

নুপা অদুন লুহোংফালদ ফম্লব মতুংদ অমাই পিবান হক-লু শেংদোকপিরগ নুপা অদুগী মপান থৌনিজবগী মরোঙ ওইন ঈরাৎ লাইশোল অম পাঙথোক্কনি ।। ঈরাৎ লাইশোল অসী পাঙথোক্লবগীদমক্ত ঙসাই মথক্ত ফম্বাল অচৌবগী মমাঙদ শেমখিব ফম্বাল মচা অদুগী অরাংথংব নাকলদ হেক তাইনন ফম্বাল মচা অম শেমগনি ।। অদুগ থৌনিরোল লাইশোল অসী শোনগনি — "ঙসী লোইদাম (শজীবু থাগী ১০নি পানব/কোনব) য়াইফরব কোরৌ (য়ুমশকৈশ) নুমিৎ অসীদ (শরাংলৈশাং) য়েক শলাই (শরাংথেম) শাগৈগী

(তোম্ব) কৌব অসীগী মপারী পাখং কোলোয় মিংলেন (ইবোহল) কৌব অসীগ (নোংমাইথেম) শাগে (অঙোম) য়েক্ত পোকপ (চাউব) কৌবগী মমোম লাংলেন কোলোয় মিংলেন (থাদোই) কৌবী লৈশাবী অসীগ পুন্সি লৈপুন শেম লুহোং-থৌরম পাংথোকচরিয়ে ॥ তাইবং য়ুম্বাল তমজরিয়ে ॥ ননাই (তোম্ব) কৌবগী (সবাংলৈশাং) য়েক সলাইগী পুকোক পুরেল (নুংঙৌ য়ুমথংব) নচিংব তরেৎমক্কী অমসুং (সরাংথেম তোম্ব) গী ফুংগা অপোকপ মপা, মপু, মপুধৌ (মমিং খঙলবদি মমিং পনগনি) অহুম্মক্কী মফমদ পাউকৎচরিয়ে॥ ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুম্মক্ক নৌন তাইবঙ য়ুম্বাল তমজরক্লিব ইপারী ইবুংঙো ইমৌ ইবেম্ম অনীমকপু পুন্সি নুংশাংব, য়াইফ নুংঙাইব, চাদা নাউদা শনববু থৌজাল লনকুবীবম-ও হায়ন থৌনিজরিয়ে ॥ হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্লক শোনগনি) ॥ অমাই পিবান নুপা মপাগী মহুৎ শিন্দুন ফম্বাল অচৌবগী মমাঙ নুপী ময়ুমগী ফম্বাল মচাগী অৱাং থংব ফম্বাল মচাদ চেঙ-লৈ কৎকনি ॥

ঈরাৎ লাইশোল অসী লোইবব মতুংদ অমাই পিবা অদুন ইমুংদ ফিজেৎ লৈতেংদুন লৈরিবী নুপী অদুগী মনাক্ত চঙশিনখিদুন নুপী অদুগী য়াইফ খোঙচৎ ওইনবগীদমক্ত ঈরাৎ থৌরম মচা অম পাঙথোক্কনি ॥ মথক্তসু পনজখ্রে মদুদি থৌরম মচা অসী পাঙথোকপদ মিয়েংফৃ অমসুং মিয়েংশেল য়াওদব য়াদে ॥ থৌৱোঙ অসীমক্তি মিরেল লাৎপগী থাজনবী লৈবদগী য়াওবনি ॥ মতাং অসীৱাইদ নুপা ময়ুমগী অহল-লমনশিংন নুপী ময়ুমগী অহল-লমনশিংদ শেৎন ইন্নব ফিরোল খুদোল তমনৈ ॥ অদুগ নুপী ময়ুমগী অহল-লমনশিংনসু অমুক হন্দুন খুদোল তমনৈ ॥ (ইমুং অনী অদু খুন্নাইদ থাক মান্নদন লৈব ওইরবদি অনেম্ব থাক্কী ইমুংন খুদোল তম্লগ অৱাংব থাক্কী খুদোল অমুক হন্দবগী চৎনবী অসী মমাঙঙৈদদি লৈরম্মী ॥) নুপা ময়ুম্ন নুপী ময়ুমদ খুদোলপোৎ তম্ব মতমদ ঙসাই নুপান খোঙশাল্লকপ মতমদ পুরকখিব মনামশীংগী লুকমায় অদুগ নুপীগী শেৎন ইন্নব মফি মবোল অমসুং শিনব মবীক মকোল য়াওব লুকমায় অদুগ অনী অদুসু য়াওগদবনি ॥ য়েনশাং নাপীশিং অদুদি তংখাই অমতমক লৌহৌরগ তংখাই অমদি নুপা ময়ুমদ হনখিগনি ॥ অদুগ নুপীগী মফি মরোল, মরীক মকোলগী লুকমায় অদুদি হোরেল নুপী থিনব মতমদ নুপী ময়ুমগী নক্লব মরীমতা অমন পুরক্কুন অমুক নুপীদুদ পীগনি ॥

**(vi) লুহোংব পুন্সি লৈপুল** ঃ নুপী অদুগী য়াইফ খোঙচৎ ওইনবগীদমক্ত পাঙথোকপ ঈরাৎ থৌরম মচা অদু লোইরগ য়াইফ খোঙ্গাল পুঙফম য়েংলগ নিংশাগী ঈহুল মতুংইন্ন মতম চান মহাকপু শেন্নবীন শেন্নবিরগ লমজীং লমতাক্তুন নুপী অদু পলেম মমান ইমুংদগী মাঙ্গোলফাওব পুথোক্লককনি ।। নুপী অদুন শোন্নবুঙ চঙলকপ মতমদ শোন্নবুঙ শঙলেনগী কৌব্রুগী উখোঙ ময়াদ ফমলিব মহাক্কী পম্বৌ মপাদ হৈরূক (ক্বা) অমসুং চরৈ ফি কত্তুন খুরুমদুন য়াইফ থৌজাল নিজগনি ।। পম্বৌ মপাগী য়াইফ থৌজাল ফংলব মতুংদ নুপী অদু মহাক্কী শেন্নবীন পুশিন্দুন নুপান ফমলিব অদুগী ওয়দ (চীংখৈ পাংবদ) নকশিন্নন মোন্তেক অমদ ফমহনগনি ।। (নুপাগীন ওয়, নুপীগী মমায়সু নুপাদ ওনশিনব, মায়োন চান কুজপোৎসু পুমিন্নব য়াব নুপীগী ফমফমদি অব্রাং-চীংখৈ ওইরপ ফম্ব অসীনী ।।) অমাই পিবান নাহাইরোল শোন্দুন অমসুং ঈশেং ঈরীক ঈচুম পিথক্তুন হক-লু অমসুং পুক্লুং শেংদোকপিগনি ।। ঈরীক কাঙ্গন্দ চেঙ-লৈ ঈশিং হাপ্লগ নুপী মকোক্ত থাধবিদুন য়াইফ থৌজাল পীগনি ।। অসুম্ন শেংদোকপিরব মতুংদ নুপীগী য়েৎকী খূৎনম অদু নুপাগী য়েৎকী খূবাক্ত থমগনি ।। নুপী অদু নুপা অদুগী য়েক সলাই, য়ুম্নাক শাগৈদ ওঙলে মখোয় অনী তুগ ব্রাগ ওইরে, থব্রায় হকচাং অমত্তু ওইরে হায়বদু খঙনবগী খূদম ওইন লংহিং লংজা তরেৎন নত্ত্রগ লৈ পরেং অঙৌব অমন পুনশিনবীগনি ।। পুনশিনবগী থবক অসী নুপীগী পলেম মমান তৌগনি ।। থৌরোঙ অসীবু ‘খুনুং লীচৎ শাজৎ’ কৌব লাইরিক্ত – “নুপীবু পোকপী পলেম মমান শীংয়েল খয়োম লৈরাং লংলা কিশি তম্বীরে ।।” – হায়ন ইরি ।। লোন্নদুন লৈরিব মখূৎ অনীগী মথক্ত ঈরীক কাংগলদগী চেঙ-লৈ ঈশিং খর থাধবিগনি ।। কম্বী অমদ হাপ্ল কুজপোৎ থাংগৎপিগনি ।। অদুগ মতম অসীমক্তদ অমাই পিবা অদুন নুপী পোকপ মপাগী শলাই পুকোক তরেৎ অমসুং শাগৈ ফুঙ্গা পোকপ পুরোল অহুম অমসুং নুপা পোকপ মপাগী শলাই পুকোক তরেৎ অমসুং শাগৈ ফুঙ্গা পোকপ পুরোল অহুমদ, নুপী অসী নুপাগী য়েক শলাই, য়ুম্নাক শাগৈদ ওঙলে, পুন্সি নুংশাংব, য়াইফ নুংঙাইব, চাদা নাউদা শনব পীনবীয়ু হায়দুন – ঙসাই মমাঙদ পনখিব ফম্বাল মচা অনী অদুদ চেং-লৈ কৎকনি ।। ফম্বাল মচাদ চেং-লৈ কৎপ মতমদ খাথংব নুপী মপাগী পুরোলগীদ হান্ন কৎকনি অদুগ কোন্ন অব্রাংথংব নুপা

মপাগী পুরোলগীদ কৎকনি ।। নুপা অমসুং নুপীগী মপা শিখ্রবদি শাগৈ ফুঙ্গাগী পুরোল থীবদ মপাদগী হৌগনি ।। নুপীগী মপান কুজপোৎকী কখীমপাল অদু মখুৎ নামন শোক্তুন লৈগনি ।। অসুম্ন লৈরিঙৈদ অমাই পিবান মখাগী লাইশোল অসী শোনগনি — "ঙসী লোইদাম (শজীবু থাগী তরানি পানব/কোনব) কোরৌ (য়ুমশকৈশ) নুমিৎকী য়াইফরব পুঙফম অসীদ (অঙোম) য়েকসলাইগী (নোংমাইথেম) শাগৈদ পোকচব (চাউব) কৌব ঐগী ইমোম লাংলেন (থাদোই) কৌবী লৈশাবী অসী (শরাংলৈশাং) য়েক সলাইগী (শরাংথেম) শাগৈদ পোকচব (তোম্ব) কৌবগী মপারী কোলোয় মিংলেন (ইবোহল) কৌব পাখং অসীদ লুহোং খোঙদোং তাইবঙ য়ুম্বাল তমজরে ।। পুন্সি লৈপুল শেমজরে ।। ঙসী কোরৌ নুমিত্তগী ইমোম লাংলেন (থাদোই) কৌবীসী (শরাং লৈশাং) য়েকশলাইগী (শরাংথেম) য়ুম্নাক শাগৈদ ওঙজরে হায়ববু (চাউব) ঐগী য়েক শলাই পুকোক পুরেল (পুরৈরোম্ব) নচিংব তরেৎমক অমসুং শাগৈ ফুঙ্গ অপোকপ পুরোল অহুম ইপা, ইপু, ইপুধৌ (মমিং খঙলবদি মমিং পনগনি) অহুম্মক্র খঙবী- ও ।। ননাই তোম্ব কৌবগী য়েক শলাই পুকোক পুরেল (নুঙৌ য়ুমথংব) নচিংব ৭মক অমসুং ফূঙ্গা অপোকপ মপা, মপু, মপুধৌ (মমিং খঙলবদি মমিং পনগনি) অহুম্মক্রসু খঙবী-ও ।। য়েক শলাই, য়ুম্নাক শাগৈ অনীমক্কী পুকোক পুরেল অমসুং ইপা, ইপু, ইপুধৌশিংন তাইবঙ য়ুম্বাল তমজগে হায়বগী পুন্সি লৈপুল শেমজরিব ইচানুপী অমসুং ইমাকনুপা অনীমকপু পুন্সি নুংশাংব, য়াইফ নুংঙাইব, চাদ নাউদ শনববু থৌজাল লনকুবীরম-ও ।।" — অসুম্ন শোল্লগ নুপীগী মপান ফম্বাল মচা অনী অদুদ চেং-লৈ কৎকনি ।। (খা থাংবদ হান্ন, অৱাং থংবদ কোন্ন কৎকনি) ।।

*(য়েংগদব ঃ য়েক সলাই তরেৎকী পুকোক পুরেলশিং — (১) মঙাং/ নিংথৌজাগী — পাখংব, (২) লুৱাংগী — পোইরৈতোন, (৩) খুমনগী — পোইরৈতোন, (৪) অঙোমগী — পুরৈরোম্ব, (৫) মোইরাংগী — ঙাংহুম্বোক, ঙাংনিংশিং, (৬) খাঙানবগী — খমচীংকোন, (৭) শরাংলৈশাংগী — নুংঙৌ য়ুমথংব ।।)*

**(vii) কুজপোৎ ঃ** কুজপোৎ হায়বসীগী ৱাহন্দোক্তি কুজবীনব হায়বদি

থৌজানবীনব পোৎলম হায়বনি ।। কুজপোৎকী কম্বী অদুদ য়াওদব য়াদব পোৎলমশিংদি – (১) চেঙ (কম্বী তংখাই খর হেল্লপ), (২) হৈ মনম নাইব (হৈজাং)-১, (৩) লফোই লফাং চঙ থোকপ-১, (৪) লংথ্রে মপোপ-৩, (৫) য়ুবী-১, (৬) ফৈজোম-১, (৭) কোয়েৎ-১, (৮) ইন্নফি মরাক তাইব-১, (৯) সেন্দাই (শেনকৎ)-১, (১০) ক্বা মতোনথোকপ-১, (১১) পান্নাউ মতোন থোকপ-১, (১২) শিং মতোন তেক্তব য়েৎকোন-ওয়কোন, কাগুপ-১, (১৩) থুম কাগুপ – অসীনি ।। কনাগুম্বন (১) শমজেৎ, (২) মিয়েংশেল, (৩) হৈজ্রাং, (৪) শমচপথাঙ (কাতি), (৫) খূজীনথাঙ হাপ্পবসু য়াওই ।। হায়রিব পোৎশকশিং অসীদি হাপত্রবসু য়াব পোৎলমশিংনি তঙাইফদব নত্তে ।। মথক্ত পনখ্রিব পোৎলমশিং অসী চেঙন খ্বাইগী মখাথংলগ কম্বী অমদ নীংথিন চেকশিন্ন হাপকনি ।। য়ুবী অসী মীতৈশিংগী লাইগী থৌরম খরদ হৌজিক্তি তঙাইফদব পোৎলম অম ওইন য়াওনরে ।। মীতৈশিংন হিন্দু লাইনীং লৌদ্রিঙৈ য়েলহৌঙৈদগী লাইগী থৌরম অয়াম্বদ য়াওদব য়াদব পোৎলম অম ওইন শীজিন্নরকপ য়ু হায়ব পোৎলম অসী হিন্দু লাইনীং লৌরব মতুংদগীদি শীজিন্নব য়াখিদবগুম তৌই ।। য়ু অসী অয়াম্ব মতমদ খুম (খরূং মচা মখল অম) নত্রগ তুম্বাদ হাপ্পে ।। অকনব মকু কুয়োম্ন য়োমশিনব মনুংদ ঈশিংগুম্ব মহী য়াওব খোংক্রম (অশাংবী নত্তব) মচামুক চাউব মহৈ (উঁহৈ) অমদ য়ুবী (য়ু+বী) হায়ব মমিং অসী থোনজিন্দুন তুম্বা নত্রগ খুমদ হাপ্প য়ু কৌব মহী লাঙব পোৎশক য়ুখোম (য়ু+খুম) অসীগী মওঙ মতৌ অমসুং মসীদ হাপ্লিব য়ুগী খোম্থোক য়েংলগ অমসুং লৌরগ য়ুবী অসী শীজিন্নখিব ওইগনি ।। (হৈজীংপোৎ পুবদদি য়ু অসী হামৈন মহুৎ শিন্নে ।। হামৈ হায়বসী য়ু সুংবদ চঙদব য়াদব পোৎলম অমনি ।। অদুবু হামৈদি য়ুবীগুম অহাওব পোৎলমদি ওইদে ।।) কুজপোৎকী পোৎলমশিং অসী নুপীময়ুম্ন থৌরাং তৌগনি ।। থৌরোঙ অসীন উৎলি মদুদি – নুমিৎ অদুগী পুঙফমদগী নুপী অদু নুপা ময়ুমগী য়েক শলাই, য়ুম্নাক শাগৈদ তিল্লে, ওঙলে ।। নুম্মিৎ অদুদগী নুপী নুপা অনী অদু তৃগ ব্রাগ মতৈ-মনাউ হায়বদু ওইরে ।। নুপী অদুগী মফমদদি নুপা অদু মহাক্কী নোংদম্ব হায়বদু ওইরবনি ।। নুপী অদুগী অব্রা-নুংঙাই মরাইবক অদু নুপা অদুদ শিন্নরবনি ।। মহাকপু নুংশি চান্ন তাইবঙ পুন্সি খোঙচৎকী খোঙবুরোই

ওইহনবীয়ু, থৌজানবীয়ু, কুবীয়ু হায়ন নুপী অদুন নুপা অদুদ লানজব কৎচব পোৎলমশিংনি ॥ খূদোল তমজব পোৎলমশিংনি ॥ মরম অসীন কুজপোত্ত নুপীগী শেৎন ইন্নব ফিজোল য়াওনদ্রিবনি ॥ কুজপোৎ য়ামিন্নবগী থৌরোং অসী নুপী অদুন কৎলিব, লাল্লিব পোৎলমশিং অদু নুপা অদুন লৌশিনবগী ওইব অপুনব থৌরোংগী মশক্তি ॥ নুপী অদুন পীব, কৎপ, ওইব মরম্ম মহাক্কী মখূৎ অদু মথক থংগনি ॥ অদুগ নুপা অদুন লৌব ওইবন মহাক্কী মখূৎ অদু মখা থংগনি ॥ নুপীন নুপদ পীব লানব ওইব মরম্ম কুজপোত্ত তরেৎ শেলকৎ পীব, থাধব মতমদ নুপী মপান ইহান হান্ন থাধনরিবনি, নুপী ময়ুমগী মীওইশিংতন তরেৎ শেলকৎ পীনবিবনি ॥ অদুগ অরোইবদ নুপাগী মমাদ কুজপোৎ অদু পীশিল্লিবনি ॥ কুজপোত্ত শেলকৎ থাধব মতমদ নুপাগী মপা মমা অমসং নুপা ময়ুমগী ওইব মীওইশিং য়াওনদ্রিবনি ॥ কুজপোত্ত থাধরিব শেলকৎ পুন্নমক অদু নুপী অদুবু ফংহল্লি ॥ মসীমক্তি য়াম্ন ফজব নুংশি চান্নন শেৎন খাইন লৌনবগী চৎনবীনি ॥ কুজপোৎ অসী ফম্ফমদ ফমদুন লৈরিবী নুপাগী মমাদ নুপা শেন্নবন পীশিনগনি ॥ কুজপোৎ য়াবিবী নুপাগী মমা নত্ত্রগ মহাক্কী মহুৎ মরেং শিল্লিবী নুপী অদুন কুজপোৎ অদু মহাক্কী ইন্নফি মনুংদ কোন্দুন থমগনি ॥ মচা মমৌ অনীমক্কী য়াইফ নুংঙাইব, পুন্সি নুংশাংব, চাদা নাউদা শনব ফংজব ওইরসুনু — হায়ব অফব ব্রাখলশিং অসী খনগনি ॥ নুপা নুপী অনীমক্ল লৈ হুক্রব লোইরদুন ইমুংদ চঙদ্রিফাওব মহাক্ল কুজপোৎ অদু মতম্বাক্ত চেৎন কোনশিন্দুন থমগনি ॥ কুজপোৎ অদু নুপা ময়ুমদ পুখিগনি ॥ নুপা ময়ুম্ন পোৎলম অমত্ত ফাওব নুপী ময়ুমদ খায়রম্লোই ॥ ফিবোলশিং অদু নুপা অদুন শীজিন্নগনি ॥

(viii) **উশিল মিতমঙা থাব ঃ** নুপা নুপী অনী অদুগী মখূৎ অনী অদু পুন্সি লৈপুল পুন্দুন কুজপোৎ অদু পীন-লৌনরিঙৈ মতম অদুদ নুপা ময়ুমদগী ঙসাই পুরকখিব মিতম উশিলঙা মীতৈ ঙমু অনী অদু নুপা মমাগী মহুৎ মরেং শিনঙম্বী অমসুং নুপীগী মমা নত্ত্রগ মহাক্কী মহুৎ মরেং শিনঙম্বী —অনী অসীন লাইয়িংথৌ সনামহীদ নুপা-নুপী অনীগী মহুৎ শিনব উশিল মিতম-ঙা ওইন মশক খঙন কৎলব মতুংদ নুপীগী উশিলঙা অদুন নুপীগী মমা নত্ত্রগ মহুৎ মরেং শিনবীন

পায়গনি অদুগ নুপা মমাগী মহুৎ মরেং শিনবীন নুপাগী উশিল ঙা অদু মখূৎ খুবাম অনী উমশিন্দূন পায়গনি অদুগ অতোপ্প অহুমশুব নুপী অমন শীংচেপ মৈরা নত্ত্রগ থাউমৈ পুহল্লগ উশিল ঙমু অনী অদু লাইজ ঈয়োক্নোমদ নত্ত্রগ ঈখোং নত্ত্রগ তুরেলদ থাদোক্কনি ।। নুপাগী মমা অদুদি ফমফম থাদোক্তুন চৎপ তৌহৈদে হায়দুন ঙা থাব অদু য়াওনদে ।। অমাই পিবান নত্ত্রগ অখঙব মীশক অমন উশিল ঙা থাব মতমদ উশিল্লোন অসী শোনগনি – “হে ইবেম্ম য়োইবু খোইমোম লাইরেম্ম ঈরৈম ঈখেরেল ! নোংদা তরংলেন তুরীকপী, ঈরীক কোংগোল লনকুবী, কঙপীক কংজাউ পোক্লঈ, লাইজ ঈথাবী, লাইজ ঈরীবী ! কোরৌ নোংথৌরোল তরেৎমক্তগী কুম্লক্লো, মালেম লৈখারোল তরেৎমক্তগী কারক্লো ।। হে ইবেম্ম ঈরৈম ! নমিংবু কজেংঙানবী কৌবী-ও ! হে ইবেম্ম, নসুন ঙসী কোরৌ নুমিৎসিদ নংগী লাইজ ঈরোন্নুংদ ঙমু তোক তোক পিচা অনীসীবু মিতমজরিয়ে ।। হে ঙমু তোক তোক পীচা ! নতাউ নতা অনীমক্কী য়াইফ নুংঙাইব, পুন্সি নুংশাংব, পান্নাউ শিংনাউ তাব পীনবীরম-ও ।।” – অসী হায়দুন ঈশিংদ ঙমু অনী অদু থাদোকখিগনি ।। ঙা অনী অদুন পুন্ন মায়োন অমত্তদ হরাউ হরাউ চৎমিন্নখ্রবদি অফব খুদমনি হায়ন লৌনৈ ।। মিতম উশিল ঙা থাব অসী ব্রাখল অমরোমদ, নুপা নুপী অনীমক্কী অব্রা অনা খুদোংথিব তারকপ ওইরকপ য়াব পুম্নমক অদু ঙা অনী অদুন মহুৎ শিন্দুন পুবিখ্রো, য়াইফ নুংঙাই পীনবীরম-ও – হয়বগী ব্রাখলদ থাদোকখিবসু য়াই ।। ব্রাখল্লোন অসীসু ফজে ।।

(ix) লৈ কোয়ব ঃ কুজপোৎ অদু নুপাগী মমাদ পীশিনদ্রিফাওব পুন্সি লৈপুন অদু লৌথোকপ য়াদে ।। তৌহৈদে ।। মখুৎ পুনমিন্নরিব পুন্সি লৈপুল অদু লৌথোক্লগ কুজপোৎ কন্বীদ হাপচিনখিগনি ।। নুপী অদু মহাকপু লমজীং লমতাক্লিবী শেন্নবীন লমজীং লমতাক্তুন য়েৎলোমদ নুপা অদুগী তুংলোমদ কোইথোক্লগ চত্তুন তরেৎলক কোয়গনি ।। খুৎকোয় অম হেক মপুঙ ফাব খুদীংগী নুপা অদুগী ওয়রোমদ লেপ্লগ নুপাগী কোয়েৎ মথক্ত লৈ চাইথগনি ।। তরেৎলকশুব অরোইব খুৎকোয় অদুদদি লৈপরেং অঙৌব অনী নুপা অদুগী ঙকশমদ – ঙসীদগী নহাক্ল ঐহাক্কী নোংদম্ব মপু ইপুরোয়ব হায়বদু ওইরবনি

— হায়বগী ব্রাখন্দ হুক্কনি অদুগ নুপান ফমলিব লুহোংফাল অদুমক্তন্দ নুপা অদুগী ওয়থংবদ ফমগনি ।। নুপা অদুন লৈ পরেং অম খাইদোক্লগ নুপী অদুগী ঙকশমদ — ঙসিদগী ঐখোয় অনী থব্রায় হকচাং অমত্ত ওইরবনি — হায়বগী ব্রাখন্দ হুক্কনি ।। লুহোংবগী নুপী শেন্নব অসী ঙসীদগী চহী ৪০ (নিফু) রোমগী মমাঙদদি নুপান শেন্নবগী চৎনবী লৈবক্সী অদুবু হৌজিক্তি নুপীন শেন্নবগী চৎনবী লৈরে ।। নুপাবু নুপান শেন্নব, নুপীবু নুপীন শেন্নব হায়বসীদি ফজব চৎনবীনি ।। লুহোংবগী লৈ কোয়বদ য়েৎলোমদ চৎলগ কোয়বগী মরমদি কোয়রিব অদু নুপী মশান কোয়জবনি ।। শেন্নবী অদুগী মথৌদি চুম্ন লমজীং লমতাকপগী মব্রোঙনি ।। ঔগ্রী হংগেন চোংব, থাবল চোংব, পুঙ, ঈশৈ, জগোই, লাই হবাউবগী লাইবৌ চোংব — পুম্নমক অসীগী খুৎকোয় অমসুং উরী মশামক্ল উপালদ যেৎপগী খুৎয়েৎ — পুম্নমক অসী য়েৎলোমদ চৎলগ কোযশিল্লকই অমসুং যেৎশিল্লকই ।। খুৎকোয অসীবু যেৎলোমদ মমায় ওন্দুন চৎলগ কোযব খুৎকোয য়েৎলোমদগী কোযব কৌই ।। (পোৎশক অমদ ফি নত্ত্রগ থৌবী নত্ত্রগ লংন য়েৎপদি মীন যেৎশিনবীবনি, ফি নত্ত্রগ থৌরী নত্ত্রগ লং মশামক্ল য়েৎচব নত্তে ।। লুহোংবগী লৈ কোয়বদি নুপী মশামক্ল উরীন উপান্দ য়েৎপগুম কোয়শিন য়েৎশিনজবনি হায়বগী ব্রাখল্লোন লৈবদগী য়েৎলোমদ চৎলগ কোয়বনি ।। খৃৎকোয় অসী মী মী অদুগী বাখলগী মতুংইন্ন তোঙান তোঙানব মমিং থোনব যাই, অদুবু কোয়বগী মব্রোঙদি মথক্কী অসীনি ।।)

(x) **কাংসুবী লান্নব ঃ** লৈ হুক্রব লোইববদ নুপা নুপী অনী অদু অমত্ত ওইরে হায়ব খঙহনবগী থৌব্রোঙদ মখোয অনীমক্কী ইন্নফি ফীজীন অনী অদু কিশি কিশিনবীগনি ।। মখোয অনী নুপীন মাঙ থাবগ পুন্ন চঙমিন্নদুন নুপী ময়ুমগী লাইয়িংথৌ সনামহী, ইমা লৈমবেল শিদবী অমসুং ফুংগ লাইরু খুরুম্মিন্নগনি ।। য়াইফ থৌজাল নিমিন্নগনি ।। লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইমাঙদ য়েৎ-ওয় পুন্ন ফমিন্নগনি ।। নুপাগী মমা অমসুং নুপীগী মমা অনীমক্ল মমৌ অমসুং ময়াদ হৈরুক ক্বা লানগনি ।। নুংশিব উৎলি ।। নুপীন নুপাদ তাউজিং হৈরুক অচাপোৎ অথুম অহাউ কাংসুবী লাল্লী, নুপান অমুক নুপীদ লানগনি ।। অসুম্ন য়াম্ন নুংশি-চান্নন চামিন থকমিন্নগনি ।। ফীজি কিশিন্নবদু থোক্লগ নুপাদু ইমুংদগী থোকপ্রগ

শোন্নবুঙদ লাইগী মিংখৈরোল শক শোল্লিব/শোল্লিবীশিংবু অমসুং অহল-লমনিশিংবু খুরুমগনি ॥ নুপান মহাক্কী মরূপ-মপাং খোঙলোয়শিংগ লোয়নন ময়ুমদ হনখিগনি ॥ নুপী অদুগী মপান মহাক্কী মচীন-মনাউ অনীগ মখোয় অহুমন নত্ত্রগ মখোয় অহুমগী মহুৎ মরেং শিনঙম্ব মীওই পুন্ন অহুম্ন নুপা অদুগী মপা অমসুং মহাক্কী মচীন-মনাউ অহুম নত্ত্রগ মখোয় অহুমগী মহুৎ মরেং শিনঙম্ব মীওই অহুমদ হৈরূক (ক্বা) অনী অনী লানগনি ॥ নুপাগী অহল অহুম অদুন অমুক হৈরূক (ক্বা) অদু অমমম নুপীগী অহল অহুমদুদ অমুক হন্ন লানগনি ॥ হৈরূক ক্বা লানবদ খুরুম্নে ॥ থৌরোঙ অসীমক্তি নুপীগী অহলশিংন লাল্লিব হৈরূক পোৎলম অদু য়েন্নদুন নুংশি চান্নন শেৎন-খাইনদুন চামিন্নবগী থৌরোঙনি ॥ ব্রাখল অসী নৎলমদ্রবদি নুপীগী অহলশিং অদুদ লান্নব হৈরূক ক্বা অদু নুপা ময়ুম্নসু থৌরাং তৌদুন ময়ুমদগী পুরক্কমগদবনি ॥ থৌরোঙ অসীবু ঙাইশেন কোন্নব কৌই ॥ মমাঙঙৈ ঙল্লিঙৈ মতমদি লেপখৎলগ হরাউ নুংশিব ফোঙদোক্তুন কোন্নরমগনি ॥ নুপা মশেল হৈরূক ক্বা লান্নবগুম নুপী মমানসু নুপাগী মমাদ হৈরূক ক্বা লানগনি ॥ অসুম্ন নুমিৎ অদুগী ওইন লুহোংবগী থৌরম লোইশিনগনি ॥

(xi) **নুপী থিনব** ঃ নুপা ময়ুমদ যুম অম পানবদ চঙদব য়াদব পোৎলমশিং অউনপোৎ ওইন পীবগী চৎনবী লৈরকই ॥ অউনপোৎকী পোৎলমশিংদি – (১) ফমুং কাংথোন, (২) নুপী অদুগী শেৎন-ইন্নব মফি মরোল, (৩) ফি-রোল হাপ্পব উপু, (৪) চাব-থকপদ শীজিন্নব চেঙফু, ঙারুবাক, কোল লীক, পুখম-তেঙ্গোৎ অসীনচিংবগ লোয়নন ফিশা-লোনশা হায়বসী মীতৈ নুপী অমগী থাদোক্লব য়াদ্রব য়ুমপুবী নুপী অমগী হিংনবগী শিনফম অম ওইরকপ মরমন খ্বাঙদ ফি শাবগী মচৈ মপোৎ তরেং, কপত্রেং, তওৎ, তমং, ফিশা তেম, শনম, য়েপুনচিংব অদুগ ইয়োংদ ফি শাবগী য়োংখম (কোন্নদি ফিশাকোল) অসীনচিংব হাপ্পরকখি ॥ ইনাক কৈরাক খুনব নুপী ময়ুম্নদি লৌ অমসুং শন অমোম্নচিংব লুহোংলব মতুংদ তম্বীরকখিব/পীরকখিবগী চৎনবীসু লৈরকখি ॥ নুপীগী অউনপোত্ত লৈরূম কৌব ফি মরাক তাইব ঙবোং অসী য়াওদব য়াদে ॥ মসী য়াম্ন লিরব চৎনবীনি ॥ নুপী থিল্লকপ মতমদ খ্বাইগী মাঙ থান –

(১) চেঙফু পুবী চৎকনি অদুদগী (২) অপোক অশাগী, (৩) ইমুং লাই লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং লৈমরেলগী, (৪) লমলাইগী পোৎলমশিং য়াওব ফীরুকশিং অদু মথং মথং চৎকনি ।। ফীরুকশিং অদুদ য়াওগদব পোৎচঙশিংদি নুপা ময়ুমদগী লাকপদ হাপ্লকপ পোৎলমশিং অদুগ মান্নগনি ।। অউনপোৎকী মতাংদ খঙজিনব য়াব ৱাফম অমদি — অদু অদুগুম্ব অকক্লব পোৎলমশিং উল্লক্কদবনি হায়ন নুপা ময়ুম্ন হায়বগী চৎনবী মীতৈশিংগী ওইন লৈরক্তে ।। মদু হায়নদে, ইকাইনৈ ।। নুপী ময়ুমগী অরে-লৈত মতুং ইন্ন উন্নবগী মৱোঙনি ।। অউনপোৎ য়ামদে নক্তগ অপাম্ব পোৎশিং উল্লক্তে হায়দুন নুপা ময়ুম্ন নুপীবু ওৎনৈবগী অমসুং মীশি মীনা থোকখিবগী ৱারী লৈনরক্তে ।। নুপী থিনবগী মৱোঙ অমসুং অউনপোৎকী মতাংদ, পাম্থোইবীবু খাব ময়ুমদ থিনবগী মতাং অদু পনব য়াই ।। ‘পাম্থোইবী খোঙ্গুল’ কৌব অরিব লাইরিক অদুদ অসুম্ন ইরি — “ঈমোম তমপা, ৱাঙমলোনকিতমকপু থৌরাঙ ঙমতম লোইরাপাতা ঈমোম ৱাংঙমলোন, ৱাংকোল সঙমায় খায়ন হেনমোইপি ৱাংকোল লাইনুরা অতেংপিকি খোইনৌ মতালোয় — খোয়নৌ লাই নুরা তরেৎমা নখোয়সুঙ তরা চাকখোমপু লুতা থোংনা ঈমোম কোনখৈ অতামপিপু ঙাইরোয়নরু-ও ।। নতু লাইপাখং তরেৎমা নখোয়সুঙ শারেল ঙালোংমা শানা, থুমলোং নাশং লোন্না ঈমোম ৱাংঙমলোনপু থিনঙমলু-ও ।। ঈরেং পুপালোনকি লাই হনুপা চামা নাখোয়সুঙ খম্লাং পাপললোনকি খোইমোম লাই হনুপি চামা নাখোয়সুঙ ঈমোম ৱাংঙমলোনপু থিললম-ও ।।” অসুম্ন য়াম্ন ঙল্লিঙৈ য়েলহৌঙৈগী মতমদগী হৌন নুপী থিনব মতমদ পাখং লৈশাবী হনুব হনুবী য়াওন মীয়ামন থিনবগী চৎনবী অসী লৈরক্লে হায়বসী মথক্কী ৱাফম অসীদগী ফজন খঙব ঙমই ।। অউনপোৎকী মতাংদন পাম্থোইবীন মবুং তরেত্ত — “ঈপল তুপী অঙলপা ঈতু লাইরেল অরেমপাসিং-ও, নমোম ঐঙোনতা কাওরেল সলসিৱাক, তাইয়ুম নাইসমসাংপু ললউনপিকানো তরা চাকথোপমা, শারেল ৱালোংম, ৱাংলৈ খুমলোংমাকাপু ললউনপি-ও ।।” — হায়খি ।। মসীন উৎলিবদি অঙম অথৌ নিংথৌগী মচা মসু লুহোংবদ মনাই-মশল, শা-শল উন্নব য়াওরম্মী অদুবু ইচম চম্ন লৈজব খর হায়বদি চাক চফূ অম, য়েনশাং শাথোঙব উয়ান অম, য়ু খরূং অম — অসীত উনবসু য়ারম্মী হায়বসীনি ।। নুপী অদুন নুপা ময়ুমগী কোম্থোঙ থোঙ্গান

য়ৌরকপদ চেং-লৈ অমসুং কবোক অফাব চাইদুন মৈবুল মৈরা ওক্কনি ।। মৈওক্কব মতুং সুমাঙ মচি য়ৌশিল্লক্লবদ নুপাগী মমান নৌন লাক্লিব মমৌনুপীবু ওয়রোমদ কোনশিনবীরগ পুশিনবীরক্কনি ।। ময়াই সুমতোপলদ লৈরিব তেংপানবপু (কংলৈ নিংথৌ সনামহী)দ খুরুমহল্লব মতুংদ ইমুংদ কোন্দুন পুশিনবিরগ লাইয়িংথৌ সনামহী, ইমা লৈমরেল শিদবী অমসুং ফুঙ্গা লাইরুব খুরুমহল্লব মতুংদ মখোয়গী লৈফম কাদ পুশিনবিদুন থম্বীরমগনি ।। নৌন শেল্লিব ফমুং অদু নুপী অদুগী মমাগ পোকমিন্নব মাম্মন শেমজিন শাজিন্দুন অমুক্তং ওইরবসু নানথরমগনি হায়বগী চৎনবী লৈ ।। নুপী থিল্লকপদ মৈবুল মৈরা থান্দুন ওকপগী থৌরোঙ অসী 'পাম্ভোইবী খোঙ্গুল'দা অসুম্ন ইরি — 'খাপা ময়ুমনাক য়াংপ মশাইকোলতা তমপা লাইপু লাংনা ব্রাইথুংলাপাতা খাপা হুইতোনকোকপম নিঙোলপি মনু তেকঙানা তমপা মহুইরোলপু শিঙচেপ মৈরা থান্ন লমওকঙময়ে ।। চামলৌ লনফারোই পশোৎ ফিঙৌ থানা কপোক ফামনা হুল খাপা পুমনা তিল শামু থাঙচেপনানা লমওকঙময়ে ।।"

লুহোংব থিল্লকপদ নুপী ময়ুমলোমগী মীওইশিংবু নুপা ময়ুম্ন পীজ পীথক তৌবগী চৎনবী অসী য়াম্ন লিরব চৎনবীনি ।। ফজন পীজ পীথক তৌব ঙমদ্রবদি নুপা ময়ুমদু ইকাইনৈ ।। পাম্ভোইবীবু খাব ময়ুমদ থিল্লকপদ য়াম্ন ফজন পীজ-পীথক তৌখিব ঙমখিদ্রে হায়দুন খাব তরঙ খোইনুচাগী মপা খাবা শোকচরোম্বন ইকাইখি ।। মতাং অসী 'পাম্ভোইবী খোঙ্গল'দ অসুম্ন ফোঙদোকই — "মমান নিংথৌ খাবা শোক্চোনপা কংলৈ লৈপাক মপানা শারেল শানৈ ঙমতা, ব্রাংলৈ য়ূনৈ ঙমতারাপকি তরা মায়খঙনাপাপু ঙমতারাপাকিতমক খাপা তাংচা ইকাইখি।। (চকপ অন্দ্রোশিংগী ওইনসু নুপী থিল্লকপদ নুপা ময়ুমদ অচৌব চাকলেন অম থোঙলদুন ওকশা য়ুনচিংব চাব থকপ য়াওন তৌই ।।)

নুপা ময়ুমদ নুপী থিনব চৎপদ নুপীগী মমাদি য়াওনদে অদুবু নুপীগী মপাদি য়াওদব য়াদে ।। য়াম্ন হরাউন কাঙবু অনীগী মীওইশিংন চামিন থকমিন্নব লোইরবদ নুপাগী মপান মচীন-মনাউ অনীগ লোয়নন নুপী মপা অমসুং মচীন-মনাউ অনীগদ হৈরুক (ক্বা) অনী/অনী পোৎলাম্লি ।। পোৎলাম্লিব হৈরুক (ক্বা) অনী/অনী লাম্লিব অদুদগী অমমম নুপী মপাগী মায়কৈন নুপা মপাগী

নায়কৈদ হন্দুন পোৎলাল্লি ।। য়েন্নদুন নুংশি চান্নন চামিন থকমিন্নবগী থৌরোঙনি ।। হৈরূক (ক্বা) লান্নদুন খুরুম্নব মতমদ নুপী মপান নুপাগী মপাদ – ইবাই/ইশেন ঐগী ইচানুপীসে হৌন লোনচৎ সুন খঙদ্রিবীনি, ঙসীদগী ইবাই/ইশেন্ন ইচামক্লি খনবিদুন হৈত শিংদ ব্বারক ব্বাতোম্বীদুন থম্বীয়ু – হায়নৈ ।। ঙাইশেল কোন্নব হায়দুন নুপা মশেল হৈরূক ক্বা লান্নব অসীগুম্ন নুপাগী মমানসু নুপী মমাগী মহুৎ শিনঙম্বী য়াওন নুপী অহুমদ হৈরূক ক্বা লানগনি ।। লুহোংবগী নুমিদাংদ চাক চাবদ য়াওদব য়াদব য়েনশাং অমদি ঙানপ অতেকপ থোংব অসীনি ।। মসীগী নুংগী ওইব ব্বাখলদি মীতৈশিংগী ওইব খোনথোক্কী ব্বাংউরোলগী থাজনবীনি ।। ঙানপ হায়ব ব্বাহে অসীগী অরোইব 'নপ' হায়রিব অসীন নুপী নুপা অনীমকপু নপশিনহল্লি, মখোয় অনী অমত্ত ওইহল্লি, নুপা-নুপীগী মরী চেৎশিলহল্লি হায়বনি ।।

(xii) **চেংলুক নুংশাং কাইব ঃ** লুহোংব মতুং মবিনি সুব নুমিৎকী অয়ুক চাকচা মাঙদ নুপাগী মমান য়ামদ্রবদ অতোপ্প নুপী অনীগ লোয়নন লাক্লগ লুহোংব নুমিত্ত নুপী ময়ুমগী ফংগা লাইরু মনাক্ত থমখিব চেঙলুক নুংশাংগী ফীরূক অদু হাংদোক্তুন মনুংদ করি করি য়াওরম্বগে হায়বদু য়েংদুন খুদম চাংদম খঙনৈ ।। মনুংদ কাজপ্পি য়াওরম্ব অমসুং মিরাং মহুম থুরম্ব অসী অফব খুদম চাংদমনি হায়বগী থাজনবী লৈ ।। মসীবু চেঙলুক নুংশাং কাইব হায়ন কৌই ।। নুমিৎ অসীমক্কী নুংথিল নুমিৎ চাযথরকপ মতমদ নুপীগী মমান য়ামদ্রবদ অতোপ্প নুপী অনীগ লোয়নন নুপা ময়ুমদ লুবাক চেঙবোন হাংব চৎলি ।। ফি উপুনচিংব হাংদোক্তুন খুদম চাংদম য়েংই ।। লুবাক চেংবোন হাংব হায়ব অসীদগী চেঙলুক নুংশাং কাইব হায়ব অসীন হেন্ন মরুওইব থৌরম ওইন লৌনৈ ।।

(xiii) **মপাম চাক্কৌব ঃ** লুহোংব মতুং হায়বদি লুহোংব নুমিৎ অদু থাদন মথংগী নুমিত্তগী পারগ মঙানি সুব নুমিত্ত মপাম (মপা ময়ুম) চাক্কৌব কৌব নুপা ময়ুমগী অমসুং নুপী ময়ুমগী মীওই কাঙলুপ অনী পূম্ন চাকচা হৈজামিন্নবগী থৌরম অম পাঙথোকই ।। (চকপ ফয়েংশিংগী ওইনসু লুহোংব নুমিত্ত নুপা ময়ুম্ন নুপী ময়ুমদ লাকপদ অপোক অশাং কংলগ লাইয়িংথৌ লৈমরেল খুরুম্লগ

মকু মনেম, মশেন মবাই খুরুমই ।। নুপা ময়ুমদ থুংলব মতমদসু নুপী ময়ুম্ন অদুম্ন তৌই ।। মঙানি শুবদ মপাম চাক্কৌব হায়দুন নুপী ময়ুমদ চাক পীজে ।।) লুহোংলব নুপা অদুন নুপীগী অহল-লমনশিং খুরুম্লগ চাক্কৌবগী থৌরম লোয়শিল্লি ।। চাক চানবগী থৌরম অসীবু মপাম চাক্কৌব কৌবগী মরমদি অতোপ্প য়ুম্নাক শাগৈ অমদ লুহোংখ্রবী মচানুপীবু মপা ময়ুম্ন চাককৌব ওইবদগীনি ।। অসুম্ন, নুপী/মৌ হায়বদগী হৌরকপ থৌরম কয়ামুক্ত পরেং লেংদুন শারব শাংলব মীতৈশিংগী লুহোং-খোঙদোংদুন য়ুমপানবগী থৌরম অসী লোইশিল্লি ।।

**লৌন-লৈনব য়াদবগী চৎনবী ঃ** মীতৈশিংগী পারম পুরমচৎকী ওইব চৎনবীশিংগী মনুংদ নুপা নুপী অনী লুহোংব/লৌন লৈনব/য়ুম্বানমিন্নব য়াদব হায়ব অকনব চৎনবী অমসু লৈরকই ।। হায়রিব লৌন-লৈনব য়াদবগী মরম অমসুং মখলশিং অদু মখাদ য়াম্ন শমজীনব মরোঙদ পীজরি ঃ

১) **য়েক থোক্লব ঃ** মীতৈ খুন্নাইদ য়েক তরেৎ লৈ ।। য়েক হায়বগ শলাই হায়বগ মশা অমত্তনি ।। য়েক অমত্তগী ওইব য়ুম্নাক শাগৈগী নুপা নুপী অনী অদু লৌন-লৈনব/য়ুম্বানমিন্নব/লুহোংব য়াদে ।। চৎনবী অসী য়াম্ন কুইন লৈরক্লব চৎনবী অমনি ।। য়েক শলাই অমগী য়ুম্নাক শাগৈশিং অদু মবুধৌ পুরেল অমদগী শমথরকপনি অদুন লৌন লৈনব য়াদে হায়বনি ।। অদুবু য়েক থোক্লরবসু/মান্নরবসু নুপা নুপী অনী অদুগী মনুংদ অমগী য়ুম্নাক শাগৈ অদু নোংপোক নত্তগ নোংচুপ হারমদগী লাকপ ওইরব নত্তগ অনী অদু অমন নোংপোক হারমদগী অদুগ অতোপ্প অমদুন নোংচুপ হারমদগী ওইরবদি মপা মপু পুকোক পুরেল অমখক্কী চাদা নাউদা ওইদব মরম্ন, মপানথোংদ য়েংবদ ফজদ্রবসু ঈ মরীগী ওইনদি লৌনবদ থোইন অকায়ব ওইরোইদ্র হায়বগী ব্রাফম লাকপ য়াওই ।। অদুবু ব্রাফমসী পুক্লীং থৌগৎনিংঙাইদি ওইদে ।।

য়েক মান্নব মশেল লৌন-লৈনব য়াদবগী চৎনবী অসীমক্তি অফব, পুক্লীং থৌগৎনিংঙাই ওইব চৎনবীনি ।। মরমদি — চৎনবী অসীন য়েক শলাই অমগ অতোপ্প য়েক শলাই অমগ চারৌ মৌরৌনদুন ঈ মরীগী অচেৎপ লীপুন্ন

খুনশিন্দুন অপূনব খুন্নাই অম শাগৎপদ যাম্ন চাউবব থৌদাং লৌবকখি ।। সীমক্তি মীতৈ ফূব্দপ শাগৎলকপগী অচৌব খোঙথাং অমনি ।।

২) **শাইরূক তিন্নব ঃ** তোঙান তোঙানব য়েক শলাইদদি চঙখ্রব অদুবু মপা মপুদি তিন্নববু শাইব্দক তিন্নব কৌই ।। শাইব্দক তিন্নববু শলাই লোৎপ হায়নসু কৌনৈ ।। শাইব্দক তিন্নব হায়বসীগী ৱাহন্দোক অসী – মতম অমদ য়ুম্নাক শাগৈ লুক অমখক্তগী শন্দোক্লকপ ওইন লৌগনি ।। মীতৈ খুন্নইদ মমাঙৈঙদগী চৎনবকপ শাইব্দক তিন্নব মখল খব লৈ মদুদি –

(ক) কৌব্রু চীংজাউ ঙমখৈদগী মোইবাং কাঙলুপ হায়বদি কৌব অঙাংঙাগী চাদা নাউদা ওইব মোইবাং অনৌব য়েক্ক অঙোম য়েক্কী নিংতোন লাইতোনগী চাদা নাউদাশিংগ সাইব্দক তিন্নৈ ।। কাংহূজম য়ুম্নাক অসীসু মঙাং/নিংথৌজা শলাই অবিবনি হায়দুন মঙাং/নিংথৌজা শলাইগ লৌনহৈদে ।।

(খ) খুমন কাঙবুগ লুৱাং য়েক্ক শাইব্দক তিন্নৈ ।।

(গ) খাব-ঙানব য়েক্ক চেংলৈ য়েক্ক শাইব্দক তিন্নৈ ।।

(ঘ) লোক্তাক খোঙবান্দ খুন্দাবকপ মোইবাং অবিব কাঙলুপ নক্তুগ ঈৱাং পুলিক্লাই ঙাংনিংশিংন পুকোক ওইবগ শমথবকপ চাদা নাউদাগী মোইবাং য়েক্ক খাঙানব য়েক্ক শাইব্দক তিন্নৈ ।।

(ঙ) নোংদা লাইবেল পাখংবন মোইবাংদ খুনগুমদুন পোকখিব তাঙক্রুম লুম্মিব অমসং মুংযাংচাউবগী চাদা নাওদাশিংদু মোইবাং অবীব সলাইগী মুংযাংজম অমসুং লোইবেনজম শাগৈদ চঙখ্রবসু মঙাং/নিংথৌজা য়েক্ক শাইব্দক তিন্নৈ, লৌনহৈদে ।।

(চ) শবাংলৈশাংগ, খাঙানবগ, হাওবোক কোম্থৌগ, মোইবাং অবিবগ শাইব্দক তিন্নৈ ।।

(ছ) খাব শলাইগ অঙোম শলাইগী অচোম য়ুমলেম্বম, হিদাম, লংমাইথেম তোম্লোঙবা শঙবম য়ুম্নাক অহুম অসীগ শাইব্দক তিন্নৈ ।।

অমুক, শাইরূক তিন্নব হায়বসী চাউরাক্ল মখল অনী থোক্ল খায়দোকপসু য়াই, মদুদি ঃ–

**ক) শাইরূক অচৌব তিন্নব ঃ** মপা অমত্তদগী খেন্ন খেন্নব মমাশিংদ পোকপ মচাশিংগী চাদা নাউদাশিংবু অমসুং মখোয়গী কাঙলুপশিংবু শাইরূক অচৌব তিন্নব হায়ন খঙনৈ ।।

**খ) শাইরূক মচা তিন্নব ঃ** মমাগী ঈ মরী তিন্নব অমসুং মখোয়গী চাদা নাউদাবু শাইরূক মচা তিন্নব কৌই ।। মসীবু পী তিন্নব নত্ত্রগ পেন তিন্নব হায়নসু অয়াম্বন খঙনৈ ।। পেন তিন্নব অসী মখাগী অসুম্ন খায়দোকপ য়াই ঃ

(অ) মমা মমা মচিন মনাউ ওইব (আ) মমাগী মবুং নত্ত্রগ মৌপ্পাগী মচাশিং (ই) মমা অমত্তন তোঙান তোঙানব য়ুম্নক্ত ওঙদুন পোকপ (ঈ) মপাগী মচল নত্ত্রগ মচেগী মচাশিং (উ) মপা মপা মচিন মনাউ ওইব অমসুং থোক্লবগী মচা মশুশিংনচিংববু পেন তিন্নব হায়ন খঙনৈ ।।

**৩) লৈনুং পেনতিন্নব ঃ** থায়ন মমাঙঙৈ পুকোক্কী মবেনধৌ অমখক্তদগী শমথরকপ নত্ত্রগ চাদা নাউদারকপ সৃথাংশিংবু লৈনুং পেন তিন্নব কৌই ।। (য়েক থোক্লবদি ইরায় লায়ন খঙব ঙমই ।। অদুবু পুকোক পুরেন্দ সাইরূক তিন্নবগী মতাং অসীদি মী অয়াম্বনদি খঙবদ লুন থোকই ।। খঙদববদগী লৌন লৈনখিব কয়া য়াওরমগদব মাল্লি ।।)

**৪) ঈ মুংনব ঃ** মুংনব হায়বগী ব্রাহ্মন্দোক্তি লৌন লৈনব য়াদব নামুংনব হায়বনি ।। মুংনব অসী মখল খর থোক্ল খায়দোকপ য়াই ।। মুংনবশিংগী মনুংদ ঈ মুংনব হায়বসীন খ্বাইদগী হেন্ন মরুওইন খন্নে ।। মমা মপা নত্ত্রগ মতৈ মনাউ অমত্তন পোকপ মচা নিংঙোলশিংন য়ুম্নাক শাগৈ তিন্নদব তোঙান তোঙানব নুপাশিংদ ময়ুম পাল্লগ পোক্লকপ মচাশিং অদুগী চাদা নাউদাশিংদু মখোয়গী য়েক য়ুম্নাক শাগৈ তিন্নদ্রবসু মখোয়গী অহানব মীরোল হায়বদি মচিন মনাউ ওইব নিংঙোলশিং অদুন অহানব মীরোল ওইন লৌরগ মীরোল মঙা ফাওবগী মনুংদ লৈরিব চাদা নাউদা সুরোলশিং অদু লৌন-লৈনব য়াদে ।। ঈ-মুংনব কৌই ।। মীরোল তরূক সুরবদি লৌন-লৈনব য়াবগুম তৌই ।।

৫) ঈ ওয়ব ঃ ঈ ওয়ব হায়বসী সাইরূক মচা তিন্নবদগী শমথরকপ মথং থরকপ মরী মতাগী পরীংনি ।। পেন তিন্নব পী তিন্নবগী শাইরূক মচা তিন্নবসীগী লৌনব য়াদবগী অপীব মীরোলশিং অদু লানথোকখিদুন লৌনব য়াবগী মীরোলদ থারক্লবদি সাইরূক মচা তিন্নব হায়বগী মহুত্ত ঈ-ওয়ব হায়ন কৌই ।। য়েক তিন্নদ্রবসু ঈ-ওয়ব য়ুম্নাকশিং লৌন লৈনবদ ফজদব লৈ ।। য়েক শলাই, য়ুম্নাক শাগৈ অমসুং শাইরূক অচৌব তিন্নবগুম ঈ-ওয়ববুসু ঙাক্ল চৎপগী ফজবদি লৈ ।। (অদুবু ঈ-ওয়ব্রা ওয়দব্রা হায়ব খঙদোকপ হায়বসী অরায়ব অম নত্তে ।। খঙদবদগী লৌন লৈনব কয়া য়াওরমগদব মাল্লি ।।)

৬) ঙাকপ ঃ ঙাকপ হায়বসীগী ৱাহন্দোক্তি য়াথং ঙাকপ, ৱাশক ঙাকপ, ইকাইখুম্নব উৎপ অমসুং নুংশি চান্নবগী মরী ঙাক্ল চৎপ হায়বনি ।। ইমা ইপা শক্ল নাউয়োক নাউকোনবীরকপগী, মহৈ-মশিন তাকপী তম্বীরকপগী হৌনব খঙব, ইকাই খুম্নব উৎপ – পুম্নমক অসীন মরম ওইদুন য়েক শলাই, য়ুম্নাক শাগৈ তোঙাল্লবসু লৌন-লৈনদবগী চৎনবী লৈব অসীবু ঙাকপ কৌই ।। (চৎনবী অসীমক্তি ইকাইখুম্নবদ য়ুম্ফম ওইব চৎনবীগী ৱাফমনি; নুপা নুপী অনীগী অহলশিংন অমসুং নুপা নুপী অনী অদুন য়ানরবদি লৌন-লৈনব, লুহোং খোঙদোংবদ থোইদোক্ল অকায়ব লৈরোইদ্র হায়ন অয়ীবন খল্লি ) ।।০।।



# ৪

# শিবগী ঈরাৎ থৌরম

য়াইবী থব্রায়দি শিব নাইদবনি ।। শিরিবদি তাইবং হকচাংনি ।। থব্রায় চেক্লা মাবু তাইবং হকচাংন পোলাংগী মশক ওইন ফাজিন্দুন থম্বনি ।। হকচাং পোলাং মনুংদ পোম্বীগুম ফাজিন্দুন লৈরম্ব য়াইবী থব্রায় মান চেক্লাগুম পাইথোকখিব থৌব্রোঙ অদুবু শিব কৌই ।। মীতৈশিংগীত নত্তন লমদম অসীদ লৈরিব চীংমী তম্মী কাঙলুপ অয়াম্বগী ওইন অশিব অসী চাউরাক্ল অনী থোক্ল খায়দোকপগী চৎনবী লৈ ।। অনী অদুদি – (১) মহৌশাগী ওইব মীশি (২) মহৌশাগী নত্তব মীশি অসীনি ।। মহৌশাগী মীশিবু অফব ওইন অদুগ মহৌশাগী নত্তব মীশিবুন ফত্তব ওইন লৌবগী থাজনবী অমসুং চৎনবী লৈ ।। মহৌশা মীশিগী থৌরমদি য়াম্ন পাক চাউই, কুপথৈ অমসুং মকা ফোংই ।। অদুবু মহৌশা নত্তব খুৎশিগী থৌরমদি য়াম্ন শমজীন্ন মকা ফোংদন লোইশিন্নে ।। মদোম হাৎতুন শিব, অব্রাংবদগী তাদুন শিব, ঈশিংদ তাদুন শিব, শা-কৈন শোক্লুন শিব, য়াম্ন অঙাং ওইন চহী অহুম চঙদ্রিঙৈ/শুদ্রিঙৈ, য়াম্ন হংগোইনীংঙাই ওইব লৈনান নাদুন শিবনচিংবশিং অসী মহৌশাগী নত্তব ফত্তব মীশি ওইন লৌনৈ ।। মশা নারক্লুন নক্লগ অহল ওইরক্লুন শিব মীশিবুদি মহৌশাগী ওইব অফব মীশি ওইন লৌনৈ ।।

**অশিব পোৎলোইবগী মখল ঃ** অশিব পোৎলোইববু পোৎলোই হিথাব হায়নসু খঙনৈ ।। মীতৈশিংগী অশিব পোৎলোইবগী মখল অসী 'সকোক লমলেন অহানব' কৌব অরিব লাইরিক অদুদ হায়বগী মতুংইন্ন মখল মরি সুই; মদুদি – (১) নুংশিৎকী পোৎলোই (২) ঈশিংগী পোৎলোই (৩) লৈপাক্কী পোৎলোই অমসুং (৪) মৈগী পোৎলোই অসীনি ।। নুংশিৎকী পোৎলোই

হায়বসী অশিব হকচাং অদু নুংশিৎ নুংশাদ মতম শাংন অকক্লব মফম অমদ থম্ব নত্ত্রগ অসুম্ন থম্লিব হকচাং অদু শরূ ঙাক্ত ঙায়রক্লব মতমদ মদু খোমজিল্লগ ফুমজিনব ওইগনি ।। (মতাং অসীদ পনবয়াবদি চিন চীংশাংদ লৈব শোক্তে কাঙলুপশিংগী অরিব চৎনবীদ অশিব হকচাং অদু ইরুজথোকপিদুন ফিজেৎ লৈতেংবীরব মতুংদ কৃ মনুংদ হাপচিল্লগ জগোই শাদুন, শেনবুঙ য়ৈদুন মংফম য়ৌন পুই ।। কৃ অদু ফৃৎ মরিরোম ব্রাংব উচুকশিংগী মথক্ত থম্মী ।। নোং চোত্তনবগীদমক কৃ অদুগী মথক্ত ই-ন যুম কুপ্পগুম কুপশিল্লি ।। হকচাং অদু কংশিন্নবগীদমক চয়োল অম নত্ত্রগ খর হেল্লপ কৃ অদুগী মখাদ মৈ থাদুন থম্মী ।। অদুগী মতুংদ কৃ অদু নুংশিৎ নুংশা চাহন্দুন থম্মী ।। চহী অম লৈরগ শরূ অদু লৈবাক অমসুং নুঙন কা অমগুম্ন খাগত্তুন শেম্লব মফম অমদ থম্মী ।। মদু থোঙসু পাল্লি ।। মদুদ চঙলগ শিরিব মী অদুগী মরী মতাশিংন অব্রাব নুংঙাইত্তব কয়া ফোঙদোক্লরম্মী ।।) ঈশিংগী পোৎলোই হায়ব অসীদি ঈশিংদ থাধদুন পোৎলোইশিনবনি ।। হয়ি চক্ত মী শিরগ হৈবোক তুরেলদ থাধদুন পোৎলোইবগী ব্রাফম 'নিংথৌ কাংবরোল' অমসুং 'সকোক লমলেন অহানব' কৌব অরিব লাইরিক অনী অসীদ য়াওরি ।। কোম তৌদুন অশিব হকচাংবু লৈরোল চন্দুন পোৎলোইব লৈপাক্কী পোৎলোই হায়ব মখল অসীদি মালেমগী ওইব, মীওই কাঙলুপ অয়াম্বগী ওইব পাক চাউরব চৎনবী অমনি ।। (উমংলাই হরাউবগী লৈহুল অদু লাইরোই মতুংদ লৈনুংদ ফুমজিন্নে ।। চকপশিংগীদি মৈ থারব মতুংদ উৎতু ফুমজিন্নে ।। পোকপ শিবনচিংবগী লাইগী ঈরাৎ থৌরমদ কৎপ লৈশিং অদু হৌজিক ঈশিংদ থাদনরি ।। খেন্নরিব অসীগী মরম লৈগনি ।।) মীতৈশিং অসীসু হিন্দু লাইনীং লৌদ্রিঙৈ খস্ত কুম ১৭২৪গী মমাঙদদি লৈপাক্কী পোৎলোইগী চৎনবী লৈরম্মী ।। মীতৈশিংন শিরগ মৈ থাদুন পোৎলোইব অসীদি হিন্দু লাইনীং চংলকপগ লোইনন ইনিংথৌ পামহৈব/গরিবনিব্রাজগী (১৭০৯-১৭৪৮) মতমদগীনি ।। মতাং অসীবু 'চৈথারোল কুম্বাবা' দ অসুম্ন ইরি — "কুমশক ১৬৪৬ (খস্ত কুম ১৭২৪) লমতা থাদি লৈপাকপোকপন হলএ ।। ২০নি লংমাইচিংদা নিংথেমনা মবুধৌ খিবিকপু মৈদা ইক্তুনা ইংথিদা তুমগে চৎএ ।। লৈপাক পুম্নমক মৈদা ইকপসু অদুঙৈ হৌএ ।।" অশিব থাংদোকপ

অমসুং লৈপাক্কী পোৎলোইগী মতাংদ 'থালোয় নোংখায়লোন' কৌব অরিব লাইরিক অদুদ য়াম্ন কুপ্প অসুম্ন ইরি – "মোংব শঙ্গাই ময়ুমলেনগী অৱাং চৎলম নাকথদা খোঙশানবনে ।। ... ... ... সুমাঙ মথৌবুঙগী কারল মৈরম থংবদা মপাল লাইগা য়াথোকশঙদ চংবী লাতোন থারগা লাতোন থক্তা মমায় নোংনেম অৱাং পাংনা অমন য়াতানৈয়ে ।। .... ... ... মপাল লাইগা য়াথোকশঙদা ৱাংলেন পুঙগোয় খরা পোৎথারগা উৎতি শমখোঙ শেং, চেংহী শম্বাললাংনা ঈরু শানতেংলবগা পামেল কুরেল থক্ত চরৈ অহুম খাদা থা, চরৈ ফীঙৌ থোন্না মাল্লৌ লমথাং থক্কা থোং, চরা চেঙজেল তম, পোৎলোয় মশীং সুনা হাপএ ।। তরেৎ শেলফাং কাগুপ য়ৈ, ৱাংলেন পুঙফু তোয়, লময়িন খুৎনিক তাংথক নাই, ঈশৈ খোঙফাং লেংনা তিন্না, য়াংলৌ লমদাং শাং, ৱাকয়ৈ হিরান লীরোল শক্লা য়াথোকএ ।। ... .... .... অচা অথক, তরা চেঙজেল, তরেৎ শেলজা, ফিরোয়-ফিঙাম, খুৎসু খুৎলাই – পোৎলোই মশীং সুনা হাপ্লবগা মমায় নোংনেম পাংন য়াতায়ে ।। লৈপাক লৈকুপ শী, মালেম লৈরোল চল্লে ।।" লমদম অসীগী চীংমী তম্মী মীওই কাঙলুপ অয়াম্ব লৈরোল চন্দুন পোৎলোইবগী চৎনবী লৈরম্মী ।। অদুম ওইনমক লমদম অসীৱাইদ ঙসিদগী চহী ২০০০ (লীশীং অনী) রোম মমাঙগী মতম অদুৱাইদ মৈ থাদুন পোৎলোইবগী চৎনবী অসী লৈরম্বগুম তৌই ।। মদুগী খুদমদি ঙসীদগী চহী লীশীং অনীরোমগী মমাঙদ চীংখোঙ পোইরৈতোন্ন খুন্দা লৈতাবদ নুংঙাইব মফম থিরকপদ মৈখু ৱাংন কাব উখি ।। করিগী মৈখুনো হায়ন মহাক্ল হংবদ চকপ পাখং অমন – চকপ নুপা অম শিবগী মৈ থাবগী মৈখুনি হায়ন খুমখি ।। মতাং অসীবু 'পোইরৈতোন খুম্থোকপ' কৌব অরিব লাইরিক অদুন অসুম্ন পাউদম্মী — 'চকপা কৈখোং হাও পাখং-ও, মৈখু নোংদোল কাবা অসীবু করি মৈনো ? ... পাউহংববু, হোয়দা, চীংখোঙ পোইরৈতোন-ও, ময়িম হেমচেংনুবী ফূয়িক মৈ, চরূ তাংশোই মৈবু নত্তে ।। চকপা খাংপোক লৈমা মপারী শংকুরাববু খরা খুরোল থারবগী নোংমল্লে ।। অদুগী ময়িম চকপা মীয়িক মৈ, হেমচেং মীরৌ মৈনে – পাউখুমখিএ ।।" [মতাং অসীদ পলহৌব য়াব ৱাফম অমখক্তি লমদম অসীদ য়েলহৌঙেদগী লৈরক্লব মীতে অরিবশিংগী মরুওইব শরূক অম ওইরিব অন্দ্রো, সেকমাই, লৈমরাম, ফয়েং অমসুং কৌদ্রক্কী মীওইশিং অসী শিরগ মৈ থায় ।।

কচাং অদু পুমচাক চাক্তুন উৎ ওন্দ্রিঙৈদ শরূ মচেৎশিং অদু লৌশিল্লগ অমুক লেবাক্ত ফুমজিন্দুন পোৎলোইবগী চৎনবী লৈ ॥ চকপ ফয়েংশিংগী ওইনসু অঙাং মচা শিব মতমদ মশা অদু তুম্নব মৈ থাই ॥ অপুন্বী সোইরেল ওইন ফুদ ফুমদে ॥ অঙাং অদু চহী অহুম হেল্লবদি মৈ থারব মতুংদ শরূ খর লৌশিল্লগ মদু চফুদ হাপ্লগ লৈনুংদ ফুমজিল্লি ॥ (অন্দ্রোশিংগীসু অঙাং অদু থা শুরবদি মৈ থাই ॥) অহল অম শিবদ মশা অদু তুম্ন চাক্ত্রিঙৈদ মৈ মুথৎলি ॥ লেমহৌব শরূকশিং অদু খন্দোক্লগ চফু অমগী মনুংদ হাপচিল্লি অদুগ কম্বীন খুম খুমজিল্লি ॥ চফু অদু লুফু কৌই ॥ লুফু অদু মংলেনগী লৈনুংদ ফুমই ॥ অন্দ্রোশিংগী ওইনদি লুফুদু ইমুং ফুঙ্গাগী খা-নোংচুপ ফংব নাকন্দ ফুমজিনবগী থাফম লৈ ॥ ফুংগাদি লাইফমনি; মফম অসীদ অরুব লাই – ফুংগা লাইরুব লৈব মরমদগী লাইফমদ শরূ ফুমজিনবগী চৎনবীদ ফুম্ব ওইগনি ॥ অসুম তৌরবদি শিখিব মী অদু অশেংব লৈইফমদ তিনপ্রে হায়বগী থাজনবী লৈবদগী ওইগনি ॥]

**অশিবগী থৌরাং ঃ** অনাব অদু শিরমদাই য়ৌশিল্লক্লবদি মাইব অমন ফমশেন্নদুন লৈ ॥ মাইবদুগী মখুৎ অদু থাদোক্ত্রিফাওবদি অনাবদু মিহুল লৈরিব শিদ্রিবগুম লৌনবগী চৎনবী লৈ ॥ শিরমদাইদ নোংগা লম্বী তাকপা নেংগারোল ঈশে য়াম্ন ইঙন তপ্ন শক্লে ॥ (ক্বাথা মীতৈশিংগী ওইনদি শিরমদাইদ অখঙব মীশক অমন 'শিকপলোন' ঈশৈ শক্তুন নোংগা লম্বী তাকপগী চৎনবী লৈ ॥ ঈশৈদু শকপদ পুঙ শেল য়ৈব খীঙব য়াদে, চৎনদে ॥ শিবসু ইমুংদ শিহল্লি ॥) অশিব অদু খোঙন মাঙ থারগ ফুঙ্গা লাইরু কোইরগ মাঙ্গোল নাকথরোমদ থাংদোক্কনি ॥ থাংদোক্ত্রিঙৈদ সনামহী লৈমরেলদ থৌনিজগনি ॥ ফমেন্দ ঙৈহাক থমদুন অবা-কায়ন-মৈচাক ফোঙদোকপসু চৎনরে ॥ মীতৈ য়ুমশাগী চৎনবীদ মাঙ্গোল নাকথ অসী অশি থোঙনি, চৎথোক-চৎশিল তৌব ফত্তে তৌহৈদে হায়দুন মায়খল অম খনজিন্দুন থম্বগী চৎনবী লৈরম্মী ॥ অশিবগী শঙখনব অসী সুমাঙ মথৌবুঙগী মৈরম ওইব শরূক্ত খনগনি ॥ মফম অসীবু খাঙঙেনফম/খাঙলেনফম কৌই ॥ বান মখোঙ মরি ওইরগ ই-ন কুপকনি ॥ খাংপোকশঙ অসী কা অমখক্ত লৈগনি ॥ পোৎলমশিং অসী ফংদ্রবদি মফম

মতমগী মতুংইন্ন মহুৎ শিনব য়াব পোৎলম চৈরমশিংন মহুৎ শিনগনি ।। ৱাগী উখোঙ মরি অদু লৈশেমলোনগী মায়কৈ চুথেক মরি ঙাকপ থৱা, চেংঙা, য়ুচেং, য়ুহাগী মশকনি হায়ন লৌগনি ।। ফি অঙৌবন ফক্লাংগী মওংদ কোয়ন খাজিনগনি ।। অশিবদু শঙদু অহুমলক কোয়রগ শঙনুংদ চংবী লাতোন লাপুম অমগী মথক্ত কোক্ল অৱাং ওন্দুন লোংন হিপহল্লি ।। চংবী লফূ তংখাই মতূপ অমন মোন ওইদুন খাঙহনগনি ।। অশিবদুগী লুখুমদ তাইরেল মশা অম য়ুংগনি ।। লুখুমদ খোইরু থার্উমে/উচান শীংচেপ মৈরা কৎকনি ।। নৌন শোক্তুন থৌওইন লুম্ব ঈশিং অরুম্বন ফজন ঈরূ শাদেংবীরগ নুপা নুপী খায়ন ফিজেৎ লৈতেংবীগনি ।। অশিববু শেংন ইরুথোকপিব হায়বসী লমদম অসীগী চীংমী তম্মীশিংগী অরিব চৎনবীনি ।। ফি ইনবীব মতমদ য়েৎথংব লেংজুমলোমদ ফীজীন হাইগত্তুন ইনবীগনি ।। (কোইরেং কাংলুপশিংগী ওইনসু অশিবগী ফি ইনবীব অসী ওয়দগী য়েৎলোমদ ফীজীল হাইগৎলি ।।) লাইবক্ত লাইয়িংথৌ সনামহীগী মশক ওইরব কোইরপ কোয়ব পাকলৈ নমশা খুৎ য়েৎকী খুৎনিংথৌন নম্বীগনি ।। লাইয়িংথৌ সনামহীগী চেংলৌ শক্তম ওইরব লাইবক্কী পাকলৈ নমশা অসী কোইরপ কোয়বগী মরমদি শাগৈ পিবা ময়ুমগী সনামহী কাচিন্দ তরেৎ শেলহিংন শাদুন খুরুম্নরিব চেংলৌ শকপানথোং অদু শেল ময়েক্লুম্ন কোইরপ কোয় ।। ঈরাৎ থৌনি থৌরম মচা অম অমাইপিবা অমন পাঙথোকই ।। লাইয়িংথৌ সনামহী, তেংবানব মপু, ইমা লৈমরেল শিদবী, ইবুধৌ পাখংবগী ফম্বালদ চেংলৈ কত্তুন শিদব মপুগী থম্মোয় লৈকোন্দ লৈরাং লৈনম ওইন তিন্দুন শাগৈ অদুদ অমুক লাংওনলক্লব থৌনিজগনি ।। মসীগ লোয়নন খম্নুং থোঙঙারেলগী মফমদসু চেং লৈ কত্তুন তোপ্প থৌনিজগনি ।। খম্নুং থোঙঙারেলদ তোপ্প থৌনিজবগী মরমদি – অশিবগী থৱায়ন কোরৌ নোংগা তান্দ্রিঙৈগী মমাংদ অশি – লৈবাক খম্নুং চৎলি ।। মসীবু অরিব লোন্দ 'খম্নুং সৱা তানব' হায়ন মীতৈশিংন খঙনরকই ।। মী অদুন তাইবংদ লৈরিঙৈদ তৌজরকপ থবক্কী মতুংইন্ন খম্নুং নিংথৌ থোঙঙারেলন ৱায়েল্লব মতুংদ য়াইবী থৱায় অদুন কোরৌ নোংগা তাল্লকই ।। মরম অসীন লাই অসীদ থৌনিজব হায়বসীদি লাইনীংগী মীৎয়েংদ মশান তাজরব ময়েক্কী অতাবীনি ।। অশিববু

হাপচিন্নব কূ চনব মতমদ কূগী মখাথংব শরুক্তু মরাক মফেন্দ থাংখাঙ অহুম হাপকনি অদুগ ময়ুংদ ব্রাচেৎ মশীং ৫ নত্রগ ৭ হাপকনি ।। কূ মনুংদ মায়থফী ফীরোল অহুম থাগনি ।। শংব্রৈ মনাগী মোন শেমগনি ।। ফৈজুপ ফীরোল অহুম সুপ্লিগনি ।। অহিংবগী পুন্সি চেংজেল লোইরদুন অশি-লৈবাক খোঙচৎকী চেঙজেল ওইনব চেঙখাউ, য়েনশাং খাউ হাপই ।। লুখুমশেল, খোয়দৌ শেল, খুয়া শেল চীৎথব য়াদে ।। শেল ময়েক মচা অম হিরালশেল ওইনবনি হায়বগী থাজনবীদ অশিবগী মচীন্দ উমহনবসু য়াওই ।। (ক্বাথা মীতৈশিংগী ওইনদি অশিবগী খুজীলশিং অদু কক্লগ য়োমশিন্দুন অশি তুরেল লানবদ হিরালশেল ওইনবনি হায়দুন হাপ্লে ।। অশিবগী ফি ইনবীবদ ওয়রোমদগী য়েৎলোমদ ফীজিল হায়গৎকদবনি হায়বগী চৎনবী লৈ ।।) ফীঙৌ অমন কুপশিল্লগ পয়া থৌরী অহুম্ন কূ অদু খোঙলোমদ অম, খোয়দৌ মপাদ অম, থবাক মপাদ অম — অহুম থোক্ল পুনশিনগনি লাকশিনগনি ।। কূ অদু খোঙন মাঙ থারগ সুমাঙ মথৌবুঙবু অহুমলক কোয়রল্লগ মংফম য়ৌন য়ামদ্রবদ মী মরিন পুগনি ।। (কবুই অমসুং অনালশিংগীসু অশিব অদু খোঙন মাঙ থাদুন পুথোকই ।।) লম্বীদ কবোক অফাব চাইদুন কূদু পুগনি ।। লাইশোল শকপশিংগী হেক মতুংদ খ্বাইগী মাঙ ইথা থান অমাইপিবা চৎকনি, মথঙদ মৈ চফূ পুব চৎকনি অহুমশুবদ লংহিং লংতৎ নত্রগ লশিং পায়ব মীদু চৎকনি ।। অহুম অসীগী মতুংদ কূ অদু পুগনি ।। ঙল্লবদি অশিব পুরিব লম্বী অদু নাকল নাকলদ লংহিং তিংগনি ।। ঙমদ্রগন লং মতৎ মতৎ নত্রগ লশিং মচেৎ মচেৎ থাদগনি ।। থৌব্রোঙ অসীমক্তি লংহিংন থোং শারগ/ওইরগ তাইবং ঈপাক লান্দুন অশি-লৈবাক চৎখিবগী থাজনবীনি ।। (কৌদ্রক্কী চৎনবীদ অশিব পুথোকপদ, করিগুম্বদ ঈশিং খোংগুম্ব অম লানব তারবদি নুপী অহল অনীন লং অঙৌব তিংদুন খোং অদু লানথোকই ।। থৌব্রোঙ অসী থোং শাদুন খোং অদু লানথোকপগী মব্রোঙনি ।।) অশিব পুথোকপ মতমদ লাইনীং লাইশোল ঈশৈ শক্কনি ।। ব্রাংলেন পুঙ য়ৈগনি ।। তরেৎ শেলফাং খীংগনি ।। (ফয়েংগী ওইনদি তৌদ্রি খোংদুন, পুঙ য়ৈদুন, পেনা ঈশৈ শক্তুন অশিবদু পুথোক্লে ।। শিরিব মীশক অদুন শীজিন্নরম্ব মফি মরোল, খুৎসু-খুৎলাইশিং অদু কূ মনুংদ হাপচিল্লি অদুগ মৈ থাবদ

য়াওহনখি ॥) কায়নবগী অৱা তেংথা মীকপখোলগ লোয়নন কৃদু মংফম য়ৌন পুগনি ॥ খোঙন মাঙ থাদুন অশিব পুবগী মরমদি অশিব মীশক অদুমক্ল মখোঙন অশি-লৈবাক্ত খোঙচৎ অম ওইন চৎখিবগী মৱোঙনি ॥

**মং শেম্ব ঃ** মশাগী ইংখোল অদু মতীকচান চাউব কনাগুম্বন ইংখোল মনুংদ পোৎলোইবসু য়াই ॥ অদুবু অয়াম্বগী ওইনদি ইংখোলগী ৱাংমদ, খুঙ্গং লৈকাইগীদি মনুংদ লৈব তুরেল মপান্দ নক্তগ অহাঙব মফমদ পোৎলোইনবগী মং শেমনৈ ॥ মীতৈশিংগী ওইন ইংখোলদ পোৎলোইবগী চৎনবী লৈরম্মী ॥ ইংখোল ৱাংমদ পোৎলোইব হৌখিব অসীদি ইনিংথৌ পাইখোম্ব (খস্তকুম ১৬৬৬-১৬৯৭) গী মতমদগীনি ॥ মতমদু লৈরোল চন্দুন লৈপাক্কী পোৎলোই চৎনরিঁঙে মতমনি ॥ থৌৱোঙ অসীবু 'চৈথারোল কুম্বাবা' ন অসুম্ন পাউদম্মী – "মোইবুংলোকপম পোংশাগী কুম শক ১৫৯৮ (খস্ত কুম ১৬৭৬) ইংঙা থাদি লংমাইচিংনা হনএ ॥ ... .... .... ৱাকচিংদা চিংঙাদগী হৌনা মংসামকৈ য়ৌনা লমলোইএ ॥ য়ুমলক্তগী মং খৈপিক পনপান্দ হোংদোকহনএ ॥" মমাঙঙৈদগী হৌন মপা মপু শাগৈগী অহল লমনশিং পোৎলোইখিব মফমদ মচা মসু ওইবশিংগীসু পোৎলোইফম ওইনরকপগী চৎনবী লৈরকই ॥ পোৎলোইগদব মফম অদুদ শেল ময়েক অম থাধদুন/কক্তুন মফম অদু শিরিব মীশক অদুগী ওইরবনি হায়বদু উৎকনি ॥ ৱাখল অমরোম পুরগন মং ওইগদৌরিব মফম অদুদ লৈরম্ব য়াব তীনমু লাইমুনচিংব কয়াদ থাদোকপনি হায়ন লৌনবসু য়াওই ॥ (মাও কাঙলুপকী চৎনবীদ মংফম অদুদ য়ু খর হৈদুন য়ুরাংনৈ ॥ কনাগুম্ব চীংমী কাঙবুন শাবৌ মতু অম হুন্দুন য়েংনৈ ॥ মতুদুন য়ুংব মফমদু অফব মফমনি হায়ন খন্দুন মফমদুদ পোৎলোইফম মংফম শেমনৈ॥) মফম অদু নাপী শেংন ফান্দোক্কনি ॥ শীংশেম্ব য়ানব অমসুং কৃ অদু শীং অদুগী মথক্ত থম্ব য়ানব ময়ায় চান ৱাগী উচুক তৰূক – নোংপোকলোমদ অহুম, নোংচুপলোমদ অহুম – লাম্বা ওইন য়ুংগনি ॥ উচুক তৰূক অসী চহী অমগী মনুংদ লৈরিব পাম্থা তৰূক হায়বদি – য়েন্নিং পাম্থা, নোংজু পাম্থা, ওলাং পাম্থা, ইনথম পাম্থা, লৌরোক পাম্থা অমসুং নাকেন পাম্থা – অসীনি হায়বগী থাজনবী লৈ ॥ উচুক তৰূক অদু লাম্বা লাম্বা ওইন মশীং

লৈবদ অহুমনি ॥ চঙ তাব অশেংব মশীংনি ॥ লৈপাক্ল শীংখল অমনি হায়ন খল্লগ শীংখল তরেৎ খন্দুন শীং শেমগনি ॥ মদু চয়োল অমগী মনুংদ লৈব সুমিৎ শীংবুম তরেৎনি হায়ন লৌগনি ॥ মশীং তরেৎ হায়বসী মীতৈগী চৎনবীদ চঙ তাব অশেংব মশীংনি ॥ শীংগাইবাক (শীং+খায়+বাক) শিং অদু ব্রাৎলবসু হেল্লবসু মশীং হুম্ফুমাথোইনি হায়ন খনগনি ॥ মসীগী নুংগী ওইব ব্রাখল্লোনদি – মীওইবগী হকচাং লাংপুম অসী কায়াৎ হুম্ফুমাথোইন শাবনি, শীংগাইবাক হুম্ফুমাথোইন থৌপাঙঙমলে হায়বগী থাজনবী চৎনরোল লৈবদগীনি ॥ (উমংলাই হরাউবগী হকচাং শাগৎপগী জগোয় খুৎথেক ৬৪ লৈ ॥ খুৎথেক ৬৪ অসীদগী খুৎথেক ৩ হায়বদি – অহানব খুৎথেক্ল খুৎ অনীমক খোয়দৌদ থমদুন খুরুমজব, ৬৩ শুব খুৎথেক্ল হকচাং লাংপুমগী অপুনব মশক উৎপনি অদুগ ৬৪ সুব খুৎথেক্ল শিদব মপুদগী থব্রায় নিবনি – অহুম অসী লৌথোকপ্রগ ৬১ লৈহৌই ॥ মসীন উৎলিবদি মীতৈশিংগী থাজনবীদ মীওইবগী হকচাং অসী কায়াৎ ৬১ লৈ হায়বসীনি ॥) কোক্ল অব্রাং ওনগনি ॥ মসীগী নুংগী ওইব থাজনবীদি কৌব্রু চীংন লেমফুনি, কংলান খোয়দৌনি, লোক্তাক পাৎন ফম্বীকোন্নি –হায়ব থাজনবী অসী লৈবদগীনি ॥ তাইবং হকচাং, কংলা, কংলৈপাক, তাইবং মালেম – মরি অসীগী মান্নব ব্রাংউরোল অম লৈবদগীনি ॥ কোক ওনগদব মায়কৈরোমদ কোম অম তৌগনি ॥ কোম অদু ঈশিং খর হৈজিনগনি ॥ মসীমক্তি অঙাং নাউব্রা অমন পলেম মমাগী পীবুক শিয়োম নুংদগী লাইজ ঈশিং ঈয়োম কোকথোংনরগ খোঙদারকপ অদুগী মশক্লি হায়ব নুংগী ওইব থাজনবী লৈ ॥ শীং শেম্বগী উচূক তরূক অদু নোংপোক নোংচুপ লাম্বা লাম্বা পয়া থৌরীন পুনশিনগনি ॥ থবাক মপাদ পুল্লিব অদুন মৈ, খোয়দৌ মপাদ পুল্লিব অদুন নুংশিৎ অদুগ খোঙলোমদ পুল্লিব অদুন ঈশিংনি হায়বগী থাজনবী লৈ ॥ অসীগুম্ব মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অহুমগী থাজনবী অসী ক্বাথা মীতৈশিংগীসু লৈ ॥ লম অম মখায়রোম শাংব ব্রান মখোক পান্দুন য়াংকোক্ল হুমাই অম শেমগনি ॥ মংফম অদুগী চিথেক মরিদ উচিব্রা (মতোন পুঙব ব্রা মচা খোকব্রাগুম্ব) মরি য়ুংদুন থাকখন (থক+খন) খনগনি ॥ উচিব্রা মখোঙ মরী অদু নোংলম (মোইরাং লাইজী), মিৎলম (চীংখৈ), মৈরম অমসুং নুংশিৎলম (কৌব্রু) ঙাকপ লাই মরি হায়বদি – থাংজীং, মারজীং, ব্রাংবরেল

অমসুং কৌব্রুনি হায়ন লৌই ।। (কাথা মীতৈশিংগী ওইনদি শীংশেন্নগী চিথেক মরিগী চূক মরি অদুবু মায়কৈ ঙাকপ লাই মরিনি হায়বগী থাজনবী লৈনৈ ।।) মনুংগী হায়বদি সুমাঙদ তৌগদব থবক থৌরমশিং পাঙথোক্লিঁঙৈদ মপানগী হায়বদি মংশেন্নগী থবকশিং লোইশিনগনি ।।

**কৃ পুথোকপা ঃ** শঙ অদুগী ফক্লাংগী মরোঙদ খল্লিব ফীজঙ অদু লৌথোক্লব মতুংদ ইমুং মনুংগী মীওইশিং অমসুং মরী-মতাশিংন কৃ মথক্ত লৈ-সু কত্তুন খুরুমগনি ।। কৃ অদু শঙ মনুংদগী লেঙবান্দ থাংগৎপ মতমদ থেংখাঙ অহুম্লক্ত লেংবাল য়ৌগনি ।। অমাই পিবা অদুন নত্ত্রগ অখঙব অহল অমন–ননাই য়ুম্নাক শাগৈ অসীগী হোংব/চাউব অসী তেংবানব মপুগী ঙাংলৌ খুয়া খাদ খোঙলেঙলে – হায়ন লাউগনি ।। ময়াম্ন – হে লাইয়িংথৌ ইবুংঙো – হায়ন খুমগনি ।। কোম্বোঙ ব্রাংমদ লম্মাব তুম্মাব, লমশেনব তুশেনব, হনুকোকচাউ হনুলাইখম কৌব লাই অহুম অসীদ হৈরূক লৈরূক কৎকনি ।। কোম্বোং য়ৌবদ মাঙ থাদুন চৎলিব অমাই পিবান – কোম্বোঙ হাং হাংলবনে হায়ন লাউগনি ।। কৃ অদুন কোম্বোঙ লানথোকখ্রব মতমদ অমাইবদুন – কোম্বোঙ থিঙ থিঙলবনে – হায়ন অমুক লাউগনি ।। অশিব পুথোকপদ পুঙ শেল য়ৈব খীংব অসীন লাইগী মিংখৈরোল শক শোনব ঈশৈগী পুঙফম পীবত নত্তন তীনমু লাইমু তানথোকই, চঙলকপ ঙমহন্দে হায়বগী থাজনবী লৈ ।। শীদোক্লব শঙ অদু কৃগী মতুংদ পুগনি ।। পুঙ ঈশৈন মাঙ থাদুন পুগনি ।। হান্ন শেমদুন লৈরব্লব শীং অদু অমসুং মংফম অদু অমাই পিবান তাইরেল পুংফাইন লাইজ খীকফেন চাইদুন শেংদোক্কনি ।। শীং অদু ওয়রোমদ ৩ লক নত্ত্রগ ৫ রক নত্ত্রগ ৭ লক কোয়রব মতুংদ শীং মমাঙগী লৈমায়দ থাংখাঙ অহুম থাদুন কৃ অদু থমগনি ।। ইমুং মনুং, মরী মতাশিংন খুরুমগনি ।। কৃ অদু থেংখাঙ অহুম্লক্ত 'হয়ি-হয়া-হয়ুম' শোন্দুন কোক্র অব্রাং ওন্দুন শীংমথক্ত থাংগৎকনি ।। অশিবগী মায় অদু য়ুমলোমদ ওনশিনব তৌহৈদে হায়বগী চৎনবী লৈ ।। নোংচুরবদি শঙখনবগী য়ুমথক অদুন কৃ অদু কুপশিনগনি ।।

**মৈ কোয়ব ঃ** হান্ন য়ুমদগী মৈ য়োক্তুন পুরক্লব মৈ-চফৃ অদুদগী মৈ অদু লৌরগ অমাই পিবান মৈগী মিংখৈরোল শোন্দুন মৈ ঈরাৎকনি। (মৈগী

মিংখৈরোল অশম্ব য়েংবীয়ু) ।। অশিব হকচাং অদুবু লৌশিনবীনব মৈ কৌব লাইবু খুরুমজগনি ।। মৈ কোয়বদ পুগদব ঈশিং অদু ঈরম ৭কী ঈশিংনি খন্ন তুরেলদগী, খোংদগী নত্ত্রগ ঈয়োককোমদগী শোক্কনি, ইমুংদগী পুখোল্লগ শীজিন্নব য়াদে ।। শিরিব মীশক অদুগী মচানুপা অহলন নত্ত্রগ মহাক্কী মহুৎ মরেং শিনঙমব নুপা অমন মৈ কোয়ব অদুগী মকোক চিংগনি ।। মহাক্কী ওয় থংব মরেংবান্দ ঈশিং পুন অদু পুগনি ।। মখুৎ য়েৎন হান্ন থৌরাং তৌদুন লৈরব মৈহুম অদু তুংওইনন লৌগনি ।। অশিব অদু মখুৎ য়েৎলোমদ থল্লগ ওয়ন তরেৎলক কোয়গনি ।। অশিবগী খোঙলোমদ, মৈরমগী চিথেক্তগী মৈ চূব হৌগনি ।। মৈ কোয়ব খুৎকোয় খূদীংগী চিথেক খূদীংদ মৈ চুগনি ।। মৈ চুব খূদীংগী চূকখোঙদ ঈশিং খর খর হৈথগনি ।। শিরিবগী ঈমুং মনুং, মচা-মশু অমসুং মরীমতাশিংন তুংইনগনি ।। শীং অদু মৈচাক্লব তশেংন মৈ চূবদি অহুমসুব শীংখলদগী চূগনি ।। মৈকোয় চফূ পুরম্ব মীশক্তুন, হান্ননা থৌরাঙ তৌদুন থমল্লব য়াংকোক্ল শাব হুমাই অদু পায়দুন মৈ অদুদ য়ামদ্রবদ ফৈন্ন ব্রাংন অহুল্লক হুল্লমদব য়াদে ।। থৌরোঙ অসীন উৎলিবদি মৈ থাব অমসুং হুমাই হুম্বগী থবক, শম্ন হায়রবদ পোৎলোইবগী থবক অদু মৈকোয়-চফু পুরিব মচানুপা অহল নত্ত্রগ মহাক্কী মহুৎ মরেং শিল্লিব নুপা অদুন পাঙথোকপনি ।। পোৎলোইব য়াওরিব অতৈ মীওইশিং অদুদি মহাক্কী মতেং পাংব ওইন য়াওবনি হায়বসীনি ।। মৈ চূব হৌখিবগ লোয়নন লাইগী মিংখৈরোল শকপ অদু লোইশিনগনি ।।

পোৎলোইবগী মৈ অদুন অসুম চাক্লকপদ অশিব হকচাংগী করিগুম্ব তাং অম হেক কেনব উরকপদ উচিব্রা মরি অদু ফুক্তোক্তুন খল্লিব থাকখল অদু য়াওন মৈদ থাজিনগনি ।। হকচাং অদু মৈন চাকপ লোইশিল্লকপদ কনাগুম্বন পামজবগী মতুং ইন্ন কোক্কী শরূক লাইবক্তগী শরূ মচেৎ অম লৌশিনহৌবসু য়াওনৈ ।। মদু হয়েং কোন্ন খুদোংচাব মতম অমদ অশেংব লাইফম অমদ লাইগী থৌরম অম ওইন ফুমজিন্নে ।। (অন্দ্রোশিংন শরূ য়াওব লূফূ অদু ফুঙ্গা লাইরু মনাক্ত ফুম্বগী ব্রাফম মথক্তা পনজখ্রে ।। কনাগুম্বশিংন নোংমাইজীং চীংখোঙদ চেল্লিব চীঙ্গোয় তুরেলদ ঈরাৎ লাইশোলগ লোয়নন শরূ থাধনবসু য়াওনরে ।। কৌব্রু চীংবু নোংদোল লাইরৈপাক কৌই ।। অশেংব লাইফম ওইব মরমন মফম অসীগী

ঈয়োককোমদ শরূ থাধবসু অফব ওইগনি ॥) হকচাং অদু তুম্ন চান্নব মতুংদ অখঙব অহল অমন নত্ত্রগ অমাইপিবা অমন মালেম লৈমগী মিংখৈরোল শোন্দুন, হান্ন তৌথোক্তুন থমখ্রব কোমদুদ, উৎ ওইপ্লব হকচাং অমসুং মৈতালশিং অদু লাইজ ঈশিংন খাম্বী মৈমুৎকনি অদুগ লৈরোল চন্দুন ফুমজিনগনি ॥ মৈ মুৎথৎপ মতমদ অমাই পিবান অসুম্ন লাইশোল শোনগনি – "মালেম ইমাগী মথানুংদ কোল্লো ॥ মৈ হৌবদি মৈমুৎলে, কোল্লো ॥ মালেম ইমাগী মথানুংদ কোল্লো ॥ কোল্লে ॥ লাইজ অয়িংবন নাউয়োম ওইরে ॥ কোল্লো ॥ কোল্লে ॥ মালং নুংশিৎন লাংগোনফরে কোল্লো ॥ কোল্লে ॥ হয়ি-হয়া-হয়ুম" — অসী হায়রগ/শোল্লগ লাইজ অয়িংবদু হৈরগ মালেম লৈমায় তেমগনি ॥ অমাই পিবান — "ঙসী লোইদাম (শজিবু) থাজগী (হূমনি) পানব কোরৌ (নিংথৌকাব) নুমিৎকী য়াইফরব পুংফমদ (অঙোম) শাগৈদ পোকপ (তোম্ব) কৌবগী য়াইবী থব্রায়ন কোরৌ নোংগাখিনবগী শমু হকচাংবু মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক মরিগী পোৎলোই মতোন লোম্নবনে ॥" – হায়ন লাউগনি ॥ ময়াম্ন 'হে লাইয়িংথৌ ইবুংঙো' হায়ন খুমগনি ॥ অশিবদু মালেম লৈমন মথানুংদ কোনশিনবিশ্রে হায়ন খনগনি ॥ অশিব অম লৈরোল চনখিব মব্রোঙগুম কোম অমসুং শীং শেমখিব মফম অদু খা-ব্রাং শাংন তোংতক থমগনি ॥ মংফম অদু ফজন ব্রায় তৈথোক্লব মতুংদ হৈরূক লৈরূক কৎকনি ॥ থৌব্রোঙ অসীবু লৈতাই নোংদাইব হায়ন কৌই ॥ লৈতাই নোংদাইব হায়বগী ব্রাহন্দোক্তি মালেম লৈপাক অমসুং কোরৌ নোংথৌ অনীবু তাইব/খুরুম্ব হায়বনি ॥ অমাইপিবান নত্ত্রগ অখঙব অহল অমন – ঙসী য়াইফরব কোরৌ নুমিৎ অসীদ /অসীগুম্ব /য়ুম্নাক শাগৈদ পোকচব মমিং অসী কৌবন কোরৌ নোংশেম্ব, মালেম লৈশেম্ব, অপোক অশি নোংদম্ব লাইয়িংথৌ সনামহীগী মিংখৈ মিংলেন শোঞ্জদুন তাইবং কুম্মৈ য়াওজরম্বদু তাইবং চেঙজেল লোইরদুন, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক – মরিগী পোৎশী পোৎলোইব লোইরদুন তেংবানব মপুগী লৈরাং লৈকোন্দ লৈরাং লৈনম ওইন তিনপ্রে – হায়ন লাউগনি ॥ পোৎলোইব য়াওরিব মীয়াম্ন – হে লাইয়িংথৌ ইবুংঙো – হায়ন খুমগনি ॥ মংফম অদুদ য়াম্ন থুন হৌগনব মরূ মরাং (হংগাম মরূদি থুন হৌগল্লি) হুনগনি ॥ অসুম্ন হুল্লিব অসীগী ব্রাখলদি মংফম অদুদ য়াম্ন থুন মনা

মশীং হৌদুন মহৌশাগী মরোঙদ লৈখিনবনি ।। (কোম, চোথে, চিরুশিংগীসু মংফমদ থোইদিং অমুব মরূ হুনজিনবগী চৎনবী লৈ ।।) মংফমদ অখঙব অহল অমন শিব নুমিত্তগী হৌরগ নুমিৎ তরেৎনি হনকৎন থীগৎলগ থাঙন মশারোমদগী মংলোমদ লৈয়ি তরেৎ ফৈন ফৈন চিংথোক্লুন মংথোঙ থিংগনি ।। অসী নত্তব শিরিব ইমুং অদুগী নাকথরোম থংব মাঙ্গোল মচীনগী ইচুম তাফমদ কোম মচা অম তৌথোক্লগ অখঙব অমাইপিবা অমন মংথোঙ থিংবগী মরোঙসু লৈ ।। মসীন খর অখন্নব মরোঙগী ওইন তৌনৈ ।। শিরিব অদু খুঙ্গং লৈকাই অদুদ ইকোন কোন্ন শিখিব মীশক অদুদ শিন্নরমগনি ।। অশিবন খাঙলেনফমদ লৈরিঙৈদগী লৈতাই লেংদাইব ফাওবদ পাঙথোক্লিব থবক থৌরম থৌরোঙশিং অসী কুপ্ন য়েংশিনবদগী ঐখোয়ন খঙব ঙম্মী মদুদি মীতৈশিংগী হৌজিক পোৎলোইনরিব অসী মৈগী পোৎলোইন মপুঙ ওইখিব মরমন মপানথোঙদ মৈগী পোৎলোইনি হায়রবসু মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক – মরি অসিগী অপূনব পোৎলোইগী থৌরোঙনি ।।

পোৎলোইব য়াওরুব মী খুদিংমক মংফম মনাক্ত লৈব তুরেল নত্রগ ইয়োককোমদ ঈরুজথোক্কনি ।। থোঙ্গাল কোম্বোঙ য়ৌরকপদ ব্রাইশেংগী মৈখু ওকথোক্কনি ।। সুমাঙ চঙলকপদ তাইরেল পুংফাইন লাইজ খীকফেল চাইদুন শেংদোক্কনি ।। মী মশা অদুন খঙজরবদি নত্রগ ইমুং অদুদ অখঙব য়াওরবদি ঈশিং খীক্তোকপ মতমদ ঈরু লাইশোল শোনব য়াই ।। শেৎলিব অচোৎপ ফিরোল অদু হোংদোক্লব ইমুংদগী অকংব ফি লৌরমদাইদ খুৎ য়েৎকী খুদোলন সুমাঙ মথৌবুঙ ময়ায়গী লৈপাক শোক্কনি ।। অশিবগ শম্নরুদ্রবসু শিবদ য়াওরুব পুন্নমক পুঙ শেল য়াওন তাইরেল পুংফাইন ঈশিং খীক্লুন শেংদোক্কনি ।। (চকপ ফয়েংশিংগী ওইনদি অশিব পুথোকপদ শীজিন্নরুব পুঙ অমসুং পেনা অদু তাইরেল হাইদোক্লুন শেংদোকই ।।)

**শিব নুমিৎকী য়ুমশেংব ঃ** মী অম শিরবদি য়ুমদু মাংলে হায়ন লৌগনি ।। শিব নুমিৎ অদুমক্ত শিরিব ইমুং অদুগী চফূ উৱাব্দু লৈপাক্ল শাবা ওইরবদি থুগাইখিগনি ।। কোনগী ওইরগন শেংন ফেঙদোক্কনি ।। ইমুং অদু ঈশিং অচম্বন (শঙ্খী য়াওদন) ব্রাইরম শেংদোক তৈথোক্কনি ।। য়ুম অদু তাইরেল

পুংফাই মনান ঈশিং খীক্তোক্কনি ।। মাঙ্গোলগী সুমাঙ ময়াদ লেপ্লগ তাইরেল পুংফাইন য়ুমথক্ত ঈশিং খীক্কৎকনি, চাইখৎকনি ।। পুন্নমক অসী মংকুমখিব মীওইশিংন মংকারক্ত্রিঙৈদ লোইশিনগদবনি ।। শিবগী য়ুম মাংবগী পাউ অদু ইমুং অদুগী চফূ কায়নব শাগৈ নাতৈশিংদসু পীরুগনি ।। য়ুম্মাং পাউ হেক ফংবগ চফূ উৱান থুগাইগনি ।। কোনগী ওইরগ ফেঙদোক্কনি ।। মমাঙঙৈগী মতমদদি লৈপাক্কী চফূ উৱান শীজিন্নরম্ব মরম্ন শিরগ চফূ উৱান থুগাইবগী চৎনবী অসীবু 'ফূ কায়নব' কৌই ।। ফূ কায়নব অসীন শাগৈগী নক্লব মরী মতানি, চুম্ন য়ুম্নাক শাগৈ মান্নব নত্তে হায়দু উৎলি ।। য়ুম্নাক শাগৈ মান্নরবসু ফূ কায়নদব লৈ ।। (ক্বাথা মীতৈশিংগী ওইনদি অমাইব অমন তাইরেল মনান লাইশোল য়াওন ঈশিং খীক্তোক্তুন অশিব য়াওরিব ইমুং অদু শিব নুমিৎ অদুদ শেংদোক্লে ।। অসুম্ন শেংদোক্ত্রিফাওব য়ুম অদুদ অতোপ্প মী চংব য়াদে ।।)

ৱারী/লাইরিক তাব ঃ শিব নুমিত্তগী লান্ন-থৌরম নুমিৎ য়ৌদ্রিফাওব (লৈহুন নুমিৎ লেপ্লগ) লাইনীং লম্বীগ মরী লৈনব ৱারী/লাইরিক তাগনি ।। তশেংবদি, মী অম শিখিবগী অৱা-অনাগী মৈচাক নংলব ইমুং অদুগী মীওইশিংবু লাইনীং লম্বীগ মরী লৈনব পোকপ শিবগী নুংগী ওইব ৱাংউরোল য়াওব ৱারী/লাইরিক তাহন্দুন অৱা মৈশা অদু খরদং ওইরবসু হনথহনবনি ।। ৱারী/লাইরিক তাবদ শীজিন্নব লাইরিক খরগী মমিং পনব তারবদি — শকোক থিলেল, ইরেং পুৱারী খম্লাং পাৱারী (লৈথক লৈখারোল), ৱাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোল পুকোক, পোনবীলাং, ৱাকোকলোল হিলেল থিলেল সলাই অমাইলোল পুকোক, তেংবানব অমসুং লাইনিংথৌ লাইপাউ — অসীনচিংবগী মমিং পনব য়াই ।। ৱারী লীব তারবদি লৈশেমলোনগী, লাইয়িংথৌ লাইরেম্মশিংগী অমসুং লাইনীং-ৱাংউরোলগী ওইব ৱারী লীগনি।।

**লৈহুন থৌরম ঃ** শিব নুমিত্তগী থীরগ মঙানিসুব নুমিত্ত লৈহুন-থৌরম পাঙথোক্কনি ।। নুমিৎ অসীদ মংফম অদু তরু তনান্ন শেংদোক তৈথোক্কনি ।। নহাইরোল শোন্দুন তাইরেল পুংফাইন লাইজ খীকফেন চাইথোক্তুন শেংদোক্কনি।। মংফম কুমগে হায়রবদি পুঙ শেল য়াওন লাইগী মিংখৈরোল

শক্তুন মংফম য়ৌন চৎকনি ।। মংফমদ হৈরূক লৈরূক কৎকনি ।। পুঙ ঈশৈ য়াওদ্রব ফাওবদ অখঙব অমাইপিবা অমন মংফমদ হৈরূক লৈরূক কৎপদি তঙাইফদন কৎকদবনি ।। পোৎলোইব নুমিত্ত লাইবক্কী শরূ মচেৎ লৌশিন্দুন থমহৌব মীওইশিংগী ওইনদি শরূ মচেৎ অদু নাহাইরোলন শেংদোক্লব মতুংদ লৈ-সু কৎলগ লৈ খরগ লোয়নন অঙৌব খুঁদে মচা অহনব অমদ য়োমশিল্লগ নক্লব মরী মতা, মচা মশু ওইব অমগী মঙক্ত লাই হরাউবগী লৈয়োম পুবগুম হুকচিল্লগ পুঙ ঈশৈগ লোয়নন মিংখৈরোল শক্তুন পুখৎলক্কনি ।। শরূ মচেৎ লৌশিন্দব মীওইশিংগী ওইনদি খা-ব্রাং তোংতক্ল লৈরিব মংফমগী লৈপাক অদুগী মফম মঙাদগী হায়বদি — ঈশিংথোঙ, খোয়দৌ মখা, খোয়দৌ, থবাক অমসুং কোক (হকচাংগী মফম মঙা অসীদ থব্রায় মঙা লৈ হায়বগী থাজনবী লৈ ।।) — মফম মঙা অসীগী মপাদগী লৌবগী ব্রাখলদ লৈপাক খজীক খজীক লৌরগ মতুম তাশিল্লগ ঙসাই কৎখিব লৈশিং অদুদগী খরগ লোয়নন লৈযোমগুম য়োমশিল্লগ মথক্ত হায়খিব মব্রোঙ অদুগুম্ন সুমাঙ মথৌবুঙ শোন্নবুঙ য়ৌন পুখৎলক্কনি অদুগ শোন্নবুঙ শঙলেনগী কৌব্রু লাইজীগী উখোঙ মনাক্ত নক্ত্রগ মথৌবুঙগী অব্রাং কৌব্রু থংব শরূক্ত থাদুন থমলিব ফমলেন অদুদ থমগনি।। (হৌজিক মতমদদি মিংশেল চনব ফোতো নক্ত্রগ অয়েকপ শক্তম থম্নবসু য়াওরে ।। মসিদ অকায়ব করিসু লৈতে ।। নুংগী ওইব ব্রাখল্লোন্দি চপ মান্নে ।। কৌব্রু চীংবু নোংদোল লাইরৈপাক কৌনৈ ।।) অমাইপিবান ফম্বাল লাৎকনি ।। শোন্নবুঙ ময়ায়দ শেপ্লিব ফম্বালদ অমসুং লৈয়োম লৈরিব ফমলেন্দ লৈ-সু, হৈরাং লৈরাং কৎকনি ।। শরূ মচেৎ লৌশিনহৌবগী ওইনদি লাইফমদ নক্ত্রগ লাইফমদগী চেম্থ্রকপ তুরেল ঈশিংদ থাধনৈ ।। ব্রাফম অসী মথক্ত পনজগ্রে ।। মঙানিশুব নুমিত্ত লাইগী থৌরম পাঙথোকপগী ব্রাফম অসী অরিব লাইরিক 'থালোয় নোংখায়লোন' দসু অসুম্ন ইরি — "কোরৌ নুমিৎ মঙানি সুরবগা, মমাইবা কোনতে নাকথং মাইনা চেংলৌ শকপানথোং পুনুং লেপপানথোংবু খোইরু মিতম লাকনা, মৈনা ব্রায়না তাংনা সম্মা খানীং মিকোল্লে, মথৌ য়াংকেল্লে ।।" মঙানি লৈহুল থৌরমদ সুমাঙ মথৌবুঙদ ফম্বাল লাৎপগী থৌরম পাঙথোক্কনি ।। অদুবু ঈরাৎফূদি লাৎনদে ।।

লান্ন-থৌরম ঃ চহী অহুম চঙলক্লব নত্ত্রগ সুরব নত্ত্রগ হেল্লব অদুবু অঙাংদি ওইরিব পাখংমচা, লৈশাবী মচা ফাদ্রিব, লাইমিং লৌদ্রিব মীওই অম শিবগীদি তরুক্লিদ য়ুম শেংলগ তরেৎনিদ লান্ন-থৌরম পাঙথোক্কনি ।। অদুবু লাইমিং লৌরব, পাখং মচা লৈশাবী মচা ফারব মীওই অম শিবগীদি নুমিৎ তরানিদ য়ুম শেংগনি অদুগ নুমিৎ তরামাথোইনিদ লান্ন-থৌরম পাঙথোক্কনি।। লান্ন-থৌরম হয়েংনি হায়ব নুমিৎকী অহিংঅদুম চূপ্প লাইয়িংথৌ সনামহী কাচিন্দ মৈরা/থাউমৈ কৎকনি ।। মৈদু মুৎহৈদে ।। হয়েংগী থৌরম অদু অকায়ব থোক্তনব ঙাকথোকপিয়ু হায়ন থৌনিজগনি ।। তরানিদ য়ুমশেংব অমসুং তরামাথোইনিদ লান্ন-থৌরম পাঙথোকপগী মতাংদ অরিব লাইরিক 'থালোয় নোংখায়লোন'দ অসুম্ন ইরি – "নুমিৎ শীংবুম তরানি সুরবগা শাগৈ য়েকলুপ পুম্না য়ুমশেং নাহাইয়ে ।। পলেম পীবুকুংদা লৈঙৈদি হৌসি ঙমগা চিংনা সিথিনফন্দবনে ।। মথৌ য়াংগেন থৌখৈনদবনে ।। অদু নোংগীবু পলেম পীবুক্লংগী লোইদাম থাবুম তরাবু নুমিৎ শীংবুম তরানিদা সুপনা লাক্লগা নুমিৎ শীংবুম তরামাথোইনিদ মালং পান্দা লৈঙমলে ।। অদু নোংগীবু কোরৌ নুমিৎ শীংবুম তরামাথোইনি সুরবগা সূমাঙ থাবম লেন্দা হৈরাং পুঙমায় শেম, লৈরাং লৈহুল তম, ... .... .... তরেৎ শেলফাং কাগুপ খীং কোরৌ নোঙ্গা লীরোল শৈবু অশৈ তেরান লাউনা খানিং মিকোল শক্লেয়ে ।। মরোঙ মতৌ অসুম্না পোর্ইরে হৌন মরমচৎ মথৌ য়াংকেন থৌবু থৌখমনৈয়ে ।।" ঈশৈ শকপ হৌদ্রিঙৈদ অমাইপিবান ঈরাৎফূ অমসুং ফম্বাল লাৎপগী থৌরম পাঙথোক্কনি ।। মসীগ লোয়নন শোন্নবুঙগী অৱাং কৌব্রু পাংবদ শিথ্রিব মী অদুগীগীদমক্ত ফন্নেন অম শেমদুন থারিব অদুদ মী অদুন শীজিন্নরম্ব মফি অম য়াওন মী অদুগী শেৎ-ইন্নব মফি মরোল অমসুং নুমিৎ অদুগী থৌরমদ কৎলিব চান থক্লব পোৎলমশিং অদু অমাইপিবা অদুন পুঙ ঈশৈ য়াওন কৎকনি ।। ইমুং মনুং, মরী মতা, মরূপ-মপাংশিংনসু খুরুমদুন লৈ-সু কৎকনি ।। শোন্নবুঙ শঙলেনগী মপু ওইব লাইদি চীংঙু খোইয়ুম অশীব শন্থোং নিংথৌ অপানব লাইয়িংথৌ সনামহীনি ।। মহাক্কী থৌগল ওইন অখঙব অহল অম শন্থোং পাংবদ লৈরিব ফম্বালগী মনাক্ত ফমদুন লৈগনি ।। মহাক্ল য়াথং পীরব মতমদত শৈশকপশিংন ঈশৈ শকপ হৌগনি ।। মহাক্ল অসুম্ন য়াথং পীগনি – 'চীংঙু খোইয়ুম লাইৱা

অহকপ, লাইশোল নুংঙোলববু, ব্রাংলেন পুঙখৎতোয়, তরেৎ শেনফাং য়েন শৈশক শৈহৌরসে, — হয়ি-হয়া-হয়ুম ।।” শৈশকপশিং শৈশক্লিঙেদ পুঙফম মীৎলৈ নারৈ য়েংদুন অমাই পিবান হৈরূক (ক্বা তাঙলা) মঙা পুশিন্দুন পুঙয়েব ২, শৈশক পুরেল, খোনপাংব, পুরেল লান্বা — মঙা অসীদ য়াইবী থব্রায় মঙাগী নোঙ্গারোল লাইশোল পাঙথোকপীনব শিন্নগনি ।। শৈশক পুরেন্ন লুচিংদুন শিব্রব মী অদুগী য়াইবী থব্রায় মঙাবু — মমা, মপা, তাউহুইরেং, ওকপুরোই, থাদোন, থায়ায়, থবা, শজীক, লোইদাম থাজ অমসুং কোরৌ নুমিত্ত মথং মথং শিন্নবীগনি ।। কোরৌ নুমিৎন শেংদোকপিরগ য়াইবীরেল শিদব মপুগী থম্মোয় লৈরাং লৈকোন্দ লৈরাং লৈনম ওইন তিনহলখিগনি ।। অদুগ মপোক লাংওল অমদ মাগী য়ুম্লাক শাগৈ অদুদ অমুক হন্ন তাইবঙ মীওইপোক্ত পোকহনবীরক-ও, তাইবঙ কুম্মৈ য়াওদুন তাইবং শিম্থা পাংহনবী-ও — হায়দুন থৌনিজগনি ।। লান্ন-থৌরমদ ঈরাৎফূ লাৎপ অমসুং ফম্বাল লাৎপ অনীমক য়াওগনি ।।

কুমওল ফীরোয় য়ৌদ্রিফাওব থা খূদীংগী লাইদ লুক কত্তুন শাগৈ অহল-লমনশিং, মরী-মতা, মরূপ-মপাংশিংবু পীজ-পীথক তৌবগী চৎনবীসু লৈ ।। (অসীগুম্ব চৎনবী অসী লমদম অসীগী চীংমী কাঙলুপ্তসু লৈব য়াওই ।। খুদম ওইন মাওশিংগীসু কুমওল য়ৌদ্রিফাওব থা খূদীংগী অচা-অথক পীজবগী চৎনবী লৈ ।।) থা খূদীংগী লূক কত্তুন পীজ পীথক তৌবদ খুদোংচাদব লৈরবদি অহানব, ময়ায় অমসুং অকোনব থা অহুম অসীদং কৎপসু চৎনৈ ।। অহৌবগ অরোয়বগদ কৎপসু য়াওনৈ ।। থোইন অকায়ব লৈতে ।।

**ফীরোয় ঃ** লমদম অসীদ য়েলহৌঙেদগী লৈরক্লব মীওই কাঙলুপ অয়াম্বগী ওইন অশিবগী কুমওল ফীরোয় পাঙথোক্লে ।। কুমওল ফীরোয় অসী মীওই কাঙলুপ অমগী ওইন চহী অমগী মনুংদ শিখিবশিং অদুগী ওইন লৈফম লৈফমগী পূন্ন পূন্ন পাঙথোকপসু য়াওই ।। মতাং অসীদ কবুইগী গান-ঙাই পনব য়াই ।। মীতৈশিংগীদি শিখিব নুমিৎকী থবাল অদু হেক য়ৌরকপদ ঈরাৎ থৌনি থৌরম পাঙথোকই ।। লাইগী মিংখৈরোল শক শোল্লি ।। লাইদ লূক কৎলি ।। শাগৈ নাতৈ, মরূপ মপাংশিংন লূক খূল্লী ।। পীজ পীথক তৌই ।। কুমওল ফীরোয়গী থৌরমদ ঈরাৎফু অমসুং ফম্বাল লাৎপগী থৌরম পাঙথোক্লনি ।।

সুমাঙ মথৌবুঙদ খল্লিব শঙলেন অদুগী সম্থোং পাংব চিথেক্ত শম্থোং নিংথৌ অপানব লাইয়িংথৌ সনামহীগী ফম্বাল অম শেমগনি ।। শঙলেন মপুদি মহাক্নি ।। শঙলেন মপুগী মফম অসী খুভম ওইনত থম্নবসু য়াওই ।। অদুবু থৌগলগী মশক ওইন অখঙব অহল অম ফম্বালগী মনাক্ত লৈবসু থোইন কায়ব লৈতে ।। মসীগী কান্নবদি – থৌরমগী মতাংদ করিগুম্ব য়েৎনব নক্ত্রগ অশোয়ব অকায়ব লাক্লবদি অরোইব ব্রায়েল অদু মহাক্ন পীগদবনি ।। লৈহ্‌ন, লান্ন-থৌরম অমসুং ফিরোয়দ লাক্লিব মীওই খুদিংমকপু নাহাই তাইরেল পুংফাইন লাইজ খীকফেন চাইদুন শেংদোক্কনি ।। মসীগীদমক্ত শোন্নবুঙ চঙলকফম চীংখৈ পাঙবদ মফম চাব য়েংদুন নাহাইফূ অম থমগনি ।। অখঙব অহল অমন নাহাইগনি ।। ঐখোয়গী চৎনবীদ ইংখোলগী চীংখৈ পাংবদ থোঙ্গাল কোম্থোঙ পানবগী চৎনবী লৈবদগী থৌৱোঙ অসী ওইখিবনি ।। কুমওন ফীরোয়গী মতাংদ 'থালোয় নোংখায়লোন' কৌব অরিব লাইরিক অদুদ অসুম্ন ইরি – "লোইদাম থাবুম তরানিথোই সুরবগা লাংহৈ কুমওললবদা তরা মথেল লূককোয় হৌ ... ... খমনুং মংথোঙ থিং কাসা নোংথৌ তাইরবদা অশি থৌরম মঙম লোইরে হায়বগীবু ব্রাংলেন পুঙফূবা, অশৈ পনমাবা, অমাই লেংন তিনবশিংবু ফিরোয় ফিঙাম থায়ে ।। অদু নোংগীবু মথৌ য়াংগেন খৈব কুমওন ফিরোয়-ও তৌন কৌয়ে হায়দবরা ।। খমনুং শব্রা তান অমন শিকুমখিবগি কোরৌ নোংগা থৌদি পোইরৈ হৌনা মরমচৎতি অসুম্না থৌখমলে হায়দবরা ।।" (চকপ ফয়েংগী ওইনদি কুমওনগী মথৌ মঙম পাঙথোকপদ পেনান মপুঙ ওইরগ মীওইবন পোকপদগী শিব ফাওবগী নোঙ্গারোল ঈশৈ শকই ।। মীয়ামবুসু মথেল লুক্কোয় য়াওব তরা চাক পীজনৈ ।।) লৈহ্‌ন, লান্ন-থৌরম অমসুং ফীরোয়দ পীকশিন্ন পাঙথোক্কে হায়রবদি, শৈশক খোঙফাং পরেংন মিংখৈরোল শক্তুন চাউন পাঙথোকপগী মহুত্ত, কনাগুম্বন ঈরাৎ থৌরমগ লোয়নন লাইনীংগী ওইব ব্রারী অমসুং লাইরিক তাবন মপুঙ ওইরগ পাঙথোক্লবসু য়াওনৈ ।।০।।





# ঈরাৎফৃ লাৎপ

মীতৈশিংগী পোকপদগী শিব ফাওবগী থৌরমশিংদ পাঙথোক্লিব লাইগী থৌরম অয়াম্বদ ঈরাৎফৃ লাৎপ হায়বসী থাদোক্লব য়াদ্রব য়াম্ন মরুওইব লাইথৌগী শরুক অমনি ।। ঈরাৎফৃ লাৎকদব মফম লৈমায় অদু শনথী য়াওদব ঈশিং ঈচম্ন তরু তনান্ন ব্রাই তৈথোক্কনি ।। ঈরাৎফৃ থমগদব মফম অদুদ কাপ অমমমদগী তাদন মরাক ময়ুং ওইব চিথেক নাইন পারপ্ল চেঙ কুপসু শন্দোক্কনি ।। চেঙ কুপসুগী মথক্ত কিশি মরি কিব পরিং লাংশঙ মালেম লৈশেম পাফল অমগী মনুংদ মচীল মঙা লোঙব, লাইগী মতীক-ময়াই লৈব অতিংঙা, মৈ, নুংশিৎ, ঈশিং, লৈপাক — মঙাগী মশক ওইব পল্লানদবী পাফল অম (ছবি) পজেং মতেক অম পায়দুন য়েক্কনি ।। মালেম পাফল অদু য়েকপ মতমদ কিশি অদু মোইরাং লাইজিদগী হৌরগ কৌব্রু মমায়কৈগী কিশিদ লোইশিনগনি ।। পল্লান্দবী পাফল য়েকপদ নোংপোকলোমদ মচীন তুমখৎলিব অতিংঙাগী মচীন অদু হান্ন য়েক্কনি ।। চিংথরক্লিব লৈই অদু মোইরাং লাইজিরোমদ লাক্তুন ঈশিংগী মচীন য়েক্লগ অব্রাং নোংপোক থংব শরুক্ত ইনখৎখিদুন নুংশিৎকী মচীন শেন্নগ মখারোমদ চুমদ্রিং ফৈন চৎখিদুন মৈগী মচীন শেন্নগ কৌব্রুরোমদ চিংথরক্তুন লৈপাক্কী মচীল য়েক্লগ নোংপোক্লোমদ মচীন ইনখৎলিব অতিয়াগী মচীন অদুগ শমজিন্নখিগনি ।। চামলৌ চংবী লা লাকোয় অম পাফলগী কিশি শোকহন্দন ময়ায় চান থমগনি ।। লাকোয়দ ফৌহাম খপতোক্লব ফৌ খুবাম অম পারপ্ল শন্দোক্কনি ।। লৈবাক্কী চফৃ পুন কংনানবী য়াইমরপ চাউব অমগী মঙক্ত পয়ান হৈনৌ মনা অহুম থুপ্লেং লেংদুন শেন্নগ পুনশিনগনি ।। পয়া মচীল অনী অদু চীংখৈরোমদ থমগনি ।। পয়া মচীল অনী অদু মথক্লোমদ ওনখৎকনি ।। হৈ

মনাশিংগী মনুংদ হৈনৌ মনান খ্বাইদগী অনৌব মনানি হায়বগী ব্রাখল্লোন লৈ ।। মসীমক্তি খোঙ্খোক্কী ব্রাংউরোলদ য়ুম্ফম ওইবনি ।। অসুম্ন থৌরাং তৌদুন শেল্লব পুন অদু ফৌ লাকোয় অদুগী মথক্ত ময়ায় চান খিনগনি ।। চফূ অদুগী মনুংদ (১) হৈ মনম নাইব (হৈজাং)-১, (২) শিং মতোল তেক্তব য়েৎকোন ওয়কোন কাগুপ-১ (নত্ত্রগ ক্বা মতোন থোকপ অমগ মনা অমগ), (৩) লফোই-১, (৪) শেল ময়েক-১, (৫) সনা-লুপা কোনয়াই (লৈত্রগ চেঙ মচং অঙাঙব অমগ অঙৌব অমগ), (৬) লাংথরৈ মতোল-১ হাপকনি ।। ঈরাৎফূগী চিথেক মরিদ হৈনৌ মনান তেনজীন ওইব তেনজৈ মরি য়ুংগনি ।। তেনজৈ য়ুংবদি – অহানবদ নোংলমদগী হৌরগ মীৎলম, মৈরম অমসুং নুংশিৎলম মথং মথং য়ুংগনি ।। তেনজৈ মখোঙদ লা লাকোয় মচা অমমম থমগনি ।। লং অহিংবন মীৎলমগী তেনজৈদগী মৈরমলোম লাক্তুন তরেৎলক য়েৎকনি ।। অরোইব লং মচীন অনী অদু পুনশিল্লগ ঈরাৎফূগী মনুংদ থাদগনি ।। ঈরাৎফূগী ঈশিং অদু অতোপ্প চফূ নত্ত্রগ কোন অমন পাৎ, ঈয়োক্লোম, তুরেল নত্ত্রগ ঈশিংখোঙদগী তোপ্প শোক্কনি ।। ইমুংদগী শীজিন্নব তৌহৈদে ।। ঈরাৎফূগী ঈশিং শোকপ মতমদ 'ঈশিং কোনথারোল' শোনগনি ।। সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই ঈশিংদ থাধগনি ।। নত্ত্রগ মহী মচুম লৌরগ ঈশিংদ হৈথগনি ।। নত্ত্রগ চেঙ মচং অঙাঙব অমগ অঙৌব অমগ সনা লুপাগী মহুৎ শিন্দুন থাধগনি ।। ঈশিং অদু অহুন্নক হাইদোক্লগ শোক্কনি ।। ঈচেল নাইব ঈশিং ওইরবদি ঈচেল মতুং ইন্ন হস্থন শোক্কনি ।। ঈচেল হনকৎন ঈশিং শোকপ তৌহৈদে ।। অদুবু য়াম্ন পীকপ ঈরম চেস্থরকপ ওইরবদি ঈশিং অদু চফূ/কোন মনুংদ য়াবগী মব্রোঙদ শোকচিন লৌশিনবদি য়াগনি ।। শোক্তুন পুরক্লিব ঈশিং অদু তেংগোৎ নত্ত্রগ লা-তেংগোৎ অমদ খর খাইদোক্লগ তাইরেল পুংফাই থাধদুন থমগনি ।। তাইরেল মনাগী মতোল অদু মনা অমখক্ক লোইশিনব মখন্ন ফব হেল্লি ।। শোক্তুন পুরক্লিব ঈশিং অদু ঈরাৎফূ অদুগী মনুংদ ময়ায় খাঙতপ্তগী হেল্লপ হান্ন হৈজিনদুন থৌরাং তৌদুন থম্ব য়াই ।। ঈরাৎফূ লাৎকদৌরিব অমাইপিবা অদু মমায় নোংপোক নত্ত্রগ অব্রাং ওন্দুন ফমগনি ।। লাই খুরুমফক অদু খজীক্তং চিংথোক চিংশিন তৌদুন মফম চান শেল্লগ লাইবক অহুন্নক কৎলগ ফমগনি ।।

ঈরীক কাংগন্দগী ঈশিং লৌরগ খূৎ অহুম্লক শেংদোক্লনি ।। নুংশা হোনবগী খোঙচৎ য়েৎ ওয় য়েংগনি ।। খূৎ য়েত্ত ঈরীক কাংগন্দগী ঈশিং হাপ্লগ নুংশা ঈহুল লৈব মায়কৈদগী হকচাংবু অহুম্লক কোয়গনি ।। য়েত্ত নুংশা লৈরগ য়েৎলোমদ ওয়দ লৈরগ ওয়রোমদ খূৎ চৎকনি ।। অমাইপিবা অদু মৈবী হান্দোংব মৈরি মতোন সনামহীগী মশেক মঙালগী মশক ওইব মৈরি মচুগী ফি শেৎকনি নত্তগ মচু অসীগী ফি অম মঙক্ত য়ানগনি ।। মশামক লাইয়িংথৌ সনামহীগী অঙানব মশেক মঙাল ফংলবনি খনগনি ।। অহানবদ 'অনম অথৌ অকোকলোন' শোন্দুন তাইরেল পুংফাইন লাইজ খীকফেন চাইদুন কোকথোক শেংদোক্লনি ।। মথংদ 'নাহাইরোল লাইশোল' শোন্দুন তাইরেল পুংফাইন হকচাং অমসুং পোৎলম পুম্নমক শেংদোক্লনি ।। মথংদ 'ঈরু লাইশোল' শোন্দুন অমাইপিবান মশাবু শেংদোক্লব মতুংদ 'লাইজ ঈকৌরোল' শোন্দুন ঈরাৎফুদ ঈশিং হৈজিল্লব মতুংদ 'অতাই লাইশোল' শোল্লগ ঈরাৎ লাইশোল হৌগনি ।। মৈবী হান্দোংব, মৈরি তোমশাৎনব, মৈরি মতোল সনামহীগী মশেক মঙাল ফংলবনি হায়ন পুক্লীংদ খনজবগ লোয়নন ঈরাৎ লাইশোল থৌরম হৌরমদাইদ অমাইপিবা অম ওইন মখাগী সনামহী মিংখৈরোল অহকপ অসী মপুক্ত নীংশিংদুন খুরুমজগনি ঃ

*"লাইয়িংথৌ ইবুংঙো,*
*অতিংকোক মরু শিদব,*
*চীংঙু খোইয়ুম অশীব,*
*সনামহী মহীরেল ।।*
*লৈপাক মাইব খুরাই তাংব,*
*নিংথৌ মাইব চিরাই তাংব,*
*ননাই অমাই পিবান ।।*
*পুক্লীং লৈরাংজদুন,*
*হন্ন হন্ন খুরুমজে ।।*
*হয়ি-হয়া-হয়ুম ।।"*

অসুম্ন লাইয়িংথৌ সনামহীবু নীংশিংজদুন খুরুমজরব মতুংদ ঈরাৎ লাইশোল হৌগনি ।। অহানবদ খোংলম তরেৎকী ঈশিংবু 'লাইজ ঈকৌরোল লাইশোল' শোন্দুন ঈকৌরগ ঙসাই 'কোম্থারোল' শোন্দুন শোক্লকখিব ঈশিং অদু ঈরাৎফূ মনুংদ তরেৎলক হৈজিনগনি ।। 'হয়ি-হয়া-হয়ুম' হায়ন অহুম্লক শোনগনি ।। 'অতাই লাইশোন' গী মতুংদ মহৌশাগী লাই মঙা হায়ন খঙনরিব লাইগী মতীক ময়াই লৈরব মহৌশাগী পোৎশক মঙা হায়বদি – (১) নোংদোল

অতিংঙা, (২) খাম্বী মৈ, (৩) মালং নুংশিৎ, (৪) লাইজ ঈশিং অমসুং (৫) মালেম লৈপাক – মঙা অসীগী মিংখৈরোল মথং মথং শোন্দুন ঈরাৎফৃদ ঈশিং-চেং-লৈ কৎকনি ।। (মখাগী মিংখৈরোল লাইশোল য়েংবীয়ু) কৎপ খুদীংগী – 'হয়ি-হয়া-হয়ুম' হায়ব লাইশোল অসী অহুম অহুম্নক শোনগনি ।। লাইশোল শোনব মতমদ নোংদোল অতিংঙাদগী হৌরগ মালেম লৈপাক্ত লোইশিনবগী মরমদি তেংবানব অসিদ করিসু লৈত্রিঙৈদ অহাঙব নোংদোল অতিংঙা অসিদি লৈরম্লে, মৈ অমসুং নুংশিৎতি অতিংঙাগী শরুক্তি চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীন কোরৌ নোংলোন তরেৎ নোংলিংলব মতুংদ মশাদগী লাইজ ঈশিং পুথোক্লগ মালেম লৈপাক অসী শেমখিবনি হায়ব থাজনবী অসী লৈবদগী লাইজ ঈশিংগী মথংদ অরোইব ওইন মালেম লৈপাক্কী মিংখৈরোল লাইশোল শোনবগী চৎনবী লাকখিবনি ।। ঈরাৎফৃ অচৌববু ওইরবসু মচাবু ওইরবসু ঈরাৎফৃবু লাৎলবদি ফম্বাল লাৎপা য়াওদব য়াদে ।। লাইগী মতীক ময়াই লৈরব অতিংঙা, মৈ, নুংশিৎ, ঈশিং, লৈপাক মঙাবু মিংখৈরোল শোন্দুন ঈরাৎফৃদা কৌশিল্লব মতুংদ অমাইপিবান মায়কৈ সুমদাই চিথেক মরিবু চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীন মালেম লৈশেম্ব মতমদ লৈঙাকখিব মায়কৈ ঙাকপ লাই মরিবু হায়বদি – থব্রা, চেংঙা, য়ুচেং অমসুং য়ুহাবু নীংশিংদুন মিংখৈরোল লাইশোল শোন্দুন তেনজৈ মখোঙ মরিদ ঈশিং খজীক খজীক হৈরগ চেঙ লৈ কৎকনি ।। মায়কৈ ঙাকপ লাইশিংগী মনুংদ – মায়কৈ চিথেক মরি হায়বদি নোংলম, মীৎলম, মৈরম অমসুং নুংশিৎলম – মরি অসীবু ঙাক্লিব লাইশিং অসীন হেন্ন মরুওইব ওইন লৌনৈ ।। অসীগুম্ব থাজনবী অসী লৈরকপ মরমদগী হৌজিক হৌজিকমক্সু মায়কৈ তরাগী মায়কৈ ঙাকপ লাই তরা লৈজরবসু লাইগী থৌরম অয়াম্বদ মায়কৈ চিথেক মরি অসীবু ঙাক্লিব থাংজীং, মারজীং, ৱাংবরেল অমসুং কৌব্রু – মরি অসীতবু মরুওইব ওইন লৌনরিব অসীনি ।। লৈশেমলোনগী মায়কৈ ঙাকপ লাই মরিগী লাইশোল শোনব মতমদ অহানবদ নোংলম লৈঙাকখিব থব্রা, অনীসুবদ মীৎলম লৈঙাকখিব চেংঙা, অহুমসুবদ মৈরম লৈঙাকখিব য়ুচেং অমসুং অরোইবদ নুংশিৎলম লৈঙাকখিব য়ুহাগী মিংখৈরোল শোনগনি ।। (মখাগী মিংখৈরোল লাইশোল য়েংবীয়ু) ।।

**ঈরাৎফূ লাৎপগী নুংগী ওইব ব্রাহন্দোক ঃ** ঈরাৎফূ লাৎপগী থৌরোঙ অসীমক্তি নহালনোং মালেম লৈশেমলোনগী থৌরোঙ অদু উৎপনি ।। মালেম লৈশেমলোনগী থৌরোঙ অসী উবিরগ নত্তগ থৌরোঙ অসীবু কুম্মৈ ওইন শান্নব উবিরগ লৈশেমলোনগী লাইশিংন হরাউই ।। হরাউদুন পেনবিরগ মচা মনাই ওইরিব তাইবং মীওইব ঐখোয়বু য়াইফ থৌজাল লনকুবী হায়বসী মীতৈশিংগী শাগোন্নরক্লব লাইনীংগী ওইব অচেৎপ থাজনবীনি ।। অসীগুম্ব থাজনবী অসী লৈবদগী খুঙ্গং লৈকাইশিংদ লৈরিব উমংলাইশিংগী লাইবুঙদ নহালনোংগী লৈশেমলোন থৌরোঙবু মচা মনাই ওইরিব খুঞ্জাশিংন লাইশোলগ লোয়নন ঈশৈ অমসুং জগোইগী মতেংন লৈশেমলোনগী থৌদোক কুম্মৈ শান্নদুন উমংলাই হরাউবগী কুম্মৈ থৌরম পাঙথোক্লরিবনি ।। অসীগুম্ব ব্রাংউরোল লৈবদগী ঈরাৎ থৌরম অমগী ফম্বালদ লৈরিব লৈশেমলোনগী লাইশিং অদুন পেনবীদুন য়াইফ থৌজাল পীবীরম্লবগীদমক্ত ঈরাৎফূ লাৎপগী থৌরম পাঙথোক্লরিবনি ।। (১) ঈরাৎফূ লাৎনবগীদমক্ত লৈমায়দ পারপ্ল শন্দোক্লিব অঙৌব মচুগী চেঙ কুপসু অদুন মালেম লৈশেমদ্রিঙৈগী অহাঙব মশক অদুনি ।। (২) চেঙকুপসু মথক্ত য়েক্লিব কিশি মরি লৈব পাফল অদুন তেংবানব মপু মহাক্ল থৌশীরকপগী মতুংইন্ন মপারী অহল চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীন মালেম অসী শেম্লগে হায়ন মপূক্ত খনখিব পরম পরীং লাংশঙ অদুনি ।। (৩) মচীন মঙা লোঙব পল্লান্দবী পাফল অসীন লাইগী মতীক ময়াই লৈব মহৌশাগী পোৎলম মঙা – অতিংঙা, মৈ, নুংশিৎ, ঈশিং, লৈপাক্কী মশক্নি ।। (৪) লাকোয় অমদ শন্দোক্লুন হাপ্লিব ফৌ অদুন উৎলিবদি মালেম তাইবংপান্দ লৈরিব নাপী শীংবী, উরী উপাল, তীল কাঙ, শা ঙা অমসুং তাইবং মীওইবনচিংব অহিংব পুমনমক অসীগী মচীঞ্জাক অসী মালেম লৈপাক অসীন পীবীরি হায়বনি ।। (৫) ঈরাৎফূগী চফূ অসীন মালেম লৈপাক অসীগী মপানথোংগী ওইব মশক অদুনি ।। (৬) ঈরাৎফূগী চিথেক মরিদ য়ুংলিব তেনজৈ মরি অদুন অদুঙৈ নহালনোং চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহী মহীরেলন মালেম লৈশেমঙৈদ মালেম চিথেক মরিদ লৈঙাকহনখিব থব্রা, চেংঙা, য়ুচেং অমসুং য়ুহা কৌব লাইবুংথৌ মরি অদুগী মশক্নি ।। (৭) তেনজৈ

মরি অদুদ লং অহিংবন তরেৎলক য়েৎলিব অদুন লাইয়িংথৌ সনামহীন শেমখিব মালেম লৈরোল তরেৎ হায়বদি – (ক) মালংকোন, (খ) মাল্লেকোন, (গ) পোংলৈকোন, (ঘ) লৈখাকোন, (ঙ) লৈনুংকোন, (চ) খমলৈকোন অমসুং (ছ) খম্নুংকোনগী মশক্লি ।। (৮) ঈরাৎফূগী মঙক্ত পয়ান লেংদুন য়েৎলিব হৈনৌ মনা অহুম অদুন মালেম লৈম ইমাদি অঙাং নাউব্রা ওইরিব ওইরিবী পীক্লিব মপারী মমোম নাউয়োক নাউকোল্লিবী পলেম মমা খোম্নৌবীগুম মতম পুন্নমক্ত অশংব অনৌব য়েন্নীংগুম নৌদুনত লৈ হায়ব খঙহনবনি ।। (৯) ঈরাৎফূ মনুংদ য়াওরিব ঈশিং অদুন পিক্লিব অঙাং নাউব্রাবু পলেম মমান খোম্লাং লাইজ পীথক্তুন য়োকপগুম নাপী শীংবী, উপাল ব্রাপাল অমসুং থব্রায় পানব পুন্নমকপু মালেম লৈপাক লৈমন লাইজ ঈশিং পীথক্তুন য়োকপিরি হায়ব উৎপনি ।। (১০) ঈরাৎফূ মনুংগী ঈশিং মনুংদ য়াওরিব তাউজিং হৈরাং হৈজাংন হৈনি, পাগী মশক্লি, লাংথরৈন শীংঙেলগী মনুংচনব লৈনি, পীগী মশক্লি ।। অনী অসীন মালেমদ হিংলিব থব্রায়পানবশিংগী পাগ পীগ অনীগী মহুৎশিনব পোৎশক্লি ।। (কনাগুম্বন ক্বা মতোন থোকপ অমগ মনা মপুম অমগ হাপ্নরিব অসীসু পা অমসুং পীগী মহুৎশিনব পোৎশক ওইগনি ।।) (১১) মতোন তেক্তব শিং অসীন ব্রাখল, লৌশিং, অহিংব, চাদা নাউদা শনব, চাউখৎপ, ফগৎপগী ব্রাখল্লোন ফোঙদোকপনি ।। (১২) তরেৎ শেনজা অমসুং সনা লুপা কোনয়াই অদুন উৎলিবদি মালেম লৈপাক্তি তাইবঙ মীওইব ঐখোয়গী খক্লাই লোমনাইদ্রব পুক্কৈ লনগৈনি হায়বনি ।। (১৩) অমুনব লফোই অসীন মালেম লৈপাক লৈমদি থুমথোইরবী, নুংশিথোইরবী, অপেৎপ থম্মোই চেনবী পলেম ইমাগুম্বীনি হায়ব উৎপনি ।। (১৪) অতিংঙা, মৈ, নুংশিৎ, ঈশিং অমসুং লৈপাক – মঙাবু মিংখৈরোল লাইশোল শোন্দুন কৌরগ ঈরাৎফূ মনুংদ লৈহনবগী থৌব্রোঙ অসীন ঈরাৎফূ অদু অহিংব মালেম লৈপাক্কী মশক ওইরে হায়বগী ব্রাখল্লোন ফোঙদোকপনি ।। (মফম, মতম অমসুং ফীভমগী মতুংইন্ন ঈরাৎফূ মচা লাৎপগীদমক্তদি লা-তেংগোৎ নক্তগ লাকোয় অমদ পোৎলমশিং অসী য়াওদ্রবসু মিংখৈরোল লাইশোল শোন্দুন ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎলবসু য়াগনি ।।)

# ঈরাৎফূ লাৎপগী লাইশোলশিং

১) **ঈশিং কোম্থারোল ঃ** "ঙসী কোরৌ নুমিত্ত ঈরাৎ থৌরম তৌজগে হায়বগীবু, লাইজ ঈরোন্নুংদ, কোরৌ নোংলুপান অঙৌবন লুপা কোমগাচল, মালেম লৈসনা অঙাঙবন সনা য়াইগাচল, চল্লবনে ॥ (সনা লুপা নত্তগ মখোয়গী মহুৎ মরেং শিনঙম্ব পোৎলমশিং অদু ঈশিংদ হৈথগনি, থাধগনি ॥) লৈমুরোল মঙামকপু চরৈ মায়থ ওইরিবী, লৈহাউরোল তরূকমকপু চরৈ ফৈজুপ ওইরিবী হে ঈরৈম ঈখেরেল ! কোরৌ নোংথৌরোল তরেৎমক্তগী কুমলক্লো, মালেম লৈখারোল তরেৎমক্তগী কারক্লো ॥ ননাই অমাই পিবান পুনেমজরিয়ে ॥ হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুন্নক শোনগনি)" ॥ ঈশিং অদু চফূ নত্তগ কোন্ন শোক্কনি ॥

২) **অনম অথৌ অকোক্লোন লাইশোল ঃ** "হুং-হৈ, হুং-হৈ, হুং-হৈ, য়োইগ মেনগ য়াইগ, থৌরীৎ থৌয়ালাং, থৌরীৎ থৌদিল্লাংবু, থৌরীৎ থাবা পোংথৌ তম্মে, থাবা মাবু লানংদে, নুমিৎ পোংথৌ তম্মে, নুমিৎ মাবু লানংদে ॥ য়াব্রা কোনখাং শাগী, পোংথৌ মথং পীজগে ॥ কুমজা পাল্লো থৌগে, নোংজা পাল্লো থৌগে ॥ ঙান্নরে, তেনরে, শেংনরে ॥ নহাল নোং কাওরেল মসনচা, তেকপী মওকচা, তাওব মহুইচা, কাইরৈ ময়েনচা, পোংখু কাইশা কাইবন নম্লব লাক্লববু, ফীজী ফীনাতোন্ন হুম্লব নম্লববু, থৌরীৎ থৌয়া লাংবু, থৌরীৎ থৌদিল্লাংবু, থৌরীৎ থাবা পোংথৌ তম্মে, থাবা মাবু লানংদে ॥ নুমিৎ পোংথৌ তম্মে, নুমিৎ মাবু লানংদে ॥ য়াব্রা কোনখাং শাগী, পোংথৌ মথং পীজগে, কুমজা পাল্লো থৌগে, নোংজা পাল্লো থৌগে ॥ ঙান্নরে, তেনরে, শেংনরে ॥ লাইয়ামশিংন লেপ্পব শিদ য়াথং ঈচেন্নি ॥ হয়ি-হয়া-হয়ুম" (অহুন্নক শোনগনি) ॥ লাইশোল অসী শোন্দুন ঈরাৎ থৌরম তৌগদব মফম অমসুং পোৎলমশিং অদু তাইরেল পুংফাইন লাইজ খীকফেন চাইদুন অনম অহা চুব কোকথোক শেংদোক্কনি ॥ মথংদ মখাগী নহাইরোল লাইশোল অনী অসী শোন্দুন অমুক শেংদোক্কনি ॥

৩) **(ক) নাহাইরোল লাইশোল (অহানব) ঃ** **"হা হুং হয়া হে, থৌবীতেং লোইবীতেং, চেংলৈঙান তংলৈঙান ॥ উঙানঙৈ ৰাঙানঙৈ, শিনসুঙৈ**

শাসুঙৈ ।। চরোইন খোঙদমঙৈ, য়াম্বীন খেক্তমঙৈ ।। হুইথৌন চীফেঙঙৈ, কৈরেন্ন য়াথোকঙৈ ।। লংমাইন মাইহলঙৈ, লংমাই হীচিন হীয়াথৌন, থিনগাইঙৈ লাউখাইঙৈ ।। পুরৈরোম্ব অঙক অঙাও হৌ, শিকপ শিকাই হৌরববু, মমাইব তম্পাক লৈহৌমাই, লংমাই লৈহৌ মাইবীন, তাইরেল লোংন লৌন, লাইজ খীকফেন চাইরবদ, পুরৈরোম্ব মরোল থোক্লে, মরি থোক্লে ।। খুনথন্ন নাইথন্ন, খারৌ লাইরৌ কোয়ন, চূপচি লাইজি কোয়ন, পান্নরে শেংনরে ।। তীল্লৈরগনো লাইরৈরগনো ।। লাইয়ামশিংন লেপ্পব, শিদ য়াথং ঈচেন্নে ।। হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্লক শোনগনি) ।।"

(মথক্কী পুরৈরোম্ব নাহাইরোল অসী শোন্দুন তাইরেল পুংফাইন লাইজ খীকফেন চাইদুন শেংদোক্লব মতুংদ মখাগী নাহাইরোল অনীসুব অসী অমুক শোন্দুন শেংদোক্কনি ।।)

(খ) নাহাইরোল লাইশোল (অনীশুবা) ঃ "হুং শিদব মপু ইবুংঙো অপোকপ, পোক্লেন পোকপ শাৎলেন শাৎপ ।। ইবুংঙোগী য়াথংন ঈচেল ঈরূ ওইরগ, পাখংবগী ঈকোন্দ ঈশেং ওইন তুংলগ ।। নুংজেং ঈকোন ঈশেংন শীনথরকপ মতমদ, তাইবঙ মরূপ খিবিক্কী য়াইফ থৌরম লাকপদ ।। নাহাই তাইরেল পুংফাইন ঈশেং ঈচুম হাইরগ, ঈশেং ঈচুম মরীকপু মফম খূদীং তারগ ।। অমাং অশোয় ফত্তব মরিল শীৎন কোক্কনি, লাইয়ামশিংন লেপ্পব শিদ য়াথং ঈচেন্নি ।। হুং শিদব মপু ইবুংঙো অপোকপ, পোক্লেন পোকপ শাৎলেন শাৎপ ।। হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুমলক শোনগনি) ।।"

৪) ঈরু লাইশোল ঃ "কোরৌ মচি ঈ, ব্রাংবল মনাউ ঈ, কাসা লানং ঈ ।। খাকপ পুরৈরোম্ব পুরাংনাগাব, খোংমরোক্কী ওন্দেব, থোংমরোক্কী হলব্রাইব, থোংনাং নানিলোংব ফেংগাই ঈ ।। লৈতুম নুঙদুম ঈ, নুঙমু নুঙঙৌ ঈ ।। অব্রাং কৌব্রু অসূপ্প, য়ারক্তগী শীহু ঈবু, তাইরেল লোংন লৌ, পুংফাই উপ্প পায়, লাইজ খীকফেন চাইরবদ, হকশেংলে লুশেংলে ।। লাইয়ামশিংন লেপ্পব শিদ য়াথং ঈচেন্নি ।। হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুমলক শোনগনি) ।।" তাইরেল পুংফাইন অমাইপিবাগী মশাদু লাইজ খীকফেন চাইথোক্কনি ।।

৫) **খোংলম ৭কী লাইজ ঈকৌরোল ঃ** "খাখোং, লাইখোং, মরোংখোং, চরোইখোং, য়াম্বীখোং, ফিসুখোং, নুংজেংখোং – খোংলম তরেৎমক্কী লাইজ ঈশিংবু ঈরাৎন কৌজরিয়ে ।। ঈরম ঈখোং তরেৎমক্কী লাইজ ঈশিং ঈরূবী ঈরাৎফূ নুংদ তুংলরো ।।" – (অসুম্ন শোল্লগ ঙসাই কোম্থারোল শোল্লগ শোক্লকখিব ঈশিং অদু ঈরাৎফূ মনুংদ ৭লক হৈজিনগনি ।।) "হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুমলক শোনগনি) ।।"

৬) **অতাই লাইশোল ঃ** "খোইয়ুম লাইগী মতীক ময়াই লৈরব নোংথৌ অতিংঙা, খাম্বী মৈ, মালং নুংশিৎ, লাইজ ঈশিং, মালেম লৈপাক কৌব – মহৌশাগী ওইব লাই মঙাবু তাইগে ।। নহালনোং চীংঙু খোইয়ুম অশীব লাইয়িংথৌ সনামহীন মালেম লৈশেমঙৈদ মায়কৈ চিথেক মরি লৈঙাকখিব থৱা, চেংঙা, য়ুচেং, য়ুহা কৌব লাইবুংথৌ মরিমকপু তাইগে ।। হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুমলক শোনগনি) ।।"

## ১ ঃ মহৌশাগী ওইবা লাই মঙাগী মিংখৈরোল লাইশোল

### ১) নোংথৌ অতিংঙাগী মিংখৈরোল লাইশোল

নোংথৌ অতিংঙা ইপা ইবুংঙো
তেংবানববু ওইরিব
তাইবং হকচাং শারিব।।
লৈয়িকোন, অৱাংকোন
লংবকোন, নুংনাংকোন
তাম্বকোন, কোরৌকোন
অশিকোন কৌরিব
নোংলোন তরেত্ত নোংশাব ।।
নুমিৎ থা শজীক থাবা
ওকপুরোই তাউহইরেং
তোংচেং থৱানমিচাক্ল
নমিৎ ননা ওইরিব ।।
নোংথৌ থক্কী মপুরেল
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি
ননাইনবু কৌজরি ।।
থৌজাল মীৎয়েং তাবীরো
ঈরাৎফূদ ঙানবীরো ।।
হে অতিংঙা ইপা ইবুংঙো
হন্ন হন্ন খুরুমজে ।।
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুমলক) ।।

(ঈরাৎফূ মনুংদ ঈশিং, চেঙ লৈ কৎকনি) ।।

**২) খাম্বী মৈগী মিংথৈরোল লাহশোল**

চকমোম খাম্বী মৈত্রেং অরাব
তেংবানববু ওইহরিব
তাইবং হকচাং শারিব ।।
মৈসুৎ মৈবা মৈ
তেক তেক থৌদু মৈ ।।
চকপ মৈরিংমৈ
পোংব মৈরিংমৈ ।।
কম্বী নাউরৈখু
খোইজু তোলোং লৈখাম মৈ ।।
সৱাং য়ুফৌমৈ
পোইরৈ খুল্লিংমৈ ।।
থাঙসুৎ মৈথোংমৈ
থৌদু নুংথংমৈ ।।
পামেল উরিংকোল খোম্নমৈ
নমু তাইবং য়োক্লমৈ ।।
খাম্বী মৈবুল মৈরামৈ
লমজাউ খাম্বী ৱায়নমৈ ।।
থাঙ্গ লৈকাই পোইনমৈ
মৈরীক মৈজাউ য়াইওইমৈ ।।
চীংখোঙ পোইরৈতোন্ন খুম্থোকঙৈ
মীতৈ লৈম লৈনাউ তাবীন
নমু তাইবং খুল্লিংমৈ ।।
অয়াংলৈম লেমথোংমৈ
পুচেং কোকপ মৈ
লাংচেং খম্ব মৈ ।।
চকপ নুবী ফৃথীমৈ
হেমচেং নুবী ফৃথামৈ ।।
চেগাই কাগুপমৈ
চরূ তাংশাংমৈ ।।
তৌমু তৌহৌ মৈ
শীংগল নোংফাইমৈ ।।
লম্মু তুবু মৈ
তরেৎ লাইকমমৈ ।।
হেম্ব পামচাকমৈ
শদু তেকচাকমৈ ।।
থাঙ্গ উপী তরানমৈ
লপলেন কাদ চাকপমৈ ।।
নশেক নঙাল নীংথিব
য়াইফ থৌজাল পীরিব ।।
ফত্ত হাউদি চাক্লিব
অমম অঙাল খায়রিব ।।
শারোয় ঙারোয় তাম্থোকপ
তীনমু লাইমু মাঙহনব ।।
মৈ কৌব লাই নঙবু
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি
ননাইনবু কৌজরী ।।
ঈরাৎফৃদ ঙানবীরো
থৌজাল মীৎয়েং তাবীরো ।।
হে খাম্বী মৈত্রেং অরাব
হন্ন হন্ন খুরুমজে ।।
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুল্লক)

(ঈরাৎফৃ মনুংদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কংকনি) ।।

### ৩) মালং নুংশিংকী মিংথৈরোল লাইশোল

মালংব নুংশিং নামিব
তেংবানববু ওইরিব
তাইবং হকচাং শারিব ॥
লমজাউ খোন্ন হুমলিব
কোরৌ নোংলোন শল্লিব
মালেম লৈরোল ফাওরিব ॥
চেংলৌ শকফম উদন
তাইবং হকচাং পুরিব
য়াইবী থবায় ওইরিব ॥
তাউজীং হৈরাং হৈনমপু
শীংঙেল লৈরাং লৈনময়েন
মালেম তাইবং ঈওহনব ॥
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি
ননাইনবু কৌজরি ॥
ঈরাৎফৃদ ঙানবীরো
থৌজাল মীৎয়েং তাবীরো ॥
হে মালংব নুংশিং নামিব
হন্ন হন্ন খুরুমজে ॥
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্লক)

(ঈরাৎফৃ মনুংদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎকনি) ॥

### ৪) লাইজ ঈশিংগী মিংথৈরোল লাইশোল

লাইজ ঈশিং ঈরৈম !
তেংবানববু ওইরিবী
তাইবং হকচাং শারিবী ॥
কোরৌ মচি ঈ
ৱাংবল মনাউ ঈ ॥
কাসা লান্নং ঈ
খাকপ পুরৈরোম্ব
পুরাং নাগাবা ॥
খোংমরোক্কী ওন্দে ঈ
থোংমরোক্কী হলৱাই ঈ ॥
লৈতুম নুঙদুম ঈ
নুঙমু নুঙঙৌ ঈ ॥
অৱাং কৌৱু অসূপ্প
য়ারক্তগী শীন্থ ঈ ॥
তাইবংপালবু য়োক্লিবী
নোংলোন তরেৎমক্তগী কুমলক্লো
লৈরোল তরেৎমক্তগী কারক্লো ॥
লাইজ ঈশিং ঈরূবী
অফ ফত্ত শেংলিবী ॥
ঈরাৎ থৌরম তৌজরী
ননাইনবু কৌজরী ॥
ঈরাৎফৃদ ঙানবীরো
থৌজাল মীৎয়েং তাবীরো,
হে লাইজ ঈশিং ঈরৈম
হন্ন হন্ন খুরুমজে ॥
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্লক)

(ঈরাৎফৃ মনুংদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎকনি) ॥

**৫) মালেম লৈপাক লৈমগী মিংখৈরোল লাইশোল**

মালেম লৈপাক লৈম
তেংবানববু ওইরিবী
তাইবং হকচাং শারিবী ।।
মালংকোন, মাল্লেকোন
পোংলৈকোন, লৈখাকোন
লৈনুংকোন, খমলৈকোন
খম্নুংকোন কৌরিব
লৈরোল তরেত্ত লৈশাবী ।।
চনীং লৈখারোলদগী
নদোম থোক্ল লমহৌরকপী
তেংবানবগী মমানি
য়েন্নৌহুনবী য়াইফবী ।।
তুংনফম্মু ওইরিবী
নচা ননাই য়োক্লিবী ।।
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি
ননাইনবু কৌজরি ।।
ঈরাৎফৃদ ঙানবীরো
থৌজাল মীৎয়েং তাবিরো ।।
হে মালেম লৈপাক ইমা-ও
হন্ন হন্ন খুরুমজে ।।
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্লক)
(ঈরাৎফৃ মনুংদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎকনি) ।।

## ২ ঃ মালেম লৈশেমঙৈগী মায়কৈঙাকপ লাই মরিগী মিংখৈরোল লাইশোল

**১) লাইবুংথৌ থব্রাগী মিংখৈরোল লাইশোল ঃ** নহালনোং অদুঙৈ, চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীন, মালেম লৈরোল তরেৎ লৈশেমঙৈদ নোংলম চিথেক লৈঙাকখিব থব্রা কৌব লাইবুংথৌ-ও ! ঙসি কোরৌ নুমিৎকী য়াইফ থৌরম অসীদ ননাইনবু কৌজরি, মফমসীদ লাকপীরো, ঈরাৎ থৌরম তৌজরি ।। হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্লক শোনগনি) ।। তেনখোঙদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎকনি ।।

**২) লাইবুংথৌ চেংঙাগী মিংখৈরোল লাইশোল ঃ** নহালনোং অদুঙৈ, চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীন, মালেম লৈরোল তরেৎ লৈশেমঙৈদ, মীৎলম চিথেক লৈঙাকখিব, চেংঙা কৌব লাইবুংথৌ-ও ! ঙসি কোরৌ নুমিৎকী য়াইফ থৌরম অসীদ ননাইনবু কৌজরি মফমসীদ লাকপীরো, ঈরাৎ থৌরম

তৌজরি ।। হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহন্নক শোনগনি) ।। তেনখোঙদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কংকনি ।।

৩) **লাইবুংথৌ য়ুচেংগী মিংথৈরোল লাইশোল ঃ** নহালনোং অদুঙৈ, চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীন, মালেম লৈরোল তরেৎ লৈশেমথৈদ, মৈরম চিথেক লৈঙাকখিব, য়ুচেং কৌব লাইবুংথৌ-ও ! ঙসি কোরৌ নুমিৎকী য়াইফ থৌরম অসীদ ননাইনবু কৌজরি মফমসীদ লাকপীরো, ঈরাৎ থৌরম তৌজরি ।। হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহন্নক শোনগনি) ।। তেনখোঙদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কংকনি ।।

৪) **লাইবুংথৌ য়ুহাগী মিংথৈরোল লাইশোল ঃ** নহালনোং অদুঙৈ, চীংঙু খোইয়ুম অসীব লাইয়িংথৌ সনামহীন, মালেম লৈরোল তরেৎ লৈশেমথৈদ, নুংশিৎলম চিথেক লৈঙাকখিব, য়ুহা কৌব লাইবুংথৌ-ও ! ঙসি কোরৌ নুমিৎকী য়াইফ থৌরম অসীদ ননাইনবু কৌজরি মফমসীদ লাকপীরো, ঈরাৎ থৌরম তৌজরি ।। হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহন্নক শোনগনি) ।। তেনখোঙদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কংকনি ।।০।।



# ৬

## ফম্বাল লাৎপ

লাইগী থৌরম অম পাঙথোকপদ ঈরাৎফৃ লাৎপ য়াওরবসু য়াওদ্রবসু ফম্বাল লাৎপদি য়াওদব য়াদে ।। ঈরাৎফৃ লাৎপদ ঈরাৎফৃ অচৌব অমসুং ঈরাৎফৃ মচা হায়ন অনীথোক্ল খায়দোকপগী চৎনবী লৈবগুম ফম্বাল লাৎপদসু ফম্বাল অচৌব অমসুং ফম্বাল মচা হায়দুন অনীথোক্ল খায়দোকপগী চৎনবী লৈ ।। ফম্বাল মচা লাৎপগীদমক্তদি লা লাতোন নক্ত্রগ লাকোয় অমদ ফি অঙৌব মচা অম ফীরোল অহুম থুপ্তুন থারগ মদুগী মথক্ত অমসুং চিথেক মরিদ, শোনগদব লাইগী মিংখৈরোল লাইশোল শোল্লগ, কৎফম থোকপ ঈশিং, চেঙ, লৈ কত্তুন ইচম চম্ন পাঙথোক্কনি ।। অদুবু ফম্বাল অচৌব লাৎপগীদমক্তদি মখোঙ মরি পানব নমঙা য়াওব উগী তাঙবল অম ফম্বাল লাংফম অদুদ মমায় নোংচুপ ওন্ন থাগনি ।। তাংবল অদুগী মথক্ত ফি মরাক তাইব ফিরাং অঙৌব অম অহুম্লক থুপ্লগ থাগনি ।। চিথেক মরিদ য়েংথৌ নক্ত্রগ ব্রাচেৎন শেমদুন উচুক মরি য়ুংলগ থাকখন অম খনগনি ।। ঈরাৎফৃ লাৎপসু য়াওব ঈরাৎ থৌরমগী ফম্বাল অচৌব শেম্ব তারবদি ফম্বালগী মমাঙ কৌব্রু পাংলপ্ত ঈরাৎফৃ লৈগনি ।। ফম্বালগী মখোঙ মরি অদুগ শোক্ল তাইনন লা লাকোয় মচা অমমম থাগনি ।। ফম্বালগী মমাঙ, লাইগী য়েত্ত হৈরূক, উচান শীংচেপ মৈরা/খোইরু থার্উমৈ থমগনি, ওয়দ লৈরূক, মেক্রুক মৈখু থমগনি ।। ঈরাৎফৃ লাৎপ য়াওদন ফম্বালখক্ত লাৎপ ওইরবদি ঈরাৎফৃ লাৎপদ পাঙথোকখিব ১) 'ঈশিং কোম্থারোল' শোন্দুন ঈশিং শোকপ, ২) 'অনম অথৌ অকোকলোন' লাইশোল শোন্দুন কোকথোক শেংদোকপ, ৩) 'নাহাইরোল' লাইশোল শোন্দুন শেংদোকপ, ৪) 'ঈরু লাইশোল' শোন্দুন অমাই পিবাগী হক-লু শেংদোকপ অমসুং ৫) 'অতাই

লাইশোল' শোন্দুন -(ক) লাইয়িংথৌ সনামহী, (খ) তেংবানব মপু, (গ) লৈমরেল শিদবী, (ঘ) ইবুধৌ পাখংব, (ঙ) মায়কৈ ঙাকপ লাই মরি– থাংজীং, মারজীং, ৱাংবরেল, কৌব্রু অমসুং মিংখৈরোল শোন্দুন থৌনিজগদব অখন্নব লাইশিংগী মমিং হায়দুন লাই তাইগনি ॥ অসুম তৌরগ ফম্বাল লাৎপগী লাইশোল হৌগনি ॥ ঈরাৎফূ লাৎলিব অসীগী মরমদি মালেম লৈশেমলোনগী থৌৱোঙ অদু লাইয়িংথৌ লাইরেম্মশিংগী মমাঙদ শকশেম তম্ব উহল্লগ মখোয়গী হৱাউ নুংঙাইব ওই ॥ মখোয়ন হৱাউ নুংঙাইদুন পেনবীরবদি মখোয়বু নীংজরিব মচা মনাই ওইব ঐখোয়বু নুংশিবীদুন মখোয়গী য়াইফ থৌজাল ফংহনবী হায়বগী ৱাংউরোল নুংগী ওইব ৱাখলোন অসী মীতৈশিংগী অরিব লাইনীং অসীগী লৈজরকই ॥ মরম অসীন লাইগী থৌরম অমগীদমক্ত ফম্বালসু ঈরাৎফূসু লাৎপ তারবদি ফম্বাল হান্ন লাৎলগ মথংদ ঈরাৎফূ লাৎপন অচুম্ব থৌরম ওইফম থোকপনি ॥ অদুবু কনাগুম্ব অমাইপিবাশিংনদি ঈরাৎফূ হান্ন লাৎনৈ ॥ অসীগুম্ব চৎনবী অসী লৈখিবগী মরমদি লাইগী থৌরম অদুদ লাক্লিব মীয়াম্ন লৈ কৎপগী শরূক য়াওরবদি ফম্বালদ কৎনৈ ॥ লৈ কৎলব মতুংদ ঈরাৎফূ লাৎপগী থৌরম চৎথরকপ অসী খর নাতৈ চানদব ওইন থোকপদগী চৎনখিব ওইগনি ॥

ফম্বাল মথক্ত ১) লাইয়িংথৌ সনামহী, ২) তেংবানব মপু, ৩) ইমা লৈমরেল শিদবী, ৪) ইবুধৌ পাখংব - মরিগী ফীরোয় অসুব মরি থমগনি ॥ থৌরাঙ অসী তৌবদ খুদোংচাদব লৈরবদি তঙাইফদব ওইন লাইয়িংথৌ সনামহীগী ফীরোয় অসুব অমদি থম্ব ফৈ ॥ ফম্বালগী য়েৎ ইথং থংব শরূক্ত (অমাইপিবাগীন ওয় থংব) তেংবানব মপু, তেংবানব মপুগী ওয়দ ইমা লৈমরেল শিদবী, লাইয়িংথৌ সনামহী, ইবুধৌ পাখংব – অহুম অসী মথং মথং লৈগনি ॥ ঈরাৎথৌনিগীদমক্ত মিংখৈরোল লাইশোল শোনব মতমদ ইহান হানবদ, লাইয়িংথৌ সনামহী, অনীশুবদ তেংপানব মপু, অহুমসুবদ ইমা লৈমরেল শিদবী অমসুং মরিসুবদ, ইবুধৌ পাখংবগী – অসুম্ন মথং মথং মিংখৈরোল লাইশোল শোনগনি ॥ (হৌজিক ফাওবদ মীতৈশিংগী পুন্সিগ থাদোক্লদন লাক্লিব খ্বাইদগী মরুওইব লৈশেমলোনগী ওইব লাইদি লাইয়িংথৌ

সনামহী, তেংবানব মপু, লৈমরেল শিদবী অমসুং ইবুধৌ পাখংবনি ।। মরম অসীন লাই মরি অসিবু ফম্বাল লাৎপদ য়াওবনি ।। চীংঙু খোইয়ুম অতিয়া শিদববু লাইয়িংথৌ সোরারেল/শলাইরেল হায়নসু খঙনৈ ।। লাই মহাক্তি তেংবানব মপুগ তেথোক তেশিন্নন লৈব মরম্ম তেংবানব মপুদ থৌনিজরিব অসী লাইয়িংথৌ মাঙোন্দ থৌনিজবসু য়াওরবনি হায়ন লৌগনি ।।) ঈশিং, চেঙ, লৈ কৎকনি ।। ফম্বালদ মিংখৈরোল শোন্দুন ঈশিং, চেঙ, লৈ কৎপ মতমদ লাইয়িংথৌ সনামহীদ ইহান হান্ন কৎপগী মরমদি লাই মহাক্তি লাই পুম্নমক্কী নিংথৌ লাইনিংথৌনি ।। কোরৌ নোংলোন ৭, মালেম লৈরোল ৭, নাপী শীংবী, ৰাপাল উপাল, থৱায় পানব পুম্নমক অমসুং তাইবং মীওইববু শেম্বীব অমসুং হিংহনবীরিব লাইনি ।। লাইয়িংথৌ মহাকপু নুংশিবীব অমসুং মহাক্কী মতীক ময়াই খঙবদগী তেংবানব মপুন তেংবান অসী শেমহল শাহনখিবনি ।। তেংবান মপু ফংজনবগী অমত্ত ঙায়ব লম্বী অমসুং পাম্বৈদি লাইয়িংথৌ সনামহীনি ।। তেংবানব মপু মহাকপু ফংজনবগী লম্বী অমসুং পাম্বৈ অসী তেংবানব মপু মহাক্ক তাইবং মীওইবশিংদ পীবিরম্বনি ।। ফম্বালগী মখোঙ মরিগ নকশিন্নন থারিব লা লাকোয় মরি অদুদ মায়কৈ ঙাকপ লাই মরি — থাংজীং, মারজীং, ৰাংবরেল, কৌব্রুগী মিংখৈরোল লাইশোল শোন্দুন ঈশিং, চেং, লৈ কৎকনি ।। লাই মরি অসীগী মিংখৈরোল কোন্ন শোনবগী মরমদি — লাইয়িংথৌ সনামহীনচিংব লৈশেমলোনগী লাই মরি অদুবু মখোয়ন ঙাকপী শেনবীব নত্তে, মখোয়দি তাইবং মীওইববু ঙাকপী শেনবীব ওইন লৈব মায়কৈ ঙাকপ লাইনি ।। (ফম্বাল লাৎপদ অমাইপিবা অদুন, লাইগী থৌরম অদুবু পাঙথোক্লিব মীশক অদুগী য়েক শলাই, য়ুম্নাক শাগৈ, মমিং মথা পন্দুন অমসুং থৌরমগী নুমিৎ থবান হায়দুন থৌনিবীগদবনি ।।)

ঈরাৎফূ লাৎলিব অমসুং ফম্বাল লাৎলিব অদু ঈপাল থৌরমগী ওইরবদি ফম্বাল অদুগী মমাঙদ লাইয়িংথৌ নোংদম্বগী অম, লাইরেম্ম পীতাই খোমদাইবী (পীথ্রাই খোংদ্রাইবী) গী অম — ফম্বাল মচা অনী য়েৎ-ওয় খায়ন শেমগনি ।। লাই অনী অসীগী মিংখৈরোল লাইশোল শোন্দুন ঈশিং, চেং, লৈ কৎকনি ।। য়াইফ থৌজাল নিগনি ।। অঙাং ঈপাল থাবগী অহিং নোংয়াইদ নোংদম্ব কৌব

লাই অদু লাক্তুন অঙাং অদুগী পুন্সিদ থোক্লগদবা লাইবক নোংদম, পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই, অফ-ফত্ত অদু অঙাংদুগী লাইবক্ত ইরৈ হায়ন মীতৈশিংন থাজনরকই ।। পীক্লিব অঙাং অমন মথৱায় তান নোক্লিব অসী পীতাই খোমদাইবীন লক্লবদগী নোক্লিবনি হায়বগী থাজনবী লৈরকই ।। অঙাং অমগী অতেকপ ময়া অদু চেং মচং অঙাংব অমগ অঙৌব অমগ সনা লুপাগী মহুৎশিন্দুন পূন্ন ফি মচেৎ অমদ য়োমশিল্লগ – "হে পীতাই খোমদাইবী ঐগী ইয়া ফত্তব অসীগ নঙগী নয়া অফব অদুগ শিন্নসি" – হায়দুন য়ুমথক্ত লংখৎপগী চৎনবী লৈরকই ।। লাইরেম্বী অসী অঙাংগী য়াইফ-নুংঙাই পীঙম্ব লাইরেম্বী অমনি ।। অঙাং অমবু ময়া শিনব লোইদ্রিফাওব লাইরেম্বী অসীন শেন্নবী হায়বগী থাজনবী লৈ ।। অসুম্ন অখন্নব লাইশিং য়াওব ঈরাৎ থৌরম ওইরবদি অখন্নব লাইশিং অদুগী মিংখৈরোল শোন্দুন য়াইফ থৌজাল নিজরব মতুংদ 'তেশিল হঞ্জিল্লোন' লাইশোল শোন্দুন ঈরাৎ থৌরম অদু লোয়শিনগনি ।। ঈরাৎফূ অমসুং ফম্বালদ ঈশিং, চেং-লৈ কত্তুন অমাই পিবান খুরুমগনি ।। লাইগী থৌরম লোইরব মতুংদ চেং লৈশিং অদু ঈশিংদ থাদখিগনি ।। লা-নচিংবশিং অদু থোঙ্গাল ৱাংমদ হুন্দোকখিগনি ।। লৌশিনব য়াব পোৎলমশিংন লৌশিনগনি ।। (শোনগদব লাইশিংগী মিংখৈরোল লাইশোলশিং মখাদ লৈজরে) ।।

## মিংখৈরোল লাইশোল – ১

### ১) লাইয়িংথৌ সনামহীগী মিংখৈরোল লাইশোল

লাইয়িংথৌ ইবুংঙো
অতিংকোক মরু শিদব ।।
য়াইবী য়েলহৌঙৈগী
অমম লৈশা হাল্লকপ ।।
খেরে নুঙগুম তগুপ্প
ফোইদিং নোংথাঙ তরংলেন
তরং লাইজ ঈপোকপ ।।
চীংঙু খোইয়ুম অসীব

সনামহী মহীরেল ।।
কোরৌথক্কী তমথরকপ
ৱাংবলথক্কী খাইথরকপ
নুংনাং শাগাঙথক্ত
লাইজ ঈরোয়নন
তরঙ ঈপাকথক্ত
শেকমোম কাইবী লীবু
পরিং লেপ্তম হুনব ।।

অমম মখৈ লৈতব
অতিংঙা চেংলৌ মীৎথোঙ থিংবদগী
মালং য়াইবী কাওগুম লমহৌরকপ ॥
কোরৌ ফান্দ ফমদেংব
চীংঙু য়াইবী হুমজাউব
থব্রায় তীম্পী য়াইবী শিদব ॥
নমু তাইবং শঙশঙ লোন্দিন্নব
চীংঙু য়াইবী খোঞ্জেল্লেম্ম
কোরৌ অব্রাংব তাইখৎপ
ব্রাংবল অনেম্ব তাইশিনব ॥
নোংপোক চোয়নৌ চীংদোলপল
য়াই মরুদ ফমফম্ব ॥
নতীক ঙমখৈ খঙদব
খোইরা লীহৌ নাইদব ॥
কোরৌ চুমিথাঙগুম্ব
ব্রাংবল নুমিৎথাঙগুম্ব ॥
শোইরেল লৈখৈ হান্নহ্নব
মপারী চীংখোঙ অহনব ॥
শম্থোঙ নিংথৌ অপানব
নচুবু মৈরিগী মচু ওইব ॥
নমিংদি তরেৎথোনবদগী
অনীলৌথোক্লগ মঙা থোনব ॥
মঙাদগী য়ামল্লে হায়দুন
অহুমথোনব লাইয়িংথৌ ॥
মদুসু য়ামল্লে হায়দুন অমথোনব
হুং কৌব লাইয়িংথৌ ॥
কোরৌ নোংলিংব
মালেম লৈশেম্ব
নমু পোংশেম্ব ॥
নপুক্র কোরৌ নোংওইব
ননম্ম মালেম লৈওইব ॥
কোনশেং সনা পিবারেল
সনামহী ঙৌবরেল ॥
ফৃহীংসনা লাইজরেল
সনাফম্বাল মহীরেল ॥
সম্থোঙগীদি মোরিব
ফুংগাগীদি লাইরুব ॥
মৈ তরঙ ঈশিং তরঙ
অতিংঙা নুংশিৎ তরঙ ॥
মালেম লৈদ খৌশাব
য়েক্ল শারোয় লাল্লোয়ব ॥
তোপ্প লৈরে তোঙানব
তিন্ন লৈরে অতিনব ॥
তাইবংনুংদ লৈরিব
থব্রায় হায়ন কৌরিব
অ-কৌব লাইয়িংথৌ ॥
ঙসী কোরৌ নুমিত্ত
ননাইনবু কৌজরি
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি ॥
ফম্বাল থক্ত ঙানবীরো
থৌজাল মীৎয়েং তাবিরো ॥
হুং শিদব লাইয়িংথৌ
খুৎফাং তরা লোন্দুন
হন্ন হন্ন খুরুমজৈ ॥
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুন্নক শোনগনি)॥
(ফম্বালদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎকনি ॥)

## ২) তেংবানবমপু য়াইবীরেল শিদবগী মিংখৈরোল লাইশোল

পোক্লেন পোকপ শাৎলেন শাৎপ
হৌফম লোমফম ওইরিব ॥
হয়ি মিংলেন য়েৎলমদ
হয়া মিংখৈ ওয়রমদ ॥
লুমাঙ শম্বুল পুল্লগ
পম্খৌ কৌবসু মখুম্ব ॥
লুতুং শমজীন কিরগ
পলেম কৌবসু মখুম্ব ॥
লুবাই শম্বুল লৈরগ
তেংবানব মপু ওইরিব ॥
হয়ি হয়া অনীগী
অপূনব মশক হয়ুম্ন
মিংলেন মিংখৈনরিব ॥
খোইয়ুম খোইমোম পুম্নমক
নশাদগী হাদোকপ ॥
শিদব মপু ইবুংঙো
তেংবানবগী মবুংঙো
য়াইফ থোইব ইবুংঙো ॥
ইবুংঙোন মরুনি
ইবুংঙোন লোম্বনি
ইবুংঙোন লীক্লনি ॥
য়াইবী থবায় পুম্বগী
হৌফম তিনফম ওইরিব
য়াইবীরেল শিদব ইবুংঙো ॥
ঙসী কোরৌ নুমিত্ত
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি ॥
ননাইনবু কৌজরি
ফম্বাল থক্ত ঙানবীরো
থৌজাল মীৎয়েং তাবিরো ॥
হুং শিদব মপু ইবুংঙো
খুৎফাং তরা লোন্দুন
হন্ন হন্ন খুরুমজে ॥
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্লক শোনগনি) ॥
(ফম্বালদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎকনি ॥)

## ৩) ইমা লৈমরেল শিদবীগী মিংখৈরোল লাইশোল

য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা
মরোঙখোং মরু পায়রিবী ॥
লুতুং শমজি হল্লিবী
নুগী নুরম তারিবী ॥
তাইবং শোংলেন অথাপ্পী
তাইবং লীক্লেং ওইরিবী ॥
তম্ফা নপাল উনাইদবী
পামেল নরা লীচত্তবী ॥
শিদ মপাল থারিবী
নাদ মউ লিংলিবী ॥
খাবী চামা শিন্তাকপী
অমাই চাম পাউতাকপী ॥
খোইমোম কোরৌ অবাংবী
লৈমরেল ফমথক ঙাল্লিবী

লৈগী মরী পায়রিবী
নোংগী মরী সৃরিবী ॥
তাইবং মমা ওইরিবী
তাইবং মালং শল্লিবী ॥
সনা ফম্বাল ওয়ওইবী
সনজীং চীংদোল ঙাল্লিবী ॥
তাইবং য়েনবু হুল্লিবী
লৌশিং মৈরা ওইরিবী
মনুং মপাল উরিবী ॥
ঈশাইফৃদ লৈরীবী
ইমা লৈমরেল কৌরিবী ॥

ঙসী কোরৌ নুমিত্ত
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি ॥
ননাইনবু কৌজরি
ফম্বাল থক্ত ঙানবীরো
থৌজাল মীৎয়েং তাবিরো ॥
ইমা লৈমরেল শিদবী
খুৎফাং তরা লোন্দুন
হন্ন হন্ন খুরুমজে ॥
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহন্নক শোনগনি) ॥
(ফম্বালদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎকনি ॥)

## ৪) ইবুধৌ পাখংবগী মিংথৈরোল লাইশোল

খোইয়ুম কোনজিল তিংথোকপ
উনৌ কোন্দে কোন্ন হুনব
মপারী চীংখোঙ অতোনব ॥
তীল্লিরেল লাইরিরেল
খায়িরেল লিনতাউরেল
তাউরোইনাই মঙামকপু
য়েনথরকপ লাইয়িংথৌ ॥
কচেং নোংথাঙ লৈমবু
খৃজেং পাল্লোয়নন
শেকমোম কাইবী লীতমহুন
ফম্বাল নুঙ্গাঙথক্ত
য়োইচানফব লাইয়িংথৌ ॥
হয়িচক্কী পাখংয়োইরেল তোমপোকপ
হয়াচক্কী তাংজলিলহা পাখংব ॥

খুনুংচক্কী শেন্দ্রেংলোলাং পাখংব
কোন্নচক্কী নোংদালাইরেল পাখংব ॥
নমু পোংনিংথৌ লাংওনব
ক-কৌব লাইয়িংথৌ ॥
ঙসী কোরৌ নুমিত্ত
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি ॥
ননাইনবু কৌজরি
ফম্বাল থক্ত ঙানবীরো
থৌজাল মীৎয়েং তাবিরো ॥
খোইয়ুম কোনজিল তিংথোকপ
খুৎফাং তরা লোন্দুন
হন্ন হন্ন খুরুমজে ॥
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহন্নক শোনগনি) ॥
(ফম্বালদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎকনি ॥)

# মিংখৈরোল লাইশোল — ২

## ১) লাইয়িংথৌ থাংজীংগী মিংখৈরোল লাইশোল

লাইয়িংথৌ থাংজীং কোয়রেল্লাই
কেগে পোকপ কাসারেল
মোইরাং লাংপুম অরিব ॥
নুঙমু তুমদব খোঙনেৎনব
নুঙঙৌ শিদব খুদানব ॥
কেগে শম্বোঙ মোরিব
শম্বোঙ মপু নিংথৌব
শানম কানব মহারাব ॥
চাউবসু কোয়রেল
শাংবসু কোয়রেল
ৱাংবসু কোয়রেল
কোয়রেল অহুম্মক্ত ফম্ফম্ব ॥
ফেনচি নোংহুল্লম
মালং মথোঙজীন
খমকোন মরাকচীনবু
তান্ন খনব লাইয়িংথৌ ॥
নহালনোং মালেম লৈশেমঙৈদ
নোংলম চিথেক লৈঙাকখিব
থৱা কৌব লাইবুংথৌগী
মহুৎ মরেং থৌপুরিব ॥
চীংঙু কোনজিল তিংথোকপগী
লাইওল লাইয়াৎ ওইরিব
লাইয়িংথৌ থাংজীং কৌব-ও ॥
ঙসী কোরৌ নুমিত্ত
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি
ননাইনবু কৌজরি ॥
মফমসিদ লাকপিরো
থৌজাল মীৎয়েং তাবিরো ॥
খুৎফাং তরা লোম্দুন
হন্ন হন্ন খুরুমজে ॥
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্লক) ॥
(ফম্বালগী নোংলম পাংব লাকোয়দ
ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎকনি ॥)

## ২) লাইয়িংথৌ মারজীংগী মিংখৈরোল লাইশোল

লাইয়িংথৌ মারজীং ইবুংঙো
অৱাং য়োইরেল থাঙৱাই মারহনব ॥
নোংপোক ৱাইরং অতাম্ব
কাঙজৈ হুমদং নারেং সূব
শারেল তাংগম য়াদ চীকপ ॥
কোরৌ নোংশগোল অপাইব
লাংগোই ঙৌব অহেনব
লাংগোই মশা মরি পানববু
লাংগোই খূরূপ হৌন থৌব
লাংগোই খোঙ্গুল তাদব
লাংগোই অয়াঙব খোঙনেৎনব ॥
ওক্লেন্ন য়াকানব

লাইরেন্ন পোংবৈনব
চীংঙু ওংজা চীংমাব ॥
লৈবাক মাইব রাতেম্ব
নিংথৌ মাইব রাঙলব
থৌদু নুঙপাকথক্ত রায়েনব ॥
লাংগোই শগোল অপাইববু
পাইখিগনু-ও হায়ন
মখোঙ মশা থেক্ল
রারক থৌপাউ তম্লীব ॥
নহাললনোং মালেম লৈশেমঙৈদ
মীৎলম চিথেক লৈঙাকখিব
চেংঙা কৌব লাইবুংথৌগী

মহুৎ মরেং থৌপুরিব ॥
চীংঙু অতিয়া শিদবগী
লাইওল লাইয়াৎ ওইরিব
লাইয়িংথৌ মারজীং কৌব-ও ॥
ঙসী কোরৌ নুমিত্ত
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি
ননাইনবু কৌজরি ॥
মফমসিদ লাকপিরো
থৌজাল মীৎয়েং তাবিরো ॥
খুৎফাং তরা লোন্দুন
হন্ন হন্ন খুরুমজৈ ॥
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্লক) ॥

(ফম্বালগী মীৎলম পাংব লাকোয়দ ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎকনি ॥)

## ৩) লাইয়িংথৌ রাংবরেলগী মিংখেরোল লাইশোল

লাইয়িংথৌ রাংবরেল ইবুংঙো
লাইজ ঈমৈ খৈব ॥
ঈমু হংজৈ সূব
ঈঙৌ হংথোঙ লোনব ॥
লেমলৈ ঙাথোঙ থিংব
নমু পোংথোঙ লোনব ॥
থরায় অপকমা পুম্নমকপু
থরৈ কুমহল্লোই হায়বগী
লেমলৈ তাহল্লোই খনবগী
লাইজ ঈখোং শীম্ন থৌখামলিব ॥
নহাললনোং মালেম লৈশেমঙৈদ

মৈরম চিথেক লৈঙাকখিব
য়ুচেং কৌব লাইবুংথৌগী
মহুৎ মরেং থৌপুরিব ॥
চীংঙু খোইয়ুম অশীব
লাইয়িংথৌ সনামহীগী
লাইওল লাইয়াৎ ওইরিব
লাইয়িংথৌ রাংবরেল কৌব-ও ॥
ঙসী কোরৌ নুমিত্ত
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি
ননাইনবু কৌজরি ॥
মফমসিদ লাকপিরো

থৌজাল মীৎয়েং তাবিরো ॥
খুৎফাং তরা লোন্দুন
হন্ন হন্ন খুরুমজে ॥
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্লক) ॥
(ফম্বালগী মৈরম পাংব লাকোয়দ ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎকনি ॥)

৪) লাইয়িংথৌ কৌব্রুগী মিংখৈরোল লাইশোল

লাইয়িংথৌ কৌব্রু ইবুংঙো
অব্বাং কৌব্রু অসূপ্প
লাইয়াম খুন্দা অহানব ॥
চরীক মপাল থাবিব
নোংথরৈ মরু লিংবিব ॥
শামু অঙৌব তোংলকপ
ইঙা কুমদম্ব
ইঙেল কুমখাইব ॥
উন তরূক ঈরীব
ব্বাউ তরূক ঈথাব ॥
নহালনোং মালেম লৈশেমঙৈদ
নুংশিৎলম চিথেক লৈঙাকখিব
য়ূহা কৌব লাইবুংথৌগী
মহুৎ মরেং থৌপুরিব ॥
খোইয়ুম অতিয়া শিদবগী
লাইওল লাইয়াৎ ওইরিব
লাইয়িংথৌ কৌব্রু কৌব-ও
ঙসী কোরৌ নুমিত্ত
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি
ননাইনবু কৌজরি ॥
মফমসিদ লাকপিরো
থৌজাল মীৎয়েং তাবিরো ॥
খুৎফাং তরা লোন্দুন
হন্ন হন্ন খুরুমজে ॥
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্লক) ॥
(ফম্বালগী নুংশিৎলম পাংব লাকোয়দ ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎকনি ॥)

## মিংখৈরোল লাইশোল – ৩

১) লাইয়িংথৌ নোংদম্বগী মিংখৈরোল লাইশোল

কাসা নোংথৌ লাইয়িংথৌ
ব্বাংব নিংথৌ তেলহৈব ॥
খাকপ নিংথৌ পানজুম্ব
কাসা পাউতাক হৈব ॥
অব্বাং থাঙব্বাই য়োইরেনব
কোরৌথক্ত থৌদাব
ব্বাংবল থক্ত ব্বাতেম্ব ॥
চীংঙু নোংথৌরেনব

নমু ফমফম লমশীনব ।।
শরূক লৌতম হুনব
লাইবক নোংদম ইব ।।
কোরৌ নোংথোই ফম্ব
নুংনাং য়াইবীরেল শিদব ।।
কোরৌ নোংদোল নোংশাব
খোইয়ুম য়াইবী য়েলহৌগী
চীংঙু থাবা নোংনিংথৌ
খোইয়ুম পাফল য়োইরেনব ।।
লাংগোই ঙৌব অহেনব
শায়া মরি পানববু
লাংগোই খূনেৎ শাদোংব
চীংঙু নোংপাখং অতেংব ।।
ঙসী কোরৌ নুমিত্ত
ফম্বাল ঈরাৎ তৌজরি ।।
ননাইনবু কৌজরি
মফমসিদ লাকপিরো
থৌজাল মীৎয়েং তাবিরো ।।
অঙাং নাউব্রা মহাকপু
পুন্সি নুংশাং য়াইফব
মীথোই মীহেল ঙান্নাইব
লাইবক নোংদম্বীরম-ও ।।
নোংদম্ব কৌব ইবুংঙো
খুৎফাং তরা লোন্দুন
হন্ন হন্ন খুরুমজে ।।
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্নক) ।।

*(অখন্নব ফম্বালদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎকনি ।। মিংখৈরোল লাইশোল অসীদি অঙাং ঈপাল থাবগী নুমিদাংগী থৌরমদ ফম্বাল তোপ্প শেন্নগ থৌনিগনি ।। থৌরম অসীবু নমু তাইবংগী লাইবক নোংদম য়েকপ লাই — নোংদম্ব লাই ঈরাৎথৌনি কৌই ।।)*

## ২) লাইরেম্মা পীতাই খোমদাইবী (পীথ্রাই খোমদ্রাইবী) গী মিংখৈরোল লাইশোল

য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা
পীতাই খোমদাইবী কৌবী-ও ।।
লাইরেম্মা নোংথাংলৈমগী
লাইওল লাইয়াৎ ওইরিবী ।।
কাসা অশেম অশা হৈবী
অঙাই তাইবং মালেমদ
অঙাং নাউব্রা মহাক্কী
পলেম মমা পীরিবী
খোল্লাং লাইজ তমলিবী ।।
অঙাং নাউব্রা মহাকপু
য়াইফ থৌজাল লনকুবী ।।
ঙসী কোরৌ নুমিত্ত
ফম্বাল ঈরাৎ তৌজরি ।।
ননাইনবু কৌজরি

মফমসিদ লাকপিরো
থৌজাল মীৎয়েং তাবিরো ॥
অঙাং নাউব্রা মহাকপু
পুন্সি নুংশাং য়াইফব
মীথোই মীহেল ঙান্নাইব
থৌজাল লনকুবীরম-ও ॥
লাইরেম্মা পীতাই খোমদাইবী
খুৎফাং তরা লোন্দুন
হন্ন হন্ন খুরুমজে ॥
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্লক) ॥

*(অখন্নব ফম্বালদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎকনি ॥ মিংখৈরোল লাইশোল অসীদি অঙাং ঈপাল থাবগী নুমিদাংগী থৌরমদ ফম্বাল তোপ্ন শেন্নগ থৌনিগনি ॥ থৌরম অসীবু লাইরেম্মা পীতাই খোমদাইবী কাসা অসেম-অশা হৈবী ঈরাৎথৌনি কৌই ॥)*

৩) **লাইয়িংথৌ খম্নুং থোঙঙারেলগী মিংখৈরোল লাইশোল**

খম্নুং থোঙঙারেল অহনব
অশিব চাম নোংদম্ব
অচঙব চাম নোংখাইব ॥
থৌদা শিম্বোং হৈব
অচঙব চাম থোঙহাংব
অশিব চাম থোঙথিংব ॥
অমন শিকুম লাল্লমশীনব
খোইয়ুম অতিয়া শিদবগী
লাইওল লাইয়াৎ ওইরিব ॥
ঙসী কোরৌ নুমিত্ত
ফম্বাল ঈরাৎ তৌজরি ॥
ননাইনবু কৌজরি ॥
মফমসিদ লাকপিরো
থৌজাল মীৎয়েং তাবিরো ॥
লাল্লবদ ঙাকপীয়ু
সোয়রবদ কনবীয়ু ॥
হকচাং পোলাং থাদোক্লব
থব্রায় চেক্লা মহাকপু
কোরৌ নোংগাহনবীয়ু ॥
মপোক লাংওল অমদ
শাগৈ শালাই অসীদ
তাইবং কুম্মৈ য়াওহনবীয়ু ॥
অশি থোঙ থিংবী-ও
অচঙ থোঙ হাংবী-ও
খুৎফাং তরা লোন্দুন
হন্ন হন্ন খুরুমজে
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্লক) ॥

*(লা লাকোয় অমদ চেং-লৈ কৎকনি ॥ মিংখৈরোল লাইশোল অসীদি অশিববু মংফমদ পুথোক্লমদাই, খাঙেলফমদ লৈরিঙৈদ অশি-লৈবাক খম্নুংগী নিংথৌ খম্নুং থোঙঙরেল ঈরাৎথৌনিদ শোনগনি ॥)*

## ৪) লাইরেম্মা ইমোইনুগী মিংখৈরোল লাইশোল

য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা
ইমোইনু অহোঙ অচাওবী ॥
তরা চাক্লিংখাক্ল চাকশৌগী
শংলৌ য়েন্নিংখাক্ল য়েনশৌবী
ৱাংলৈ য়ুনিংখাক্ল য়ুশৌবী ॥
মরাল য়ুমলেন ঙমচিংবী
লোইমোম ফৌগৈনুংদ ফৌওইবী ॥
লেমলৈ ঙায়োক্কোমদ ঙারৈম
নোইনু থুমখোংদ থুমলৈম ॥
মশিল শিনসুফমদ শিল্লৈম
তরেৎ শেনফুনুংদ লল্লৈম ॥
লাইজ ঈরেলপুঙদ ঈরৈম
হুইয়েল লানফমদ লাল্লৈম ॥
অচি তত্তবী অরায় কংদবী
হীপোকপী য়াইপোকপী
হীরৈম য়াইরৈম
হীকুবী য়াইকুবী

য়াইসনা কৌন শায়োনবী ॥
নাকথ লৈম পাউতোইবী
ফূরেপ লৈম লূজাওবী ॥
অয়ুক চরা নোংদম্বী
নুমিদাং চরা নোংখাইবী ॥
ঙসী কোরৌ নুমিত্ত
ফম্বাল ঈরাৎ তৌজরি ॥
ননাইনবু কৌজরি
মফমসিদ লাকপিরো
থৌজাল মীৎয়েং তাবিরো ॥
অঙাং নাউৱা মহাকপু
পুন্সি নুংশাং য়াইফব
মীথোই মীহেল ঙান্নাইব
থৌজাল লনকুবীরম-ও ॥
লাইরেম্মা অহোঙ অচাউবী
খূৎফাং তরা লোন্দুন
হন্ন হন্ন খুরুমজৈ ॥
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুল্লক) ॥

*(অঙাং ঈপাল থাব অমসুং চউম্বদ মিংখৈরোল লাইশোল অসী শোনদুন অখন্নব ফম্বালদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কংকনি ॥)*

## ৫) কোরৌহনব নুমিৎকী ঈরাৎ লাইশোল

নপল তুবী অঙনব
কোরৌ নোংবু খোনব
মালেম লৈবু লূম্ব
নোংপোক লৈহৌ

লৈরাই পাংব নিংথৌ চনু
পায়ম সনা লিনগোইনুংদগী
থৌদু নুঙপাথক্ত নাউনৌব ॥
চান লমথাঙজৌন খোয়রেনব

লাইজ ঈপাথক্ত মিংথোংব
কোংয়াং ব্রাতোম্বক্ত খংতাকপ ।।
নোংপোক মৱাইতা
ৱাইরং লমন তাম্ব
চোইনৌ চীংদোলপোক্ত
মচেং কাইরে খোংবরক্ত
চীঙখৈ খোংতিং লৈন হুল্লগ
মালেম খীং খীং খোঙ্গারকপ ।।
মালেম লাংজখৈ য়োইময়াই
কোরৌহনব নুমিৎ নঙবু

ঙসী কোরৌ নুমিত্ত
ঈরাৎ থৌরম তৌজরি
থৌজাল মীৎয়েং তাবীরো ।।
নুমিৎ নঙন লূবগুম লূহনবী-ও
থবি নঙন শেংবগুম শেংহনবী-ও
কোরৌ নঙন পানবগুম পানহনবী-ও ।।
থবি সেনকোইরেল অপানব নঙবু
খুৎফাং তরা লোন্দুন
হন্ন হন্ন খুরুমজে
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুম্লক) ।।

*(লাইশোল অসীদি অয়ুক্ত অঙাং ঈপাল থাবগী অমসুং য়ুম শঙ্গাবগী থৌরমদ মাঙ্গোল মচীন্দ ফৌ শঙবাই অচোনব অমদ পোৎলম চৈরম হাপ্পুন অখন্নব ঈরাৎ থৌনিবদ শোনগনি ।।)*

ঈরাৎফূ লাৎপ অমসুং ফম্বালদ চেঙ-লৈ কৎপ লোইরগ মখাগী তেশিল হনজিল্লোন লাইশোল অসী শোন্দুন ঈরাৎফূ অমসুং ফম্বাল লাৎপগী থৌরম লোইশিগনি ।।

## তেশিল হনজিল্লোন লাইশোল

ঙসী কোরৌ নুমিত্ত
ঈরাৎ থৌরম তৌদুন
ফম্বাল ফমলেল শেমদুন
য়াইফ থৌজাল নিজরে ।।
চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা
পুন্নমক্কী নফমদগী

য়াইফ থৌজাল ফংজরে ।।
শোয়রবদ ঙাকপিয়ু
লাল্লবদ কনবিয়ু ।।
খোইয়ুম খোইমোম পুন্নমক
নহলফমদ হনবীরো
নতেফমদ তেবীরো ।।
লৈপাক মাইব খূরাই তাঙব

নিংথৌ মাইব চিরাই তাঙব ॥
ননাই অমাই পিবান

খুৎফাং তরা লোন্দুন
হন্ন হন্ন খুরুমজৈ
হয়ি-হয়া-হয়ুম (অহুন্নক) ॥

*(ঈরাৎফৃ অমসুং ফম্বালদ ঈশিং, চেঙ-লৈ কৎকনি ॥ লৌশিনব য়াব পোৎলমশিং লৌশিল্লগ চেঙ-লৈ অদু ঈশিংদ থাদগনি অদুগ লা-নচিংব অতৈ পোৎলমশিং অদুদি থোঙ্গাল ম্রাংমদ হুন্দোকখিগনি ॥)*

**য়েংশিনবিগদব ঃ** নোঙ্গাদব লাইগী লাইশঙদ, লাইফমদ অমসুং লাইগী চেংলৌ শকপাম্থোংদ খুরুমজদুন য়াইফ থৌজাল নিজবগী মিংখৈরোল লাইশোল শোনবদদি লাই অদুবু 'মফমসিদ লাকপিরো' নত্তগ 'ফম্বাল থক্ত ঙানবীরো' হায়ন কৌজব অমসুং থৌনিজব লোইরব মতুংদ 'নহলফমদ হনবীরো, নত্তেফমদ তেবীরো' হায়ব 'তেশিল হঞ্জিল্লোল' লাইশোল অসী য়াওরোই ॥ থৌনিরোল লাইশোল অদু শোল্লগ অদুমক লোইশিনগনি ॥

## মিংখৈরোল লাইশোল অতেনব - ১

**১) অতিংঙাগী মিংখৈরোল**

নোংলোন তরেৎ নোংশাব
তেংবানববু ওইরিব
তাইবং হকচাং শারিব ॥
নুমিৎ থা শজীক থবা
তোংচেং থৌব্রানমিচাক্ল
নমিৎ ননা ওইরিব
অতিংঙা ইপা ইবুংঙো ॥

**২) খাম্বী মৈগী মিংখৈরোল**

নশেক নঙাল নীংথিব
য়াইফ নুংঙাই পীরিব ॥
তেংবানববু ওইরিব
তাইবং হকচাং শারিব ॥
নমু তাইবং খুল্লিংমৈ
পোইরৈতোন্ন খুম্থোকমৈ
খাম্বী মৈত্রেং অরাব ॥

### ৩) মালং নুংশিংকী মিংথৈরোল

কোরৌ নোংলোল শল্লিব
মালেম লৈরোল ফাওরিব ।।
তেংবানববু ওইরিব
তাইবং হকচাং শারিব ।।
তাইবংপানবু ইংহনব
য়াইবী থব্বায় য়োক্লিব
মালং নুংশিং নামিব ।।

### ৪) লাইজ ঈশিংগী মিংথৈরোল

কোরৌ মচি ঈ
ৱাংবল মনাউ ঈ ।।
তেংবানববু ওইরিবী
তাইবং হকচাং শারিবী ।।
লাইজ ঈশিং ঈরুবী
তাইবংপানবু য়োক্লিবী
লাইজ ঈশিং ঈরৈমা ।।

### ৫) মালেম লৈপাক্কী মিংথৈরোল

লৈরোল তরেৎ লৈশাবী
তেংবানববু ওইরিবী
তাইবং হকচাং শারিবী ।।
য়েন্নৌ হুনবী য়াইফবী
তাইবংপানবু য়োক্লিবী
তাইবং মমা ওইরিবী
মালেম লৈপাক লৈম-ও ।।

## মিংথৈরোল লাইশোল অতেনব - ২

### ১) সনামহীগী মিংথৈরোল

লাইয়িংথৌ ইবুংঙো
অতিংকোক মরূ শিদব
চীংঙু খোইয়ুম অশীব
সনামহী মহীরেল ।।
নোংখোঙ কোয়ব অঙম্ব
তরঙ হিরেল হোল্লিব ।।

কোনশেং সনা পিবারেল
সনামহী ঙৌবরেল ।।
তাইবংনুংদ লৈরিব
থব্বায় হায়ন কৌরিব
হুং কৌব লাইয়িংথৌ ।।

২) তেংবানব মপুগী মিংখৈরোল

লুমাঙ শম্বুল পুল্লগ
পম্বৌ কৌবসু মখূম্ব ।।
লুতুং শমজীন কিরগ
পলেম কৌবসু মখূম্ব ।।
লুরাই শম্বুল লৈরগ
তেংবানব মপু ওইরিব ।।
তেংবানবগী মবুংঙো
ইবুংঙোন মরুনি ।।
ইমুংঙোন লোম্বনি
শিদব মপু ইবুংঙো ।।

৩) লৈমরেলগী মিংখৈরোল

লুতুং শমজীন কিরিবী
নুগী নুরম তারিবী ।।
শিদ মপাল থারিবী
নাদ মরু লীংলিবী ।।
লৈগী মরী পায়রিবী
নোংগী মরী সূরিবী
তাইবং শোঙলেন অথাপ্পী
তাইবং য়েনবু ওইরিবী ।।
ঈশায়ফূদ ঙাল্লিবী
ইমা লৈমরেল শিদবী ।।

৪) ইবুধৌ পাখংবগী মিংখৈরোল

উনৌ কোন্দে কোম্নহুনব
মপারী চীংখোঙ অতোনব ।।
পাখং য়োইরেল তোমপোকপ
তাংজ লিলহা পাখংব ।।
শেন্দ্রেং লোলাং পাখংব
নোংদা লাইরেল পাখংব
নমু পোংনিংথৌ লাংওনব ।।
ইবুধৌ কোনজিল তিংথোকপ
ক-কৌব লাইয়িংথৌ ।।

# মিংখৈরোল লাইশোল অতেনব - ৩

## ১) থাংজীংগী মিংখৈরোল

কেগে পোকপ কাসারেল
মোইরাং লাংপুম অরিব ॥
নুঙমু তুমদব খোঙনেৎনব
নুঙবী শিদব খুদানব ॥
থবা কৌব লাইবুংথৌগী
মহুৎ মরেং থৌপুব
লাইয়িংথৌ থাংজীং কোয়রেল্লাই ॥

## ২) মারজীংগী মিংখৈরোল

অবাং থাঙবাই মারহনব
কাঙজৈ হুমদং নারেংসূব ॥
নোংশগোল অপাইব খোঙনেৎনব
চীংঙু ওঙজা চীংমাব ॥
চেংঙা কৌব লাইবুংথৌগী
মহুৎ মরেং থৌপুব
মারজীং কৌব লাইয়িংথৌ ॥

## ৩) ৱাংবরেলগী মিংখৈরোল

ঈঙৌ হংজৈ সূব
ইমু হংথোঙলোনব ॥
থবায় অপকমা পুম্নমকপু
থরৈ লেমলৈ তাহন্দব ॥
য়ুচেং কৌব লাইবুঙথৌগী
মহুৎ মরেং থৌপুব
ৱাংবরেল কৌব লাইয়িংথৌ ॥

## ৪) কৌব্রুগী মিংখৈরোল

অবাং কৌব্রু অসূপ্প
লাইয়াম খুন্দ অহানব ॥
চরীক মপাল থাবীব
নোংথ্রৈ মরু লীংবীব ॥
য়ুহা কৌব লাইবুংথৌগী
মহুৎ মরেং থৌপুব
কৌব্রু কৌব লাইয়িংথৌ ॥

# মিংখৈরোল লাইশোল অতেনব - ৪

## ১) নোংদম্বগী মিংখৈরোল

কোরৌ নোংথোই ফন্লিব
চীংঙু থাব নোংনিংথৌ ॥
নমু ফাৎলম থৌশীনব
শরুক লৌতম হুল্লিব ॥
কোরৌ থক্ত থৌদাব
ব্রাংবল থক্ত ব্রাতেম্ব
কাসা পাউতাক হৈব ॥
নমু তাইবং পুম্বগী
লাইবক নোংদম য়েক্লিব
চীংঙু খোইয়ুম নোংদম্ব ॥

## ২) পীতাইখোমদাইবীগী মিংখৈরোল

কাসা অশেম অশা হৈবী
অঙাই তাইবং মালেমদ
অঙাং নাউব্রা মহাক্কী
পলেম মমা পীরিবী
খোল্লাং লাইজ তল্লিবী ॥
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা
পীতাই খোমদাইবী কৌবী-ও ॥

## ৩) খম্নুংথোঙঙারেলগী মিংখৈরোল

অশিব চাম নোংদম্ব
অচঙব চাম নোংখাইব
থৌদা শিম্থোঙ হৈব ॥
অচঙব চাম থোঙহাংব
অশিব চাম থোঙথিংব ॥
অমন শিগুম লাল্লমশীনব
খোইয়ুম ব্রাচুম সূব
খম্নুং নিংথৌ থোঙঙারেল ॥

## ৪) ইমোইনুগী মিংখৈরোল

য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা
তরা চাক্লিংখাক্ল চাকশৌবী
শংলৌ য়েন্নিংখাক্ল য়েনশৌবী
ব্রাংলৈ য়ূন্নিংখাক্ল য়ূশৌবী
মরাল য়ুমলেম ঙমচিংবী
হীরৈম য়াইরৈম
হীকুবী য়াইকুবী
য়াইসনা কৌন শায়োনবী
ইমোইনু অহোঙ অচাউবী ॥

### ৫) নুমিৎকী মিংথৈরোল

চোইনৌ চীংদোল পোক্ত
মচেং কাইরৈ খোংবরক্ত
চীংথৈ খোঙতিং লৈনহল্লকপদ
মালেম থীং থীং খোঙ্গারকপ ।।
মালেম লাংজথৈ য়োইময়াই
থবি শেনকোইরেল অপানব ।।
নুমিৎ নঙন লূবগুম লূহনবী-ও
থবি নঙন শেংবগুম শেংহনবী-ও
কোরৌ নঙন পানবগুম পানহনবী-ও ।।

### ৬) তেশিল হনজিল্লোন লাইশোল

চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা
পুম্নমক্কী মফমদগী
য়াইফ থৌজাল ফংজরে ।।
খোইয়ুম খোইমোম পুম্নমক
নহলফমদ হনবীরো
নতেফমদ তেবীরো ।।
ননাই অমাই পিবান
খুৎফাং তরা লোন্দুন
হন্ন হন্ন খুরুমজে ।।০।।



# ৭

## ১ ঃ উহৌ-উরেপ তম্বগী ঈরাৎ থৌরম

য়ুম অম শাব তারবদি শাগদৌরিব য়ুম অদুগী য়ুম্ফম য়েংলগ উহৌ-উরেপ য়ুংলগ শাগনি ॥ য়ুংনিংব মফমদ উহৌ-উরেপ হেক্ত য়ুংব য়াদে ॥ মীচম অয়াম্বগী য়ুমদি মাঙ্গোল য়াওরগ কা মরি লৈ ॥ কা মরিগী য়ুম অম শাব তারবদি উহৌ-উরেপকী মফম অসী য়ুম অদুগী অশাংব অদু মনীং মমাঙ থুপচিল্লগময়ায় অদুবু কারল কৌই ॥ কারল অদুগী নোংপোকলোমদ খূবোম অম ওল্লগ উহৌ-উরেপ য়ুংগনি ॥ উহৌ-উরেপ য়ুংলমদাইদ লাইশোল অসী শোন্দুন 'সনা লুপা কোনয়াই' হুনগনি — "হে ইমা লৈমরেল শিদবী, লৈমুরোল তরুকমক্ত য়াহীপ্পী ॥ লৈহাউরোল মঙামক্ত য়াতাবী, মালেম লৈসনা অঙাংব, কোরৌ নোংলুপান অঙৌবন নঙবু তাইরবনে ॥ হৌ উক ফরো ॥" কোনয়াই হুনব অসীদ য়াওগদব পোৎচঙশিংদি – সনা লুপা কোনয়াইপু, য়োৎথী, য়াইঙং, হোংঙু, ফৌ খর, চকপী লাইশম, নোংদার – পোৎলমশিং অসী মথক্কী লাইশোল অসী শোন্দুন উহৌ উরেপকী উখুন্দ থাদগনি ॥

**শেমশাব ঃ** উহৌ-উরেপ ওইগদব য়ুম্বী অদু ঈশিং অশেংবন ফজন চামথোক্তুন অমোৎ অকায় লৌথোক্কনি ॥ য়ুম্বী অদুগী মতোন ওইরপ্প ফি অঙৌব অম য়েৎশিনগনি ॥ য়েৎপগী মৱোঙদি – ওয়গী ফীজীন্না মখা থংন অদুগ য়েৎকী ফীজীন্ন মথক থংন য়ুম্বী অদুদ য়েৎকনি ॥ মখা থংব ফীবান্দগী খূবাক অমরোম কাখৎপগী চাংদ কাখত্তুন হৈনৌ মনা অহুম থেত্তুন পয়ান পুনগনি ॥ পয়া মতোন অদু মথকলোমদা লৈখৎকনি/ওনখৎকনি ॥ অসুম্ন শেম-শাব লোইরবদ য়ুম্বী অদু চীংখৈ পাংন ইনখৎনবগীদমক্ত মোইরাং লাইজীরোমদ ওন্দুন কাংফৈ অহুম থারগ থমগনি ॥ অসীগী মতুংদ য়েৎলিব ফি অদুগী মথক

নোংপোক থংবদ সনা চনিং অম, নোংচুপ থংবদ লুপা মচেৎ অম, অৱাং থংবদ তাইরেল মচেৎ অম, মখারোম থংবদ উনিংথৌ মচেৎ অম হাপকনি ॥ (সনা লুপা অদু মচু মান্নব নোংদারন নত্তগ চেঙ অঙাংব অমসুং অঙৌবন মহুৎ শিনব য়াই ॥) পোৎলম মরি অসী থম্ব মতমদ লাইশোল অসী শোনগনি — "উহৌ-উরেপকী মমিংদি অচিব কৌএ ॥ মতম অমদ উরেপ অপানবসু কৌএ ॥ উহৌ উরেপকী লাম্বা ওইরিব উরেপ উপাদি নোংনাং ঈশিং চাইবনে ॥ মমিংদি ঈখৈচাইব কৌএ ॥"

উহৌ উরেপ য়ুংবদ চঙগদব অতোপ্প পোৎচঙশিংদি – ১) খোইরু থার্উমৈ নত্তগ উচান শীংচেপ মৈরা, ২) চেঙ-লৈ, হৈরূক-লৈরূক, ৩) য়ুম্বী উহৌ-উরেপ অদু শেম শারিব মী অদুগী য়েৎনবা খূদৈ অম, ৪) উকোক্কী অথেনপোৎ ১, উতোনগী অথেনপোৎ ১ – উকোক্কী অথেনপোৎ অদুন য়ুম্নুগী ওইগনি অদুগ উতোনগী অদুন য়ুম অদুগী উহৌ-উরেপ য়ুংলিব মী/অমাইপিবা অদুন ফংগনি ॥ উহৌ-উরেপ অদু মাগী উপা লাম্বাগ পানখৎকে হায়রবদি অসুম্ন লাইশোন শোল্লগ পানখৎকনি – "উহী-উরেপ য়ুম্বীগী লাম্বাদি নোংনাং ঈশিং চাইবনে ॥ মমিংদি ঈখৈচাইব কৌএ ॥"

উহৌ-উরেপ য়ুংব মতমদ নোংথৌ লাইগী মায়ওন অমদি থা থাগী উহৌ-উরেপ উঈনগী মায়কৈ খঙদ্রবদি উরেপ য়ুংব/হুনব খূদীংমক্ত ময়ামগী ওইন চীংখৈ পাংন ঈনগনি ॥ মরমদি, চীংখৈদি য়ুমগী নিংথৌ লাইয়িংথৌ সনামহীগী মীৎলম্লি ॥ চীংখৈ পাংন উহৌ-উরেপ ঈনবদ অকায়ব লৈতে ॥ মহৈ চপ মান্নে ॥ উহৌ-উরেপ ঈনখৎপদ মী অহুম চঙগনি ॥ নিংশা য়েত্ত লৈব মীশক অদুন উরেপকী ময়ায়দ পায়গনি ॥ অদুগ মী অনী অদুন – অমন মতোন্দ অদুগ অতোপ্প অদুন মখোঙলোমদ পায়গনি ॥ উরেপ অদু ঈনখৎপ মতমদ মী অহুম অদুন – হৈ (হয়ি) হায়ন হৌন শোন্দুন য়ুম্বী অদু হৌগৎকনি, হা (হয়া) হায়ন হৌন শোন্দুন অনীরক সুব ওইন অমুক ঈনখৎকনি অদুগ হুং (হয়ুম) হায়ন অমুক হৌন শোন্দুন অহুম্লকসুব অরোইব ওইন চপয়ুংব ফাওব ঈনখৎকনি ॥ উহৌ উরেপকী উমিৎ অদু লৈনব য়ুমগী ওইনদি কৌবু মায়কৈরোম ওনশিনগনি ॥ অদুবু লাইশঙ লাইয়ুম শাবগী ওইরবদি থাংজীংলোমদ

ওনশিনগনি ।। লৈনব য়ুমগী ওইনদি উরেপ উমিৎ অদু থাংজীং লোমদ ওনশিনব ফত্তে ।। উরেপ য়ুম্বী ঈনখৎপ মতমদ য়ুম্মুন উরেপ উদ হনগৎন য়েংখৎপ তৌহেদে ।। খৃৎন লৈপাক খর পায়রগ "হে লাইয়িংথৌ সম্থোঙ নিংথৌ অপানব-ও ।।" – হায়ন শোন্দুন উরেপ উখুন্দ থাদগনি অদুগ উখুল সুজিনগনি।। মসীগী মতুংদ উমায় অদু য়ুম্মুন য়েংব য়ারে ।। উহৌ-উরেপ তম্ব অসী মমাঙঙৈদগী চৎনরকপ মতুংইন্ন অফব থাবাল, নুমিৎ অমসুং পুঙফম য়েংলগ পাঙথোক্কনি ।।

উহৌ-উরেপ তম্ব লোইরগ তৌগদবদি – শাগদৌরিব য়ুম অদুগী য়ুম্মুন ফম্মেনগী পরিং ৱাংমদ কোয়গনি অদুগ উহৌ-উরেপ তন্নিব অমাইপিবান য়ুমগী পরিং মনুংদ চত্তুন লাইশোল অসী শোন্দুন তাইরেল পুংফাইন লাইজ খীকফেন চাইথোক্কনি — "পরিং অসীগী মনুংদ লৈব তীলমু লাইমু, তীল-কাঙ, ককচেং-খোইয়া পুন্নমক চৎলো, লাইয়িংথৌ সনামহীগী য়াথংনে ।।" অসুম তৌব অসীন য়ুম্ফম অদুদ লৈরম্ব থব্রায় পানব তীল-কাঙ অমসুং তীনমু-লাইমুনচিংব পুন্নমক তানথোকখ্রবনি হায়ন খনগনি ।। য়ুম অদু শারকপদ থব্রায় পানব অমত্ত অব্রা অনা, অশি-অনা থোকখিদ্রে হায়ন লৌগনি ।।

উহৌ-উরেপ তম্ব হেক লোইবগ য়াম্ন থুন উরেপকী মখোঙদ চঙশিন্দুন উরেপ অদুদ খৃৎন পায়রগ অমাই পিবান লাইশোল অসী শোনগনি — "চীংদ খোংনাং হৌএ ।। তমদ চোল্লাং পোকএ ।। উতং কাপতু হুইকা থান মালেম লৈসেন্নে ।।" – লাইশোল অসী শোল্লগ তুংলোমদ খোঙকাপ অহুমদং হন্দোক্লগ উরেপকী উতোন্দ মুন্ন য়েংবদ মশক অম উগনি ।। উরিব মশক অদু ফজরবদি য়াম্ন ফৈ ।। মশক অদু থীরবদি ফত্তে ।।

**উহৌ-উরেপ উতোন পৈবগী অফ-ফত্ত ঃ** উরেপকী উতোন অদু কদোমদ পৈবগে য়েংবদ মৈরমলোমদ, মখারোমদ, মোইরাং লাইজীরোমদ অমসুং নোংচুপলোমদ পৈন লৈব ফত্তে ।। নোংপোকলোমদ পৈরবদি লৈপাক নিংথৌন চাল্লি ।। চীংখৈরোমদ পৈরবদি পুন্সি-নুংশাংই, ঈংন তপ্প পাল্লি, মচাক-মরল ফংজে য়াম্ন ফৈ ।। অব্রাংলোম পৈরমদি পুন্সি শাংই ।। কৌব্রুরোমদ পৈরবদি

পাংগল কল্লি ।। চীংখৈরোমদ পৈবন খ্বাইদগী হেন্না ফৈ অদুগ মখারোমদ পৈবন খ্বাইদগী হেন্না ফত্তে ।।০।।

## ২ ঃ য়ুম শঙ্গাবগী ঈরাৎ থৌরম

যুম অম শাব পূন্নোই লোইরব মতমদ নুমিৎ থাবাল অফব য়াম্ন কৃপ্ন য়েংলগ শঙ্গাবগী ঈরাৎ থৌরম পাঙথোক্কনি ।। নৌন শাজব য়ুম অদুদ লৈজরগ পুন্সি নুংশাংন, চাদা নাউদা শন্ন, নুংঙাই য়াইফন পান্নবগীদমক্ত পাঙথোকফম থোকপ ঈরাৎ থৌরমশিং কাঙলোন চুম্ন পাঙথোক্কনি ।। থৌরম অসীদ পোৎলমশিং অসী চঙগনি – (১) ঈরাৎফূ লাৎপগী থৌরমদ চঙফম থোকপ পোৎলমশিং, (২) ফম্বাল লাৎপগী থৌরমদ চঙব পোৎলমশিং (ঈরাৎফূ অমসুং ফম্বাল অচৌব নত্ত্রগ মচা অপাম্ব মতংইন্ন লাৎপ য়াই ।। থৌরম অসীগীদমক্তদি মচা লাৎপন খুদোংচাগনি ।।) (৩) শীং খর (য়ামদ্রবদ শীঙ্গায়বাক তরেৎ), (৪) ব্রাই লাইতং মখায়মুক, (৫) য়োৎশবী-১, (৬) ঈশিং থন্ন য়াওব পুল কংনাম্বী-১ (৭) চেঙ চেঙফু-১, (৮) ঙা য়াওব ঙারূবাক -১, (৯) ফৌদাং থুম্মোক অচোনব-১, ফৌদাং থুম্মোক অসীগী মথক্ত হাপ্নব ঙা মচা মকু পানব অকংব পরেং-১, (ঙাখা, ঙাহৌ, ফাবৌঙাগুম্ব), থুম কাগুপ-১, শিং য়েৎকোন ওয়কোন কাগুপ-১, চফূ মচা নত্ত্রগ খুজাই অমদ মীতৈ ঙমু-৫, লা লাকোয় অমমমদ হৈরূক লৈরূক, (১০) চফূমচা অমন মখুম খুম্ব, মঙক য়ৌগে তৌন ঈশিং য়াওব ঈশাইফূ অচৌব-১ (ঈশিং অদু ঈয়োক্কোম নত্ত্রগ ঈখোংদগী অতম্নন শোকপ ওইগদবনি) ।। (১১) ঈশাইফূ অসীগ লোয়নগদব অথেনপোৎ-১, (১২) লাইয়িংথৌ সনামহীগী অথেনপোৎ-৩ (অথেনপোৎ অহুম অসী শেম্নব — লফোই লফাং চঙ থোকপ-৯, হৈরূক/ ক্বা মরু মনা-৯, শেল ময়েক-৯, খোইরু থার্উমৈ নত্ত্রগ উচাল শীংচেপ মৈরা-৯, অদুবু অথেনপোৎ অমগীদমক্ত লফোই লফাংনচিংব ৩/৩ চঙলিব অসী অয়াম্বগী ওইনদি ১/১ ওইবসু চৎনৈ ।। – চেঙলুক-৩, য়েনশাং নাপী, মরোয় মপাং, হৈকৎ লৈকৎ, লাইয়িংথৌগী ফীরোয় অসুব-১ — পুম্নমক অসী য়াওগনি) ।। (১৩) ইমোইনু লাইরেম্বীগী অথেনপোৎ-১, (১৪) ফুংগা অপোকপগী হৈরূক-৩ অমসুং লৈরূক-৩, (১৫) থোঙজীন ময়া

থোঙঙারেনগী হৈরূক-১ লৈরূক-১, (১৬) উহৌ উরেপকী হৈরূক-১, লৈরূক-১ (১৭) তেংবানব মপুগী হৈরূক-১ লৈরূক-১ (১৮) থাংজীং, মারজীং, ৱাংবরেল, কৌব্রুগী হৈরূক-লৈরূক-১/১ (১৯) য়ুমশাবগী ফীরোয় অসুব-১ ॥ পুম্নমক অসী সুমাঙদ থেন্দুন থমগনি ॥

শঙ্গাবগী ঈরাৎ থৌরম হৌদ্রিবঁদ অমাইপিবান ইমুংগী সনামহী কাচিন্দগী হৌদুন ইমুং মাংগোল, সুমাঙ থেলোং অমসুং থৌরাং তৌদুন থল্লিব পোৎলম পুম্নমক 'অনম অথৌ' অমসুং 'নাহাইরোল' শোন্দুন তাইরেল পুংফাইন লাইজ খীকফেন চাইদুন শেংদোক্কনি ॥ অমাইপিবান ঈরাৎফূ অমসুং ফম্বাল লাৎপগী থৌরম লোইশিনগনি ॥ অসীগী মতুংদ ১) শীঙ্গাইবাকশিং অদু সূমাঙদ মৈ হৌগৎকনি ॥ (মৈখেত্তগী লৌব মৈ ওইরবদি মৈশেং ওইনবগীদমক মৈথাঙ অহুম্লক লৌরগ মদুন মৈ চুখত্তুন হৌগৎকনি ॥) মৈগী মিংখৈরোল শোন্দুন মৈ ঈরাৎকনি ॥ (মৈগী মিংখৈরোল লাইশোল য়েংবীয়ু) ॥ চেং-লৈ কৎকনি ॥ ফুঙ্গাগী মৈফমদ কোনজল য়াইচল্লগ অচাকপ শীং অদু পুশিন্দুন ফুঙ্গাগী মৈ হৌগৎকনি ॥ মৈ হৌগৎপদ ৱাই, য়োৎশবী, ঈশিং পুল পুশিনগনি ॥ মৈ অদু মৈচাক ফন চাকহনগনি ॥ অসুম্ন মৈন ইহান হান্ন শঙ কাগনি ॥ ২) মথংদ চেঙফু অমসুং ঙারূবাক পুশিন্দুন মফম চান থমগনি ॥ ৩) উহৌ-উরেপকী হৈরূক লৈরূক পুশিন্দুন মখোঙদ কৎকনি ॥ ৪) লাইয়িংথৌ সনামহীগী অথেনপোৎ ৩ অদু পুশিন্দুন লাইমাঙদ থেন্দুন থমগনি ॥ ৫) ইমা লৈমরেলগী ঈশাইফূ অমসুং অথেনপোৎ অদু পুশিল্লগ লৈমরেল কাদ ঈশাইফূ অদু ফৈজা অমদ খিল্লগ মমাঙদ অথেনপোৎ অদু থমগনি ॥ ৬) ফুঙ্গা অপোকপগী হৈরূক লৈরূক অদু ফুঙ্গা লাইরুগী হেক মখা থংবদ থমগনি ॥ (কনাগুম্বন অৱাংথংবরোমদ থমগনি হায়বসু য়াওই ॥) ৭) থোঙঙারেলগী হৈরূক লৈরূক অদু মাংগোল্লোম থংবদ, থোঙগী মখা থংব ফক্লাং ময়াদ থমগনি ॥ ৮) কোরৌহনব নুমিৎকী ফৌদাং থুম্মোক অচোনব অদু মাঙ্গোল মচীন, ফমেল উখোক্তেনগী হেক অৱাংথংব নাকন্দ থমগনি ॥ ৯) তেংবানব মপুগী হৈরূক লৈরূক অদু সূমাঙ ময়ায় সুমতোংপলদ থমগনি ॥ ১০) য়ুমগী চিথেক মরিগী উখোঙ য়ুম্বী মরি অদু থাংজীং, মারজীং, ৱাংবরেল, কৌব্রু — মায়কৈ ঙাকপ

লাই মরিনি হায়বগী থাজনবী লৈ ॥ মরম অসীন হৈরূক লৈরূক ১/১ য়ুম্বী মরি অসীদ মপাল্লোমদগী হায়বদি য়েনখারোমদগী কৎকনি ॥ ১১) অরোইব ওইন ইমোইনু লাইরেম্বীগী অথেনপোৎ অমসুং হৈরূক লৈরূক অদু পুশিন্দুন ফুঙ্গা লাইরু মনাক্ত থমগনি॥ অথেনপোৎ অমসুং হৈরূক লৈরূক কৎপদ খোইরু থাউমৈ নত্রগ উচাল শীংচেপ মৈরা য়াওগনি ॥ পোৎলমশিং অদু কৎপ খুদীংগী অমাইপিবা অদুন লাই/লাই অদুগী অশম্ব মিংখৈরোল লাইশোল শোনগনি ॥ (মিংখৈরোল লাইশোল অতেনব য়েংবীয়ু) ॥ য়ুম্বু অদুগী শলাই, শাগৈ, মিং হায়দুন ইমুং অদুগী পুন্সি নুংশাংব, য়াইফ নুংঙাইব, চাদা নাউদা শনব, মীথোই মীহেনব ওইহনবীয়ু হায়দুন য়াইফ থৌনিজগনি ॥ থৌনিজব মতমদ ইমুং অদুগী য়ুম্বুরেল য়াওরবদি হেন্ন মপুঙ ফাব ওইগনি ॥ অসুম্ন মোংব মরালয়াই মরাল য়ুম শঙ্গাগনি ॥

য়ুমশাব মী অদুন মাঙশোক্ত ফমগনি অদুগ য়ুম্বুরেলন ফমেন্দ ফমগনি ॥ য়ুমদুদ লৈগদব মী পুম্নমক ইমুংদ লৈগনি অদুগ য়ুম্বুন য়ুমশাব মী অদুদ ফীরোয় অসুব কত্তুন খুরুম্লগ — য়ুম অসীদ লৈজরগ পুন্সি নুংশাংব, য়াইফ নুংঙাই, চাদা নাউদা শনব, মীথোই মীহেনব ওইজগে — হায়ন থৌনিজগনি ॥ (অসুম্ন থৌনিজব অসী চাব থকপ লোইরগ পাঙথোক্লবসু থোইন অকায়ব লৈতে ॥) লাইদ কৎলিব চেঙ, য়েনশাং নাপী, মনা মশীং পুম্নমক অদু থোংদুন হরাউ নুংঙাইন চামিন থকমিন্নগনি ॥ অসুম্ন তরা চাকলেন মথেল লুকোয় চামিন থকমিন্নব লোইরগ ইমুংদ থমগদব, শীজিন্নগদব ফমুং ফানুং, উপু কাঙথোল, পোৎ-চৈ পুশিন্দুন লৈব হৌরগনি ॥ য়ুম্বুন কাউরোইদব ব্রাফমদি — য়ুম শঙ্গাব নুমিত্তগী নুমিৎ মঙানিদি — ফূঙ্গা মৈ মুৎহৈদে, লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইমাঙদ থাল্লিব থাউমৈ অদুসু মুৎহৈদে, মৈ অনী অসী মুত্তনব ফজন চেকশিন্ন থৌরাঙ তৌগদবনি, ইমুং অদুদগী সনা লুপা, কোল লীক, ফি-রোল, পোৎ-চৈ মীঙোন্দ পীথোকহৈদে, অদুগ ইমুং মনুং খৎন চৈনব, শাউনব অমসুং য়ুম্লোন কৈরোম্নবগসু শাউনব খৎন-চৈনব তৌহৈদে ॥০॥



# ৮

# অপূন্বী শোইরেলগী ঈরাং থৌরম

মী অম শিগ্নবদি লাইনীংগী চৎনবী মতুং ইন্ন থৌরম পাঙথোক্লবদি ইমুং মনুং অদুদ নক্লগ শাগৈ অদুগী মীওইশিংদ শিগ্নব মী অদুগী অপোইব থন্নায় অদুন অৱা-অনা তাহল্লি অমসুং য়ৈখায় থিনগাইব পী হায়ন মীতৈশিংন থাজনরক্লি ॥ থাজনবী অসী লৈবদগী অঙাং অম মীওই সুরক্লব মতমদ মমাগী পীবুক্লুংদ লাইয়ৈ চত্তুন শিরব নক্লগ পোক্লব মতুং চহী অহুম চঙদ্রিঙৈদ শিব থোক্লবদি 'অপূন্বী নোইব' হায়ব থৌরম অম পাঙথোক্লে ॥ অঙাং অম অপূন্বী শোইরেল ওইন শিব অসী ফত্তব মীশি ওইন লৌনৈ ॥ কনাগুম্বনদি অঙাং অদু নুপী ওইরগ অপূন্বী অদুগ নুপা ওইরগন শোইরেল কৌই হায়নবসু য়াওই ॥ অদুবু অয়ীবনদি — অঙাং অম মীওই সুরক্লগ মমাগী পীবুক্লুংদ শিব ওইরগ অপূন্বী অদুগ পোক্লব মতুংদ শিব ওইরগন শোইরেল কৌগনি হায়নীংই ॥ মরমদি — অপূন্বী হায়বগী ৱাহন্দোক্তি লফূগী মনুংদ য়াওরিব শাক্তিব পূক্লুং থরো অদুগুম্ব হায়বনি ॥ অদুগ পোক্লব মতুং অদুবু শোইরেল হায়বদি য়াম্ন নৌরিব অঙাং হায়বনি ॥ (উশোই হায়রগ য়াম্ন নৌরিব লৈনুংদগী থিনগৎলক্লিব ৱা উনৌ অদুবু খঙনৈ ॥ খুনু শোই হায়রগ খুনু মচাবু খঙনৈ ॥ শোইরেল হায়বদি শোই অদু য়াম্ন নৌরিব শোই+লেল হায়বনি) ॥ অঙাং নুপা নুপী অনীমক্ত ৱাহৈ অনী অসী শীজিন্নফম থোকই ॥ চউন্নব মতুংদ শিখিব অঙাংগীদমক্তদি লাইগী ওইব লান্ন-থৌরম অম পাঙথোক্লবসু য়াওই ॥ 'লাই লান্ন-থৌরম' পাঙথোকপ্নবদি অপূন্বী শোইরেলগী লান্ন-থৌরম অসী পাঙথোক্লদে ॥ 'অপূন্বী নোইব' কৌব অপূন্বী শোইরেল লান্ন-থৌরম অসী অঙাং অদুন শিগ্নব মতুং থা অহুমগী মতুংদ তৎনব নুমিৎ অমদ খুদোংচাব য়েংলগ (মাইবী অমন মপুংওইব থৌদাং লৌরগ) পাঙথোক্লরকই ॥ কনাগুম্বন থৌরম অসী পাঙথোক্লে

হায়রবদি অপূন্বী শোইরেলগী লাই খুরুমগদব হায়বদি লাইগী থৌরম পাওথোক্কদব নোংম ৱাৎলিঙৈগী নুমিদাংদ খাঙেনফমদ লাইদ পাউতাক্কনি ॥ মদুদ য়াওগদব পোৎলমশিংদি – ১) লাংথরৈ মতোল-৫, ২) শেল ময়েক-১, ৩) হৈরুক (ক্বা) তাঙলা-১ ॥ পুন্নমক অসী লা লাতোন মচা অমদ হাপ্লগ অপুন্বী শোইরেল অদুগী অপোইব থৱায় অদু হয়েংগী থৌরম অদুদ লাকপিয়ু হায়ন মায় অৱাং ওন্দুন পাউতাক্কনি ॥

লাই থৌরম নুমিত্ত পোৎলমশিং অসী নাকথদ থাদুন থমগনি – (১) য়াংকোক অম মতোন অদু নোংপোক ওন্দুন হান্ন থাদুন থমগনি ॥ য়াংকোক্কী মথক্ত লা লাতোন অম থাগনি ॥ য়াংকোক মনুংগী মখারোম থংব শরুক্ত লাইনিংথৌগী হীরী লংসুংদু অদুগ অৱাং থংব শরুক্তন লাইরেম্বীগী হীরী লংসুংদু নোংপোক নোংচুপ শাংন তিংগনি ॥ য়াংকোকী ফীবান অনীমক্ত লংসুংশিং অদু খর খর য়ানথহনগনি ॥ (২) কেগাম অনীদ লুকমায় তরেৎকী কবোক হাপকনি ॥ অসুন্ন পোৎলমশিং অদু থাব লোইরগ (৩) উতংগী ৱা অম য়াংকোক্কী মতোনগ থেংনন ঈচুম তাফমদ য়ূংগনি ॥ (৪) য়াংকোক মথক্ত লৈশং মচেৎ-৩ নত্ত্রগ ৫ নত্ত্রগ ৭, লফূ পূব্লুং থরো-১ হাপকনি ॥

ফমেন্দ থাগদব পোৎলমশিংদি ঃ ১) ফমেন্দ থাগদব পোৎলমশিংগী নোংপোক ইথং থংবদ কৌনা ফক-১ খা-ৱাং ওন্ন থাগনি ॥ ২) ফক অদুগী মথক্ত খূদৈ মচা-১ মায়থফি ওইন থাগনি ॥ ৩) হান্ন শেম শাদুন থৌরাঙ তৌদুন থন্লব লশিংন শাব লাইফদিবী অদু মকোক্ল অৱাং ওন্দুন হিপহনগনি ॥ শিম্রিব অঙাং অদু নুপা ওইরগন লাইফদিবী অদু নুপানি হায়ন খনগনি, নুপী ওইরগন নুপীনি হায়ন খনগনি ॥ (ঙন্লবদি নুপা নুপী অনী খেন্নন ফিজেৎ লৈতেংবীব ফৈ ॥) ৪) ফি মরাক তাইব অমন ফৈজুপ ওইন কুপশিনবীগনি ॥ ৫) ফক্ক তাইনন ফৌদাং থুম্মোক-১ অমসুং (৬) অথেনপোৎ-১ থমগনি ॥ ৭) ফৌদাংগী মথক্ত ঙাখা নত্ত্রগ ঙাহৌগুম্ব মকু পানব অকংব ঙা তরেৎ পয়া নত্ত্রগ পজেঙন লেংব ঙা পরেং অচূম্ব অম থমগনি ॥ ৮) ফৌদাং অদু য়েৎলোমদ অদুগ অথেনপোৎন ওইরোমদ থমগনি ॥ ৯) চেঙ হাপ্প চফু অম ফৌদাংগী মায়কৈদ থমগনি ॥ ১০) অথেনপোৎকী পরেংদ য়েনশাং মনা-মশীং হাপ্প উয়ান

অম থমগনি ।। ১১) ফৌদাং মথক্ত থুম মপাক অহুম হাপকনি ।। পোৎলমশিং অসী থাব লোইরব মতুংদ ইমুংদুগী মমা মপা অনীদু মমায় নোংপোক ওন্দুন ওয় য়েৎ কায়দন ফমহনগনি ।।

মথক্কী পোৎলমশিং অসী মফম চান চান থমগ্রব মতুংদ মাইবীন শরীক পায়দুন ফীশেং শেত্তুন তীনকোক লাইকোক্লব 'অপূম্বী নোইব' কৌব অপুম্বী শোইরেলগী লান্ন-থৌরম পাঙথোকপ হৌগনি ।। অমাইবী অদুন লাইরোল ওইন (১) ইহান হানব ওইন মমাগী পূক্লুংদগী অঙাং লৌথোকখিব অমসুং (২) কোম্থৌজম লাইরেম্বীন খোয়রীফাব পোকপগী ব্রারী লীবীগনি ।। (ব্রারী অনী অদু ব্রারেং অসীগী অরোইবদ থমজরে) ।। ব্রারী লীব লোইরব মতুংদ ফমেল্লোম থংব ফক্ত থমলিব লাইফদিবী অদু অব্রাংগী নাকথদ থাদুন থল্লিব য়াংকোক অদুগী মনাক্ত চাক ইনবীনবগীদমক্ত ফক্লুগ লোয়নন চিংশিন্দুন থমগনি ।। মথংদ চফ্-উয়ান, ঙমু ফুমলৌ অদু ফকমনাক্ত থাংজিল্লকনি ।। অসুম্ন থল্লব মতুংদ লল্লক তৃরক্ত পোইদুন লৈরিব অপূম্বী শোইরেলগী থব্রায়বু মাইবীন শরীক খীংদুন অসুম্ন কৌশিনগনি — "হো শোইরেল অপূম-অরাব, পারি চাউদব/ ইমোম চাউদবী নঙবু মোংব তুরেল তোর্বান্দ তরা নচীঞ্জাক থীরল্লবসু পলেম নমা ঐন তরা চাকইন তম, ব্রাংলৈ য়ুকৌরগে লাক-ও ।। হো শোইরেল অপূম অরাব, পারি চাউদব/ইমোম চাউদবী নঙবু খম্নুং কিকোই লৌওনবীন পলেম নমা শাদুন পুরল্লবসু ইচাদি খোঙকাপ নার্উরে থাংব হৈত্তবনি ।। পলেম নমা ঐন চরৈ নাহোং শান পোবিরগে লাক-ও ।। পলেম পম্থৌন মথেল লৃক্কোয় লাংলিবসে চাররো লাক-ও ।। ইমাগী ফৈরাথক্ত পমদুন ইচাবু তরা ইনগে লাক-ও ।। তরা চাক চাররো, লাইজ ঈশিং থক্লরো লাক-ও ।। চরৈ ফি তম্লে ।। লীক্লাং লীক তম্লে ।। য়াংকোক পান্নাইদব য়াওরে ।। চফ্ ব্রাংগোল লৈগা খিল্লে ।। উয়াল ব্রাংগোল লৈগা থারে ।। য়েল্লুক লোংন থারে ।। পোৎলম মশীংসুন পীরগে ।।" — অসুম্ন লাইরোল শোন্দুন অপূম্বী শোইরেলবু কৌরগ চফ্দ হাপ্লিব চেঙ অদু লাই ফদিবী অদুদ মঙারক ইনবিগনি ।। য়েনশাং অদুসু ঙমু ফুম্লৌ অদুসু মঙারক ইনবিগনি ।। চাক ইনব লোইরগ য়েৎতুম পায়দুন লাইফদিবী অদু – "হে শোইরেল অপূম অরাব পম্থৌ নপা, পলেম নমান নাহুৎ নারেং

তমখিদবদু ঐন নাহুৎ নারেং তশ্বীরগেকো ।।" – অসী হায়ন মাইবীন মনা হুৎপিগনি ।। মথংদ – "সে সে নহালমখে পলেম নমা, পঙ্গৌ নপান নশম ননা ককপিখিদব শম্লাং চোইন তাববু ককলশিকো ।।" – হায়ন মশম ককপিগনি।। মথংদ – "সে সে চেংহী শম্বাল লাং, উতীন শমখোঙ শেংলসিকো ।।" – হায়ন লাইফদিবীগী মকোক্ত চেংহী লুবীবগী মরোঙদ নানবিগনি ।। "সে সে নানবী রা শমচেৎ তুনানবীন নশম ননা হাৎপিরগেকো ।।" – হায়ন মকোক্তু মশম হাৎপিগনি ।। অসিদগীদি লাইফদিবী অদু তিং তিং চোংবিগনি ।। রাহৈদি – "তীং তীং চাউরো ।। থবীন কারিঙৈ কাহৌরো ।। নুমিৎন রাংলিঙৈ রাংহৌরো ।। ইপা মচুম তারো ।। ইপু মচুম তারো।। তীং তীং চাউরো ।।" – হায়ন হায়গনি ।। চোংবীব লোইরগ ফক অদুদ হান্নগুম থম্লগ তুমহনগনি ।। (থৌরম অসীদ অপূম্বী শোইরেলগী শক্তম ওইহল্লিব লাইফদিবী অদু নাহুৎ নারেং তশ্বীব ফাওব চৎথৈ ।। অঙাং অম মনা হুৎপ হায়বসীদি চহী অহুম সুরগ হুৎনৈ ।। চহী অহুম সুরগ শিব অঙাংদি অপূম্বী শোইরেল ওইনা লৌনদবগী চৎনবী লৈব মরম্ম থৌরম অসীদ নাহুৎপগী তাংকক ফাওব চৎথব ওইগনি) ।।

অসীগী মতুংদ লাই নোংগানব থৌরাং তৌগনি ।। মাইবীন শরীক খীংদুন মখাগী লাইরোল অসী শোনগনি ।। – "চীংঙু লাই-ও, শরী নতিক নোংখোং নোংনাংখোং কাংখংখোং তরা তরেৎ মক্তগীবু খোইয়ুম মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অহুম্মক্র তিল্লরিব, নুঙবী নুঙৌ শিদব, নুঙ্গাং ঐবু মহারাব, য়াইবী ঐবু নুঙঙৌ পীমাব ।। সোরারেন্ন কোরৌ নোংদ কাগে হায়রে ।। হা পাম খাউবু পুররো ।।" অসীগী তুংদ – 'দোঙ-দোঙ, দোঙ-দোঙ, দোঙ' – হায়রগ য়াংকোক্তুদ খুৎন অহুম্লক তাক তাক থাগনি ।। অসীগী মতুংদগীদি থৌরম অসীবু পাঙথোক্লিব শাগৈ অদুগী মিং হায়রগ – "অমুক হন্ন ... ... ... শাগৈ অসীদ হনজিনব য়াদ্রেকো, তীনয়েৎলব লাইয়েৎলব য়াদ্রেকো ।। কোরৌ নোংথৌ সোরারেলদ ঙসিদগী তিনদুন য়াইবীরেল শিদব মপুগী মফমদ তিল্লুরো, লৈরুরো ।।" হায়ন মাইবী অদুন হায়গনি ।। "অরাং কৌবু অসুপ্প নঙন ফত্ত-হাওদিবু পুবিখ্রো, কপয়াং তময়াংববু থশ্বীরম-ও ।।" – রাহৈশিং অসী হায়দুন লাই নোংগাহনগনি।।

অসুম্ন লাই নোংগাব লোইরগ লাইফদিবী অদু ফক্তগী লৌখৎলগ য়াংকোক মথক্ত হাপ্তুন অঙাং অদুগী মমান কোকশেৎ অচোনবী শেত্তুন মকোক্ত থোংগৎলগ থোঙ্গালদ ফুম্নবগীদমক্ত পুথোক্কনি ।। য়াংকোক থমফমদ শীজিন্নরিব পোৎ খুদীংমক ফুম্ফম য়ৌন পুথোক্কনি ।। থোঙ্গালদ কোম তৌরগ লাইফদিবী অদু লোংন মকোক অৱাং ওন্ন ফুমগনি ।। ফুম্বদ য়াওগদব পোৎলমশিংদি — নুঙ-৪, লাংগোম-৪, শাই তিংখং-৪, মৈদ কান ঙৌরব নুঙ হৱাই খর, য়োৎপী-১ ইংখোল চিথেক মরিদগী চেগাই (ফংদ্রগ লৈপাক) য়াওগনি ।। লাইফদিবী অদু কোম মনুংদ থম্ব মতমদ — "হনু কোকচাউ, হনু লাইখম নঙোন্দ শিন্নরবনি ।।" — হায়গনি ।। "শাইব তিংখংন থোঙথিংলে ।।" — হায়ব ৱাহৈসী হায়দুন শাই তিংখংদু কোম মনুংদ য়ুংগনি ।। মথংদ — "লাংগোম্ন পৌরোল্লে" —হায়দুন লাংগোম মতেক মরি অদু কোম্নুংদ য়ুংগনি ।। তিংখং অমসুং লাংগোম য়ুংব অসী মোইরাং লাইজীদগী হৌরগ চীংখৈ, মৈরম, কৌব্রু অসুম্ন কোয়শিনগনি ।। মথংদ — "থৌদু নুঙসীন মপাল শাত্রিফাওব নঙ শাগৈসিদ হল্লকপ য়াদেকো" — হায়দুন নুঙশিংদু কোম মনুংদ হাপকনি ।। মথংদ — "হৱাই অঙৌব অসীন মতোল চোংদ্রিফাওব নঙ শাগৈসিদ হল্লকপ য়াদেকো" — হায়দুন হৱাইদু কোম মনুংদ হাপকনি ।। অসুম্ন লৈপাক খোমজীন্দুন ফুমজিনব লোইরব মতুংদ — "হান্ন শিব মীন অচঙ-থোঙ হাংববু কোন্ন শিব নঙন অশি-থোঙ থিংবনি" — হায়ব ৱাহৈসী হায়রগ য়োৎপী অদু কোম মথক্ত য়ুংলমগনি ।। অসী লোইরব মতুংদ কবোকনচিংব শীজিন্নব য়াদ্রব পোৎলমশিং অদু কোম মথক্ত চাইখাইরমগনি ।। শীজিন্নব য়াব পোৎলমশিং অদুদি মাইবীন পুরক্কনি ।। মাইবীন চঙলকপদ শঙ্গোয় মপাদ মৈ ওক্কনি ।। মাংগোলদ থারিব পোৎ-চৈশিং অদু মাইবীন পুখিগনি ।। য়ুম্নুন পুশিল্লবদি তেকশিল হনজিল্লি হায়নৈ ।।

**শাগৈগী 'অপূম্বী শোইরেল নোইব'গী থৌরম থৌৱোঙ ঃ** ইশাগী নত্তব, শাগৈ অদুদ য়াওখিব অপূম্বী শোইরেলন য়েত্তুন অৱা-অনা, তুরৈ-ঈরৈচনব থোক্লবদি মখাগী থৌরম থৌৱোঙ অসুম্ন মাইবীন নুমিদাংদ খুরুমগনি ।। পোৎচঙদি — লুকমাই ৭কী কবোক, হৈরূক-১, কা তাঙলা-১, খুরুমগদৌরিব ইমুং অদু য়াওন শাগৈ অদুগী ইমুং তরেৎতগী চেঙ খুৎলাক (মুত) অমমম

য়াওগনি ।। অঙম্ব শেল হাপকনি ।। লাইফি ফিদোল-২ ।। হায়রিব পোৎলমশিং অসী লা লাতোন মচা অমদ হাপ্লগ মায় অৱাং ওন্ন মাইবীন খুরুমগনি ।। খুরুমবগী মৱোঙদি অপুম্বী নোইবগী ১) তেংবানব মপুন মী শেন্নকপ অমসুং ২) কোম্ভৌজম লাইরেম্বীগী ৱারীতমক লাইরোল ওইন শোনগনি ।। (লাইরোল অনী অদু মখাদ লৈজরে) ।। লাইরোল অসী শোনব লোইরদুন অৱা-অনা কোক্লব খুরুমজব লোইরগ থারিব পোৎলমশিং অদু থোঙ্গালদ পুথোক্তনি । অদুগ মায় অৱাং ওন্ন ফমদুন হুয় অমন খোংলকপ ঙাইদুন লৈগনি ।। হুয়ন হেক খোংলকপগ – "সে সে হে তাওব হুয় ! নহালমখৈ (খুরুমজরিব য়ুম্নদুগী মিং হায়রগ) গী ইমুংদ য়েক্তুন লৈরম্ব অপুম্বী/শোইরেল অসী ঙসীদগী নঙোন্দ শিন্নরবনি নঙন পুবিথ্রো ।।" – হায়ন হায়দুন থাদোক্লম্লগ হন্ন য়েংলমদন চঙলক্কনি ।।

**১) তেংবানব মপুন মী শাহনখিবগী ৱারী ঃ** তেংবানব মপুগী য়াথং মতুংইন্ন মপারী অহল অশীবন মপল পম্ভৌগী মমি য়েংদুন তাইবংমী নুপা অমগ নুপী অমগ শারে ।। তেংবানব মপুন তাইবংমী নুপা নুপী অনী অদুগী মথৱায় হাপ্পিরে ।। তেংবানব মপুন মখোয় অনীদ 'তাইবংমীগী পুকোক পুরেল ওইন তাইবংপান্দ তাইবং শলাই শন্দোকলুরো' হায়রে ।। মখোয় অনীন – 'তাইবংপাল হায়বদুদি য়াম্ন ৱারমগনি ।। তাইবং শলাই শন্দোকপদ ৱা তান্নফম লৈতে ঙমজরোই হায়রে' ।। তেংবানব মপুন – 'নখোয়গী অৱা-অনা কোকপিনব ঐ লৈরিবসীদি' – হায়রবদ মখোয় অনীদু তাইবংপান্দ চৎখি ।। তাইবংপান্দ তাইবং য়ুম্বাল তম্লবদ নুপীদু খোইজি মিহুল লাংখিদুন লোইদাম থাবুম তরা সুরবদ অঙাং নাউৱা অম নাউনৌগদবগী পীবুক্কুংদ অঙাং নাউয়েক্কী অৱা মৈচাক খাঙলক্লে ।। মাগী তালোয় লৈমন ওন্ন থোইন লৈমায়থক্ত লৈবদু উবদ ৱাখল মাঙথ্রদুন নুপা অদুন মখুত্ত পায়রিব থাঙগুম থৌরব ৱাচেৎ ৱাকথৌন মহাক্কী তালোয় লৈমগী মবুক খায়দোক্তুন অঙাংদু লৌথোক্লে ।। অদুন্ন তৌব থৌদৌ অদুদ মমা মচা অনীমক শিরে ।। নুপাদুন তেংবানব মপু কৌদুন কপখি ।। তেংবানব মপুন লাক্লগ 'করিগী কপলিবনো' হায়ন হংলবদ নুপা অদুন থোকখিব থৌদোক পুম্নমক অদু তমলে ।। থৌদোক ৱারী অদু তারবদ তেংবান মপুন – 'হে তম্ব ওইব নুপা নঙবু তাউ-ও ।। ঐন লানথ্রে ।। ঐন নখোয়দ

তাইবং কুম্মৈতমক তাকখি; তাইবং থোঙলোলদি তাকহৌদ্রে ।। তাইবং থোঙলোল মাপল থাখিদ্রে ।। হৌজিক্তি থোঙলোল মাপল থাবিরগে' হায়দুন থাবিরে ।। তেংবানব মপুন লাইব্রা ময়েক অহুম শোনবদ শিদুন লৈরব মমা মচা অনীদু হিংগৎলে ।। অঙাং অদুন মমিৎ পাঙথোক্লকপদদি কনাসু লৈরমদ্রবদ 'হুং-আ ! হুং-আ' হায়দুন মপুবু কৌদুন কপ্লক্লে ।। তেংবানব মপুন মফমদুদ লাক্লুন – 'হে নাউব্রা ! করিগী কপলিবনো' হায়ন হংবদ অঙাং নাউব্রাদুন – 'শেৎন চানবসু লৈজদে, পলেম পম্থৌসু খঙজদে' হায়ন খুম্লবদ তেংবানব মপুন – 'হে নাউব্রা ! কোরৌ থক্কী সোরারেলন নংগী পম্থৌ নপানি, কোরৌ নোংলৈমন নঙগী পলেম নমানি ।। অদুন নঙদি মালেম অসীদ লৈব য়াদ্রে ।। পম্থৌ নপা কোরৌ সোরারেল অমসুং পলেম নমা নোংলৈমগী মফমদগী অচা-অথক, নফি-নরোল ফংদুন নুংঙাইন পাল্লুরো' হায়ন তেংবানব মপুন তাকপিরে ।। অসুম্ন পিক্লিব অঙাং নাউব্রাদু কোরৌ নোংদোল লাইরৈপাক কাখি ।।

২) কোম্থৌজম লাইরেম্বীগী ৱারী ঃ নোংমগী নুমিত্ত নোংথৌ সোরারেলন হাওরোক কোম্থৌজম চনু নাহুইনুবু তালোয় লৈম ওইগে হায়বগী হাওরোক মাগী মসূমাঙদ খোঙ্গুম্লক্লে ।। নোংথৌ সোরারেলন –'হাওরোক কোম্থৌজম চনু নাহুইনুবু সোরারেল ঐগী তালোয় নোংলৈম ওইরগে, নোংনিংথৌ ঐগী ইফমদগী করি থৌজাল লনকুবীরম্মুগে' হায়রবদ হাওরোক কোম্থৌ পুম্নমক্ল – 'ঐখোয়গী য়েক শলাইদ শিদ-নাদব লনকুবীরম-ও' হায়জরে ।। নোংনিংথৌ সোরারেলন 'হাওরোক কোম্থৌ নখোয়দি শিদ-নাদব ওইজরো' – হায়ন থৌজাল লনকুবীরম্লগ নোংনিংথৌ মাদি নাহুইনুগ লোয়নন কোরৌথক্ত খোঙ্গাখি ।। মকুম মথা সুরবদ মপারী খোয়রীফাববু ফংজরে ।।

কোরৌ নুমিৎ অমদ নোংথৌ সোরারেলন লনকুবীরম্ব তাওব হুয়দু তাংজ লিলন চীক্লুন শিরবদ হাওরোক কোম্থৌশিংন পুঙ-শেল য়ৈদুন হাওশি মংথিনখি ।। পুঙ-শেলগী মখোল তাবদ হাওরোক কোম্থৌ চনু নোংলৈমন 'ইপামলমদ মীশি মীন থোক্লে, মালেমদ খোঙ্গুম্লুগে' হায়রে ।। মশাবী সোরারেলন 'হাওরোক কোম্থৌ কনাসু শিদে' হায়রব ফাওবদ য়াদবদগী মালেমদ খোঙ্গুম্লক্লে ।। মপাম হাওরোক কোম্থৌদ নমু পোংওইব কনাসু শিরমদ্রে অদুবু পলেম মমা শম্থোঙ হুইমু লৈমন 'ইচাবু উদব মতম কুইরে তরা চাক

চামিন্নসী, ব্রাংলৈ অথুম্ব থকমিন্নসী' হায়দুন খাল্লে ।। মশাবী সোরারেলন উখিনি হায়দুন ফন য়াজদে অদুবু পলেম মমান হায়মনবদগী 'তরা চাক চারগে, ব্রাংলৈ য়ু য়াতোন তংলগে' হায়দুন মখুৎ হেক তিংথোক্লকপদ মশাবী মীৎয়েং পানজুম্বন চরৈ ফীজঙ ফাওন তিল্লাং শীৎথরক্লে।। মশাবী সোরারেলন সনাগী কৈরাক চিংখৎখি ।। কোরৌ থোঙলেল থিংখ্রে ।।

কোরৌ শীংবুম কয়ানি মমাগী মশক উরক্লবদ কোরৌ নোংদোল লাইরৈবাক্তদি অঙাং নাউব্রা ওইরিব মপারী খোয়রীফাবদি কোরৌ নোংখোংগুম্ন কপ্তুন লৈরে ।। খোইয়ুম কন্নানসু নাউথেম্ব ঙমদ্রে ।। নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমদ নাউব্রা খোয়রী ফাবন মাগী পম্থৌ সোরারেলন পীব কাঙজৈ কাঙহু হিংজল অদু লেংদ থোঙন পলেম মমা থিনবগীদমক্ত মালেমদ খোঙ্গুল্লক্লে ।। মালেম কোয়ন পলেম মমাবু থিরুরব মতুংদ লাইয়িংথৌ পুথিবন তাকপিরকপ মতুংইন্ন খোয়রীফাবন নোংমগী অহিং তাংলৌ অথেঙবদ মমাগী মপাম লমদম হাওরোক কোম্থৌ লমদ পলেম মমাবু কৌর-কৌরদুন থিরক্লে ।। পলেম মমাবু ফংজরবদ মালেমদ খুন্দা লৈতাদুন লৈরে ।। অসুম্ন মতম শাংন লৈরক্লবগী মতুং নোংমগী কোরৌ নুমিত্ত চীংঙু নোংপোক নিংথৌ কায়নৌ চীংশোম্বন কোরৌ নোংনিংথৌ সোরারেলদ 'নশানৌ হাওরোক কোম্থৌ নোংলৈমদি তরা চাকমাং চাখিদে, ব্রাংলৈ য়ুমাং থকখিদে' — হায়রবদ উনবি মপুক্লীং ওল্লদুন মশানৌ নোংলৈমবু মালেম খাদগী কৌখৎলুরগে খল্লদুন মালেমদ খোঙ্গুল্লক্লে ।। লাইয়িংথৌ সোরারেল মাবু উবদ হাউরোক কোম্থৌ পুম্নমক হরাউ মথোই কারে।। লাইয়িংথৌ নোংনিংথৌ মান মশানৌ হাওরোক কোম্থৌ চনু নোংলৈম নাহুইনুগী মখুৎপু মখুৎ ওয়ন পায়, মপারী খোয়রীফাবগী মখুৎপুন মখুৎ য়েৎন পায় কোরৌ নোংদোল খোঙ্গামিন্নখি ।। (ব্রারী অনী অসী 'অপূম্বী নোইব'দ শোনবগী মরমদি, অপূম্বী নোইবগী থৌরমসু অঙাংগী অপোইব থব্রায় অদু কোরৌ নোঙ্গাহন্নবনি অদুগ ব্রারী অনী অসীদসু অঙাং অনীন কোরৌ নোংদোল লাইরৈপাক্ত নোঙ্গাবগী থৌব্রোঙ য়াওরিব অসীন ওইগনি) ।।০।।



# ৯

# চুকশাবগী ঈরাৎ থৌরম

মীওইবগী মীশি অসী মীতৈশিংগী চৎনবী মতুংইন্ন অনী থোক্ল খায়দোকপ য়াই, মদুদি – ১) মহৌশাগী ওইব অফব মীশি, ২) মহৌশাগী নত্তব ফত্তব মীশি। ঈশিংদ তাদুন শিব, অৱাংবদগী তাদুন শিব, শা-কৈন চীক্লুন শিব, মৈন চাক্লুন শিব, শারৈ হৌদুন শিব, থৌরী য়ান্দুন নক্তুগ হূ থক্লুন মদোম হাত্তোকচব অমসুং য়াম্ন হংগোইনিংঙাই তুক্কচনিংঙাই ওইব অনাবন নাদুন শিব – মীশিশিং অসী মহৌশাগী নত্তব, পাম্নদব অমসুং ফত্তব মীশিনি হায়বগী চৎনবী থাজনবী মীতৈশিংগী লৈরকই ।। অসীগুম্ব পাম্নদব মীশি মৱোঙ অম নক্তুগ অমদ কনাগুম্ব য়ুম্নাক শাগৈ অমগী মচা মনাউ, মচা মসু অম শিরবদি তেকশিল হনজিন্দনবগীদমক্ত 'চুকশাব' কৌব অকক্লব থৌরম অম পাংথোক্লবগী চৎনবী লৈরকই ।। থৌরম অসী পাঙথোক্কে হায়রবদি য়ুম্নাক শাগৈ অদুগী 'য়েলহেন' নাইন 'পিবা ফান্দোং' – দুন পোৎলম চৈরম মশীং সুন লাঙদুন য়ুম্নাক শাগৈ অদুগী য়ুমথোঙ য়ুমথোঙগী ওইন শেল খায়রগ শাগৈ য়ুমথোঙগী মী ৱাত্তন পূম্ন পাঙথোক্কদবনি ।। চুকশাব থৌরম অসী য়াম্ন পাকচাউই ।। মরম অসীন ইপা ইপুশিংন মী মী অদুগী অরৈ-লৈত, অঙম-ঙমদ য়েংদুন থৌরম অসী 'চুকশাব অচৌব' অমসুং 'চুকশাব মচা' হায়দুন মখল অনী থোক্ল খায়দোক্লুন থম্বীরম্মী ।। চুক শাব অচৌব অসীদি পোৎলম চৈরম য়াম্ন চঙই অদুগ মচা অসীদি মমিংতগী ওইন লাইগী শোয়দনব পাঙথোকপ হায়বদুনি ।।

**(ক) চুকশাব অচৌবগী পোৎচং চৈজংশিং ঃ** (১) ফিরাঙ অঙৌব-৩, (২) ফিরাঙ অমুব-১, (৩) খূদৈ-৪, (৪) য়োৎখূনেৎ-২, (৫) শেলখূনেৎ-৪, (৬) হৈ মনম্নাইব-১, (৭) লৈশং মরোং-১, (৮) কোনয়াইপু-১, (৯)

শিরিব মী অদুগী ফীরোয় অসুব-১, (১০) শাগৈ পিবাগী ফিরোয় অসুব-১, (১১) লফোয় লফাং-১০, (১২) ক্বা মরূ-১০, (১৩) ক্বা মনা-১০, (১৪) কবোক অথুম অহাউ, (১৫) চু, হৈকল লাকল, (১৬) লা, চেঙ, ফৌ, (১৭) থুম মপাক-১০, (১৮) থাঙজৌ-১, (১৯) য়ুমখুনু-১, (২০) য়েন-১, (২১) য়াংকোক অহনব-১, (২২) ফক্লোং অহনব-১, (২৩) চফূ অহনব-১০, (২৪) কেগাম-৭, (২৫) কম্বী-১, (২৬) খোইজু লৈখাম, (২৭) ফৈরোয় মংদারূক-১, (২৮) থুম্বোন-১, (২৯) য়েনবোন-১, (৩০) ফৌদাং, ঙরী, ঙাতাই, (৩১) লী লীকোন-১, (৩২) লম অম শাংব শীংনাং-১, (৩৩) চূক শানব য়েংদৌ অশাংব -১, (৩৪) পয়া ৩ পুনব লফুৎ-১, (৩৫) পয়া ৭ন পুনব লফূৎ-১, (৩৬) পয়া ৯ন পুনব লফূৎ-১, (৩৭) শেন্দাই/শেনকৎ-৩৬, (৩৮) ঈশিংদ তাদুন শিখিব ওইরবদি - ঙা খোম্নব লোং-১ — অসীনি ॥

**(ক) চূকশাব মচাগী পোৎচং চৈজংশিং ঃ** (১) য়াংকোক অহনব-১, (২) খূদৈ-৩, (৩) ফিরাং-১, (৪) নাহৈফূ-২, (৫) তাইরেল, পুংফাই, য়েনবং (নাহাইনব), (৬) চেঙ কুপসু হাপ্প কেগাম-১, (৭) চেঙ কুপসুদ খিন্নব য়েরুম-১, (৮) চেঙ, য়েনসাং, হৈকল-লাকল হাপ্পব চফূ মচা-৬, (৯) চেঙ, য়েনশাং, হৈকল-লাকল, (১০) লফোই লফাং চঙ থোকপ-৩, (১১) চেঙবা হৈনব চেঙ মেরূক-৩, (১২) খুনু খোঙ্গাল-১, (১৩) তুমনৌগী লফূৎ-৩, (১৪) লৈহুনগী লাংথ্রৈ মপোপ খরা, (১৫) য়োৎ, নুঙ, লৈপাক, থাউমৈ ॥

**পোৎলম চৈরম থম্বগী মৱোঙ ঃ** চূক শাগদৌরিব মাংগোল নাকথগী মপা অদুদ ফাল অম থারগ মথক্ত হায়খ্রিব পোৎলমশিং অসীগ লোয়নন কৌনা ফক অম থারগ শিম্ব্রিব মীশক অদু নুপা ওইরগ নুপাগী ফীজোল, নুপী ওইরগ নুপীগী ফীজোলগ লোয়নন মী মশা অদুন শেৎলম্ব ফি অম য়াওন লাইবুংথৌ ৯গী উপ্প থাব লা ৯ অমসুং লাফূৎ ৯ অদুগ লাইনুরা ৭কী লোংন থাব লা ৭ অমসুং লফূৎ ৭ য়াওগনি ॥ অনম অথৌ কোক্লব নাহৈফূ অনীগী মনুংদ তাইরেল পুংফাই, সনা লুপা হাপকনি ॥ (সনা লুপা অদু মচুম ওইন য়াওহনগনি) ॥ মৈদ য়াম্ন কান ঙৌরব হৱাই খর, নুঙ অম, সনা লুপা অমসুং শেল য়াওগনি ॥

খাঙেলফমদ কোনজল য়াইচলগনি ।। অসীগুম্ব মীশি ফত্তব অসী শাগৈ অসীদ অমুরক হয় থোকহনবিগনু হায়ন নুমিৎ, থা, কোরৌ, মালেম য়েংলগ শরী নামুং শোন্নগনি ।। শাগৈ অদুগী ওইন হান্ন লৈরম্ব য়েলহেন অদু নত্তব অনৌব য়েলহেন অম থমগনি ।। হান্ন লৈরম্ব য়েলহেন অদু লৌখৎলে হায়বদি য়েলহেন ওইদ্রে হায়ন শাগৈ অদুগী ইমুং পুন্নমক তানব লাউথোক্কনি ।। পাউ পীগনি ।।

পোৎলম পুন্নমক অদু থাব লোইরগ অমাইব অদুন তাইরেল পুংফাই পাইখত্তুন 'অনম অথৌ' শোনবগ লোয়নন শাগৈ পিবাদু তাইরেল পুংফাইন লাইজ থীকফেন চাইদুন হাইদোকপিগনি ।। শাগৈ পিবান শাগৈ অদুগী, থৌরম অদুদ লাক্লিব মীয়ামদু তাইরেল পুংফাইন হাইদোকপিগনি ।।

**চূকশাবগী থৌরোঙ ঃ** য়েংদৌ অমখত্তন পোলাংখোক্লুম চূক শাগনি ।। শাগৈ পিবা ফান্দোংলিবদু থোক্কক্কনি ।। খূদৈ মচা অমদ ক্বা-১, মনা-১, শেল-১, নুঙ-১, লফোই লফাংদগী লফোই অম শেৎলগ হাপকনি ।। পিবা অদুন মখুত্ত থাঙজৌ অথৌব অম পায়রগ মমায় মখা ওন্ন লেপকনি ।। অদুগ মখাগী ব্বারোল অসী হায়গনি — "হে নুমিৎ, থা, কোরৌ, মালেম, শজীক, থবা, ওকপুরোই, তাউহুইরেং, পোইঁরৈ মায়কৈ নীপাল, সুমদাই তরাতরূক্ত লৈরিব লাই নখোয় পুন্নমক খঙবীহৌরো – ঐগী ইয়াম্ব/ইনাউ/ইচান শিপ্রিব মীশি মীনা অসী শাগৈ অসীন পান্নদ্রে ।। ইয়াম্ব/ইনাও/ইচা অসী অমুক হল্লক্কনু হায়ব নত্তে ।। মীশি মীন মরোঙ অসী অমুক তৌহনব য়াদ্রে ।। তৌরক্কনি তৌরকওই তাক্কে হায়রবদি ঐন পায়রিব মঙাং, লুব্রাং, খুমন অহুমগী খুৎসু থাঙ অসীন ককপদ খঙনসি ।। অমুক হল্লক্কদব ওইরবদি ককপদ তুপ্তব অদুগ তুপ্লবদি হল্লকপ য়াদ্রে ।।" — হায়রগ য়েংদৌ অদু থাঙজৌ অদুন কক্কনি ।। করিগুম্ব ককপদ তুপ্তব থোক্লবদি থাঙজৌ অদু য়ানখিব অদুদগী অমুক হাইগৎপ তৌদন য়েংদৌ অদু তুপ্লব লেনগনি ।। য়াংকোক্ত ঙারী পরেং, ফৌদাং, লফোইনচিংব হাপ্লিব অদু – "য়াংকোক নঙন কোক্লরবনি" — হায়রগ পিবা অদুন য়াংকোক অদু ইন্থোক্লব মতুংদ অমাইব অদুন মমায় মখা ওল্লগ অমুক চূক কক্লিব অদুগী ওয়থংব মনাক্ত থারিব য়াংকোক অদুগী ওয়রোমদ য়ুম খুনু অম পোলাংন উপ্তুন থমগনি ।। খুনুদ শেল ময়েক অম থাধগনি ।। ঈহাইফূদগী

ঈশিং অদু খূজোক য়াদুন লৌরগ – "খুনু নঙন পুরো" – হায়গনি ॥ পিবা অদুন খুনু অদুদ চীন অহুমলক তেংশিনগনি ॥ শাগে অদুগী মীয়ামসু চীন তেংশিনগনি ॥ শাগে পিবা অদুন – "ঐগী ঈথৌ ঈঙম অসী পাউথোক্লবনি॥ ঙসিদগী তীনকোক্লরসী, লাইকোক্লরসী, হনজিনব য়াদে" – হায়গনি ॥

অমাইবন লাইশোল অসী শোনগনি – "ইরম মাব তুমাব, ইরম শেনব তুশেনব, হনু কোকচাউ, হনু লাইখম নখোয়সু তাদে উদে হায়রগনু, নখোইগী নচিঞ্জাক পীরবনি ॥ তাইদুম তাইরে, মেন্দুম মেল্লে ॥ চীংঙু ফোংলগনু ॥ য়ুম অসীগী শন্দংখাদ লৈরিব খঙদ-উদব লৈত্রব কোরৌহনব ইবুংঙো, খঙবীহৌরো, উবিহৌরো ॥ থোঙজীন্দ লৈরিব থোঙঙারেল শিদব, সে সে – থাবম মৈখু খুরিব, লময়াই কাইগা থিল্লিব অসী, থৌরৈ তেংবাংহৈব নঙন মীশি মীনা ফত্তব অসী অমুক হঞ্জিনহল্লগনু ॥ নমু তাইবং মীন শিরগ ঙাইনথেল অসীদ সনা কোনগা কোনজল্লল্লগে, লুপা কোনগা কোম্থারল্লগে ॥ নুঙ অসীন তুমদ্রিমখৈ, হৱাই অসীন হৌদ্রিমখৈদি শাগে অসীদ মীশি মীনা অসী হনজিল্লকপ য়াদে ॥ মপুগী (গুরুগী) য়াথংনে ॥ চীংঙু নরম্বু অমাইবগী মসূনে ॥ য়েলহৌঙৈগী তম্পাক লৈহৌ অমাইবগী য়াথংনে ॥ তীনকোক্লরসী, লাইকোক্লরসী ॥ করিগুম্ব পোৎলম অমত্ত শাগে অসীদ থল্লল্লরোই ॥ অসিগুম্ব শাগেন পাম্নদ্রব মীশি মীনা অসী অমাইব ঐন পুল্লপ পুরগে ॥ য়াংকোক্লুম্ন কোক্লহৌরসুনু ॥ তীনয়েৎপ লাইয়েৎপ পুম্নমক কোকহনবিরো ॥ য়াংদৌ লম্মখাঙদ ঐগী মোংব ইরানয়াই য়ৌদ্রিঙৈদ নখোয়গী চারম থক্লম পোৎচৈ পুম্নমক অসী পুরগ পীজরল্লগে ॥ হে মপু (গুরু) !" মতৌ অসুম তৌন পোৎচৈশিং অদু লোইন য়োমশিন্দুন পুথোকখ্রব মতমদ ঙসাইগী য়েংদৌ চগো অদুদ খূদৈ মচা অমন পুল্লিব পোৎলম অদু নাকথদ থমগনি ॥ মাইব অদুন চৎখ্রব মতুংদ য়ুম্নদুন (পিবান) – 'ইয়াম্ব/ইতোন পোৎ চীৎথরল্লে' – হায়গনি ॥ মাইবন – 'এ ! পুবিরক-ও, পুবিরক-ও' – হায়গনি ॥ য়ুম্বু অদুন তুং ওম্থোক্লগ পোৎ অদু পীগনি ॥ মাইব অদুনসু তুং ওম্থোক্লগ লৌগনি ॥ য়ুম্বু অদু য়ুমলোমদ হনজিল্লক্কনি ॥

অমাইব অদুন থোঙ্গাল/কোম্বোঙ লোনশিনবিরমগনি ।। মাইবন — "খরায় থোঙ্গাল্দ লৈরিব থোঙঙারেল, ইংখোল চাউগোইনুং মোংব মরালয়াই অসীগী চূকশা মোইথেম তন্নিব অসীগী মীশি-মীনা ফত্তব অসী শাগৈ নয়েকচা, নদু নপাচা অসীদ অমুক হন্ন চঙহনবিরগনু ।। ঐন পুদুন চৎলে — খরায় থোঙ্গাল কোম্বোঙ থিং থিংবিহৌরো" — অসুম্ন শিন্নগনি ।। হায়গনি ।।

অমাইবন ময়ুম য়ৌদ্রিঙৈদ থোঙ্গালদগী খর চৎলগ অসুম্ন হায়গনি — "মাগী পোৎ অসী মফম অসীদ থনম্লগে ।। নঙবু শোক্লব মীদ তুং ইল্লোকো ।। অশি-অনা পুম্নমকসী হনজিল্লোকো ।। তীনমু ফত্তব লাইমু ফত্তব পুম্নমক মফম অসীদ লৈহৌরো ।।" — ব্রাহৈ অসী হায়দুন শিন্নরমগনি ।। মতাং অসীদ চূকশাবগী থৌরম মতোল লোম্লে ।। (চূক শাবগী থৌরমদ — ১) অনম অথৌ, ২) নহাইরোল, ৩) ঈরু লাইশোল, ৪) অতাই লাইশোল — ৪ অসীগ লোয়নন ১) তুদৌরোল, ২) নুমিৎ কাপ্প, ৩) মাইবরোল — অহুম অসীসু শোনগনি ।।)

চূক শাব থৌরমগী অচাপোৎশিং অদু চাগে হায়রবদি য়ুমদ য়ৌরগ — 'হে নুমিৎ ! মঙাং, লুৱাং, খুমন অহুম্মক্ল তিল্লগ লাংবুম কৌএ ।। নখোয়দ কৎচরবনে' — হায়ন শোল্লগ মথক্ত হুনখৎলো ।। 'চীংঙু (কুরু) অহুমম্মক্কী ময়াদগী তারকপ অসী ননাই ঐ ফংজরগে' — অসুম তৌরগ পোৎ অদু চাগনি।।

**(১) নুমিৎ কাপ্প লাইশোল ঃ** কোরৌ নোংবু খোনবী, মালেম লৈবু লূপ্বী, খুনবী শলাই হনবীগী মপারী তাউহুইরেং অহনবগ মশানৌ য়োইময়াই নুমিৎ সনা খোমদোন অতোনবগ অনীন নুমিৎ অনী চৈওন্ন, থবি অনী লেংশিন্নন পাল্লবগী তয়ুম মনাই ওইব খ্বাই নোংচেংবম পিবা য়েকম হাওতংলা নমু পোংব নাইচাদি মপারী, মমোম, মোম্লু তালোই মরুপ্নীবু লাংগোনফংদে হায়ন ব্রাওইখি।। নোংমগী কোরৌ নুমিৎ অমদি তাউহুইরেং অহনবন খীং খীং খোঙ্গারকপদ খ্বাই নোংচেংবম পিবান লীরী থম্মোই তিং, লাকা তেনমৈ লাক্ল তেন্দম্বু কোরৌ নোং-শগোল অপাইবদ তেনবাল্লবগী তাউহুইরেং অহনব মাদি মরিং খুম্বীলোক্ত লুতুখি ।। য়োইময়াই সনা খোমদোনদি খ্বাই নোংচেং মাগী

ব্রাইর মতেনজাবু শোংকিরবগী তুবী ময়ানুং লোইরেল মকোন্নুংদ শানথুপলে ॥ কোরৌ নুমিৎ অমদি খাবী লেংনাউ মোন্বীন পোৎলম চৈরেম সুন মঙপোৎ চাদম লুদ থোংন — তুবী নকোন্নুংদগী কারক-ও, লাইরেল নয়ানুংদগী তম্লক-ও — হায়ন পাউথেন্ববু, তম্ফা ব্রাংঙমলোন মাগী পাউথেম ব্রাবু মাই ব্রাকল ঙমদবগী তুবী মকোন্নুং লাইরেল ময়ানুংদগী খীং খীং খোঙ্গারক্লবদ নিংথৌ পোংব তরামক্ল — নুমিৎ মমায় মক্লে, থবি মমায় তাইএ ॥ নুমিৎ মচুপশাবু তাউখঙসে — হায়ন তুবী য়োইনোংদা নোংদা লাইরেল পাখংবগী মমাইব কোন্দে নাকথংমাইন শারেল য়েৎলম ফম, কেকে মমাইব থিঙ্গোল মোরি ফৌবিয়াচা লাংজেং লংমাইব মংলী মংলাংচুম্ব, শোইব য়ুংব মাই, অমাই কাইচাবন শামু ওয়রম ফম্ন য়োইময়াই সনা খোমদোনবু পুরুম তাইগী ঈ, চীংশাং কোয়রেল ঈ, থাংজীং শান্দেং ঈ, কেকে ব্রাইখু লোকপী লোকলৌ ঈ, মোইরাং লাইশন থাংবী থামলৌ ঈ, মমায় অব্রাং লাইন পাংন চেনব ঈ নচিংন য়েনপং ফাইপংব, তাইরেল পুংফাই, নাতং নাখাই, নাপী শীংবী, নাপু নাশেল, শিদ নাদ, লৌত্রৈ চাদ্রৈ, উখোক তাইমরেন য়াওন নুমিৎ মচুপ শাবীববু তম্বীরবদ নুমিৎ মমায় লূরক্লে ॥ থবি মমায় পাল্লক্লে ॥ নসু হেবুংথৌ হেবেম্মশিংদি নুমিৎকুম লূনরগে, থবিগুম শেংনরগে, থবাগুম পান্নরগে ॥ হয়ি-হয়া-হয়ুম ॥

(২) **তুদৌরোল লাইশোল ঃ** নোংবাল্লোন নোংমাইনু অহোঙবীগী মপারী অহল লাইরেল য়োইমোইবগ মশানৌ কোন্দে য়োইহৈতোন তাউথিংমাংগ অনীমক্ল তুরেল খুনিং খুয়াথেক মোংব হুমজিল হুময়াশোঙবু তুতেংথরকএ ॥ হাওয়ুম য়ুম্নাক চাম তাব লম্বু ব্রাইথুংলবদ হাওয়ুম মরৈ মপী মাবী লুখ্রাবীন — কাকয়েন মীঙম্বদি মোংবী চীংনুংহুত্ত লান্দরিএ ॥ কংলৈ য়াথোকফদে ॥ লাইরেল নচীন ননাউবু কাকয়েন মীঙম্ব নমু পোংজেনব মান হৈনখ্রগনিএ — হায়ন পাউমেল্লবগীবু লাইরেল মচীন মনাউন কাকয়েন মীঙম্ব মাবু ফানবগী মোংব চৎলম ফানশাং ইন্ন লাংদম্লবদ হাওয়ুম মরৈ মপীন — কাকয়েন মাবু ফাগে হায়রবদি য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা লৈমরেল শিদবীদগী থাঙলেন মখূৎসূ য়াইওইবগ তেনবী য়াইওইবগ থৌনিজৌ-ও — হায়ন পাউমেলএ ॥ লাইরেল মচীন মনাউন লৈমরেল শিদবীদ খূরুম খাজঙজদুন থাঙলেন য়াইওইবগ তেনবী

য়াইওইবগ ফংজখীএ ।। মোংব তূথুপ অমদ থাঙলেন মরাই হৌরক্লবগী ব্রাকয়ে হিবু ককথোক্লবদগী থাঙলেন, তেনবী অনীমক ঈরোম্নংদ তুমখিএ ।। তৌইগুম লাইরেল মচীন মনাউ অনীন খোইয়ুম পাফল অরিবগী মথৌজালদগী থাঙলেন য়াইওইব, তেনবী য়াইওইব অনীবু অমরক হন্ন ফংজরবদ হাওরে খান পাংবলমদ মোংব খুৎলম ইন্ন ইন্ন হুইয়েন লান্দাএ ।। লোইবী কাকয়েন মীঙম্বসু কোরৌ মালেম খোন্ন শাগল তুফাং খপ্ন হুমথরকএ ।। ঙাংঙোই য়োইমোংববু থুম্নাউগুম চঙন ব্রাই, য়েন্নাউগুম হিংফোইনরবদ মশানৌ য়োইহৈতোন তাউথিংমাংগী তেনবী য়াইওইবন চেক্ল শাগল ককথৎএ ।। মশাবী য়োইমোংবগী মখূৎসু থাঙলেন য়াইওইবন কাকয়েন মথীক খায়ন চোংথোক্লকএ ।। চেক্লা মথীক্লুংদগী হাওয়াম চামবুসু কনখিএ ।।

লাইরেল মচীন মনাউন তালোই অনী অনী লুম্নন কংলৈ পুঙময়োল খোইয়ুম লাইফমলেন্দ ব্রাইথুংলবদ ঙাংঙোই য়োইমোংবন – ইশানৌ য়োই হৈতোন-ও, নশাবী ঐবু লোইবী কাকয়েন মীঙম্ব নমু পোংজেলবন পোনবী চীনগোই চল্লুব নোংগীবু চূপশা মোইন তমশে – হায়ন মমাইব থিঙ্গোল মরিং মাই, শঙ্খোং ব্রাকু মাইন হুইমু মনুংলৌ, য়েনমু মথীকলৌ, মেলাং মনাক মেৎ, সদু মান্দে লৈন ফোইন, শারৌ য়ুরৌরগ, শীংপাক মাইতৈগ, কাইরে য়েনবু য়েল্লুম্ন, এলবং ফাইবংব, পুংফাই তোনয়াম্ব লৌহিং নাহাকপ, সোংলেন চিংমথি, শিদ নাদ নাতং নখাইব, থিংনাতাং থিংনাকিন, চীনফূ মাইতাগ, থীকশেং থাশেংগ লাইরেল মচুপ শাবু তম্বীরবদ লাইরেল ঙাংঙোই য়োইমোংবদি নুমিৎ মশোং চাউ, থাবা মঙাল নাইন মৈবী সালাম ওই, উহৌ উরেপ ওইন কংলৈ পুঙময়োন্দ য়াকারে হায়দবরা ।। নসু হেবুংথৌ হেবেম্মশিংদি নুমিৎকুম লূন্নরগে, থবিগুম শেংনরগে, থাবাগুম পান্নরগে ।। হয়ি-হয়া-হয়ুম ।।

**(৩) মাইবরোল মঙা ঃ** হা-হা-হোই মসূরা মব্রাইরা, তিংদাইব য়াংদাইব, তিংফাৎপ য়াংফাৎপ, তীনথুংব লাইথুংব, ব্রারেম লালেম, খুঞ্জিন লাঞ্জিন, মীচীন মীপাউ, হাইথি সোইনাই, অরান অহুই ফূক্তোক্কে ।।

ক) হা-হা-হোই, নোংদা লাইরেল পাখঙব মরুম্বী লাইম্নাদি, লোইরেল্লোক্ত খুম্বীলোক্ত, থমোইন য়ুমোইন, মপারী খুনসা য়োইতোমসা, মপীয়োন

মপায়োন, পীওৎলা পাওৎলা, পীশাই পাশাইরববু মমাইব কোন্দে নাকথং মাইন, হুইমুদো মনুংলৌ, য়েনমুদো মথীকফাৎ, মেনাংতনব মনাকমেৎ, শদু মানতে লৈন ফোইন, চুপশাতম মোইফেনতম, চীনফৃতম মাইতাতম, থীকশেংতম থাশেংতম, মীৎলূতম মায়রুতন্নববু, চূপওইনদে লাইওইনদে ॥ য়োইমনু চুপমহোই, য়োইমনু লাইমতেম ॥ হয়ি-হয়া-হয়ুম ॥

খ) ঙাংঙোইবদি য়োইমোংবদি, শম্বোঙলোক্ত পুংবুলোক্ত, মতৈদো মনাউদো, শকমশিন শামসিন, শম্লাংসিন মাইঙৌসিন, থীকব্রাংসিন থাব্রাংসিন, শাসিন্ন পাসিন্নরববু, মমাইব নোংচুপ হাওরোং মাইন হুইমুদো মনুংলৌ, য়েনমুদো মথীকফাৎ, মেনাংতনব মনাকমেৎ, শদু মানতে লৈন ফোইন, চুপশাতম মোইফেনতম, চীনফৃতম মাইতাতম, থীকশেংতম থাশেংতম, মীৎলুতম মায়রুতন্নববু, চূপওইনদে লাইওইনদে ॥ য়োইমনু চুপমহোই, য়োইমনু লাইমতেম ॥ হয়ি-হয়া-হয়ুম ॥

(গ) ঙাংঙোইবদি য়োইমোংবদি, চীঙ্গেন হৈরে তমগেন হৈরে, অতোমলোই অমেৎলোই, ব্রায়ালোই থৌদমলোই, পরিৎলোই থোংলিৎলোই, লৈতৌয়োৎ নাফান থাঙ, লিক্লাং খাং নাখনখন, তুলাই কুপ তুলাই থা, ফিবুন লাংবুন লোই, শমচেৎ শময়ালোই, ফুংগাপাল মৈশালাং, খোকয়োম তাইয়োমলোইবু লোইচনবদি, মরুম্বী লাইতোংখূ লাইতোংহলন ॥ এলয়োম খোমহায়গ ॥ শীংপাক মৈতাইগ ॥ চদুম চঙানগ ॥ য়ুহী চাহীগ মেরা মেন্দোংগ শাজং লালংগ, লাংহৈবী কাকয়েন মীঙম্ববু, কাইনহুনববু লুম্নব, মমাইব থিঙ্গোল মরিংমাই, শম্বোং ব্রাকু মাইন, হুইমুদো মনুংলৌ, য়েনমুদো মথীকফাৎ, মেনাংতনব মনাকমেৎ, শদু মানতে লৈন ফোইন, চুপশাতম মোইফেনতম, চীনফৃতম মাইতাতম, থীকশেংতম থাশেংতম, মীৎলুতম মায়রুতন্নববু, চূপওইনদে লাইওইনদে ॥ য়োইমনু চুপমহোই, য়োইমনু লাইমতেম ॥ হয়ি-হয়া-হয়ুম ॥

(ঘ) ঙাংঙোইব য়োইমোংবদি হাওরেংচীং লাইরেংচীং, থোংনাংচীং মাল্লেচীং, লোনলোইহুৎ চীংমহুৎ, তালোইবী মরুম্বী, চীংচেংকোই কোইনবী, শংলৌবী য়ুহৌবী, তরাবী পিফুবী, শমকাউরে য়ুকাউরে, হয়েংশোই মনুংশোই, নোংগা

শোইরগ ইপারিনে ইমোমনে, ফৈদতোং তান্দ থোং, খজাই চুপ লেংলোনচুপ, শম্লাংনান তোনগানান, মীকপতম মীরাউ তম্নরববু, মমাইব য়োইনাউ লাংপোকসুন, হুইমুদো মনুংলৌ, য়েনমুদো মথীকফাৎ, মেনাংতনব মনাকমেৎ, শদু মানতে লৈন ফোইন, চুপশাতম মোইফেনতম, চীনফৃতম মাইতাতম, থীকশেংতম থাশেংতম, মীৎলুতম মায়রুতম্নববু, চৃপওইনদে লাইওইনদে ।। য়োইমনু চুপমহোই, য়োইমনু লাইমতেম ।। হয়ি-হয়া-হয়ুম ।।

(ঙ) ঙাঙোই য়োইমোংবদি উইথক পৌরাথক লাংতিংথক্ত, ইমুথোক ইনাইথোক্ল, পৌরোল নারোন্নরববু, মমাইব পনম য়াংকোক মাইন হুইমুদো মনুংলৌ,য়েনমুদো মথীকফাৎ, মেনাংতনব মনাকমেৎ, শদু মানতে লৈন ফোইন, চুপশাতম মোইফেনতম, চীনফৃতম মাইতাতম, থীকশেংতম থাশেংতম, মীৎলুতম মায়রুতম্নববু, চৃপওইনদে লাইওইনদে ।। য়োইমনু চুপমহোই, য়োইমনু লাইমতেম ।। হয়ি-হয়া-হয়ুম ।।

*(চুকশাবগী থৌরমদ – ১) নুমিৎ কাপ্প, ২) তুদৌরোল, ৩) মাইবরোল – অহুম অসী লাইশোল ওইন য়াওবগী মরমদি লাইশোল অহুম অসীদসু পামদব থৌদোকশিং তেকশিন হঞ্জিন্দনবগীদমক চুকশাবগী থৌদোকশিং য়াওবদগী ওইগনি) ।।০।।*



# ১০

## ফুংগা অপোকপ খুরুম্বগী ঈরাৎ থৌরম

শিশ্রব মপা মপুবু লাই ওইন লৌদুন খুরুম্ব অসী মালেমদ লৈরিব অরিব লাইনীং অয়াম্বগী মরুওইব শরুক অমনি ।। মীতৈশিংদি শিশ্রব মপা মপুশিংবু ইচম চম্ন লাই ওইন লৌবগী থাজনবী লৈব অমসুং ইকাইখুম্নব উত্তুন খুরুম্বত নত্তন শিশ্রব মপা মপুবু অকক্নব মরোঙদ ঈরাৎ থৌরম পাঙথোক্তুন অকক্নব থৌজাল নিনৈ ।। শিশ্রব মপা মপুশিংবু অকক্নব মরোঙদ খুরুমদুন থৌজাল নিবগী থৌরম অসীবু 'অপোকপ খুরুম্ব' কৌই ।। অপোকপ খুরুম্ব হায়বসী মীতৈশিংগী অরিব লাইনীংগী য়াম্ন মরুওইব শরুক অমনি ।। অপোকপ খুরুম্ব অসী মখল অনী থোক্ন খায়দোক্নে, মদুদি – ১) শাগৈ অপোকপ খুরুম্ব অমসুং ২) ইমুং অমগী অপোকপ-ফুংগা অপোকপ খুরুম্ব ।। অদুবু শলাইবু পোকপ অপোকপ খুরুম্ব হায়ব অমসু লৈগনি ।। মখল অসীমক্তি শলাই অদুগী ওইব শাগৈ পুম্নমক অদুগী লুচিংব শলাই পিবারেল অদুন শলাই অদুগী মনুংদ লৈব শাগৈশিং অদুগী পিবাশিং অমসুং শলাই অদুগী অহল লমনশিংগ লোয়নন পাঙথোক্কনি ।। মখল অসীমক্তি মীতৈশিংগী অঙনব খুন্নাইগী লাইনীংগী ওইব চৎনবীনি ।। অসুম্ন শলাই শলাইগী পুন্ন শলাই অপোকপ খুরুমগে হায়রবদি ১) মঙাং/নিংথৌজাগীন ইঙা ১৫নি পানবদ, ২) লুৱাংগীন ৱাকচীং ১২নি পানবদ, ৩) খুমনগীন শজিবু ১৫নি পানবদ, ৪) অঙোমগীন ইঙেন ১২নি পানবদ, ৫) মোইরাংগীন লমতা ১২ নি পানবদ, ৬) খাঙানবগীন কালেন ১০নি পানবদ অদুগ ৭) শরাংলৈশাংগীন ফাইরেল ২৬নি পানবদ খুরুমদুন পুন্সি নুংশাং, য়াফ-নুংঙাই থৌজাল নিজগনি ।। মরম অসীন অপোকপ খুরুম্ব হায়বসী – ১) শলাই অপোকপ খুরুম্ব, ২) শাগৈ অপোকপ খুরুম্ব অমসুং ৩) ইমুং অমগী – ফুংগা অপোকপ খুরুম্ব – হায়ন মখল অহুম থোক্ল

য়াযদোকপ য়াই ।। অদুবু অয়াম্বগী ওইনদি অপোকপ খুরুম্ব হায়রগ ইমুং অমগী ওইব ফুংগা অপোকপ খুরুম্ব ওইন লৌনে ।। মখল অসীগী অপোকপ খুরুম্বদ ১) ঐবু পোকপ ইপা, ২) ইপাবু পোকপ ইপু অমসুং ৩) ইপুবু পোকপ ইপুধৌ — অহুম অসীবু পাউকৎ পীবগী ঈরাৎ থৌরম পাংথোক্তুন নোংদোল লাইরৈপাক্তগী কৌথজরগ লূক কত্তুন খুরুমজরগ থৌনিজগনি ।। অকনব নোংলৈ-নুংশিৎ শিৎলকপদ লাইজ ঈপাক্তগী ঈথক ৱাংন হৌরকপগুম থৌনি পাউকৎ লাইশোল থম্মোয় শেংন শোল্লকপদ লাই ওইপ্লব ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুমগী থৱায়ন মালেমদ খোঙ্গুল্লকখি ।। মপা, মপু অমসুং মপুধৌ হিংলিব মী অমন অপোকপ খুরুম্বগী থৌরম পাংথোকপ য়াদে ।। অপোকপ খুরুম্বদ মী মী অদুগী শলাইগী ওইব পোৎলমশিং অসী চংগনি ।। ('শলাই তরেৎকী পোৎলমশিং' য়েংবীয়ু ।।)

শলাই শলাইগী ওইব অকক্লব পোৎলমশিং অসী নত্তব অতৈ অতোপ্প পোৎলমশিংদি — (১) লৈশং মরোং-৩, (২) ক্বা মতোনথোকপ-৩, (৩) ক্বা মনা-৩, (৪) লফোই লফাং চঙ থোকপ-৩, (৫) ক্বা তাঙলা-৩, (৬) হৈরুক-৩, (৭) খূদৈ অঙৌব-৬, ৮) খোইরু থাওমৈ-৩ অসীনি ।।

**অপোকপ খুরুম্বগী পাউ তাকপ ঃ** অপোকপ খুরুমগদব থা অদুগী থানিল নুমিৎকী নুমিদাং থাগী মঙান্ন মাঙ্গোল ময়াই য়ৌরকপ মতমদ মাঙ্গোলদ ৱাই তৈথোক্তুন ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুমক্ত পাউতাক্কনি ।। মদুদ শোনগদব লাইশোলদি — "হে থা-ও, থা কৌব লাই ! তেংবানব মপুন ঙরাং নহাল কৌবদি নংনে, ঙসি হয়েং কৌবদি নুমিৎপু কৌবনে, হে লাই নবিঙঙান খঙবিয়ু ।। ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুম্মকপু হয়েং থাশি নুমিত্ত চাক চাবিরনব, ঙসীগী নুমিত্ত পোৎলম খিবিক্ল পাউতাকচরিয়ে ।। হে থা, নুমিৎ নবিঙঙান পাউয়ৌবিয়ু হায়ন পুনেমজরিয়ে ।।" — ৱাহৈ অসী হায়রগ কৎলিব পোৎলম পুন্নমক অদু চফূ মনুংদ হাপচিনগনি অদুগ ফুংগাগ লাইরুগ অনীমক্কী মরক্ত খুবোম অম লুব কোম অম তৌরগ চফূ অদু লারোল তরেৎন মখুম খুমদুন ফুমজিনগনি ।। (ফুমজিনবদ খুদোংচাদ্রবদি থুম্মোক অমন কুপ্তুন থম্বসু য়াই ।।) অদুগ থাশি নুমিৎকী অয়ুক নুমিৎ মাঙ্গোল ময়াই য়ৌব মতমদ মাঙ্গোল ময়ায়দ

# শলাই তরেৎকী পোৎলমশিং

| শলাই | পুকোক | মচু | ঈশিং | মৈ | নাহৈব | থাঙ | ঙা | লা | হৈ | লৈ | শীং |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মঙাং/ নিংথৌজা | পাখংব | অঙাংব | নুংজেং | মৈয়ে মৈথাং তরেৎ | উরুম | চকথাঙ | শরেং অঙাংব/ ঙাহৈ | থন্না/ চংবী লা | থমচেৎ/ হৈজাং/ হৈবী | থম্বাল অঙাংব | শয়ী/ উয়ুং |
| লুৱাং | পোইরৈতোন | হীগোক অৱাউব | লস্কেল | খোইজু মৈ | খোক উ মতোন | তোনদুম্ব | শরেং লুৱাউব/ ঙমু | লায়াই | কিহোম/ হৈবা | মৈল্লে | হৈক্রু/ উপল |
| খুমন | পোইরৈতোন | অমুব | পুমলেন | মৈথাং তরেৎ | পুংফাই | তোনককপ | শরেং মুরৈনব/ ঙাতিন | চংবীলা/ কাকলা/ খাঙলা | হৈবুং/ হৈক্রু/ হৈবোং | লৈশং/ কাকলৈ/ লৈখাম | চাউখোং/ শয়ী/ ৱা |
| অঙোম | পুরৈরোম্ব | অঙৌব | কোংব মৈরোম্বী | মৈবা চিংব মৈ | তাইরেল | পুকক থাঙ | শরেং অঙৌব/ ঙরা | লারোং/ লৈহৌলা | হৈবোং/ হৈবা | থরো/ থম্বাল (অঙৌবা) | উপল/ শয়ী |
| মোইরাং | ঙাংহুহ্নোক, ঙাংনিংশিং | নাপুন লাংব | লোক্তাক | মৈথাং অহুম | নাউহিং | য়েনবা মতোক শাব | শরেং নাপু | খাঙলা | হৈয়িৎ/ কাংগ্রৌ | য়েরুম লৈ/ লাংথ্রে | কুাই/ খঙলা/ তৌ: |
| খাঙানব | খমচীংকোন | শংন লাংব | লৈতাং | লৈখাম ৱাইমৈ | নাপু নাশেন | লাইথাঙ চীনাইব | শরেং ঙাংন লাংব | লৈহৌলা/ লারোংলা | হৈবা/ হৈবুং | হাওরৈ/ য়েরুমলৈ/ মৈল্লে/ লৈশং | চীং য়েনশিল |
| শরাংলৈশাং | নুংঙৌ- য়ুমথংব | অশংব অৱাউব | তাক্লা | লৈখাম ৱাই মৈথাং-৫ | নাপী শীংবী | খুম্বোঙ থাঙ | শরেং শংবন্ন লাংব/ ঙারেন | চংবীলা/ থন্না | হৈজাং/ হৈবুং/ হৈতুপ | লৈশং/ লৈখাম/ শংব্রে | নোংলৈ শং |

লা লাতোন অম থাগনি অদুগ চফূ মনুংদ হাপখিব পোৎলমশিং অদু লৌথোক্কুন য়েংগনি ।। চেঙ অদুন মতোল চোংলল্লবদি নীংব থুংলগনি হায়ন থাজনৈ ।। পাউতাকপদ চঙগদব পোৎলমশিং অদুদি – ক) চফূ অহনব-১, খ) হনুরৈ মতোন-৯, গ) তিংথৌ ময়োল শত্তব মনা ৫ পানব মতোন-৯, ঘ) খূৎন খোকপ চেঙ মরূ-৯, ঙ) থোইদিং অমুব মরূ-৯, চ) হৈরূক-১, ছ) কা তাঙলা-১, জ) খোইরু থার্উমৈ-১, ঝ) কা মতোল থোকপ-১, ঞ) কা মনা মখোক পত্তব-১, ত) শেল ময়েক-১ ।। পোৎলম ১১ অসীনি ।।

**শরেল কৎপগী থৌরোঙ ঃ** থোং থাক্ত্রিঙৈদ পোৎলমশিং অদু ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুম্মক্কী মফমদ হান্ন কৎপ অসীবু শরেল হিংন কৎপ কৌই ।। ঙাদি ইমুং অদুগী শাগৈ শলাই মতুংইন্ন শরেং ঙাপাংনচিংব য়াওগনি ।। ফংদ্রগ মহুৎ শিনব য়াব ঙাশিংন মহুৎ শিনগনি ।। ঙা মকক কৎপ য়াদে ।। মপুম ওইন কৎকনি ।। মপুম্বু ওইরবদি পীক্লবসু য়াই ।। ইমুংগী উহৌ উরেপ ফক্তোমগী মমাঙদ লা লাতোন অহুমগী মথক্ত খুদৈ অঙৌব ফীরোল অহুম থুপ্তুন থারগ ফম্বাল অহুম শেমগনি ।। চূক মরি য়ুংলগ ফি অঙৌবন ফীজঙ খনগনি ।। ফীজঙদু মমায় অব্রাং ওনগনি ।। ফম্বাল অহুমদু নোংপোক নোংচুপ পরেং লৈরগ মমায় অব্রাং ওনগনি ।। শরেল কৎত্রিঙৈদ ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুম্মক ইশাদগী মথং মথং পুথোক্কনি ।। ব্রাখলন ইশাগী ঈশিংয়াফমদগী মথং মথং পুথোক্কদবনি ।। পুথোকফমদি ইশাগী শিংলি তোলোম্বদগী পুথোক্কদবনি ।। অহানবদ 'হৈ হং' হায়ন শোন্দুন ইপাবু পুথোক্লগ ময়ায়গী ফম্বালদ ফমদেংহনগনি, মথংদ 'হা হং' হায়ন শোন্দুন ইপুবু পুথোক্লগ ইপাগী ওয়থংব ফম্বালদ ফমদেংহনগনি, অরোইবদ 'হুং হং' হায়ন শোন্দুন ইপুধৌবু ইপাগী য়েৎথংব ফম্বাল ফমদেংহনগনি ।। চফূ উয়াল অনী অদুদ চেঙ, ঙা, মনামশীং থোং থাক্কদব পোৎলম পুন্নমক অদু হাপচিল্লগ ইপুধৌগী ফম্বাল মমাঙদ থমদুন শরেল কৎকদবনি ।। অহানবদ, ময়ায়গী ফম্বালদ ফমদেংলিব ইপাদ – "ইপা ইবুংঙো, ঙসী লোইদাম (ইঙা) থাগী থাশি কোরৌ (ইরাই) নুমিৎ অসীদ ইপা ইবুংঙোগী নফমদ নচান শরেল কৎচরিয়ে ।। থৌজাল মীৎয়েং তাবি-ও' – হায়ন শোন্দুন কৎকনি ।। মথংদ ইপুগী ফম্বালদ 'ইপু ইবুংঙো ঙসী ... ... ... নসুন শরেল

কৎচরিয়ে ।। থৌজাল মীৎয়েং তাবী-ও' ।। অদুগ অরোইবদ ইপুধৌগী ফম্বালদ 'ইপুধৌ ইবুংঙো, ঙসী ... ... ... নসুন শরেল কৎচরিয়ে ।। থৌজাল মীৎয়েং তাবী-ও' ।। হায়দুন মথং মনাউ নাইন কৎকনি ।।

**লূক হৌবগী মরোঙ ঃ** ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুম্মক্ত কৎলিব পোৎলমশিং অদু খূবাক অহুম্লক খূরগ কাইথোক্কনি ।। অদুগ লূক হৌগনি, থোং থাক্কনি ।। য়েনশাং মথেল অহুম হায়বদি — চম্ফুৎ, ইরোম্ব/অনোইব অমসুং ঙাথোংব — অহুম অসী চমথোং ওইন থোংগনি ।। মথেল অহুম অসীদগী তাব য়াদে ।। হেনবদি য়াই ।। চাক য়েনশাং থোংব মতমদ খাবৈন ওৎপ, শোরন কাম্ব মহী চিথোকপ অমসুং মনম নম্লুব য়াদে ।।

**লূক কৎপ অমসুং থৌজাল নিব ঃ** থোং থাকপ লোইরগ চাবান য়েংগনি ।। লূক অহুম শেমদুন কৎকনি ।। ইপু অমসুং ইপুধৌগী চাকলুক মখাদ মীতৈ ময়েক্কী ক ([illegible]) ইগনি । ইপাগীদদি ইহৈদে ।। চাকলুক অহুম অদু ফম্বাল অহুমগী মমাঙদ মমায় নোংপোক ওন্দুন থাগনি ।। চাক্লুক মপা মপাদ খোইরু থার্উমে অমমম থানগনি ।। খূদৈ অঙৌব ফীরোল অহুম থুপ্তুন চাকচা ফিদা অহুম থাগনি।। অসুম্ন লূক কৎনবগী থৌরাং লোইরবদ — 'হে ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুম্মক (অঙোম) শলাইগী (নোংমাইথেম) শাগৈদ পোকচব নচা নসু ওইরিব ইমিং (চাউব) কৌব ঐহাক্ন ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুম্মক্কীদমক্ত তরালুকলেন, মথেল লুক্কোয় থৌরাংজব লোইজরে ।। তরা লুকলেন ফংবীরো হায়ন পাউতাকচরিয়ে' — হায়দুন খুরুমদুন কৎকনি ।। ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুমক্ন লূক ফংলিঙৈদ ইন্নফি অশেংব অম মী অনীন পায়দুন খনগনি ।। (হৌদোঙ চাকথাফমদ খাউবুনাইগী চাক্লুক অম অদুগ নাকথগী ঈচুম তাফমদ কাসা লাইগী চাক্লুক অম থাদোক্কনি ।।) ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুম্মক্ন লূক ফংব লোইরগনি হায়ব মতম অদুদ খূবাক অহুম্লক খুরগ মী অনীন পায়রিব ফীজঙ অদু লৌথোক্কনি ।। চাক্লুক অহুম অদুগী মরোঙ মতৌ খুদম চাংদম করি তাক্লিবগে হায়বদু য়েংগনি ।। ইপু অমসুং ইপুধৌগী চাক্লুক্তগী চাক য়েনশাং, ঈশিং খর খর লৌরগ ইপাগী চাক্লুক্ত হাপচিনগনি ।। অসুম্ন হাপচিল্লব ইপাগী চাক্লুক অদু খ্বাইগী মকোক্ত চাকচাফমদ থমগনি ।। চাক্লুক অসীদি য়ুম্বুরেল ওইরিব মচানুপা

অদুন অদুগ অতৈ অদুদি ইমুং মনূংগী মচা মসুশিংন কোন্ন চাগনি ॥ (ইমুং অদুগী মী নত্তন অতৈন চাব য়াদে ॥ চাক্লুক অদু চাব মতমদ হান্নগী মফম অদুদগী থাংদোক্লগ কোন্ন চাকখুমদ চাগদবনি ॥) ফম্বাল মমাঙদ চাক্লুক থারল্লিব মফম অদু ৱাই শেংন তৈথোক্লগ ক্বা তাঙলা অহুম, হৈৰুক তাঙলা অহুম কৎকনি ॥ শেলকৎ শেল ময়েক অহুম য়াওগনি অদুগ থৌনিজগনি ॥ থৌনিব মতমদ ক) ললথুম, খ) ইচা, গ) পুন্সি — অহুম অসীগী মনুংদ নিগদব অমখক্তং নিজগদবনি ॥ মহৈ নিব মতমদ খুকউ খুদক কুল্লগ ফীগাউ শাদুন নিগনি ॥ অহানবদ ঐন ইপাদ, মথং ইপান ইপুদ অদুগ অরোইবদ ইপুন ইপুথৌদ নিজগনি ॥ থৌজাল নিজব মতমদ — 'ইপা ইবুংঙো তোল্লব নচা ঐঙোন্দ ইরল/ইচা/পুন্সি পীনবীয়ু ॥' — হায়ন থৌজাল নিজগনি ॥ ইপান ইপুদ থৌজাল নিজব মতমদদি — 'পারি ইবুংঙো, ইচান নিরিব থৌজাল অদু ইপান হেক্ত পীব ঙম্ব নত্তেয়ে ॥ ইপান নপুগী মফমদ নিবিগেকো অসী হায়রগ — হে ইপা ইবুংঙো নসু ইবুংঙোন তরা লুকলেন মথেল লুকোয় কত্তুন মরলমথুম/মচা/পুন্সি নিজরিব অসী পীনবীয়ু' — হায়ন থৌনিজগনি ॥ মপুন অমুক মপাদ — 'পারি ইবুংঙো নহাক্ল নপারিগীদমক্ল নিরিব থৌজাল অসী নপা ঐন হেক্ত পীব ঙমদেয়ে ॥ নপা ঐনা নপুগী মফমদ নিবিগে' — অসী হায়দুন মপুন অমুক মপুথৌগী মফমদ — 'পম্বৌ ইপা ইবুংঙো, নসুন তরা লুক্লেন মথেল লুকোয় কত্তুন মরলমথুম/মচা/পুন্সি নিজরিব অসী পীনবীয়ু' — হায়জগনি ॥ মপুগী থৌনিরোল অদু তারবদ মপুথৌন মপুদ — 'সে-সে, নসুন মরল মথুম/মচা/পুন্সি নুংশাংব ফংজগে হায়ন নিজরিব অদু মনীংথুংজনব পীবিরবনি, নহাক্ল পীবিগ্রো, নঙগী নফমদ শীন্নরবনি' — হায়দুন মপুদ শিন্নখিগনি ॥ মপুন অমুক মপাদ ৱাহৈ অদুমক হায়দুন শিন্নখিগনি ॥ অরোইবদ মপান মচাদ — 'পারি ইবুংঙো, নহাক্ল নরল/নচা/নপুন্সি নিজব অদু নপুথৌগ নপুগন নপা ঐঙোন্দ শিন্নরক্লে ॥ নপা ঐনা পারি ইবুংঙো নঙোন্দ পিরবনি লৌশিনজরো' — হায়ন মচাদ থৌজাল অদু পীবীগনি ॥ মচান থৌজাল অদু ফীগাউ শাদুন লৌশিজনগনি ॥ অপোকপ খুরুম্নিব অদু মচা নিবগী ওইরবদি মপাগী ফম্বালদগী লফোই অম ফীগাউ শান লৌজগনি অদুগ মদু ফমুং ময়ায়দ অশেংব ফিরোল শেত্তুন ইন্নফি মকোক খুমজিন্দুন ফমলিবী মহাক্কী নুপীদ ফীগাউ শান য়াহন্দুন

শিন্নগনি ।। মহাক্কী নুপীন — 'ইমুং অসীগী লাইওইরব ফুংগা অপোকপ পুরোল অহুম্মক, ইপারি ইমোম ফংজদুন পান্নাউ শিংনাউ তাব ওইজরগে' — হায়গনি ।। নুপা অদুন লফোই অদু খোক্লগ মাগী নুপীদ পীজগনি ।। ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুমগী মফমদ কৎলিব শেলকৎ অদু অমাইপিবান থৌনিজরিব য়ুম্বুরেল অদুদ পীশিনগনি ।। নুপা অদুন ফীগাউ শান লৌশিনগনি ।। মহাক্ল অমুক মহাক্কী নুপীদ পীশিনগনি ।। নুপী অদুন মকোক খুল্লগ ফীগাউ শান লৌশিনগনি ।। অদুগ মফম চান শেল অদু থমজিনগনি ।।

**অপোকপ হনজিনহনব ঃ** থৌনিজব লোইরব মতমদ ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুম্মকপু ইমুংগী য়ুম্বুরেল ওইরিব থৌনিজরিব মীশক অদুগী পীসুম অনীগী মরক্ত ব্রাখন্ন পুশিনগনি ।। অহানবদ ইপাবু, মথংদ ইপুবু অদুগ অরোইবদ ইপুধৌবু পুশিল্লগ ঈশিং য়াফমদ — 'ইংত্রিক ঙাংত্রিক' হায়ন শোন্দুন ব্রাখন্ন থমজিনগনি ।।

**অপোকপ নোংগাহনব ঃ** ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুম্মকপু ঈশিং য়াফমদগী ব্রাখন্ন পুথোক্কনি ।। ইমুংদগী মপাল থোক্লকপদ খাউবুনাইন মাঙ থাদুন থোকহনগনি ।। ইবুধৌ, ইপু, ইপা অহুম্মক পরেং শান মথং মথং থোকহনখিগনি ।। অমাইবন য়েৎ থংগনি অদুগ য়ুম্বুন ওয় থংদুন থিনদোক্কনি ।। থোঙজীন ময়া য়ৌরগ য়ুম্বুন — 'ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুম্মক লেঙবীরো, নচা নসুওইব ননাই ঐহাক লৈজহৌরগে' — হায়দুন খুরুমগনি ।। অমাইবন থোঙ হাংদোক্তুন থিন্দোকখিগনি।। য়ুম্বুন থোঙ লোনশিনহৌগনি ।। অমাইবন — 'ইপা, ইপু, ইপুধৌ অহুম্মক নোংদোল লাইরৈপাক্ত নোংগাবিরো ।। ফমেন থংব শাইজিল্লোমদ কায়দোংলিব ইপু অরিবগী মশক ওইব শেন্দাং লাব অমতং খাউবুনাই ওইন পুবিখো ।। অশি থোঙ থিংবিরম-ও, অচঙ থোঙ হাংবিরম-ও' হায়গনি ।। (অপোকপ খুরুম্বদ তঙাইফদন য়াওগদব লাইশোনদি) — ১) অনম অথৌ, ২) নাহাইরোল, ৩) ঈরু লাইশোল, ৪) অপোকলোন, ৫) অতাই লাইশোল — মঙা অসীনি।। (মখাদ 'অপোকলোন' লৈজরে ।। অতৈ মরি অসীদি মথক্কী পন্দুপশিংদ য়েংবীয়ু ।।)

**অপোকলোন লাইশোল ঃ** হয়া হে তম্পাক্ক পোক্লিবী, তম্পাকথিবী তিংথৌ

হুপ্লা হারা কোন্দোন চানা য়িমি তোংলেং লৈশং য়াংলা থৌবোম শাতৌ য়েংদৌ চরোৎ ফাইবং তেংনা নুমানবীগ পোক্লিবী নঙবু তাইগে হাইমা তাইমা নেমসিগে।।০।। উয়েন কোঙয়েন চেঙ্গুম পোংদোং উচিনা তেক তেক পান য়েনখুঁরে রানশাবি সংরাঙ্গোন অকনবগ পোক্লিবী নঙবু তাইগে ।।০।। হৈকক থাংজিং লেনফু থরো কৌথা কক্লা ঙাচক খোম্মোনগ পোক্লিবী নঙবু তাইগে।।০।। হুইশিন হুইয়া মেঁলৈ সেরাং লৈশোক থাংগম হাওরে পোলাং হাউনা পোলাং পালখোক নাউদু ঔরি ঔরাগ পোক্লিবী নঙবু তাইগে ।।০।। উপি উরেন তলমু তলহাউ হিয়াং হিরেন উখোক থাংদোম ফৈজা ফিঙৌ মিশি থাঙয়ান শয়ি কুহি উপাল লেংদা উনিংথৌ তাইরেল উয়িন মংগে পোক্লিবী নঙবু তাইগে।।০।। লিথীৎ লিরেল হুমপোক শাগন য়াইরি থমোংলি লিরেনয়াই থম্বোং ইরোক পাফনলি লিশাং লমথালি পনশা থোংশারি খুরাই লিতাংশাং ঙাইরোই তাবুং চীংজাউলিগ পোক্লিবী নঙবু তাইগে ।।০।। শম্থোঙ হৈমরি হৈময়াং হৈসুপ হৈসোইয়াম পোইখা লোকহৈ থুমনমহৈ হৈরিৎ হৈজাঙ হৈবোং কাংগ্রৌ চুম্বৈ হৈখা পিরেনহৈ হৈবগ পোক্লিবী নঙবু তাইগে ।।০।। উমোং রামোং মৌবী থৌদন খোকরা লাইরা উতংরা নাচৈ নারিন চিংহৈ লোনহৈগ পোক্লিবী নঙবু তাইগে।।০।। চংবী লামুৎ লাইয়াইলা লিহৌ য়ুতৌ খাংগ্রা কাইরং থুময়োমলা মোইথাপ মোইরেললাগ পোক্লিবী নঙবু তাইগে ।।০।। তরা তোংনুং লিশিক য়াইশেন য়াইফৌ চায়া চারা চাহৌ পুমানবী লাংমানব মোরসি লাইফৌ চেংসি ফৌগাক ফৌরৈম ফৌনিংথৌ ফান্দং ইরোইয়া ফৈতেকপিগ পোক্লিবী নঙবু তাইগে ।।০।। চীংফৌ তমফৌ চানান চয়িন মুংখোমলোং পামফক পামফোই হরাই ঙৌজা লিনাই খোমনাই খোংক্রুম মাইরেল শৌগ্রি ময়াংব তিলহৌ চনম হরাই থাঙপাক মোরোক শারি কুম্নাগা পোক্লিবী নঙবু তাইগে ।।০।। ঙারা ঙাশিং থৌরেন থৌয়াং য়াংগন সুজা ঙাপি ঙারেল শরেং মাইহন ঙারেন কোকপাকপী পেঙবা মুক্লাং ঙাথী ঙারা তেনলোং শামফা ঙারিন তোংজেং ঙাখা ঙমহাই ঙাতুপ নোংলেন কোনজেং কোকফাই থরোই থৌজাওগ পোক্লিবী নঙবু তাইগে।।০।। ইশা লমশা তোকপ কাম্বা নুংওক পাইবং শায়ু লৈরাং খুবিং খুবাই য়োংমু য়োংশেন শাবু লাংহৈ শঙাই লাইরেল শদুং তৌগ পোক্লিবী নঙবু তাইগে।।০।। শেকপী শেম্বাং ক্লাক পোইদু চরোয় য়াম্বী হাওমন তোন্দৌ খরা উফোং ঙারুম

ঙানু খেরে উমু লাতাং খরাং লৈহৎ ঙাগ পোক্লিবী নঙবু তাইগে ।।০।। লিম্তুক লিম্তেং চীংলাই তমলাই হংকোক নারিন তুবি লাইরেল খারৌ তাংলৈ তিনবুন নাপুম নুংগোন শেরোনগ পোক্লিবী নঙবু তাইগে ।।০।। লৈরুম নোংলুম তিনফা কাকফৈ হয়িং খোইয়া ককচেং খোইজেং তুমিৎ য়ুরাল মোনু হারৌ কৌজেং থারাওগ পোক্লিবী নঙবু তাইগে ।। হয়ি-হয়া-হয়ুম ।।০।।

**অপোকপ খুরুম্বগী মতম অমসুং থৌনি মখল ঃ** অপোকপ খুরুম্নগ ঐন পাম্মী হায়দুন থৌজাল অম হেক্ত নিজব য়াদে ।। থৌজাল মখল অহুমদগী হেন্না নিজবসু য়াদে ।। অকক্লব থা অহুমখক নত্তন ফুংগা অপোকপ খুরুম্বসু য়াদে।। (ক) ইঙা থাদ লনথুম নিজগনি ।। (খ) লাংবন থাদ ইচা নিজগনি অদুগ (গ) পোইনু থাদ পুন্সি নিজগনি ।। খঙজিনফম থোকপা ব্রাফম অমখক্তী অপাম্ব থুংনবনি হায়দুন অপোকপ হেক্ত খুরুম্ব য়াদে ।। তৌহৈদে ।। ইমুং অদুদ লৈরিব মী পুম্নমক ব্রাখল পুক্নীং চপ মান্নগদবনি ।। অদুগ অমুক, মথক্কী হীরম অহুম অসীগী মনুংদ অখক্কী মরমদ অব্রাব অমসুং নীংব কায়বগী অরোইব চৈথেং ফংলব মতমদ অপোকপ খুরুমদুন থৌনিজগদবনি ।।

ঙসী খৃস্তকুম ২০০৪, আগষ্ট ২৭, থব্রানগী ১২নি পানব ইরাই নুমিৎকী অয়ুক পুং ১০ তাব মতমদ **‘ঈরাৎ থৌরম থৌনিরোল লাইরিক’** হায়ন মিংথোনব পন্দপ ১০ লৈব লাইরিক অসী ইব লোইশিল্লে ।।০।।

*লাইয়িংথৌ ইবুংঙো*
*অতিংকোক মরু শিদব*
*চীংঙু খোইয়ুম অসীব*
*সনামহী মহীরেল ।।৪।।*
*তোল্ল ননাই ঐহাক্ন*
*পুক্নীং লৈরাংজদুন*
*হন্ন হন্ন খুরুমজৈ ।।৭।।*

হয়ি-হয়া-হয়ুম ।।০।।



# পাখিব লাইরিকশিং অমসুং ৱারেংশিং

১। শীংথা চৈথারোল (১৯৮৬) ঃ পুথোকপ — হিজম গুনমনি (থম্বীরম্ব - লাইনীংহল নাউরিয়া)।
২। থৌরম পরেং অসুবা (১৯৬০) ঃ অয়ীব — থোকচোম থৌকাচানব মীতৈ।
৩। পুৰারী খাবি থিরেল থৌনিরোল (১৯৭৪) ঃ অয়ীব — শগোলশেমচা রাজমুহোন।
৪। থৌরম লাইরিক (১৯৬৩) ঃ অয়ীব — নোংথোম্বম নরান।
৫। ঈরাং থৌনিরোল লাইশোল তীনশোল (১৯৮৮) ঃ অয়ীব — মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্বী।
৬। মীতৈ ঈনাং ঈরাং থৌনিরোল (১৯৮০) ঃ অয়ীব — লাইশ্রম মনাউবী।
৭। খুনুং লীচৎ শাজৎ (১৯৭০) ঃ অয়ীব — মাধব অমসুং খেলচন্দ্র।
৮। মৈতৈ থৌনি লীচৎ (১৯৯০) ঃ অয়ীব — ইরোম অমুবী।
৯। থারোন (১৯৮২) ঃ ইথোকপ — এন. ইবোচৌবা।
১০। থাখায় নোংখায়লোন (১৯৮৭) ঃ ইথোকপ — য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র
১১। লৈমরেল শিদবী ১, ২, ৩সুব শরুক (১৯৯২) ঃ অয়ীব — সৌগাইজম ইবোয়াইম।
১২। অরিব শিঙ্খোং (১৯৮৮) ঃ অয়ীব — খুমন্লম্বম য়াইমা।
১৩। কংলা লায়াং (১৯৮৭) ঃ অয়ীব — মথক্কী।
১৪। মৈহৌরোল পুকোক (১৯৭২) ঃ অয়ীব — মথক্কী।
১৫। মৈহৌরোল পুকোক (১৯৯১) ঃ ইথোকপ — ইরোম অমুবী।
১৬। লৈহৌ নাউফমলোন (১৯৮০) ঃ ইথোকপ — মথক্কী।
১৭। লাইহরাউব (১৯৮৯) ঃ অয়ীব — ৱাহেংবম লুখোই।
১৮। মৈতৈ লাই হরাউবা (১৯৬৩) ঃ অয়ীব — ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্র।
১৯। লাংওল (১৯৭৭) ঃ অয়ীব — থোকচোম রাজো (অমাইবী)।
২০। লাংদাই ১৯৮০) ঃ অয়ীব — মথক্কী।
২১। অমন শিকুমলোন ১৯৭৭) ঃ অয়ীব — নাউরেম অমুয়াইম।
২২। পোনশী লাং (১৯৭২) ঃ ইথোকপ — নিংঙোম্বম মনিজাউ।
২৩। চৈথারোল কুম্বাবা (১৯৬৭) ঃ ইথোকপ — ইবুংঙোহল অমসুং খেলচন্দ্র।
২৪। নিংথৌ চহী (১৯৬৯) ঃ ইথোকপ — ঙারিয়ানবম কুলচন্দ্র।
২৫। লৈথক লৈখারোল (১৯৬৭) ঃ ইথোকপ — য়েংখোম ভাগ্য।
২৬। সনামহী লাইনীংগী শজিবু চৈরাউবা (১৯৮২) ঃ অয়ীব — প্রো. কাংজীয়া মঙাং।
২৭। পোইরৈতোন খুন্থোকপ (১৯৭১) ঃ ইথোকপ — খুমন্লম্বম য়াইমা।
২৮। ইমোইনু অহোংবীগী তুংনফম (১৯৯২) ঃ অয়ীব — য়ুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র।
২৯। নুমিৎ কাপপা (১৯৭৭) ঃ ইথোকপ — ওইনাম ভোগেশ্বর।
৩০। পাম্থোইবী খোঙ্গুল (১৯৭২) ঃ ইথোকপ — মোইরাংথেম চন্দ্রসিং
৩১। অপোকপা খুরুম্ব (১৯৯৬) ঃ অয়ীব — শগোলশেমচা রাজমুহোন।
৩২। মীতৈ থৌরমগী ৱাঙউলোন (১৯৯২) ঃ অয়ীব — য়ুম্নাবা তম্ফাজাউ।
৩৩। মীতৈ লুহোংব ফম্বালতোংব (২০০১) ঃ অয়ীব — নামোই তোম্বা।
৩৪। চুপশারোল (২০০০) ঃ অয়ীব — বি. কুল্লচন্দ্র শর্ম্মা।
৩৫। লাইয়িংথৌ লাইরেম্মশিংগী ৱারী শীংবুল (১৯৯৯) ঃ অয়ীব — সাইরেম নীলবীর।
৩৬। লাইয়িংথৌ সনামহী অমসুং সনামহী লাইনীং হীংগৎ ঈহৌ ২০০২) ঃ অয়ীব — মথক্কী।
৩৭। মৈতৈ লুহোংব অমসুং লৌন লৈনবগী ৱায়েল ৱাখুল (১৯৯৮) ঃ অয়ীব — বি.কুল্লচন্দ্র শর্ম্মা।
৩৮। মীতৈ ফিজেৎ লৈতেং (১৯৭৪) ঃ অয়ীব — ইবোতোন শর্ম্মা।
৩৯। মাইবী অমসুং মাইবীগী কলচর (১৯৭৭) ঃ অয়ীব — দা. সোইবম কুমার।
৪০। অন্দ্রো ঃ খুন্দা লৈতারোল (১৯৯৪) ঃ অয়ীব — সলাম থম্বাল।





৪১। পাম্বোইবী থিলেল (২০[illegible]) : অয়ীব — প্রো. [illegible]য়া মণ্ডাং।
৪২। অপোকপ থৌনিরোল (১৯৬৭) : ইথোকপ — [illegible]য়ানবম কুঞ্জচন্দ্র।
৪৩। ঈরাৎ লাইশোল (১৯[illegible]৪) : অয়ীব — খুলেম চন্দ্রশেখর।
৪৪। ঈনাৎকী হরাউ[illegible] (১৯[illegible]) : অয়ীব — মথক্কী।
৪৫। লোয়য়ুম্বা শিনয়েন (১৯৭৫) : [illegible]থোকপ — মথক্কী।
৪৬। লাইহরাউব লাইশোল (১৯[illegible]) : অয়ীব — মথক্কী।
৪৭। মসিন (১৯৯৭) : ইথোকপ — মথক্কী।
৪৮। লোয়ন শিনলোন (১৯৬৭) : পুথোকপ — ওইনাম ভোগেশ্বর।
৪৯। অরিব মণিপুরী লোনগৈ (১৯৭৮) : খোমজিনব — খেলচন্দ্র।
৫০। থায়নগী শৈরেং (১৯৬৬) : খোমজিনব — মথক্কী।
৫১। অরিব শৈরেং (১৯৭৭) : খোমজিনব — ওইনাম ভোগেশ্বর।
৫২। তুতেংলোন (১৯৮৮) : ইথোকপ — নোংমাইথেম মনাউয়াইম।
৫৩। হাওরোক কোম্বৌ লাইলেনগী (১৯৭৯) : ইথোকপ — হেমচন্দ্র খাবা।
৫৪। চোথে থাংবাই পাখংব অমসুং নুংপান পোনগী লুবাউপা (১৯৮০) : ইথোকপ — খেলচন্দ্র।
৫৫। শকোক লমলেন অহানব (১৯৭৩) : ইথোকপ — ইবোহল অমসুং রাজেন।
৫৬। কোম্বৌজম লাইরেম্বী (১৯৭১) : অয়ীব — কোন্সবা ইবোচৌ।
৫৭। মীতৈ মরূপ হৌরকপগী রারী (১৯৯৩) : পুথোকপ — মীতৈ মরূপ, থম্বালখোং।
৫৮। নিংথৌ কাংবরোল (১৯৭৬) : ইথোকপ — নোংথোম্বম অত্তৌ লুবাং।
৫৯। রাকোকলোন থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক (১৯৬১) : অফোঙব — থৌকাচানবা।
৬০। সকোক থিরেল (ফোঙদ্রিব) : থম্বীরম্ব — লাইনীংহল নাউরিয়া।
৬১। রাকোকলোন হীলেল থিলেল সলাই অমাইলোন পুকোক (১৯৭২) : পুথোকপ — তেরা মীতৈ ইয়েক শিনতম শঙলেল।
৬২। মৈতৈ য়ুমশারোল (১৯৯৭) : অয়ীব — নাউরোইবম ইন্দ্রমনি।
৬৩। কোম্বৌজম নোংকারোল : ইথোকপ — খেলচন্দ্র (অরিব মণিপুরী রারেং লাইরিক-১৯৭২)।
৬৪। কাথাগী অশিব পোৎলোইব : দা. সোইবম কুমার (মতমগী খোঙথাং ৬৫শুব মশীং)।
৬৫। মরিংগী অশিব পোৎলোইব : এম. মোসিন মরিং (মথক্কী ৬৩ শুব মশীং)।
৬৬। মোয়োনগী অশিব পোৎলোইব : ডা. দোনাল্দ কোসা (মথক্কী ৬৪ শুব মশীং)।
৬৭। কোয়রেংগী অশিব পোৎলোইব : কুংসো রানবে (মথক্কী ৬৮শুব মশীং)।
৬৮। অনালগী অশিব পোৎলোইব : রেভ. সুপী জোন (মথক্কী ৬৬ শুব মশীং)।
৬৯। তাংখুলগী অশিব পোৎলোইব : আর. কতোসিং তাংখুল (মথক্কী ৪৩ শুব মশীং)।
৭০। মাওগী অশিব পোৎলোইব : প্রো. কাপালি অশোলি মাও (মথক্কী ২২শুব মশীং)।
৭১। কবুইগী অশিব পোৎলোইব : প্রো. মংথোই থাইমৈ (মথক্কী ২১শুব মশীং)।
৭২। মণিপুরী সমাজদ লৌনব য়াব য়াদব : নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র (মীৎয়েং ২২ শুব মশীং)।
৭৩। শিবগী ঈরাৎ থৌরম (সেমিনার পেপর - ২৬।৫।৯০) : মণিপুর ফোক্কলোর সোসাইতি।
৭৪। মীতৈশিংগী পোকপদগী শিবফাওবগী থৌরমশিং (সেমিনার পেপর-১।৬।০৩) : সাইরেম নীলবীর (অশীনব - কলচরেল ফোরম)।
৭৫। চকপগী হৌরকফম : এল. অশোককুমার (সেমিনার পেপর-১৮।৯।৯২, সঙ্গীত কলা সঙ্গম)।
৭৬। Indigenous Cultural Heritage of Manipur (Seminar Paper - 15/4/01) : Organised by FACE.
৭৭। Annual Report of the Manipur Political Agency for 1868-69 : Dr. R. Brown.
৭৮। The Chin Hills Vol.-I (1972) ; Carey and Tuck.
৭৯। History of Religion (1989) : Sergei Tokarev.


— ✻✻ —

